# মতমগী মণিপুরী ৱারীমচা



সম্পাদক

রাজকুমার মণি সিংহ

সম্পাদক মণ্ডল

এলাংবম সোনামনি সিংহ
ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
লোংজম জয়চন্দ্র সিংহ
নাওরেম গন্ধার সিংহ

কনভেনর
এল, বিরেন সিংহ




মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি

MATAMGI MANIPURI WARIMACHA

( An anthology of modern Manipuri Short Story )

Published by : Manipur State Kala Akademi
Khuman Lampak,
Imphal, Manipur ( India ) —795001.



Price : Rs 50/-( Fifty )



অহানবা ফোঙবা : নবেম্বর ১৯৯৭ ইং,

কোপি মশীং : ১০০০

মমল : লু: ৫০ ( য়াঙ্খৈ )



নম্ফম : সুচেতা প্রিন্টিং রাম্স, মোইরাংখোম লোকলাউবুং, ইম্ফা

মখুম : শ্রীবীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

লাইরিক ফংফম : মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি,
খুমন লম্পাক, ইম্ফাল, মণিপুর ( ইন্দিয়া )

# থাগৎৱাহৈ

''মতমগী মণিপুরী ৱারীমচা''গী লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা সম্পাদন তৌবগী মপুংওইবা থৌদাং লৌবিখিবা শ্রীরাজকুমার মণি সিংহবু থাগৎচরি। লাইরিকসিদা য়াওরিবা ৱারীমচাশিংগী অইবা অইবীশিংনা নবেম্বর ৫, ১৯৯৫ ইংদা সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লী অমস্তুং মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি অনীনা খুৎশম্নরগা ইম্ফালদা শীনখিবা মণিপুরী ৱারীমচাগী ৱার্কশোপতা পাথোকপিখিবা ৱারীমচাশিংবু ফোঙদোকপা য়াবিবগীদমক তৌবিমল খণ্ডবা উৎচরি। সম্পাদক মণ্ডলগী মেম্বরশিং শ্রীএলাংবম সোনামনি সিংহ, শ্রীনোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, শ্রীলোংজম জয়চন্দ্র সিংহ, শ্রীনাওরেম গন্ধার সিংহ অমস্তুং কনভেনর শ্রীএল বিরেন সিংহ, পুন্নমক্কী মফমদা অচৌবা লমন তোনশিঞ্জরবনি। লাইরিক অসিবু নম্বিরিবা সুচেতা প্রিণ্টিং ৱার্ক্স্‌পুম্নু থাগৎচরি।

লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যবু ন্নুংশিবিবা কয়াগী মফমদা লাম্থোকচরি, হরাওনা লৌবিগনি হায়না নীংজৈ।

থিয়াম সুবোল সিংহ
সেক্রেটরী
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি
ইম্ফাল

তাং ১।১১।১৯৯৭ ইং

# মাঙওইননা ৱাহৈ অমা অনীদং

১৯৯৫ গী নবেম্বর তাং ৫ নি। সাহিত্য অকাদেমি অমসুং মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি অনীনা খুংশম্নরগা ষ্টেট ম্যুজিয়ম ইম্ফালদা নুমিৎ তরুক্নি চঙনা শীনখিবা মণিপুরী ৱারীমচাগী ৱার্কশোপকী অরোইবা নুমিৎনি। প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না মণিপুরগী ৱারীমচা ইবশিংনা মশা মশানা ইজবা ৱারীমচাশিং মশা মশানা থরায় য়াওনা পাথোক্লকখি। অইবা অইবী অমসুং সাহিত্যগী মরমদা খঙ-হৈরবা ওজা গুরু কয়ানা পূক্নিং চংনা তাবিখি। পূন্নমক্না নীংশিংবিরকখি—ৱারীমচাশিং অসি লাইরিক ওইনা ফোঙলবদি মীয়ামগী ওইনা য়াম্না কান্নগনি। ৱাফম অসিনা লমজিং ওইরগা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা, মশাগী থৌশিল মখাদা লৈরিবা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ষ্টেন্দিং কমিটিদা থবক অসি শীন্নরকখি। কমিটি অসিনা অমুক ঐঙোন্দা ৱার্কশোপ অসিগী ডাইরেক্টর ওইরুবনা ফোঙগদোরিবা লাইরিক অসিগী সম্পাদক ওইনবা তাকপিরকখি। সম্পাদক মণ্ডল অমসু শেমখি। মতুদা য়াওবিথিবশিংদি শ্রীএলাংবম সোনামনি সিংহ, শ্রীনোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, শ্রীলোংজম জয়চন্দ্র সিংহ অমসুং শ্রীনাওরেম গন্ধার সিংহনি। একাদমি অসিগী এসিষ্টেন্ট ইডিটর শ্রীএল, বিরেন সিংহবু মণ্ডল অসিগী কনভেনর হাপখি।

লাইরিক অসি অমুন্না ওইরকখিবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচা কুনতরুক অসি ৱার্কশোপ অতুগা মরি লৈনবা ঙাক্তনি। অতৈ অমা অমুক লামশিল্লদ্রে। য়াওরিবা ৱারীমচাশিং অসিদগী হেন্না ফজবা মতমগী ৱারীমচা

কয়ামুক লৈরম্বা য়ারিবনি, অতুবু ফোঙগদবা লাইরিক অসি পংচাউ চাউ রোইদবনা কোনশিল্লুবদা রানা থোকখি। মসিগীদমক পাবিরিবশিংন ঙাকপিগনি নীংঙৈ।

লাইরিক অসিগী পান্দম—হোৎনবনি, ( অভ্যাসনি )। ৱার্কশোপ অতুসু হোৎনবনি। মায় পাকপা অমসুং পাক্তবদি মতমগী খুত্তা লৈ। অতুবু হোৎনরিবা অত্ করিনো হায়বদি খরদং পঞ্জরম্বদা থোয়না অকায়বা লৈরোই খঙ্গে।

ৱার্কশোপ অতুগী পান্দম—অইবা অইবী মশেল "ক্রিয়েটিব ডাইলোগ" তৌনবনি। ফম্মিন্নতুনা ৱারী শামিন্নবনি। ৱারী শামিন্নবা মুংঙাইনবগীদমক অথন্নবা চে খরা পুৎথারুখি—(১) ভারতকী ৱারী মচাগী খোঙজেল (ডাক্তর আই, এস, কাঙজম) (২) ভারতকী লোন অতৈগী ৱারীমচাগী পরেংদা মণিপুরী ৱারীমচা (শ্রী এন, কুঞ্জমোহন সিংহ), (৩) মণিপুরী ৱারীমচাগী ইতিহাস ( ডাক্তর এলাংবম দীনমণি সিংহ ) হৌজিক মতমগী মণিপুরী ৱারী মচাগী লোল অমসুং খুৎই (রাজকুমার মণি সিংহ ) (৫) ৱারীমচাগী "ক্রাফমেনশিপ" ( ডাক্তর এন, তোম্বী সিংহ ) অসিনচিংবনি। লোয়ননা, অথন্নবা অইবা খরগী পুন্সিদা থেংনরকখিবা ৱারীমচাগী কলাদা হকথেংনবা পাউদমসু য়াঙখি। পৃথিবীনা য়ানরবা ফজবা মপানগী ৱারীমচা খরসু মচা খায়না নৈনমিন্নখি। ৱারীমচাগী লাইরিক চহুমদগী হেন্না উৎলবা কেট-লোগকা লোয়নরবা লাইরিকী মেলা অমসু ৱার্কশোপ মঙ্গুংদা শীনখি। খন্ন-নৈনখিবা, ৱারী ৱাতাই শানখিবশিং য়াম্না পূক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইখি। নীংশিংবা খরদং মথাদা শয়প্পা পঞ্জরি:

নৈনরিবশিং অতুগী মরুওইবা শক্তম তরেৎনি:—(১) ৱারীমচা ইবগী ব্যাকরন অমসুং দর্শন শাস্ত্র, (২) ৱারীমচা ইনিংবগী ঈথিল—বৈজ্ঞানিক ওইবা ৱাখল্লোনশিং, (৩) মথকী শক্তম অনী অসিদগী মথা ভারকপা

ওইনা মণিপুরগী ৱারীমচাদা মপানগী সাহিত্যনা, মক ওইনা নোংচুপলোমগী অমসুং অতৈ ভারতকী সাহিত্যশিংগী মমি তারকপা নত্রগা তারক্কবগী ৱাফমশিং. (৪) মণিপুরী "সেন্সিবিলিতি" গী ৱাংমদা লৈরিবা মশক নায়না পৃথিবীনা য়ানরবা মগুন লৈরবা ৱারী মচা অমা অনীদং মচা খায়না নৈনবা, (৫) ৱারী মচাগা ইরিবা ইরিবী অচুগী পুন্সিগা মরি লৈনরি-বশিং থম্মোয় শেংনা পাউদম্নবা, (৬) মমিং লৈরবা ৱারীমচা ইবা ইবীশিং মশামক্কা লোয়নননা ৱারীমচাশিংচু পামিন্নবা, অমসুং (৭) "পুন্সি" অমসুং "মহৌশা" অনীগী থোদোক মচা মচাশিংনা মীওইবগী শক্তম মখল কয়া থোক্না থম্মোয় শেংনা উংথোকপা, ঈঙ্গিং তৌবা অমসুং "স্মৃতি" শাগৎপা মফম অমসুং মতমগী ৱাংমদা।

শক্তমশিং অসি মচা খায়না নৈনরুরবগী মতুংদা অকনবা খোল্লাও খরসু লাকখিদবা নত্তে ;

(ক) ৱারীমচা হায়বসিবু ৱাহৈ কয়ামুক্না শেম্বা য়াবগে ?

(খ) ৱারীমচাগা হৌজিক মতমগী শৈরেংগা করি থেন্নরিবগে ?

(গ) মণিপুরী ৱারীমচাশিং অসি তশেংনমক ৱারীমচা ( শোর্ট ষ্টোরী নত্রগা শোর্ট ফিক্সন ) হায়বচু ওইরব্রা ? ৱারীমচা অমগী লেঙদবা পান্দম করিনো ?

(ঘ) ৱারীমচাদি ৱারীমচানি—ব্যাকরন নত্রগা শাস্ত্র অমত্তনা পুন-শিন্নবা য়ারোই. অশিবা নত্তে, অচংবনি, ওইনিং ওইনিংবা ওই-রকসনু. "পোজিটিব থিংকিং" লৈরগতা লোইফম থোক্রা ?

(ঙ) হৌজিক মতমগী ৱারীমচাদি "এন্তি ষ্টোরী মুভমেণ্ট" ফাওবা য়ৌশিল্লক্লে. "পোষ্ট মোর্দনিজিম" গী যুগ লাক্লে। পৃথিবীগী অনৌবা খোঙজেলদগী মণিপুরী ৱারীমচানা কয়া য়াম্না শোংথ-হৌরবগে ?

পাউখুমশিং পেন্না পীনখিদে, পীবস্লু ঙম্লোই। মসিগীদমক "প্রতিভা' ( ইন্সপাইর্ড ভিজন ) চংঙি, লৌশিং তানশিনবা তাই, লেপ্তনা অভ্যাস তৌবা তাবনি। পূম্নমক অসি অমুক হোংনবগী মথা পোনবা ঙাক্তনি। "হোংনবা" হায়বসি ভংশেংবদি মীওইবগী মমল নাইদ্রবা ধন অমনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা রারীমচা কুনতরুক অসিস্তু "হোংনবা" অসিগী মঙ্গুং চনখিবা ওইসম্নু হায়না আশা তৌজরি। রারীমচাশিং অসি হৌজিক মতমগী সমস্যাশিংগা মায়য়োক্নবদগী ওইরকপা শক্তমশিংনি অমস্নুং হৌজিক হৌজিক্কী মণিপুরী রারীমচাগী মশক তাকপদা মতেং খরদং ওইগনি খঞ্জে।

ইম্ফাল রাজকুমার মণি সিংহ

১ | ১১ | ৯৭ ইং

# য়াওরিবা

# সুরধূনী তোবর্বান্দা

—বিনোদিনী

কুইরে ঐনা সুরধূনী খঙনবা।

অঙাং ওইরিঙৈদগীনি। অহুনা মতম শাংনা কাম্বনরুরবসু, লাপ্পরুরবসু অমুক উনবা মতমদা থম্মোয়সে মথুম-মরাং হৌখি। নবদ্বীপধামদা তরু তরু তনান তনান থেক্লা কোয়না চেল্লীবা গঙ্গাদো মন্দাকিনী নত্তে, ভাগীরথী নত্তে, মমিং সুরধূনী কৌই। মমিংনা ফজরিবা শাথেক্লা ফজরিবা করি মফজনো। নোংজু ঈচাওগী মতমদা সুরধূনী মশক ওল্লকই। ভাওনা-ফৈনা চেল্লি অকিবগী মশক লৌরকই। থাশি থানিলদা জ্বার কারকই। ঈচাওনা পুখৎলক্লগা থম্বীরম্বা লৈহাও চেনবা তোর্ব্বান্দা কনা মরম ওকপা খুঞ্জানা কুম খুদিংগী হঙ্গাম মরু হুল্লি—মরু লোক্লবা। অহুনা, নিংথমথা খুদিংগী সুরধূনী তোর্ব্বান হঙ্গাম মপালগী নাপুগী ঈথক হৌরকই। অঙৌবা লৈঙোয় শেক্তা মথক্তা শাংনা থোংঙুপ য়াওদনা চৎপদো য়াম্না নুংঙাই। খঙদে নহা ওইহুনা তৌবরা।

কুইরবগী তুংদা ঐ অমুক হল্লকলুই সুরধূনী তোর্ব্বান্দা। অহুবু মশক খঙলুদ্রে, সুরধূনী মশক হোংলম্লে। য়াম্না চাওখৎলম্লে। হিদেন

পুংলং লংথ্রে। ইংগ্রি শীংপা থাক পরেংনা, পরেং পরেং লেংলম্লে। মীনা য়াম্না কিনরম্বা অশিবা হকচাং মৈ থাফম মোংফমতু লৈরমম্রে। অতুগী মহুক্তা বিজুলীনা অশিবা হকচাং মৈ থাফম চাউরবা ফজরবা চেক্লা শাবা শঙলেন। সুরধ্বনী তোর্ব্বান্দা অরোইবা আম্মা শান্তিগীদমক অরাপ্পা মফমদগী ফাওবা অভং অথম লৈতনা ট্রকতা মপোং-মপোং— "বল হরি বল হরি বল" লাউংনা অশিবা হকচাং পুরক্লি। মফমতুদা মী য়াম্না লাক্লে চংনৈ শঙলেন অতু য়েংবা। টুরিষ্ট এত্রেকসম্মী হায়বা মাই।

নোক্লীংদ্রা? তাইবং মীগী অরোইববু, সংস্কারবু মীংকি কুম্মৈ ওইরবা! এমক্তি উদ্রি। হায়নবা তাবনি। অশিবা হকচাং হাপ্পা কু দো শং ঈনশীল্লি ংন্নুংদা শং পোরকই—উংকি মপৈ ওইনা। মতু এনা য়েংনীংলুদে। ঐ য়েংলক্কে।

মসিতা নত্তে হিন্দুদা নুপীগী ফিহোংবম, পোথাফম ফজনা শান্নুনা থম্লি। অতুবু অঙকপদি কাশিংতুদা চঙতুনা নুপী কনামত্তা ফি হোংনদে। মফি চোংনা চোংনা নুপীশিংনা গঙ্গাজল পুংনা ময়ুম হন্নখি। মতুনসু পকচৈ।

অওইগনি সুরধ্বনী মশক হোংলম্লে। শেউরা, বাবলা, রাগী উমংনা থনবা সুরধ্বনী তোর্ব্বান মায়া লাপহোরে। য়ুম শাজিনগ্রে খল্লুই এগী সুরধ্বনীদি বদায়? এনা খঙখিবা অচম্ব রারী কয়া— চাওখং থৌরাংগী চেক চনবদা য়াওগ্রমান্লে। অতবু রারীদি অতুম লৈরম্মী। রারীতুগী রারী অমনী এনা ওসি লীগে খল্লীবসে।

সুরধ্বনী তোর্ব্বান অসিমক্তদা মৈতৈ তাবা খুল মচা অমা লৈ। মসিবু হৌজিক্তি মণিপুর লৈকায় হায়না খঙনৈ। নোংমা শীজ লাই-ওইবীনা মাগী ইষ্টদেবতা অন্নুমহাপ্রভুবু তোর্ব্বান অসিদা পীক্লবা লাইশঙ অমদা লাংখি। মতম অতুদগী অতুম লৈগ্রবা মৈতৈ লৈকায়নি।

অমুমহাপ্রভুগী মন্দির অসি নত্তবা মৈতৈনা লাংপা লাইশঙ অহুম/মন্নিস্থু অহুম লৈম্নকখি। অহুগুম্বা লাইশঙ অমদা ঐনা উখিবা থোংদাক অমগী-রারীনি।

পুন্নিদা ঐ লুহোংবা য়াম্না উরে। কুইনা হিংলকপগী হৌনশা বার্তনস্থু কুম অমদা ফনা য়াম্না ফংঙি। অদুবু ঐনা হন্দক স্থরধ্বনী মপালদা উরকপা লুহোংবদুদি বার্তন ফংদুনা চৎলুবা নত্তে, মখোংনা থোংনা লাকখিবা লুহোংবা ওইরম্রে।

নোংজুথানি। ঙশাই অঙনবদা নোং কন্না চুখি। স্থরধ্বনী মথক্তা কুমগী নোংনা কুপ্তনা, মুনা হৌরকপদি য়াম্না যজে। অয়েকপা লাই মাল্লি। নোংগী ঈরাং লোইখ্রে; নোং হৈথরক্লগনি। নীংশীংহল্লি—

"শাঁঙন গগনে ঘোড় ঘন ঘটা
নিশিথ যামিনীরে—'
ইঙেল অতিয়াদা মম্লা নোংগী ঈরাং
নোংয়াই ঈচীক হুনবদা।

রবীন্দ্রনাথকি ঈশৈ পরেংনি। নোংজু অহীং অমগী। অভিসার অমগী। মুমীত্তো ঙসাই নোং ফজনা চুখ্রে। সন্ধ্যা আরতিসু লোইখ্রে। চাউরবা ন্যাট্যমন্দিরদা থাল্লিবা ইলেকত্রিক থাউমৈদো মতীক চাদে, মঙ ল শোল্লী অদুবু মীত্তি থক্তে।

ঐখোয় পোত্থারি। নোংমা অমা লোইবা ঙাইহরি।
অঙাং অনীদুনা লাউ লাউহনা চেল্লকই— লুহোংবা লাক্লে .. .... লুহোংবা লাক্লে ........। করিনো হায়রিসিবো! ঐখোয়না য়েংবা চৎলি। মান্নী লুহোংবনি। ন্যাট্যমন্দির মীন পুংমু মুখ্রে। রিফ্যুজি লৈকায়দুগী লুহোংবা পার্টি ওইরমাল্লে।

---

শাঁঙন গগনে . ...... মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—মাইবম হরিচরণ

মক্কম মরাং খঙদে মম্নামদো পংলাংত্তা লাঙঙি। য়াম্না হুরাঙনৈ। তিল্লিবা মীয়ামদো লুহোংবা অমদা লাকপগী হৌনশা লৈজ-লৈজবা শেং চাহুনা তনান তনান লাকখিবা অমত্তা নত্তে। শাড়ি অমোংপা শেংপী মুপী, লোংগী শেংপা মুপা, গমছা ইনবা অহল, কনাগী মফি শেংতবা মনাও পম্বা অমোংপা অঙাংফাওবা। অহুনা মান্দোপ অদো মীনা ফিঙৌ ফৌবগী মহুত্তা মীনা পুংমম মমলম্মী।

—বরদি কদায় ?

—তু! আদগীসে, অসিনা কৈনা।

হায়রকই, মখোঙনা থোংনা লাকখিবা লুহোংবা পার্টিগী বর কৈনাদো মখোয়গীনি হায়বা কয়ামত্তা য়াওদে! রারেপ্তি মখোয়না লৌজবনি অহুনা ময়াম চঙহুনা শীনবীরিবনি। মশা মশা য়ানজৈ, খুংশিনজৈ। অনীসে থম্মোয়শেংনা মৈতৈগী লাইশঙ অসিদা লুহোংজরগে, লৈ-পরেং হুক্রজবগে হায়হুনা লাকচরবনি অসিনচিংবা রারী কযা কয়ানি... .....

—অহুগা শিখাদি ?

শিখা কৈনাগী নমিংনি। মমা শিখিবা কুইরে। মপাদি লৈরি। মচা য়ামগ্রে, য়াম্না রানা সুরধুনী মপানসিদা মীগীদা ভারা তৌহুনা লৈ হায়। মখোয়সু বাংলাদেশতগী রিফ্যুজী ওইনা মপা মপু হাক্তুগী লাকখিবনি। অহুগা নিতাইদি ফি শাহুনা লৈজবা পাখংনি। মরম য়াম্না মোকই চুরুপ বেরি থক্তে, শেল তানবা য়াম্না কল্লি।

—শিখা থা-থা নত্তেকো, নিতাইসে মানা ফাহুনা লৈবিরিবনি। অমনা হায়খি।

—মানা অহল্লা ? ঐনা হংখি।

—বদায়দগীনোদা। মথক্তা মচে অবিবী অনী যাক্কুনা লৈরিপোংনি। ঐ স্বায লাউখি। কুইববগী রানী; মফম অসিদা, লৈকায অসিমক্কদা হাইযেং নুংঙাইজবা নীংঙোল য়াম্না পোকপা ঈমুং অমগী য়াক্কুনা লৈবী লৈশাবী অমা শাডিনা থৌবী য়ান্দুনা শিখি। মরমদি? হায়বা লাক্তে, য়েংবা অমত্তসু লাক্তে হাযবগী মমা মপানা ভাঙনদুনা—ঐত্তবু শিজবগে হায়দুনা শিখিবনি হায়নখি। নুপীদো ঐ উহৌই মশম শাংখ্রে, কুচুদি মুই।

থল্লুবগা শিখানা হন্দক তৌবিসে ঐ য়ানীংঙি। লুহোংবা হায়বসিনা পুন্সিগী মকওইবা থৌদোক অমদি রাবেপ ওইবা তারবদি, চেনবনি খঙদে—ফাবনি খঙদে কৈনো অমা তৌবা তাবা। করি কান্নৈ থৌবী যাল্লগা—

অচুম্বনি শিথাগী লুহোংবদা মহুমগী কনা অমত্তা লাকখিদে। নিতাইবুদি নিতাই ওইবে। মচে অমত্তংদি লোন্না লাক্লগা য়াম্না কপলম্মী অচুগা মমানা লোত্তুনা থম্বা নীক মচা অমগা পীবম্মী হায়। ঐনা খঙহৌদনা নুংশা থীখি, বানীখি শিথাগীদমক।

— ঐখোয় লৈবিসিদি —

মখোযনা হায়খি, বিফ্যুজী ময়াম অমত্তা ওইখি।

লুহোংবা হৌবে। বদাযদগীনো ময° বংগ্রবা অমোংপা মুগা ফৈজোম শেংপা বামোন ভ°না মগাঙদা কবি কবিনো থর থম্লগা কবিনো থব শোল্লি। লৈমাযদা ংম্লিবা লৈ-পবেং অনীদো ঙসাই মখোযনা কৈথেন্দগী লৈবনি হায়।

শুভদৃষ্টিগী মতাং য়ৌবাক্ল। বাঙ্গালিশিংগী লুহোংবদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা মতাং শুভদৃষ্টি। ফি অঙৌবা যজবা অমা মফি মবোল নাম্না শেংপা

মুপম্ম মরিনা পায়গনি। মতুম্সু পাথংনা, ময়ুম পান্দবা মুপানা পাম্ববা য়াদে। ফিজংচুগী মন্নুংদা বর কৈনা লৈগনি, মীৎকা মীৎকা চাম্লগনি, মতুম্না অহানবনি মীৎ চান্নবা। নৌনা য়ুম পাল্লিবা অনীগী পুন্সিগী রাক্বোৌদোক্লি। মন্নুংদা মী চঙবা য়াদে। য়েংনরিঙৈদা অতোপ্পনা উথিবা য়াদে।

নিতাই শিখা অনীগী শুভদৃষ্টি অতুম্সু ফনা ফজনা পাঙথোকখিমাল্লে। তৌবতবু মথক্তা থল্লিবা ফিজংদো কনানো অমগী অমনবা শাড়িনি। পায়রিবনা নুপী মরি। কৈস্মু কায়দে থন্দ্রবস্মু। অহাওবা অতিয়াগী থা থরানমিচাক্লা থাম্বা ফিজং মখাদা অহানবা মীৎচান্নবা ওইরম্লবসু হেন্নচুম ফজরমগনি। অতুবু মখোয় অনীগী ফিজং মন্নুংদো অঙাংনা শৌ শাই। পাঙলীত্তা লীৎশিল্লি। মুশুক মুশুক মুরচুনা যন শাচুনা পওচঙদা চঙখি। তাম্থোকপগা য়াপোৎ নত্তে। অতুবু নুপী ময়ামগী উল্লু ধ্বনীনা পূমনিল-নিন্দুনা ফজনা লোইশিনখি।

লৈ কোয়বগী মতাং অতুম্সু অতুম লোইশিনখ্রে।

"সাত পাকে বাঁধা"কা হায়চুনা তরেৎলক কোয়রগা অচেৎপা লীপুন ওইখিবগী রাচুদি কনাস্মু নীংশীংনদ্রে। বর কৈনানা মাঙ থাচুনা লুহোংবা পার্টিদো মন্দির তরেৎলক কোয়খি। অতুম শমজীনখ্রে।

কবোক দোনা অমফাওবা য়েনখিদে। বাতাসা মচেৎ অমফাওবা থুংলক্তে অতুবু কনামত্তনা কমপ্লেন তৌবা য়াওখিদে। ফনচুম লৈবাকমচা তাই রিফ্যুজী লৈকায়গী মীয়ামদো। চাওখৎপা ইমুংগী লুহোংবা ওইরম্লবদি কবোক থুংদবগী রা থোক্লরম্বস্মু কনানা খঙবা।

অমুম্না লুহোংবা লোইশিনখি। ঐথোয়না ঈওক ঙক্লা য়েংখি। কনানো অমনা লাউরকই— খুরুম্মু খুরুম্মু, বর কৈনাদো ময়াম খুরুমচল্লু।

ঐঙোন্দসু খুরুম্বহ্ লাকখি। নিতাইহ্ তমু তমুরদনা ফমহুন ফজে। শিখাসু অহুম মতৌলৈ তবোপ তবোপলহুনা। শাড়ি ফজবা অমসু শেংলি - অহুবুদি ফিশাবগী নুপীনিদনা। ফজবা তাতকি শাড়ি হায়বহুদি মথৃত্তা থোকপনি।

শিখানা ঐগী খোঙ শোক্লগা খুরুম্বা মতমদা ঐনা মথৃত্তা লুপা ১০ পীরগা হায়খি—'নুংঙাইনা পাল্লুকো' মানা হঙ্গৎনা য়েংলকই। কাজল তৈবা ফজরবা মমীৎ অনীদো পিনা ইচোল চোল্লম্মী। মা কপখি হীক হীক কপথোরকই। ঐসু খাঙবা ঙমখিদে।

অহুবু শিখা, মতৌ লৈবী শিখা। নুংশা থীদবদি ঙমদে। নুংঙাইবা ওইসনু, মখোয় নুংঙাইবা ওইসনু। ঐনা মতমহুদা করি খনখি। শিখা, রিফ্যুজী নীঙোল শিখা! নঙনা করিগী ঐঙোন্দা চঙলক্লুনা পোক্লকখিদে। ঐনা নঙবু নান-নান্দুনা থমগনি। নুংদাংবাই খুদিং নশম হাৎপীগনি। জুবাকুসুম থাউ তৈবীগনি। অহুগা নঙবু নঙগী বরদা নথুৎ পায়হুনা শিন্নগনি।

—ঐগী শিখাবু ফুৰীন্নুকো য়ানীংদ্রগা ফজনা থাদোকপিরকউকো ইবুংঙো— অমুকসু নীংগীংলকখি— মহুসু খরা কুইরবগী রানি। নোংমা মমীৎ উদবা অঙাংশিংগী কলচরেল প্রোগ্রাম অমা চংলুই। ঐগা হাইফেং মন্নী থোক্লবা কনাগুম্বা অমগী মমীৎ উদবী মচানুপী অহুসু য়াওদোরিমাল্লে ফম্বা উই।

ঐনা মনাক্তা চঙশীল্লগা মথুৎ পায়রগা হায়—

—জিনী, নঙ ঐবু খঙ্লিবরা?

– খঙদদে—নেনেনি। কৈদৌনা খঙলোইদৌরিনো?

নোকফেং নোকফেং তৌখি।

—নঙস্থ য়াওদৌরিব্রা ?
—অং ঈশৈ শক্কদৌরি— নঙ তারোইব্রা ?
—তানি, ঐদি নঙগী ঈশৈ তাগে লাক্লিবনি।
ঐনা মীনমখি—মানা নোকফেং-নোকফেং তৌখি।

মাবু ঈশৈ শক্লবা ফমপাক্তা পুখৎলমদাইদা ঐনা ওসাই থেংলকপা শম-জীদগী লৈহাওদো মাগী মশমদা থেংপীখিবনি।

নুমীৎতো জিনী ফজনা ঈশৈ শকখি। মানা ঈহেন হেল্লি। মানা তানপুরা মচা অমস্থ পায়। নুমীৎতুদা ঐনা ভাবোক মরক্তা পি তৈথোকখিবহু কনাস্থ উরয়োই। ঈশৈ লোইরবা তুংদা ঐনা চেনশীন্দুনা কোল্লগা চুপ্পী। ঐগী পিনা চোৎলবা মীৎপুদি মানা উখিদে। নোকফেং নোকফেংতা মতৌই। নোকফেং তৌবহু মাগী মফোঙদোক ওইরমাল্লে, মাগী অমক্তা ঙায়রবা মফোঙদোক ওইরমাল্লে। রাহং খুদিংমক্কী পাউখুমস্থ মাগী নোকফেং তৌবহুনা ওইরমাল্লে।
ঐনা হংখি—নঙদি কনাগা লাকই ?
—কনাস্থ লাক্তে। মখোয়না লৌবীরবনি।
অহুগা অমুকস্থ নোকফেং নোকফেং তৌই। অহুগা ঈথা থাজদনা মানা হায়খি—নঙনা ঐখোয়মা ওইরয়বদি নুংঙাইদৌবা। ঐনা ঈশৈ শকপা চৎপদস্থ ইতুং ইনবীগনি।

নুমীৎ অহুদস্থ ঐনা হায়খিবনি পৃকনুংদা—জিনী, চন্দ্রজিনী নঙনা ঐঙোন্দা করিগী লাকখিদে ? ঐনা নঙবু নান নান্দুনা থম্বীগনি অহুগা অফাওবা ঈশৈ শকপী অমা ওইহল্লমগনি।

ঐনা মীকপ থোরকপদা লুহোংবদো লোইশিল্লয়ে। মী অয়াম্বা চৎখিরম্লে। মী থরদি লৈরম্লি। ঈকোয়-কোয়শীন্দুনা করি-করিনো

য়াম্না ভাঙনরি। খংনরমাল্লেবু খল্লুরে। বর কৈনাঙ্গসু মচী অমদা তুমীন্না লেপ্লি। নিতাইগী ফৈজোম কুঞ্জাগা শিখাগী শাড়ি মচীগদি অহুম চেংনা পুল্লি।

—কৈদৌরে? কৈদৌনরগে?

—করি ওইনি। কৈনাসিবু ঙসি কদায়দা থিল্লুদৌরিনো? কদায়দা লেক্কদৌরিনো?

—অহুবু নখোয়না ব্রাবিরঁবা করিগীনো? নিতাইদা হংঙুদনা।

—ময়ুমসু লৈতবা মানা করি তৌদৌরিবা?

মানা তাংলিবা ইমুংহুদি ফমুং অমা খাবদি হায়রুনু—চাক ফাওবা ফম্মাঙদা থোংলিবনি।

—ব্রাবিরুন্নুনে, নিতাইনা মরাইনা থোকপা তৌজনি। লৈত-লৈত্রগা গঙ্গামপান্দা লৈগী শয্যা শেম তারেদনা—

মৌনহা ময়ানহু থীক-থীক নোকখি মচৌন খুম্রদনা!— ব্রস চেনবা মীনোক্তা।

ঙহাক খন্নরবা তুংদা করি লেপ্পরবনো খঙদে, ময়ামদো মরী-মরী কোন্থোংলোমদা থোকখ্রে। বর কৈনাসু তবি-তবি ইন্নখি— অমম্বা লম্বী-রোমদা। নিতাইগী মরূপ ওইরমাল্লে পাখং মরী মঙাসু ইন্নরি নাতৈ চাদবা পাখং অমনা হায়রকই, লাউনা, তাগে তাজসনু মতাগুম।

—নিতাইনদি লুহোংলে হায়হুনা হরাওরিবা।

হৌজিক থোংনবা চেঙবু লৈরমগদ্রা?

ব্রা-নোকখি পাখং ময়ামদো।

ব্রারিসে মসিদা লোইবা য়ারবনি. অহুবু............

সুরধুনী, মসিনি, নঙগী তোর্ব্বানগী ঐগী অহানবা ব্রারী।

৩। ১১। ৯৫ ই

# পাউতাক অতাকমন্

—হিজম গুণ সিংহ

'কদাইদনো তাচৌ অম্মুক ঙন্না ?'

যেংখৎলুবদা মাগা মীৎচানৈ। নৌরবী মমায়দা অমুবা চন্দন, মনাদা সনা মচেৎ অমা পক্তা, মংগুম্বা কারকপীগুম উরবী ! ঐহাক শাই লাওরম্মী। অহুবু তপাথৈ।

"হে অমতং লৈখিগে চঙলকপানি। কৈনো নঙবু ঙম্মুদবরা, নশক নচু ইঙন ওনবগুম উই।"

"ঐ লাইবক থীরে তাচৌ, লুপ্না ওইরে।"
"হা নগাকপো ! কয়া কুইরবা ?"

"ফনা কুইরে : ইমানা তাচৌ ঙমদহুনা লৈ হায়বা তাবদা তাকলগুমসি হায়হুনা তাকখিদ্রে। কনা থোইদোকপা তাকখিদে, শোয়-দনবা খরা কংলগা অদুম পাঙথোকখ্রে। ইন্দো'ইবেম্মসু লৈখিদ্রে হায়বা তাই, অহুবু লমনা লাপ্পগা গুপা মচা অতোম্বহু কন্না ঙমদবগা লাকপা ঙমহোদে। ৱারোবা য়াদে তাচৌ।"
মপি ঈরা চেল্লি।

'করিগী ব্লারৌরুনি, মতাংননি ইচনসিদি। হৌজিক্তি কৈম্থ থোই-দোকপা তৌদ্রেদনা ?

"তৌদ্রে।"

"নঙনা কদাইদা ?"

"পোং তীকপা কারকপনি।"

"পোং তীকপা! করিগী ?"

"অহল অমগা অঙাং অনীগা হোংনবদা অসি নত্তনদি উপায় লৈত্রে। এসোং নাপী থরা য়োন্দুনা হোংনরি; নতুগীনি।"

"থৌনা ফদৌবনি। রারুন্থ ইচনসিদি।"
হায়রয়্গা ঐনা, অয়াওবা থরা মঙোন্দা পীগে থন্দুনা ফুরিংগাওদগী লৌথোক্লে, "ঐ নোংমা চথোকলক্কে সে সুপা কুনসিদং পায়খো। ভাড়া ওইনখো।"

"এ! লৌরোই তাচৌ। তাচৌ উবতুদা কৌদবা ঙমদবদগী কৌরুবনি করিগী পৈশা লৌগদৌরিবা ?"

"কৈনোনহাঠ অঙাওবী, সিবু পৈশা লৌবা কৌব্রা ? অরৈ অরৈ পুথোরুহ্বনা নঙ ঐ চামিন থকাইন্নগি, নঙোন্দগী কয়া ঐঙোন্দগী কয়া। কাওরব্রা নঙবো ?"

মপি ঈরা চেন, লৌরোই ফনা থাঙখি। নমনা পীরবদা মহাক মপি শিন্থদে হায়বদা থাকই, মথুং নীকই।

"নুমিং থেঙথ্রনি! পোং তীকনি হায়বদাই, তীকউরো।"

"ঐ নোংমা লাক্কে।"

মমায় মায়থোং তগোং তগোং, মখোঙ্গেল যাইরপ তৌ, মহাক কৈথেল পোৎলক চংখ্রে। ঐ মাব় য়েংলগা যনা কুইনা লেপ্পলমই।

মা ঐ নুপা ইমান্নবা লোয়নবদৌনা নঙমা হায়নহুনা কোয়নদনা হৌমিন্নরকপনি। ফুনবা ফাও য়াওখি। মমা ইন্দোন্দুনা মাগী মতৌহুদা হেক হেক চৈখি, "অঙাঙবী নঙনা করিগীনো নবুংসিদা নঙমা হায়রিহুবো, মসিবু ঙাওদৌরিব্রা করিনো?' হায়না হায়না ফনা কুইনা হোংখিদে। মাগী অশেংবা মমীং অঙৌবী কৌই। নুপাদৌনা কন্থা কলেংনবা, মকন্থি ফত্তবা হাগনীংবদা পন্দবা মমান্ননীশিংনা কি-তুক্কচ্চে। মহুদগী নুপাগী মীঙ্গৌদা কৌনখি 'অঙৌ' হায়না। তৌবস্মু অঙাং ওইদা ওইরিবৈ য়াওশঙদা ঐখোয় নুপা মচাশিংনা পাবল চোংহনা পৈশা নীবা চংপদা মাস্থ নুপা-দৌনা ফৈজোম শেংলগা হেক হেক য়াওই। হায়রুরগা 'নুপাচাশিংনা নুপীমচাবু কোইতান তান্নহুনা নমহনা আবির তৈনবা পিচকারী কাপ্পা ঐ য়ান্না শাওনীংই: নুপাদা পৈশা মুনবা ঐ হৈনদে; নখোয়না চংপদা ঐ য়াওনি'. হায় নমহনা য়াওখি, ফনা য়ান্না চাউরফাও। মমৈদা ইন্দোন্না চৈথনবদগী তোকখি।

লাইরিক পাবা ঈবা নীংথিনা ঙমকপা মতাংদা এগী চহী লোঙ্গাগী লৈশাবীশিং, লোন্থক্কী মৌনহা য়ুম্নান চাদবদগী হন্নকপীশিং ময়ামগী এহাক পাখোল্লোই ওইনকখি। তাতৈগী নাত্ত, মখোয়দা থারকপা চিঠি পানবগী পাউখুম ইনবগী। মতুমহু নুপামচাশিং নত্তনা নুপীমচাশিং অয়াম্ব। লাইরিক কয়া তম্নরমদে। পাংয়াং শাবা ফনেক লোনবা, ইমুংগী অকুপ-অতাই, ফৌম্ম চেংগু, কোল লীক রাইরম শেংবা হুপীগীনি। মসি হৈত্রবা চন্নদে। অতুগা পাখং লৈশাবীশিং উন্নহুনা রারী-রাতাই শান্নবা, পাক ফংনদে। লৈশাবী লৈবা ইমুংদা পাখংনা কোয়বা চঙবা চংনৈদি হায়রবু সেগ। মাইগা রারী শান্নবনী তাঙ্গা ফংনদে, শৃংকন-পাঙ্গনবা ইমুংদা চঙরম্ম

হঙ্গোইনৈ। চহীগী কুম্মৈ-ফিয়োং-চৈরাওবা, ৱায়ুংবা, রাফুকপা, কৃষ্ণ জর্ম্ম, বামন জর্ম্ম থৌরানী জর্ম্ম, থোকপদা লৈশাবী লৈবা ইমুংদা লীক্কোল শান্নবদা, য়াওশঙগী থাবল চোংবদা অতুপ ফম্মিন্নরুবা, চোংমিন্নরুবা, নুমিদাংৱাই ঈশিং শোকপা থোকলকপদা উন্নরগা রাহে অমা নী অতুপ হায়নবা অসিনা অপাম নুংশিগী রা ফাওদোরুফম ওইনৈ। অতুবু মতুদা পেম্মোকপা কনানা ঙমগনি! অতুনা হায়নীংবা কয়া ফোংদোরুবগী লোন্না চিঠি থানৈ। 'সিগীনি ঐবু চেন্নখিবা। মসিগীদমক মখোয়না ঐগী ফিরোল শু চাম্বী; কনাগুম্বী শিংনা মোনখুম, রুমাল লোনবীরকই, মোজা ফুরিংফাও পীরকপা য়াওখি।

থৌদোক্সিদা অহানবা পুশিনখিবসি খ্বাযগী ইচে তবাবীননি। মতুদা শেম শারকখিবনা অজৌনি। ইচে তবাবী মচিঞ্জাক চাবা ইমুংগী নাইত্তোম শাৎপীনি। মশক মাতৌ ফজবগী মথক্তা শেত্তোক চাথোরকপা পকচৈ, রাঙাং খোন্দা মুংশি। মাগী হায়ববু থবক্তা নাঞ্জানৈ। মীতেক মীরৌ খঙবগী মতীক শাওগল্লি। মশানগা মীপক মীরাইবনে, ইমুং মন্নুংগী য়ুথান কৈবান্নে, মশানা চেনশিঞ্জরকপগা, মপা মমাগী য়েংতুনা য়ুমগী মৌ ওইগে হুপচিন্নরকপগা ঈশিং ঈনৌ চাবা কারবপা ইকা ঙাতু মঙাই মাবু তান্নরকখিবা। রাফুকপা ৱায়ুংবনচিংবদা মাগীদা লীক্কোল শান্নখিদবা য়াওরম্লোই। পাখংশিংনা মতুগী পাংনরকপা থাওমৈ অঙানবী, মাঙ্গোনগী ফিজং, শঙ্গোইদাক মপান য়াওবা গ্রামোফোন, পুরকপগী ঈরাংদগী হৌই লৈকাইগী কুম্মৈ। য়াওশঙগী থাবল চোংবগী ঈরাংদস্নু মতুমঙাই। মসিগী অহান অকোনগী ইন্নরকপদা কোক্কায় লুকায়নবা কয়া থোবহনখিরা ইচেনি।

লৈশারিঙৈ ঐথোয়বু থানবীবা নত্তে। মানা ময়ুম পানখিবদা লৈক্কাইতু ঊন-রাইমুক চিকখি; অতুবু কুইদে ফনেক ফিবুম অমা ওন্নমগনি থাজদে মানা হুন্নরকখিবা। ফৌশুখোঙদা শুক কোলগা মৌ-মচা লৈশাবী-শিংগা রাবী শুরমই, কুংফিন তুন্মি কোন ফেংবদা চত্তীং কোক্কে হায়বগী

হল্লকপনি, ঙাংনখি। হৌজিক্কী মতমদা থোকাবয়নবদি পঙন্থুং মুংঙাইনা পাঞ্জরম্বস্থু য়াই, মতমগা মরাইনক্না চান্নখিদে।

লাইবক ফকুনবরা থংদে নোংমা অয়ুক অমা অঙৌনা পুহুনা ঐবু থিরকই। অঙৌনা হায়,

"তাচৌ ইচেগী চে অমা পানীয় হায়কসি লাকপনি।" মথাদি ইচেনা শামথৈ,

"ইবুংঙো, অকনা ওন্তে চিঠি অমত্ত পাবীদবা য়াদ্রে। লৈকাইসিদা নে-না তানা লাইবিক হৈবসি ইবুংঙো মঙাইরে। সে ঐগীদা পানবনি চম্প্রাসে ইপাগা ইনোনগা পীজগে পুবকপনি।"

"চিঠি অমা পাবগীবু কনিগীনোনে ইচে?"

ঐনা থুমই।

"অঙৌ নঙ চংলম্লো, ইমানা কুইরক্কত্ত হায়হৌবদো। ইচে ঙাইহাক লৈহৌখিগে।"

চংহনখি অঙৌবু।

পেথ নৌথনা ইরকপা চিঠিনি। তাখিদ্রিবা প্রমান পাষ্টৈনা পিক থল্লি। পাবদা মুংঙাই। পাবা হেক লোইবগা পাউখুম অমা ফজনা ইবীয় হায়। পরীক্ষা নকয়ানি খরা তপ্পা ইসি হায়রুবদা মমায় মক-শিনখি। তত্তব তোকখিগনবরা হায়বনু মথংগী অয়ুক্তো অমুকস্থ ফোং ক্ষাওরকই।

"ঙরাং ইপানা মোজা ফুরিং মঞ্জুনবা অমা লীংগৌবতুদা ইচেমনা হেক মুংঙাইতবসি হে সত্য, চাক চাবা চনীং তাদে; অনলৈ লৈদুনা থিল্লকে তৌবদা মাপনি পাল্লম্মে। অসি নোংফুং হেক ঙানবগা লৈহল্লুবনি। চাত্রা যেংঙ। পরীক্ষাস্থ নাক্ক হায়দাই, ইবংঙোগীনি।"

মমিংনে মনানে মচেক চত্তুনা তকশিল্লকপদা লৌয়োই হায়বা ওম্বপোং নত্তে। রা মথা তারম্দে, অহুম হনখি, অহুবু মথং ন্নুমিত্তম্নু চেংহী ময়ান থিবনি হায়দুনা অহুম য়ৌরকই। ইমাগা রারী শান্নে। ইমা য়াওরকই, "পংনেম্নু হায়বা নত্তে নচেনা হায়বদু খরা তৌবিখো।" স্কুল কাবা থোক্লকপদা অমুক কোক হেংনৈ: হরাও হরাও কৌরগা নোকফেং তৌনা হংই, "ঙরাংগীদু লৌংলব্রা ?"

ঐহাক থাংকম খওখিদে: নুমিদাংবাইদা নাগীদা চত্তুনা চিঠিদু ইরক্ই। ঐগীদি ইবতনি, রাহৈ রাতা মাগী ঙাকনি। কদাইদগী খঙঙ্বনো খংদে মানা তাকখিবা রাহৈরাতা। ঐনা পামজবা খঙনীংবদু থোকখি। ঈরুঙনীংবগা থোং তেকপগা মান্নরক্ই। মহুগী হায়কুরবদি মহাক ঐগী অহানবা ওঝানি।

মরকসিদা অঙোগা ঐগা খরা লাপথোক্লখি, শিনফমগা তিন্নদবগা, ন্নপা ইমান্নবগা নত্তবগা। নোংমদি মহাক ইথা য়াজদনা মকোক মরু ইখুন খুমজিল্লদুনা ঐখোয়দা লাবলমই। ইঙাও ঙাওখিবী অহুঙৈগী অঙৌ নত্রে।

মাবু উবদা ঐ ইঙক ওল্লমই। মাগী মপুং ফারবা মায়থোং, অপানবী কুচু সনা ফুদোংবদু মঙাই, মশা শাবান লফু নেম্রাদোগুম কোক্না তোনগা মান্নে, মাগী শাহো মরেপ মঙান ঐগা য়েংনরুবদা ঐঙোন্দগী মানা ওল্লপ তৌনা উরকই। য়েংনীংবমা পোকহল্লি, য়েংঙুই। মাগী কোকখুমাফিদু নাম্বরকপদা মাগী শন্নাং কোইককনবদু উই, তাথরকপী শাইনোন্না রাইবদা ওইগী খজাই চাইরুংদা ঙানখিনী অমুবী শমক্রত্ত মশক উখিদে। মশা মউদু রাইচিন খমজিনবগুম ইচেক চেকশৈঙে। নুংশিবমা পোকহল্লি।

"কৈনো অঙৌ নঙদি খংচাউ চাউরম্লেনা। লাক্না লাকখিদবনে, কৌদোফাও হঙ্গোইরে।"

"ঐদি লাকইনা, উন্নদবননি। হৌজিকস্থু লাকইসিদি। তাচৌদি লাকপ্রা ঐখোয়দা ?"

"উদবা কুইরে, লাক্কে খল্লম্নি।"

"লাকপীনু কৈক্ষ, কৈদৌ লাক্কৌরিবা ?"

ইমাস্থু ইমুংদগী হেক থোল্লকই। ইমানা হায়,

"কাওবু কাওই, ওরাংস্থু লাকচরম্নি। কৈনো নবুংদা হায়নি হায়বদো, হায়হৌরো। ইমাস্থু ঈরু মাইথজকখিগে !"

হায়রম্লগা অশম চৎপ্রে।

"করিনো হায়রোদনা ?"

"অত্নবুরাও, নহানগী ইচে তবাবীগী— !"

"হা ! ঐ ওম্মোই— "

মমায় মায়থোং খংলাং লাংশিন ইল্লিবা ফিগী মরুমদা মথুত্তু তিংথোক্লক্কে তৌরম্লগা খংচিং চিংশিনখিবত্নু উই। তবাবী হেক পল্লকপদা খংপ্রেক খংখিবদগী ঐনা হায়খিবদো লাল্লবরা খল্লি ঐ, হু হস্থে, "মহাক্কীরা, তবাবীগীরা হায়বা ?"

"নত্তে।" তপ্না খুমই মমায় হাইগৎলক্কে।

"অত্নদি কনাগী ?"

তাপ্না খুম্লক্কে। নুংশা থীরকই, অমুকস্থ হংই ঐনা,

"নংগীরা ?"

"উম।"

"অসাইনা হায়বা য়াদ্রাও; কদাইনো য়েংগে।"

মথুত্তু, রানা তিংথোক্লকই, পাম্বরিবত্নু চিঠিনি, অনী অহুম ওইর-মাল্লে। থাজরুদে, ওকই, ইখন খলহৌদনা হায়খি,

"তৌ ওম্মেদা !"

ৱা মচেং অমত্তা ঙাংখিদ্রে। হায়দোকলুরগা ঐমু থংনিং নীংশিং-লকই, ইকাইরম্মনি ঐনা তপ্পা.

"পাউ হায়বা নত্রা, সে তাবো!"
ৱা-লান অমত্তা ঙাংদমখৈ, তুখিদো মতাগুম লুকথখি।
"অঙাওবী, নমায়দু থাঙ্গংলকউ, তাকম খঙলরোই।"

তৌদ য়াদে হায়বা মতাগুম মমায়দু খজিক্কুং থাঙ্গৎলকই। মপি ঈরা চেনদদু উই। ঐহাক লানথে হায়বা খঙলে, ইতোমতা চেকশিঞ্জে। চিঠিশিংদ মথং মথং পারে। মী অনীগী মাল্লি অমমমগী অনী অনী। অনী অমনা থোইরপ তৌনা ই, অনী অমনা য়াম্না লৈশি লৈথোল্লি, পাবদা নৌই। হঙঙুবদা অনীগীনি খল্লম্বহ চুমলম্লে।

"পাউথুম হনগদোবা নত্রা? করি করি হায়নি।"

"অহানবা অনীদুগী খরা থীনা ইখো। মহোয় নমাদু ঈশৌ কল্লি হায়। মশাদুম্মু ইচাউ চাউথোকই। য়ুদাকাম্মু লাকচবা শাই, ঐ হৈনদে ফুনীংঙকই।"

"হাই অঙাওবী। নঙ লৈশাবা ফারবনি। মীনা নোক্লগনি।"
"নোকে নোক্লসনু। মতুং মনাও চিঠি থারক্কনু নৱা তানীংদে হায়খো।"
মাগী মত্তৌদুদা নোকস্মু নোক্লীংই, মুংস্মু মুংশি।
"ফরে ইরগে। অনীদুমগী অমুক খল্লু।"

চিঠিদু তনই ইরগা পাদুনা তাহল্লে। মানা পাম্বদুমক থোক্লমাল্লে খরা হরাওনা উই।
"অনীসিগীনা করি হায়য়ু হান্নবা!"

হৈরান লোঙ্গা মীৎয়েংদা হাইফেৎ য়েংলম্লগা মরু লুকখি। মতৌহুনা পাউখুমহু তানীংহল্লি। মীচং মীখায় নাইদ্রবা হে মতম, নংগী থৌরাংবু কনানা ঙক্তুবা ঙমগনি! নুপা নহাবু করিস্থু থওইখিদবী অঙৌবী, ঙসিদি নঙনা অপাম নুংশিগী ঈপাক্তা তাহনবীরে।

মোং হাদনা মানা খুমখি,

"ইচে তাবাবীনা মহাক য়াম্না ফবা, মরম ওকপা, মীনি হায়। ইচম চম্নস্থু উই।"

তবাবীনা হায়বা। হান্নস্থু তবাবী পনখি, নীংশিংলকই। ঐহাক কোকচাওবী কাই।

"অঙৌ, ঐ রা হায়গে মুন্না তাউ! ইমা ইপাদগী হেনবা কনামতা লৈতবনি। অহল লমন মশেন থন্নহনসি। ইমাবু য়াহনসি। মীগী রা থক তারুন্নু, ঐ থঙদে মী থঙদে। মথোয়গী অহন লনন থারকউ হায়সি। য়ারব্রা! ইরগেকো!"

মহাক থন্থবগুম তৌই। অকিবমা য়াওনা মাগী পাউখুম ঙাইখি। খুম্লক্তনা রাফ.দুমক অমুকস্থু ঐনা হায়খি। মমায় মায়থোং থাঙ্গৎলকখিদে।

চিঠিশিংহু ইথ্রবগী মতুং ফনা কুইরগা মহাক হায়না চৎনহুনা থাজখি। লুহোংবহু ঐস্থু য়াওকই। নুপা ময়ুমদগী হল্লক্লমদাইদা মাগী মনাক্তা চঙলগা, ঐনা ঙমজবা থরা, মবুং শকুনা, মঙোন্দা পীরুই, মানা ঐগী খোঙ পারগা থাম্বা লাকপা য়াদবমথৈ কপ্লমই। লম্বীদা হনমিন্ন-রকপদা ইচে তবাবীনা য়াম্না মথরায় শোক্লা তমখি,

"ঐন নুংশিহুনা হায়ববু মমানা ইথৌ থৌওইখিদে। ঐনা য়ুম্বান-থীবসিদা থাজদবা মাল্লি। মশা মশাস্থু য়াম্না য়ানজবা, ঐনা হায়বহুদা, খোকচরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইজগবা!"

"মশা মশানা য়ানজবা হায়বহু তাবদা ঐহাক অথুকপমা পোকখিদি হায়ববু তবাবী ঈরাং পাম্বীনি, লমচৎ নাইদবীনি. মাগী ৱা মশাগী ওইজবা ফংনবনি। লাইবক ফবদগী ঐনা কনখিবনি। মহাক নীংদোন পোম্লি, পাঞ্জি য়েংনহুনা থাজখিববু করিগী নুংঙাইরোই. খল্লমই। মাগী ৱাহু তানীংখিদে, পাউথুমস্থু পীখিদে

অদুবু অঙোবী লূথ্রা ওইরে, মাগী পুন্সি অরেম্বা ওইরে। ঐবু থাজবদগী! মসিগী মৈচাক পুন্সিদা অমুক মুংপা ঙম্লরোই।

ইম্ফাল

১৫ | ১০ | ৯৫ ইং

# ফমচাক খাঙঙ্খ্রবী ইবেমপোক লৈশাবী

প্রমোদিনী

মপান কাঙজেবু দনি। মীনা পূম্নু মু। কাংজেবুং তম মায়গী মরীদে বস গাড়ীনা মী হোল্লকই। য়ামগ্নে মীনা লাইজ ঈশিংনা ঈথক হৌগুম হৌরি মীগী ঈথক লেঙ লেঙ চং। বস গাড়ী ৫০ মুক্না অমক অমেবদে লেপ্পা লৈতা নায়কৈ খুদিংদে হোল্লকপা মীয়াম্নি পৈরিদো। খঙদে কবি তৌবে-নো? মিটিংনিদি হায়। কনানা করম্না দলনা খৌনা মিটিংনো কনামতা মুন্না খঙনদে। লুপা ১০ চংবীগী মিটিংনা ১০ চংবীগী মিটিংনো মতুঙ্মু খঙনদে।

ইনুবী অমা নম্বো মচা অমা পো লাকই চৈশু অমা কোক কোক শু। ইনুরে মখাংতু কোল্লি কোল্লি তৌরে। মকোক্কী মশাকতুম্না পোক হৌরে পুমঙৌ ঙৌ। অঙকপা অমদি ইনবী অতক্ত লিজেং চাকচাক্লি। মেক্রি অমনবা মচু থোক্রবা অরাংবা ওইরস্নু লাংডি খঙ্দ্রমখৈ মোংলবা অমা শেংলি। ফুরিং মোইরাংগী ইপ্ন থোংলেন অথোইবা লিংবদবা অমা লাংজা মশা তাদগুম লিংলি। মকোক্কী মশম অচৌবদু লৈশাবীগুম শাম্না কোয়-কৈক্লে। নমায়দো ফ্রু কারে খুইবনা। কল্লা পাক্কী মপান্দা থারিবা বেঙ্ক অমদা কম পোংথারি ইনুবীতু। ইমাং ইন্দোক্রি ইকচীক লাং।

পাখং অমা ইনুবী অতুই মনাক্তা হাথু হাথু চঙশিল্লকই।
"ইবেমপোক! ইবেমপোক নত্রাও? কদোমদৈনো তৌরকইসিবো?"

ইবেন— হাওনে। নংবু কনানোনে? নশক লাকপা ঙমদ্রেনহৈ। চঙশিল্লকউনে। নশক্তো য়েংগে লাউনে মিং নানগা ফত্তবসিদা।

তোলেন নৈবু খঙদ্রবরাও, ঐ তোলেন্নে তোলেন। ইবেমপোক্কী নৌপরা অতোনবা নোংয়াইগী মচা নুপা অতোমবা মচা ইতোন তোনবা তোলেন হায়দো ঐনে ঐ।

ইবেন — অং, হো হো নীংশিংলকরে। নঙ তোলেন ওইরে। ঐদি খঙলদ্রেদনা। নহারোল অমাংবনা লংনরিবোই নীংল্লরে। হৌজিকপু নঙন কদায় চৎকে লাকপনো? ইস্কুল লমজাওসিদা নঙবো নতোমতা চংপা কিজদ্রাও? বোম্না পাল্লদি কয়দৌনি?

তোলেন — কিদে। পাল্লোই। বোম্না পাসবিবা মীতা নত্তে। ইবেমপোক ঐনা চংকদৌরিসে কলেজদনে। ঙসি ঐগী পরিক্ষা লৈয়ে। ইবেমপোক উবদ্দা উন্নলীমন শুত্তুনা চঙকইনে। অদো ইবেমপোক্না শেংলি চারিবা ফিজোলসি বায়োং চাম্‌থ্রেদা। করি করিনো নহাগী ফি ডাক্তা শেংচিল্লে। মংথাও হুত্তে হায়বতে।

ইবেন — চরোদহাই। করি মথোং হুত্তুনি হায়গে। মৈতে ফনেক শেংলদি, মৈতেগী ইনফি মত্তম হল্লদি আউটডেটেত ওই হায়তুনা মৈতে নৈশা কলেজ তমিনবা নোংনে খঙঙদ্রাও? বোম্বে, কলিকাতা, মদ্রাজ, দিল্লিনচিংবা মফমদা তমনা খরা খিং মহেল্লেসে। সিতি এয়ার পোর্টতা, অচৌবা মীরম্গী দোকান্দাগী ইবেনবু উরদি মমায় হেক্তা লৈথোকখি। ইকায়জে হায়তুনা য়েংবী লাকপীপোং নত্রেনে। অতুনা ইবেনহোয়হ্য অপটুডেট ওইনবা হায়তুনা শেংলিনিদনা খঙঙব্রা?

এঃ ইবুংঙো তোলেন নঙ পরিক্ষা লৈ হায়দাই ? চৎলো চৎলো থেঙথ্রনি। ঐদিনে কাঙজেবুংদা মিটিং তৌনি হায় লাঙলিসে ঙহাক তাহৌখিগে।

থা খর হৌখ্রবৈ তুংদা নোংমা লোক্তাক্কী শেন্দ্রা চীংগী চীংথক্তা লৈবা টুরিষ্ট হোমগী মনাক্তা লৈবা পোৎথাশঙগী ফমফমদা মপোক ইঙৌ ঙৌবা কনানো অমথক ফমলি। মতুং লোমদৈ উবনি। ফমলিসি ইবেমপোক মানখেদা হায়তুনা তোলেন চীংখাদৈ চীংথক তম চেন্না চেন্না কাখৎলকই। ইবেমপোক ওইরম্বতুদা হরাওমনখিতুনা মফমতু য়োৌফাংৎত্রিঙৈ-"ইবেমপোক" হায়না হৌনা কৌরকই। কৌবতু তাতুনা হন্না য়েংথোরকপদা ইবেমপোক্কী মনাক্তা তোলেন লেপতুনা লৈরমলে।

ইবেন — হৈমা, তোলেন নঙদি কম্না ঐ সিদা লৈরমনি খঙভিবা ?

তোলেন— আঃ অরাপ্পদৈ উবা অদা লাক্লিনে। ইবেমপোকপু নহাল কংলা পার্কতা উবদদি ইবেমপোক্কী শমতু পোক হৌজরম্মু চুবাদা তাবা শমতুদি ফনা য়াম্না উইদা ঐবো। ঙসিদি ইতাক তাক্লা চরা চরা উরে কৈদৌরে ইবেমপোক ?

ইবেন-- হেরা সে সিনিমা, ঐ কংলা পার্কতা ফমহৌইদনা মিটিং তাখিনি হায়রগা। মিটিংদো হৌবা কুইদ্রি হায়বা। কদোমদৈনো খঙহৌদে মরাঙ মরাঙ তৌরকএ। অদৈ ময়ামদো কায় কায় পংচেন্দা চেন্নে। ঙহাক লৈরগা সিফাই ময়াম্না থোমজিল্লক্লে। সিফাইশিং অতুনা ময়ামতু চেক তৌবা হৌরে। ঐস্মু ঙসিগীসি থৌদোক মতামনি হায়তুনা কাঙজেবুংদৈ থুনা থোরকএ। শোরোক য়োৌফাংৎত্রি সি আর পি ৫/৬ না ইবেনবু কোয়শিন্দুনা ফারে। অতুগা মহোয়না হায় "হন্নুবী নঙগী নম্বোতু কৌনো ? বোম য়াওব্রা ?" হায়তুনা ঐগী নম্বোসি মুনগে তৌএ। ঐগী নঙ্গনদৈ নম্বো

লাম্নবা হোৎনবদা ইবেনগী শাই লাক চিংঙিনিনে। মহোয়না চিংবদা তৎখিনে, অতুনা তাকনা উরিনে। নবেনসু কেরেট কারাটে, শরিং শারাং হাইফেৎ হৈবনিনা মুন্দুনা মহোয়না লৌবা ঙমখিদবৈ রানে। ঐনা চৈশুনা মহোয়বু কনগে তৌয়ে। তানজা অতুদা নোংমৈ মখোলমা তারকএ। মখোলডু তাবদে মখোয় ঙম্না চেন্নখিবৈ রানিদা। করিনোনে অতুক চাউথ্রবা কাংজেবুংডু মকম মরাঙ খঙদে হায়রানি। মীনা ফুনচৈনরিবা, নোংমৈ মখোলনা মরোল অমা প্রোক প্রাক খুরক হাঙদবনি কৈনো। ঐসু তৌফম অমা খঙদতুনা লেপ কোয়েং য়েংতুনা লৈরে। কোয়রৈ লয়তুনা য়েংবদা উরক্লে কংগ্রেস ওফিসকী মনীংদা উকু অচৌবা অনীখক তাতুনা লৈবা। থুনা চৎতুনা উকু অমগী মনুংদা ঐ চঙতুনা লোৎ লৈরে। উকুশিংদো শীজিন্নদ্রিবা ঙাকনে। মম্লি মম্লি তৌবা মতম, লাঙলম্বা মীয়ামডু তাক্লথ্রবদা উকু মনুংদৈ থোরকইদনা।

তোলেন – ঙসিদি ইবেমপোক্কী রারীসি তাবা ওন্থোক্লা নুংঙাইথ্রে। অদো ইবেমপোক ইবেমপোক্তে ঐনা খঙনীংবদো ঙসি তান চারিঙৈ অসিদা হংজহৌবা তারিয়ে। ইবেমপোক্তি ঙনগে হায়রবসু উনবা ফংদেদো। অতুগা কৈসু নত্তবদসু পংথেং মথেংনৈ।

ইবেন – করিনো খঙনীংলিদো হংঙো। ইবেন্না লোয়না তাক্কনিদনা।

তোলেন – অসুক কুইবসে ইবেমপোকপু কদায়দা লৈরুবগে ?

ইবেন – ঐবো ? নঙ খঙদবোরে। ঐ নবুধৌ পুরেন নাককপা, অরাং পাখং য়ুরেনবা কোরৌহনবৈ নাক্তা লৈরুইদনা। কৌরৌহনবদো ঐগীদি ইমা পোকপা ইবুধৌনিদনা। হন্দক ঐনা মালেমদা নোঙ্গ্মলকপসে খোইনৌ য়াংদৌ চান্নরোই, শাগৈ নাতৈ, মরী-মতা, ইচেম ইনেম ময়ামসু

ইবেন— মতুমদি কুপথনা হংঙক্কনুহৈ। মতম খরা ৱাংলি তাকথোক্ক-দবা। কোন্না তক্কে। ঐগী নখোসিদা য়াওরিবসে মসি মাঙখিবা মুম্নিংতা মৈতৈ হায়বা ঐখোয়গী মুংশিজগ্রবা ফুরুপ অসে মালেমদৈ মাঙগ্রগদবনি। অচাপোংতি কৈমতা য়াওদে। ঐগী নখোসিদা করি য়াওরিবগে হায়বদো নোংমদি নহোয়নে শোয়দনা খঙলক্কনিকো। মতম অতুদা নহোয়না য়াম্না চ্যেকশিন্না নখো মন্নুংদা য়াওরম্বা পোং মখৈ মফম চানা থমগদবনি।

তোলেন অতুগা ইবেমপোক অমখক্তংগা হংজখিগে?

ইবেন— করি অমুক ৱাংলিবগনে? লোইদ্রিবরাও?

তোলেন লোইদ্রি ইবেমপোক। সুপ্নগী মচা অনখক্তনি। ইবেম-পোক্না চংপা ফাও চৈশু য়াওদ্রবদি ঙমদ্রবা মতম অসিদা করম্না মফম খুদিং য়ৌরিবনো হায়বা অতু মতংগা নশুদা খর তাকপীরম্মুনে ইবেম-পোক।

ইবেন— তাকলোই। সুকতাক হেক তাকলোই হায়রিসিনি।

তোলেন্না নীংশিলকই খুল্লক ঈশৈদা শৈশক্করিবা ফৌকৈদা লৈরে ফৌওইবী, লাইজ ঈশিংদা লৈরে ঈমৈমা, লমদা লৈরে লমলৈমা, য়ুমদা লৈরে ইমা লৈমরেন শিদবী, ৱাংতা পাদবী ইমোইনু অহোঙবী হায়বত্থু।

অমুকস্থু খল্লকই তোলেন্না -ইবেমপোক অসিবু মীনা ঙাঙনবা তিনপু লাইপুবীনি হায়বত্থু চুম্লবরা? ওত্রগনা ৱাখল পেং চোইরজাংলা? মানা ঙাঙখিবশিং অতু চোইরোল ঙাক্তরা? য়াম্না অর্থ লৈবস্থু য়াউই। তোলেন থনফম খঙদে। অতুবু তোলেন্দদি ইবেমপোক পেং চোইদে, অঙাওবী নত্তে। ইবেমপোক্না ঙাঙখিবা, পীখিবা পাউতাক পাওমেন খিবিক্না তোলেনগী লমজীং মৈরা ওইরি।

চহীমুক হৌখ্রে তোলেনা ইবেমপোক লৈশাবীগা শেন্দ্রা চীংগী চীংথক্তা রারী শানখিবতু। ইবেমপোক লৈশাবীদো মনিপুরগী মফম কদায়দসু উখিদ্রে। কদায়দা চংথবলো খনানসু খঙদে। নিঙ্থবরা হীংলিব্র হায়সু খঙদে। তোলেনগী রাখল মচাতুনা লাম্বা ফংদে। তোলেনবুদি ইবেমপোক লৈশাবীনা লুনা তৌজবনি অতোন অতানি হায়তুনা।

ইখঙ খঙহৌদে। নোমা খ্বাইরমবন্দ কৈথেল ময়ায়দা বোন অচৌবা অমা পোকখায়রে হায়তুনা মীয়াম পংচেন্দা চেননৈ। কৈথেল কায়। মায়গৈ লালাই খঙনদে। কৈথেল কায়তুনা নোংমগী চরা তানজবী পোং-ফম ফন্বী পুন্নমকপ্তু মপোং মপোং পুতুনা লুথোং, লুকমায়, চেংবোল, পোল্লাং, বোরা পু ময়ুম তন চেন্না চেন্না চংখি নুশা থদেং থদেং হোন।

নুপী অনীখক রারী শা শাতুনা হাইথরকই। মহোয় অনীনা ঙসিগী বোমদো চাউমাল্লে মখোল য়াম হৌইনৈ। অমনা "মী য়াম শিরমনি।" অমতুনা "ঐ উরকই অশিবা অমা।" "কনানো শিরিতুনো" হংঙি অমতুনা। 'হেৱা নঙসু থেনরম্মানে হনুবী পোকনা পুমঙৌ ঙৌ হৌবা, হেয়াব ষ্টাইল হায়তুনা শেংনা মতমকা মরক মবক্তা তৌবা হনুবীদো কৈথেল খূদিংগী চিদাইদা ফমতুনা মঙ্গা অচানবকা চাবা অচাঙবীদো অতু মাল্লি। পেং চোইরবা হনুবীনিদা। শিজখিবনা ফরজাংনি। অতুদা মীশিতু কয়া মথোঙ চাদবতুদা নুংঙাইতবৈ রানিদা।"

কৈথেল নুপী হন্নিনশি ঙনঙ্ঙ ঙানেখি হনুবী পোকহৌবী অদো নুংশিব্রেদা মনহন্দ। এপো মচামসু পোজেনে। মকোক্তি বোমনা পান্দুনা ইতোই হেক তোইরেদো। করিনোমে ঈ য়াম থোকখমাল্লেবো। মানা ভুরিবা মফমদো ঈনা পুমঙাঙ হেক ঙাঙবা। অমনা নিরম্মনি অহলদো।

অমনা "শিদদি ঈ অত্তুক য়াম থোক্লগনো !" অমনা "অহলত্তগী মচা মশু নৈরমনিনা মহোয়দি তারমখিরোইদো। অহলদো নুংশিংদা !"

লমজাংদা শানখিবা রাবীশিংছু তোলেন লোইনা তাহৌই। মিতুন চোংখি। ওইবমতারে হায়দুনা মহাক নুংশা থীনা মিপাইবা অমা পোকলে। খ্রাইরস্বন্দ কৈথেল তম চেন্না চেন্না হাইগংখি। হাইথনরকপা নত্তুনা হাইগংখিবদি অমত্তা য়াওদ্রবনি লম্বী চংলিবশিংদো। লম্বী সড়ক্কী নাক য়েংনা লেপত্তৌরিবা ঈ-পাই লৌরিবশিংদুনা হাইগংথ্রন্নু হায় তোলেনবু থাম্বনি। তোলেম্না য়াদত্রে হাইগংখিবনি।

তোলেন চেন্না চেন্না লাকপনা খ্রাইরস্বন্দ নৈথেল য়োরে। থোং নম্বোনবী লানখিবা রানা থোকই। মীনা থুরক হাজদে কুক কুক ইননৈ। চাউথ্রবা কৈথেল অদো মীনা পূমথল থল্লি। তোলেননা য়াম রানা মীয়াম মরক থায় খায়দুনা চংশিল্লকই মীযাম্না ওনথিল্লিবা মফমদু তান্ন।

ট্রবে শোক্লিবা অত্তু মাগী মবেমপোক হন্নুবী নৈশাবীত্তুনি। চেক উবমক্তদা চোনশিনখি "ইবেমপোক" হায়না কৌদুনা। থানা অনীনা "নঙ চঙবা য়ারোই" হায়দুনা তোলেনবু মখুৎ নামা নামা পায়দুনা থাম্লে। শোক-কলিবা শিরিবা মফমদি খ্রাইরন্দগী থামু নৈরিত্তগী মথোঙ মনাকমক্তদনি। বোম স্বাদ অমা লাক্তুনা হন্নুবীত্তুই ময়োম নম্বোত্তু বোম য়াওরম্বা য়াই চিংনত্তুনা য়াম চোকশিন্না নম্বোত্তু ফাকলি। তোলেম্না হন্নুবীগী মনাক্তা চংগে মশু থোকই হায়জ। থানানা ময়োম ফাক লোইদ্রিফাও চঙবা য়ারোই হায় খাল্লি।

তোলেম্না থুদক্তদা মী শিংলকই মবেমপোক্না নজোন্দা হায়রম্বা রাফম অমা "নবেনদি অমবনি। শিনা নাইরোইদবা। অত্তবু করিগুম্বদা শিবা তারবদি টিকেন্দ্রজিৎ থাঙ্গাল অনীনা ফাঁসি শগাই কাখিবা মফম অত্তুদা ঐ শিগনি খোয়দনা। নাত্তুনা নবেনদি থক শিরোইকো। নঙ মসিমম্তু থঙজিল্লুকো। অতোম অতাংনি হায়দুনা ইবেন্না নঙবু নুংশিত্তুনা হায়রম্বনি। অতৈদদি নাং হায়দোক্নুকো ইবুংগে।"

বোম ঙাদনা ময়োম ফাক্তুনা য়েংবা লোইরে। চিংনতুনা য়েংবনি বোম য়াওরমদ্রে। য়াওরমলিবদি করি করিনো—ফনেক কুমজিংবী অমা, খামেন চংপা ইনফি অমা, লমথাং খুল্লক অমা, লিশোম ফুরিৎ অমা, সনা খুজী পোপচাউবী, নাদা য়ান্নবা চোমাই, কিয়াম লিকফাং, হৈয়াই থানবী ঙাঙ্গায় পরেং, সন্দ্রেম্বী পরেং খুদোপ মরৈ অসীনি।

য়াওরমলিবা পোৎশিং অতু উবদা য়েংলিবা ময়ামতুনা হায়নরকই—মিউজিয়মদা থমগদবা পোৎ ঙাকনি, মিউজিয়মদা পীখিবনা ফৈ, পীফম থোকই। কনানা খঙনি অহলসিনা মিউজিয়ম তান্না লাকপদা য়ৌবা ঙমলমদনা লমখাদা বোম্না পান্দুনা শিবা ওইরম্বসু য়াই।

থানা মংকোক অতুনা "অশিবা হকচা অসিনা মোর্গতা পুখরো। অতুগা তোলেন নঙনা নবেমপোক্কী পোৎচৈ ফিরোলশিংসে নীংথিনা ফজনা য়োমশিল্লো। লাকও ঐগা লোয়ননা মিউজিয়মদা চংসি মহোয়দা পীরুনবা।" হায়। তোলেনসু নবেমপোক্কা য়ামনা চোকশিন্না শিন্নরমতুই মতুং ইন্না কুপ্পা শেন্নজে ফজনা য়োমশিল্লি।

অম্সুম্না তৌনরিঙৈ তানজা অতুদা মন্ত্ৰী অমৈ গাড়ী লাকই। গাড়ী খামতুনা ময়াম কোয়শিল্লিবতু করি তৌনরিনো হায় য়েংদৈ গাড়ীদৈ কুমথরকই। লৈরমলিবা, তৌনরমলিবা পৃম্নমক হংতুনা তমতুনা খঙলবা মতুংদা মন্ত্ৰীনা মাই প্ৰাইভেত সেক্ৰেটারীদা তোলেনগী মখুৎতগী ময়োম অসি লৌরগা পুবো মিউজিয়মদা পীরুসি হায় পুখি। তোলেন অমদি থানা ময়াম অতু তিঙক তিঙক মন্ত্ৰীনা চংখিবা মায়কৈদা য়েং লৈহৌই।

তোলেন মখুৎমক্কা নবেমপোক্কী পোৎচৈশিংদো মিউজিয়মদা শিন্নজনীংবনি। অতুবু তোলেন মতু ফংখিদ্রে। অঙম্বদি অঙম্বনিদনা। তোলেন করি উপায় লৈরি? নীংবা কায়বা নত্তনা।

থা ৫/৬ কি মতুংদনি। নোংমা তোলেন্না মবেমপোক্কী শামু মখোঙগী থৌদোক্তু খংনীং নীংশিংলকই। থিন্দনা মহাক মিউজিয়ম তম লাকই। মবেমপোক্কী পোৎচৈশিংতু করম্না লৈরিবগে নত্রগা লৈতবরা হায়বতু য়েংবা লাকপনি। মিউজিয়ম মনুংদা কোয়চৎ চং য়েংবদা থেংনরে মবেম-পোক্কী পোৎচৈ ময়ামতু ফজনা থেন্দুনা মিংশেল উপু অমগী মনুংদা থম্না। তোলেন মতু উবদা হরাওজে মোমোন নোকচৈ। অদে খংশুক শুকথখি মমিং ঙৈরা চেনখি "ডোনেটেদ বাই ডি ওনরেবল মিনিষ্টর" হায়না থেংলম্বতু উবদে।

তোলেন উপায় লৈতে। অঙম্দি অঙম্লিদনা

তাং ২১। ৯। ৯৫

# চোংলোম উক্তবদা

নীলবীর শাস্ত্রী

"ঈচে! ঈচে পোম্বা! ঈচেথোয়গী শনাপদা কার অমত্তা থৌজিল্লক্কে?"

"হাউ, কনাগী গাড়ানোনে!"

"অা ওবা হুহারগী, ঐখোয়গী শোরাং য়াওগদৌরিবা। ঐখোয়গী লম্বা চিনবসিদা ক্ষোরেল শোরাং লোইনা ফাওবা ঈশৈ য়াওহনা লৈখিগদৌরবনিনা।"

"হোঈ তোঈ, থৌজিল্লকউ য়ানি। ঐখোয়গী গাড়ী থৌদোকপা য়ানবা মফম য়েংহনা থম্মু হায়গ।" অসি হায়বগা তোম্বী ইমুংদা চঙ্খ্রে। থল্লকই—শোরাংগী ঈশৈ সাওনা লাকপা কার তোহনা লাক্লিবা মীহুৎ কনানোনে? পুদিদা চাকুংগি লাকই. মশক্ক যেংনিংলকই। অমুকস্মু থল্লকই- তৌফিক বাল অসিদি পুং মৈনা, ঈশৈ শকপা ওঝাশিংসি শৈফম অমমদা লুপা চঙ্গ চানরদি চাং ওইনা অস্সম তারে হায়নৈ। ঐখোয়গী অরাং ৎবগী পুং মৈ। মনাজাত্তবসি ময়ম নকৈ চেরুগ শাখ্রে। চৎপস্মু স্কুটরদা ওাক চংগি।

ওঝা তুহারেন্থুগী ড্রাইভরথুনা বারেন্থু শুনাং তাল্লা পোজিল্লকই। মাস্থু পালা য়াওগদৌরিবনি। মারুতী কার অহনম্বুগী পেংন্থু পালা ড্রাইভরথুনা হাংদোকই' ওঝা তুহারেন্থু য়াম্লা চিং-লেম্লা থুংশরকই। শারান্দু চাউদ, শারেদম্মি, কুলৈ পুর্থোনি, শংকু য়াম্লা ফজবা নংত্রবস্থ রাশী য়াম্লা লৈ। য়েংবদা মিংনা ওয়াউবা শকফন্নি।

দাবা মপান্দা তোম্বী য়াম্লা ওক্রা য়েংথুনা লৈ। কুমাব তুহারনা য়েংথোকখবিদা অনিন্থু মিংচানকবে। মন্থে মন্থে ওক্রা অমস্থুং চিংননা য়েংনৈ।

কুমারনা নোককেং তৌনা হায়রকই- ''ইবেম্মা তোম্বী নংত্রাও, কলেজগী ওঝা।''

"মামিনে, তামোদ থবক তৌদথুনা ঈশৈ ওইনা তৌবিরবোইরে ?"

"হৌজিক কালাসদা য়াচং-রানোম শেল পীজবাকনা জনজাল ময়ামস্থু হৈনত্রথুনা নাম শোনবা সিনথুম ফরগদৌমাল্লে হায়থুনা হিংবা ওম্নবা পংহোং হোংনরবনিদা।"

তোম্বীনা নোক্লথুনা হায়রকই "শিনফম পুন্নমক নিংথিনা তৌরবদি মথুনা পুক থাকপা ওম্নব দ অফবা ওক্নি। অন্থু ঐদি শোরাং চংলোই হায়থুনা তৌরম্বনি, ওঝাগী ঈশৈ তাবা লাকপা তারেদনা। হোরেল ঈশৈ লোইরগা চা ফানখিসিকে। ঐথোয়দা।

ওঝা কুমাব শোরাং মফমদা চওখ্রে। ওঝা তোম্বীখোয়গা ইংখোল লোন্নবনি। ওঝা তোম্বীনা কলেজগী ছাত্রী ওইরিঙ্গেদা কুমারস্থ ছাত্র ওইখি। ছাত্রলিংগী অন্দোলন অমদা লোকস্থ চওমিন্নখি। মানা কলকত্তাদা এম, এ, তম্বা চংলগা লেনদা ইম্ফালদগী কলকত্তা ফাওবা অমুকথক এরোপ্লেন তোংমিন্নখি। মতমস্থুদা কুমারস্থ কলকত্তা এম, এসসি তম্মি হায়রম্মি।

ছুটি হুমিংকা ওইবনে, ওঝা তোম্বী ওসিদি মখোয়গী শোরাংতু ঙাই-হাক্তুম চংলুগে থল্লে। খোইদোক্সু এম এসসি পাস তৌরবা মুপা অমনা থবকককা তৌদনা ঈশৈ তৌদুনা, পালা য়াওদুনা হিংলি। মদুগী ইনকম্না মাকতী কায় তোংবা ঙম্মি। থাইনা মমাংঙৈদদি পালা ঈশৈ তৌবা মীশিংসি য়াম্না লাইরবম্মি হায়। অদুবু ওসিদি নট ঈশৈ তৌবশিংনা স্কুটর, কার তোংদুনা ঈশৈ শকপ চংনরক্লে। পাকা বিল্ডিংদা লৈনরক্লে, মসিস্থু মতম্না পুরকপনি।

শোরাংকী ঈশৈ হৌখিবা ফনা কুইরে। তোম্বীসু য়ুমগী থবক ইংথাং লোইশিল্লগা শোরাং মফমদা লাক্লে। মহাক কুমারনা দুহার চংদুনা ঈশৈ শকপদু য়াম্না হেক য়েংনিংলম্মি। মানা হেক ফমথবগা ঈশৈদা শ্রীমতী রাধিকানা অভিসার চংপগী মতাং শক্লকই —

"লেঙলক্লে নিংথিবী রাধিকা, মতাশিংগা লোইননা, শামুগী শাজত্তা, কাংঙগী খোঙথাংদা ......। দুহারগী চোলোম তৌরকই ; শামুগী শাজৎ মান্না চংলকই ; কাংঙগী খোঙথাংগুম থাংলকই। লৈবনে. চোংবনে, করতাল তপ্না খিংঙি হৌনা অমুক অমুক খিংঙি নেম্না অমুক রাংনা হাই-হুম্লকই — য়েংলিবা ভাবোক পুম্বা মমিং কুণ্ডে, ময়া কাদুনা লৈনৈ। শেল থাবা কাঙবুনা পাইশিন্দুনা মঙা চংপী ময়াম পোরোপ পোরোপ থাদনৈ। ওঝা দুহার শেল কবা লৌশিনবীবা পোৎ নত্তে দুহার মথংদুনা শেল খোমজিল্লি। কুমার মীওই-মীতৌগা ফবনে, মশক-মতৌনে, মাগী খোঙথাং মানা লৈরকপা চোংলকপা পংফদা ফজৈ। দুহার চোলোম হেক লোইবগা পুং য়ৈবদুনা অমুক চোংবনে, ফনবনে. হুনবনে তৌদুনা কন্না য়ৈরকই। মদুদসু ময়াম হোৎচিন্নদুনা মঙা চংপী ময়াম পোরোপ পোরোপ থাদনৈ।

তোম্বী কুমারগী মতৌদু উবদা পুমওক ঙকখ্রে। মপুন্সিদা মৈতৈগী নট সংকীর্তনগী ফজবসি ওসিনা অহানবা ওইনা উবগুম তৌই। শেল

চঙবামখৈ এম এসসি ফাওবা তম্লুরগা, লাইরিক নিংথিনা হৈরবা নূপা অমনা ঈশৈ তৌদুনা শেল তাল্লি অমসুং পুন্সি লেল্লি। তান চারুবা হায়বদুনি মাগা ওঝা ওইমিন্নবী মমান্নবী অমসু কোক হেক লাক্লে। মখোয় অনি ঈশৈ তানা অমসুং য়েংনা কুমার দুহারগী মরীদা চিবোন চিবোন ৱারী শানৈ। ম্যাগী মমান্নবীদগী খঙলে মদুদি কুমার চহী ফনা লিরবা ফাওবা ময়ুম পাল্লি। মাগা মুংশিনজবসু লৈরম্মি! কুমারনা থবক ফংদনা লৈবা, নূপী অদুনা সরকারগী ওফিস অমদা অফবা থবক অমা ফংখিবদগী মখোয় অনি কায়ননবা মরম অমা ওইখি। নূপী অদু ওফিসার অমদা ময়ুমসু পানখ্রে। কুমারনা ঈশৈ তৌবসিমক ওফিসতা থবক তৌবী নূপীদুনা য়ান্নমক পান্নমদে। নিংবা কায়রবা কুমারনা চহী লিরবা মতম অসি ফাওবদা ময়ুম পান্দনা লৈরি।

শোরাৎ লোইরদুনা মী পুম্বা ময়ুম ময়ুমদা হল্লখ্রে। ওঝা তোম্বীসু ময়ুমদা হল্লক্লে। হল্লকপগা চা থাক্লংতুনা থমখ্রে। কুমার দুহারসু তোম্বীগী শুমাংদা য়ৌরক্লে। মাগী সেবক পালা য়াওবা ড্রাইভরদুনা কোয়েৎ, শোরাত্তা থাবা ফিগী ময়োম অনিমসু য়েৎ ওইনা পায়রদুনা ওঝা কুমারগী থৌগলগুম লাকই। শুমাং হেক য়ৌরকপমক্তদা তোম্বীনা নোক্তুনা হায়রমই—"ওঝা দুহার! লেঙশিল্লকখো, চা ফানখিসি, চা লোইদুনা লৈরবস্মি।" কুমারনা হায়রকই—"চাদি লাইবু লাইরি, ঈশিংদুম হান্না খিত্তা পিথকখো। ঈশিংদু ঈংবদি য়াদেকো, লুমবু লুমবু শাবা।"

"ঐ ভাব তাজরে, ঈশৈ তৌবনিনা লোক থুংগনি ঈশৈ শকপা য়ারোই সিনিনে?"

চা থকমিল্লদুনা ৱারী শাই। তোম্বীনা হংলকই—"ওঝা দুহার ঙসিগীদি শেল কয়ারোম তাই?"

তুহারগী সেবক্তুনা খুম্মকই "শেল ওইনদি চহুম্লোমদনি। ফি রোলসিসু লুপা চামরোমগীদি ওইগনি।"

"খা অমদা কয়ারক্তি শকই ?"

"একাদশীগুম্বা ব্রত নুমিৎকুম্বদদনি লেপ্পা, অতৈদি অয়াম্বা মতমদা বার্ত্তন অহুম ফংই।"

"এঃ! অহুদি ঐখোয়গী তলপতগী ওঝাখোয়গী শেন্থোকসিনা য়াম্না হেনখ্রপোৎনিনে ?"

কুমার নোকফেং তৌনা খুম্মকই—'হোয়, নাব য়েকপমক য়াওবি-দ্রবদি থরদি মফংলে।"

"অদো ওঝা ঐস্মু ঈশৈসি য়াম্না পাম্মিবু। ছাত্রী ওইরিঙৈদা স্কুলগী ফংসন্দ ককাপ্ত শকখি হায়বা। অদো ঐখোয়গী তামোখোইনা ঈশৈসি পামদে তৌগ্ল হায়তুনা খিংখিবা ... অদো ওঝা থরা থরা তম্বিগেরা হাইনি ? ঐদি য়াম্না তম্লিংখ্রে। মরু ওইনা গীত গোবিন্দ হায়বদো মতু থরা তাম্বিগনে।"

লৈশাবী শরীগা পাখঙ শরীগনি। মতিক চাবা ঙাক্লি। অমনা অমগী মাইকৈদা পুক্লিং চিংশিন্নবগুম তৌই।

নোংমাইজিং খুদিংগী ওঝা কুমার ওঝা তোম্বীখোয়দা ঈশৈ তম্বিবা হেক হেক লাকই। মরক মরক্তা সিনেমাসু য়েংমিন্নৈ। থা থরা হোখ্রে। কুমার তুহার থা অমগী ওইনা ঈশৈগী বার্ত্তন লৌখিদ্রে। মহাক তীর্থ চৎকদৌরি হায়। ওঝা তোম্বী থা অমগী মেদিকেল গ্রাউণ্ডদা কলেজদগী ছুটি লৌখ্রে।

১২।২।৯৬। ইং

# মৈতৈগী ঈজ্জৎ

এল্যংবম সোনামনি সিংহ্

ইজ্জৎপু শেন্না লৈবা ফংবরা? পৃথিৱিগী মনুংদা মৈতৈ জাতিমুক ঈজ্জৎ লৈববু মফম কদায়দা লৈরমগদগে? মৈতৈশিংগী মরক্তা হায়ন-রিবনি--মশাগী ঈজ্জৎ ঙাকুবা মশাগী মগুন ঙাকপদা লাইরেন্না লফুৎ কাহ্নুনা শিরিবনি। মশাগী ঈজ্জৎকীদমক মৈতৈদি থরায় পোম্থা ওইরবসু হন্নদ্রিবনি। খম্বগী মপা পুরেনবা ঈজ্জৎ ঙাকুবগীদমক মতম চাদনা পুন্সি কেমখিবনি থরায়না পোম্থা ওইখিবনি। মৈতৈ জাতি ঈজ্জৎকীদমক হিংলিবনি। মৈতৈবু মৈতৈনা শৌগংনদ্রবদি জাতি অতৈগী মমাঙদা মশাগী ঈজ্জৎ ঙাকচবা ঙমলোই অহুনা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা অমগা অমগা শৌগংনহুনা মীপান তাংদনা হিংলম্বনা মশাগী ঈজ্জৎ ঙাক্লা হিংবা ওন্নম্মী।

চহি কুম্থ্রা হেন্না চাকরী তৌরবা তুংদা খৃ: ১৯৯১ ইংগী ওক্টোবর থাদা থবক্কুগী পোত্থারে শগোলশেম ইবোতোম্বী। কেরানী মচা অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি। চুম্না থবক্তা খোয়জংনা তৌরকপনা তপ্না তপ্না প্রোমোসন মথং-মথং ফংহুনা মমৈদা জোইন্ট সেক্রেটারী ওইনা থা খরা থবক পুরম্লগা থবক্কুগী রিটায়ার তৌরকপনি। পেনসন ফংলবা

মতুং চহি অমি হৌগ্রে, পেন্সন ফংবগী পুন্সি মরেন খজিক্কুং হৈনরক্লে। অহানবা থবক্কুগী হেক পোখাবা মতম অতুদা চাবা থকপা মতম খংওন ওনবা অমদি লুহিগী তৌরম্বা শিনফম খংলেপ হেক লেপখিবদা পুমহাঙ হাঙবগুম শুফম নোমফম খঙলমদে। মতম খরদি পুং তরা হেক তারকপদা নুমিৎ খুদিংগী লৈফম খঙদনা মফি মরোল শেংলগা অফিসকী মায়-কৈরোনদা থবক অমা লৌগা অমগী মিংদা হেক হেক চংলুরগা ময়ুমদা হেক হেক ওল্লকই। ফনা রাখি; সরকারগী অফবা কর্ম্মচারী ওইরুবনা মশাগী হোৎনবীস্সু লৈহৌদ্রে মপানগী মরূপ মপাংস্সু তিম্নহৌদ্রে। অত্থুনা হৌখিবা খঙহৌদবা মতমসে মঙোন্দদি য়াম্না শাংবা লোইখিবা নাইদবা ঙাইবদা রারবা অমা ওইখি।

মম। মপানা লাইরিক ফবা ছাত্র অমা ওইহন্নীংহুনা লাইরিক্তা থরায় য়াওনবা হোংনবদগী অহৈ থবক শুহনখিদবদগী তনবা হেনখিহুনা শুমাং রাইশিংপা চংক থোংনবা শীং খায়বনবিংবা ইমুং মহুংগী থবক থানাদা মতেং থক পাংলক্তবদগী শীং খায়বস্সু হৈত্রে করি অমুক হায়গনি কাঞ্জল খন্নবা য়োংগী অনা ফাওবা চুম্না ধাবা হৈরে। অহুনা অসিগুম্বা থবক মচা অ.। ফাওবা ম নেকপা ভারম্মী। সরকারগী থবক তৌরিঙৈ পেনসন লৌদ্রিঙৈদদি মীগী অরাংপা লৈবমদে শুকরাৎ রাংলোইদবোই নীংলম্মী। মতম অতুদা শুমাং লিলা ংমা য়েংলুবদা পেনসন ফংলবা অফিসার শাবহুনা হায়খিবা " পেন্সন ফংবা হায়বসে লুঙাইতেদকো। ঙবাং নহাক্না মীনা সহেক্ট-নুকোই থল্লম্বহু ঙসিদি অমা ফাওবা হেক উদেদা।" মতু ভাবদা নোকইংখি অমসুং মযাম্না নোকপদা মাস্সু য়াওখি। অত্থবু কাওবদি য়াখিদে থোইদোক্লা পেনসন ফংলবা মতম অসিদদি তংশং তংশংনা তত্তুনা হেক নাংশিংহুনা লৈ মীগী মতেং লৌহুনতা চহি তরামরী মঙা লৈরক্লবসিদদি মতেং পাংশিনবা লৈরম্বহু খংলেপ লেপখিবদা ফন-নীংখিনা রাখি। থবক খুদীংমক মথক্তনা মীগী মতেং য়াওদনা তৌবা

তাখি : থোইদোক্লা অমত্তা পোকপী মচা মুপী ময়ুম পানগ্রবা তুংসিদা। অহুবু চহি অনিরোম শুররুবসিদদি খিক্তং হৈনরক্লে। শুমাং ব্রাই শিৎলে, চাকথোংনবা শীং খায়রে, থোং-থারুব, ঈশিং তুরেন্দগী টোটিদগী নক্রগা পুখ্রিদগী হোল্লে। পুখ্রি তুরেন কুমত্তনা ঈরু-মায়থজবা ঈজ্জৎ মাঙবনি খল্লক্রে। ফিরোন কাস্থ শুবদা মাগী মুপীগী মতেং পাংবা ঙম্লে। কৈথেন ইথেন কাহুনা মনা মশীংকা লৈবসু অত্থম মঙম্মে। মাসু থবক ময়ামসি তৌবা ঙম্বকপদা ঙকচে। ছাত্র ওইরিঙৈদা এনসিসি য়াওরকই অহুনা দিগ্রিটি ওফ লেবর ফজনা খঙই। মরম অহুনা মেনুয়েল লেবরদা থবক শুবদা করিস্থ হঙ্গোইব ইকায়বা লৈতে হৈনরমদবগী ব্রাতনি অহুবু মানা ফন তৌহুনসু হৈত্রবা থবক খরগীদি মীঙোন্দা শেলতিংনা নেকপা তারম্মী।

খঙহৈদনা মাগী য়ুমগী থোঙজাও অমগী থোঙনা অহু নাম্থোক্লুনা তারক্লম্মী অহু শিন্দোকপা দরকার ওইরে। মিস্ত্রি অমা থিহুনা শেমহনবা তাই কনা কৌরনি? খঙনীং নীংশিঙলকখি— মাগী মরুপ উশুবা খুন্দোংবম অমু। মথংগী অয়ুক্কা হাইদোক্লুনা উশুবা অমু উনকই হায়কই। মখোয় মখোয় অনি ভায়া ভায়া কৌনৈ।

"ভায়া অমু! ঐগী য়ুমগী থোঙজাও থোঙনা অমা কিস্তরাক্ল অমুক্কা শিন্দোকপীয়ু অচনবা থোঙনাসু লৈরবনি।"

"হোয় ভায়া ঐ হংচিং অয়ুক লাকচগে।"

ইবোতোম্বীগী মরুপ খুন্দোংবম অমু উশুবনি মখুৎ নাল্লি চেৎলি মানা চনবা কাংথোল উপু থোঙ মখুৎ চেৎলি ফজৈ হায়না মণিপুর থুংনা মমিং চৎলি। অঙাং ওইরিঙৈ য়াওশং শানবা রা হুরানবা চাকচা হৈজান্নবা মপু খঙহন্দনা লোন্না কোবি থেকপা চু থেকপা হুবা মান্না

হৈবনি ; মপুনা তান্নরক্লবগ মাবু থক ফাবা ঙমদবনি। হেক হেক ফাবদি ইবোতোম্বী মহাকনি। অদুম ওইনমক জাপান লানগী মমাঙদা য়ুম খুদিংমক ঈংখোল কোইনবা মনামশীং থানবনিবা অঙাংশিংনা খর থেকখিবা হুখিবা অত্তু কৈস্ত খোমথা লিনথা থানরমদে।

অমু মুক্লাস্তু ফজনা হৈবনি। য়ুমলোন কৈরোম্নবা লৈকায়গী য়াওশং কোয়বা কাঙবু কাঙবু মরক মরক্তা শীংনত্তুনা মুক্লা শান্নে লাম্বা লাম্বা থোক্লত্তুনা। মাগী লাম্বা অমত্তনা মাবু পাখিদে মানা মথোয় লৈকায়গী মহুং শিন্না মুক্লা শান্নবা থোকই লাম্বা থিংদে। তকশংনবী ফাওবদা মানা লোইনা থাত্তুনা কবিগুম্বা চহিদদি মহাক মুক্লা যাত্রা ওইখিবনি। অত্তবু লাইরবা ইমুং, মমা লুপ্তানা য়োকপা ওইবনা ক্লাস সেভেন ফাওবা তম্নবা তুংদা লাইরিক মথা তমগবা ঙমখিদে। পীক্লবা মনাও-মচনশিং থাকপদা মমাগী মতেং পাংনবা থবক শুত্তুনা পৈশা তানবা তাখি। অফাওবা ওবা অঙোম অমুবীগী কাবখানাদা উশুবা তমত্তনা থবকশুবা য়াওখি, পৈশা তানখি। মত্তুদগী মথোয় অনি খর খর থাপ্তোক্লখি। অত্তবু য়াওশং থাবল চোংবা, চাকচা হঙানবা মতমদদি হেক হেক পূল্লি। মতমত্তুদা মাদি মশানা শেল থোকচরে, ঠিকাদার মতুং ইন্দুনা চীংদা সরকারগী অমদি চীংগী খুঞ্জাশিংগী য়ুমকৈ শাবা য়াওবত্তুনা শেল জোম জোম খরচ তৌবা ঙমলে। অত্তুনা অকোয়বা লৈশাবাগী মমাঙদা ছাত্র ওইরিবা মঙোন্দগী হেন্না অমুনা কলেজা তৌবা, মহাক্লা কল্লকখিদবা নত্তে। মবুক্তা খনখি মহাকস্তু মশানা শেন থোকচরবা মতমদা অমুনা করিস্তু মঙোন্দগী কলেজা হেলহনলোই।

মুমিৎ নিনি হুয়ী ভাইরে অমু লাক্লে। হায়নবা নুমিত্তু থবক অতৈ চথোক্তবমথৈ ওাইবনি অত্তবু অমুদি অত্তুম লাকখিদ্রে। ইবোতোম্বী হাইফেং খোয়দৌ শাউগংলি। অত্তবু তান চাদত্তুনা তৌরমাল্লে খল্লি। চয়োলমক্কী তুংদা অমুক চত্তুনা উন্নরুই—

"করি তৌরে ভায়া লাপীদ্রবদে ?"

"ভায়া, থবক থাদোকপা য়াদবা অমা লৈরম্বুনা তৌবনি। মশেম নিংথৌকাবা মুমিৎকী অয়ুক্তা শোযদনা লাকচরগে।"

"শোয়রোইকো"

"শোয়রোই"

"অদু ঐ অমুক কৌবা লাকখিদ্রা ?

"হেরা ওন্থোক ওন্থোকপা। করিগী অয়ুক কৌবা লাক্কদগে ভায়া! ঐ শোয়দনা লাকচগে অয়ুক পূং মাপললোম তাবা কান্দা।"

"ফরে ফরে ভায়া শোয়বীরনুকো," হায়রম্লগা ইবোতোম্বী হনখ্রে।

মুমিৎ অদু অয়ুক্তা ইবোতোম্বীগী মতু লৈমা অদু মকোক ঙাওবা হৌই হায়দুনা চাক ঈশিং অমত্তা থোংলমদ্রে। হন্দক মরক থা অমা অনিসি মশা ঙমদে ইমুংগী থবক মতেং পাংবীনবা মী অমত্তা খিবিয়ু হায়বনি। মরক মরক্তা মচান্নপীদু লাক্কুনা হেক হেক মতেং পাংবীরবনি অদুবু মাসু নুপা ময়ুমগী য়ুম অমা পুরিবনিনা পঙনা লাকপা ঙম্লমদে। মখোইগী লৈকায়দা লৈবা মৌনহা লৈবাক্লদা ইবোতোম্বীনা হায়খি:—

"লৈবাক্লে ননম্মসে হন্দক মরক মশা ইঙম ঙমদে—মতম খরদংদি ইমুং মনুংগী থবক খর খর মতেং পাংবীয়ু- থাগী ওইনা তৌরবস্ম য়াই কয়ামুক্তো হায়য়ু।"

"ফনি তাইবুঙো : ঐ লাকচগে। করিগী পৈশানো ?"

নোংমদুদং লাক্লম্মী চাক-ঈশিং থোংদুনা চাখি--মতৈ মনাওবুস্মু পীজ পীথক্লম্লগা কোল্লিক হাইরম লোইনা তৌবিরম্মী।

মানা হায়খি:—"হয়েংদি ঙন্তা লাকউকো ?

"ফনি তাইবুঙো।"

অদুবু মথংগী নুমিত্তদি লাকপীদ্রেময়ুমদা হংলুবদসু অয়ুক চথোক-খিবদগী হল্লক্রি হায়রকই। মতমদুদা মচানুপী লাক্তুনা নোংমদুমগী থবক—থনাদি লোইশিল্লে লৈমসু মশা ঙমদবা খর ফরে। অদুবু লৈবাক্লেদি শুরাক লাকখিদ্রে।

ইবোতোম্বী অমসুং অমু মখোয় অনিগী খুল্লোন্নবদা লৈবী থোকচোম নিঙোল লৈবাক্লে ইনখৎলকপা মতমদা ফজবী অমনি হায়না মমিং চংলম্মী। থাবল চোংবা লিক্কোন শান্নবদা লৈকায় অদুগী লৈশাবী মরক্তা মচান তোংবী লুচিংবী ওইরকখি। মশক ফজে মতৌ লৈ মমা মপা ইনাক খুল্লি।

হায়স্কুলদা ক্লাস সিক্স কারকপা মতমদা মমাং লৈবী খ্বাইনা খঙনবী ওইখি। স্কুল কারকপদা লাইরেন মতুং ঙা-ইনগুম পাখঙ শোইনৌ ছরী কয়া স্কুল অকা-অকুম লৈকাইগী ঈশিং শোকফম কয়াদা লৈবাক্লে মতুং ইন্নখি। অদুনা মমান্নবী অতৈদগী মানা হেন্না খঙজিন উশিনবী ওই-রক্তুনা কাঙখুন্দা মপাল শারকই। নুংদাংবাইরম পাখঙ শঙ্গু শঙ্গু ময়ুমদা তিনখি। মাঙ্গোলদা ফিদা থাবা লারৈ কোনবা হিদাক হানবদা থৌ অমা ওইখি। ইল্লিবশিংগী মরক্তা অমু ইবোতোম্বী খোয়সু নোং ফাদোক য়াওরুই। অদুবু ইবোতোম্বীখোই লৈকায়দা লৈবা পাখঙ ছরী মনি গুন্দা—য়াম্না শাথি হায়দুনা থীগন হায়রগা খঙনবদুগী খুত্তা তাখি। লৈবাক্লে থীগন্না ফাদুনা লৌখি লাইরিক তম্বা লোইখিদে। ঙন্না মথং মথং মচা তরুক পোকখি। নোংমঃ খঙহৌদনা গাড়ী এক্সিডেন্টতা থীগন শিখিদুনা লুখ্রা ওইরবী লৈবাক্লে মচা তরুক অদু থাক্লবা লাইরিক লাইশু তমহন্নবা মানা তৌদবা থবক লৈরমদে। ফৌশু চেংশুবদগীনা কোল্লিক-রাইরম তৈবা চাক-ঈশিং থোংবা ফিশু-ফিজাম্বা কৈথেল কাবনচিংবা লোইনা তৌই। অদুবু মমান্নবী মৈতৈ মুপীলক্কদি

ঈজ্জং লৈনা হিংবী ওইরম্মী—অহুগুম্বা থবক তৌই হায়বসে খ্বাইনা পংখঙ খঙনরমদে। অমুক ঙন্না হৌগংলগা থবক শুবদা শেংনবা অমনবা ফিহু খাও অমদা হাপচিল্লগা লৈজবা তরু তরুম্বা ফি শেত্তুনা বাজারদা কানিয়াগী য়ুমদা নল্লগা বাবুপারা লম্বুলেন্দা ময়াং নল্লগা হাও অফিসারগী য়ুমদা চংলগা থবক শুরুই—ফিজু-ফিজাম তৌবা কোল্লিক ফেংবা হুরাই-চেংরাই থপ্পনচিংবা ইমুংগী থবক থনা তৌরগা মীখ্বাইনা অফিস কানখ্রবা তুংদা ময়ুমদা হল্লত্তুনা মচাশিং থোং-থাক্তুনা পিজৈ। অম্মুম্না মীনা হংলগা থবক চংলিবনি হায়। কনাগুম্বনা মহাক সরকারগী থবক তৌরি হায়না হায়নৈ।

ইবোতোম্বী নুমিৎ নরি-মঙানি ফাওবা ঙাইরে অহুবু অমু লৈবাক্লে অনিমক শুক্লাক লাকখিদ্রে। ময়ুমদা অমুক অনিরক চংলুবম্মু শোয়দনা লাকনি হায়রকই অহুবু লাক্তি শুক্লাক লাক্লে। মথংগী নুমিত্তা উনরুগে চংলম্মী। লম্বীদা চাওবা থেংনৈ—চাওবনা হংই—

"কদাইদনো ?

"অমুখোইদনি।"

"করি থবক্কী ওইরবনো ?

"ঐগী খোঙজাওগী খোঙনা অমত্তা শিনবীয়ু হায়বনি—অহু লাক্লে কৈদোরগে হংলুগে ?'

"মাবু মীগী য়ুমদা চত্তুনা থবক শুদে হায়বদাইনে। বাজারদা ময়াং মিষ্টি পীকথন্না লৈবনি—অমা তৌহনবীবা য়াত্রা ? মখোইনা হেন্না নান্না শুবনি খুংশুমনম্মু য়ান্না তাবনি।

"মাবু অহু হায়ত্রনে। মৈতৈ ইশা লৈনা লৈনা মৈতৈ ইশা নঙবদা করম থবক শুহনগদগে ? খুংশুমন খিত্তুং ফংগদবহু মৈতৈ ইশানা ফংজবা ফংত্রনে ? ঐগী য়ুমগী খোঙকাসি মানা পানবীরম্মীবনিদা।"

"হেরা পেনসন ফংদ্রিবগী য়াম্না অমনিদা।"

"খঙদে খঙদে মী অতৈদদি য়াম্না তৌনরবনি ঙয়াং মিস্ত্রি অমা হেক নেকউচো।"

"অহূ নঙবু কাওরব্রা হায়বা—ঐখোয়না মোইরাংখোম স্কুলদা তম্লিবৈদো ওঝা ইবোহল্না হায়খিবদো—সাহেবশিংদি পেনসিল অমা লৈবা ফাওবা মেদ ইন ইংলণ্ড থাবা অহূতা লৈ অতৈ অহোংবা অফবা অমত্তা লৈদে।"

"অদো ঐখোয় মৈতৈবু সাহেবলা?"

"সাহেবতি নত্তে অহূবু ইকোনোমী অমসুং আইডেন্টিটিগী মতাংদদি মখোয়দগী তমজানিঙাই য়াম্না লৈ হায়বা।"

"খঙদেদা, থবক শুনাংদনা অতনবা মৈতৈশিংদি থব লৈরবদি থবক শুকম লৈররোই। মখোয়না শুগদবা থবক পূম্বা মীরাম্না মুন্দুনা শুথ্রনি। থবকপু শুদ্রবদি শেলসু খোল্লরোই! করি চাদ্রনা হিংগনি!"

"অঙম অঙম মুম্নদুনা চাবা হায়হনিদা।"

"অহূবু কয়া বুইনা তৌবা য়াগদগে?"

"ঐখোয় মৈতৈ হায়বা জাংসিবু মুংলোইদ্রা হায়বা?"

"হোয়দা দেলাই তোংবগীদমক রাইকুপ পুবীনা য়াবা হৌনদেদা, লেংঙো লেঙঙে!"

ইবোতোম্বী মরুক্তদি খনখি – অহূবু ঐনা পেন্সন ফংদ্রিবৈদদি ঐখোই য়ুমদা থোঙ-লুং য়াম্না শেম্বিরম্মীদা।

তুমিং অঙদসু উনবা ফংদ্রে। লাক্লরোইদমাল্লে হায়দুনা মৈতৈ মিস্ত্রি অমা অনিদা হায়রুবসু অমুদৌনা লাক্কে হায়রগা শুক্লাক লাক্তে। মৈতৈ মিস্ত্রি দিনোত্তদি তশেংনা হায়খকই মাদি মীগী য়ুমদা থবক শুদে।

হৌজিক ফাওবা ইবোতোম্বীগী থোড়না শিনদ্রি। ইবোতোম্বী মরম্নাই খুৎশা হৈবগী থবক থরদং ঙাহৌদবসি মরক্তা নুংনাংতে। থনখৈ থল্লুরগা তৌদনা য়াদবনিনা ময়াং মিষ্টি অমত্তুং খিরুশিরা হায়দুনা বাজারদা হাইগৎলুই। কানিয়া মকপা অমগীদা চঙলুবদা অমুগা দিনোগা থবক শুহনা য়ুমগী থোঙনচিংবা শেমদুনা লৈরম্মী। চা কপ অমা থক্লগা কানিয়া মরুপ্তুগী বিদায়রগা ময়ুমলোমদা হল্লকই। লম্বীদা দিরেক্তর হাওকিপ থেংনদুনা মখোয়গী ময়ুমদসু চঙলুই। মখোইগী মমদা লৈবাক্লে চেঙ থপ্নুনা লৈরম্বদু হেক উরুরে।

মুনিং অতুগী মুনিদাং রাইরমদা অমু দিনো বারী শার শারদুনা বাজারদগী হল্লকখি লম্বীদা পৈশারালী শুকনা তোম্বা, হাওকিপ খোয়দৈ থোরকপী লৈবাক্লে থেংনদুনা মখোয় মরিমক হনমিন্নরকখি। অশুম বারী শারকপদা অমুনা হায়খি—

"দিনো ঙসাই ইবোতোম্বী লাক্লম্বদু উহৌব্রা?

"উহৌই। নহান মাগী থোড়না অমা শিন্দোকপীয় হায়বৈ অদুদা ঐদি মীগী মমদা থবক শুদ হায়গিবনি।"

"নঙোন্দসু হায়রম্লবরা? ঐঙোন্দা হায়বদি কুইরবনি। অদু মাগী য়ুমদা ঐনা করম থবক শুদোরিনো? মা মৈতৈনি ফর ফত্রবসু ঐখোয় অনিদি লাইরিক তম্মিন্নরকইনি—হৌমিন কামিন্নবকইনি। মানা মরাইবক ফদুনা বিএ তমদুনা অযসার ওইজখিবনি। করম্না ঐনা মাগী য়ুমদা চত্তুনা থবক শুবদগে ঈজ্জৎ হায়বা অমসু লৈরিবনি।"

"হোয়নে ঐখোয়বু ঈজ্জৎ লৈতবা মীরা? চরা নামতা চারম্ব চাকখুমদা মিরাং থুরসু ফিরোই শোরাৎ নাহুৎ নারেংদা মন্ত্রি, এম এল এ ঠিকাদার অফিসার লাম্বা তৌদুনা পোংয়েং লুপা ১০০ দগী তাদনা য়েংলিবনি।"

“ঐখোয়স্ন সিনেমা টিকেৎ লৈবদা, ইনসাং নাপী ভাথুম থাও হৱাই চেংৱাই লৈবদা হন্দোক্নবা অচোইবা লৈতেত্ত' হায়বদা অনাশিকি লুপা ফাওবা হলক্তস্ন য়ারে হায়তুনা লৌদস্ন তোকথোকইনি।”

“ঐখোয়স্নু ফিজোন অমত্তা শেংচরস্নু মতু মুনিং খুদোং তরু-তরু শুতুনা ইষ্টি মমি তাথৈ শেংলিনি। শোরাং ফিরোই সংকীর্তন্দা ঈশৈ শকপা শক্তবা পালা খুদীং মোইবুং খোংবা মাঙব মপুফাও খ্বাইগা চপ মান্নবা অতৈদগী তাদনা লুপা মঙা মঙাতা ওইরবস্নু থা-রিনি।”

দীনো রা মথা তারকই।

“হোয়নে ঐখোয়বু মীগী য়ুমদা করম থবক শুরুনি। ঐখোয়বু ঈজ্জং লৈত্তবা মীরা? নত্রনে লৈবাক্লে?”

“হোয় তাদা। ঐবুস্নু তা ইবোতোম্বীনা মখোয়গী য়ুমদা থবক ইনখাং হৱ নোম্বীয় হায়। অতু মখোয় লৈমা অসিগী মমাঙদা ঐনা করম মীগী য়ুমদা থবক শুগদগেদো। ঈজ্জং অমদি ভাকচরিবনি।”

মতম অদুদা তোম্বনা মখোয় অহুমদা হায়খি- “তা-অমু, তা দিনো নখোয় অনিস্ন কানিয়াগী য়ুমদা পোঙ পাল্লুবনি, ইচে লৈবাক্লে নঙস্নু হাওকিপখোইদা চেঙ থপ্পরিবনি। কানিয়াগী য়ুম হাওকিপকী য়ুমসিবু মীগী য়ুম নত্রো?” মতু তাবদা মখোয় অহুম্মক চপ মান্ননা খুরুকখি— ‘তে অদুগী ওইরে। মৈতৈ ইশাদবু ইকাইবনি। হাও ময়াঙবুদি কৈদোনা ইকায়জবনেগে? মখোয়গী য়ুম্নু মীগী য়ুমলা?”

অক্টোবর ১৯৯৩ ইং

# ফৌ চরোং

আর কে এলাংবম

"কুমসিদি ফৌ খর হাপ্পা তারেদনা" হরাওনা তমজে তোম্বীরৈনা। "হা! করি হায়বা!" পোলাং শানা শানা হংলকই তোম্বনা। তোম্বীরৈনা মথা তারকই--"কুমসিদি লৌ ফৈ হায়বনিদা!"

"হায়! হায়! হিদাক ঙান্থক অনৌতা হাল্লকউ থকসি।"

"হান্দুনা লৈরবনি—" সে পীশিল্লি। হিদাকফু মচা রাকক্না মথোক পানবা অমা।

তোম্বনা হিদাকফু প্রোক প্রোক চিংলহুনা হায়রকই।

"ঙসাই নংনা হায়বহ্ন কবিনো ঐবু মুন্না তাহৌদে।"

"ইখুংনা উজবা লৌগী ফৌ চারক্তবসি কয়া কুইরবনো হায়বনি।" তোম্বীরৈনা হায়জে। তোম্বনা হিদাকফু প্রোক প্রোক চিংলহুনা মনাতোন অমস্তুং ময়াদগী মৈথু রা লাগনা কামথোকই অতুগা।

"অতুবু কমদৌনি, মমাং চহীগীদি কুম কাংবনে ঈশিং চাউবনে, লৈবাক্কী ওইনা মাংবনিদনা।" মথা অমুক তারকই "কুমসিদি লাইনা ইখুংমক্না উবা ফৌ চাজৌ তম্বীরে।" অতুগা অমুক মথা তাথরকই "তোম্বীরৈ,

কুমসিদি ঐখোয় অনিনা উবা লোসে ফৈনা, অশুক ফবা লৌদি ঐখোয়গী হাক্তক্তা থোকখিদ্রি হায়বনি।"

তোম্বীরৈ—"মাইগেশোমগী ওইনা ফৈ হায়নৈ।"

তোম্বা —"ঐখোয়না হেন্দ্রনে অদুবো—? নোংজু নুংশা মরক্ত, হাবেং-খিবদু কয়াদা রানা হোৎনখিবা, হার মরিক অমফাও হাপ-খিদে।"

তোম্বীরৈ—কুমশিসে লৌশান সনশান্দা কয়া চৎকদোরিবা?

তোম্বা —খর খর য়েন্নবা হায়বদুনি। মীগীসু পীদবা য়াদে। ঐনা শিন্দোতুনা লৈরবনি। অতুগা য়ুমসে তেক্কদোরে, নোং নুংনসু খুরকমুক পাকপা ফাওবা লৈশিল্লক্রে। রা, ই খর লৈবা তাই শঙ্গোনসু মচা অমা শাগে খল্লি। শলগা য়ুম মনুংদা লেমিন্নবা নুংঙাইতে।

তোম্বীরৈ—"পোইসু লোইরগা ঐগী ফনেক অমত্তা লৈবিয়্" ওন্থোক্লা হায়ওমদনা হায়রকই। তোম্বীরৈগী রা অদু তাবদা তোম্বনা হিদাকপু অদু কন্না চিংশিল্লমই। চহি অমুক কুইনা লেমিন্ন-রকপসি ফনেক অমত্তা লৈবীয়ু হায়রক্রিবনি। ফনেক শেগাইবা অনিথক লৈ। মতুসু ফোৎলতুনা কান্থুগুম ফোৎলে। অমনবা ইনফি অমগা। তোম্বনা মপুক্লিংদা মণ্ডল মণ্ডল খল্লকই। ইকায় নুংশি য়ান্নরমই। মাগী নুপী তোম্বীরৈদা য়েংবা ঙম্মদে। তোম্বনা হায়রকই "লৌমী ঐখোয়দি খর মোংনা লৈরগা পকচৈদা—। অতুগা মখা তারকই— "নংগীবু করি রাংপগে ঐ লৈরিদনা" নোকফেং তৌনা হায়রকই।

কুমসি কুমগী লৈখোম কোক্রিবা, নুংশানা কাহুৎলবা মায়থোং, শেংলিবা শেগায়রবা খুদৈ, চাদ থক্কহনা য়াং পক্লবা মাগী নীপাগী ফিবম মত্তা

অহু উবদা তোম্বীবৈ করি খল্লুবনো খঙদে মখোল হৌনা নোক্লকই, পুন্সিদা অমুক নুংঙাইনা থরাই তানা নোকখিদ্রি, লৈশারিঙৈদা মপামদা লৈরিঙৈদসু নোকচবা ফংজরক্রিবী নুপীনি। য়াম্না লাইরবা লৌমীগী মচানি।

মাগী মতৌহু উবদা তোম্বনা য়াম্না থোংনা নৌথনা হায়রকই "হায়! তাওনে নংবু নংগীদা নত্তেয়ে। কুমসিদি ইকুবোক ইনেমবোকীসু ফিজোল অমমমদা হোংগে খল্লিবনে। অমুক কুইবসে অহল লমনশিংগী লংলা অমা ফাওবা তম্লকখিদ্রিবনি। অহুগা ইচা চাওবগীসু ফুরিৎ খোংপ্রাউ লৈবিগে, ইগাসে কুমশিসে লাইরিক তমহনগে খল্লিবনি।"

তোম্বাবৈনা হরাওজে মপুরোইবগী আশা অহু তাজবদা অমুকসু হায়রকই "পুথম অমা তেঙ্গোং অমসু লৈহৌসি। অঙাংগী চাক চানবা লৈতবসে নুংঙাইতে।"

তোম্বা "লৈদদি! ফৌপোং অহুমদং তাইথোক্লগা লোইনা কোম্ননি শংবাইদা ১০০, ১০০ পীরিদনা আ-শহরদা ঐখোয় অনি চৎলগা লৈরুসি।"

মতম অসিদা খুলগী মী অমা চঙক্লে। "তোম্বা, তোম্বা, তোম্বা লৈত্তব্রা?"

তোম্বা—"হা কনানো," নীপা অহু উবদা, "এঃ তাচৌনিনা?"

নীপা অহুনা "নং তাদ্রিব্রা? এম, এল, এ সাহেবনা হায়বদি ঐখোয়গী হার অহু আ কলিকটা রেল গাড়ী মপোং অমা লৈবনিয়ে-। অহুবু লাইবক থিবদগী নোং কন্না চুবদা ঈশিং লোইনা ওনখ্রে হায়নে।"

পংজবা রাজগনবা তোম্বনি "ইস! অহুদি সেনফমদি য়াম্না মাংল-পোৎনিনা" মখা অমুক তারকই "হোয় হোয়! ময়াম্না থাইনবা ঐগী

শরুক কয়ানো পীজগে হায়রকই।" নীপা অহু হরাওনা, "তোম্বা! নংগী লৌসে কুমসিদি কৈনে নরাইবক ফবা কুম হায়বহু ওইরে।"

নীপা অহু চংখ্রে, তোম্বা অমখুং তোম্বীবৈ চাক চারি চাক অহুম্ব চেংগী শরুক ইয়াও য়াওদে, মঙ্গল খর লফু খরগা য়াল্লগা থোংবা চাক্লি। তোম্বনা এনামেনগী মপান মচেং তাবা পুখম অমদা অহুগা তোম্বীবৈনা লা মচেং অমদা চারি। চাগোম অনি অহুমরক হুক্কং-লকপদা মঙাইবি। অহল মীয়ায় চল্লবা অমা মখুত্তা ছাটিল অমা তুপ্লহুনা চংলকই অহুগা, "হা-ইবুংঙো তোম্বা তোম্বা লৈব্রা?"

তোম্বনা চেপখহুনা ইমুংদগী য়েংলকই, অহুগা মাগী মুপীদা তম্মী, "আ শহরদগী খুড়া লৌপুহুনি" তাল্লক অসিদা ননকো নমকো কৌশিল্লকই। "তোম্বা তোম্বা" তোম্বা চাক চাবা লোইদনা থোরকই।
"খুড়া! লেংঙকইব্রা! ফিদাসিদা" পায়ানা শাবা ফিদা শেগায়বা অমা থাই।

লৌপু অহুনা হরাওনা হায়রকই "মুংঙাইরে, মুংঙাইরে। ঐ লৌবুক্তগী চংলকপনি। কুমশিদি নঙনা উবা লৌসে ফৈ, লৌশান খর পীদবা য়াদে।"

তোম্বা—"খুড়া! তৌদদিকো, খর খর চাদিন্নবা হায়বহুনি!"
লৌপু —"ইবো! নহাক্কা পীরক্লিবসে চহি অনি শুরেদো। কুমসিগদি অহুমনি।"
তোম্বা—"হোয়! আ মমাডঙৈগী চহিদি লৈবাক্কী ওইনা কুম কাংবগা ঈশিং চাওবগা লোইনা মাংখ্রে। ঐথোয়সু তৌফম থংদ্রে।"

মহাক্কী বা অহু লৌপু অহুনা থওইনা তাথিদ্রে। হায়রকই "কুমসিদি শুনা পীগদবানিকো" অসি হায়রম্লগা চৎখ্রে।

পোইন্নুগী পুনিমা নুমিৎনি, লৌবুক পুম্নমক মীনা পুমঙৌ ঙৌরে। মতম অমদা শংবান্নবা লৌবুক ওইরম্বস্থ হৌজিক্তি মুল্লবা সনামচু মানখ্রে। মাইগৈ মরিমক্তা হরাও তয়াম্না মাগী মাগী লৌফমদা লৌ য়ৈনরি। খুৎলং ইশৈস্থ তাই। অশংবা ফৌনানা ঈথক ঈপোম হৌরম্বা মফম অসি হৌজিক্তি মীয়ামগী হরাও মীনোক্লা থনখ্রে। ফৌ য়ৈথরকপগী নুংঙাইবনা তোম্বস্থ মাগী ফকলোংদা পৈরিবা ফৌগী চীংদোন অস্থ য়েংলগা হরাওজরমই। মপুক্লিংদা খল্লি—অম্নুক য়াম্না পৈরবা ফৌসে ইমিংসিনা উখিদ্রি। অম্নুমা নুংঙাইনা খল্লিঙৈসিদা খঙহৌদনা টাটা গাড়ী অচৌবা অমা মহাক্কী লৌফম অস্থদা থৌজিল্লকখি। নহালগী লৌপু অস্থনি।

মখোয় নীপা মরি মঙানা চংলক্কুনা অহল অস্থনা "তোম্বা ফৌ লৌরগেকো" হায়রম্লগা নিংঙৈমুক চাওবা শংবাই অমনা বোরাশিং অস্থদা ফৌ ময়াম অস্থ মথং মথং হাপ্তিনখি। ফকলোংদা লৈরম্বা অস্থক য়াম্বা ফৌ অস্থ উখিদ্রে। ফকলোং মথক অস্থদা ফৌ মরু অনফাওবা থাকলমদে। অস্থগা "ফৌপোৎ মঙা য়াৎলিকো" হায়রম্লগা লৌপু অস্থ গাড়ী থৌস্থনা চৎখি।

তোম্বগী লৌবুক্তা লৈহৌরিবা ফৌ হায়বস্থ তোম্বীরৈগী মনাদা চিল্লিবা হুন্নাংনা চোৎলবা ফৌ চরোং অস্থমতং মঙাইরে। তোম্বীরৈনা মথবাক্তা মখুৎ থম্লস্থনা য়াম্না পূক্লিং নুংশিনা হিক হিক কপলমই। তোম্বা লৌরি মথক্তা তপ্পা ফমথরম্বী, কপলিবা মাগী নুপীবু অম্নুমা থেমলমই "নংসে নুপী মান্দেদকো" অসি হায়রস্থনা মনাদা চিল্লিবা ফৌ চরোংস্থ লৌই অস্থগা নুংশিনা চুপলমই।

৫।১১।৯৫ ইং

# মন্ত্রী জগোই শারখিনি

প্রকাশ

কমদৌনা ইম্ফালদ হৌরকখিবা কনাম্থু খণ্ডদে হৌজিক বাজারদা মমিং পল্লরকখিবসিদদি থিগৎনরক্লে। কনানা হায় ভক ড্রাইভর অমনা ডিম্মাপুরদগী খুন্দুনা পুরকখিবনি। খরনা হায় অরাং তুকান্দা য়েরুম য়োনবী অমদা পোকখিবনি, নত্তে মৈতান য়োনবীনি, নত্তেদা কোল্লীক রাইরম শেংবী অমদা পোকখিবনি। মৈতৈনা মৈতৈগী ইমুংদা অনোৎ অকায় তৌবীনবা থিবা ফংলোই। ঈজ্জৎকী রানি ময়াংগীদদি হেক্তা য়াগনি মরমদি মীনা খণ্ডদে। মমিংমল্লা হেক উহৌবদৌনা ডাংনৈ। ওন্থোকপনি মপু পান্দবা ঈংখোল লমহাংদা হৌবা পাম্বাতুগী উহৈতু হেত্তুনা চাবীরবা ফাওবা খক নিংদিমা তৌবিদে। মশা খর থুদেকপি, মউদা খর য়ানথৎপি, মখোং চাদবা খরনা মানা মানা পাম্বা রাহৈ মমিং পাংনা হকচিনবীবা হৌনশানি।

হীরালাল অঙাং ওইরিবৈদগী হোতেল অমদগী অনদা মথং মথং গিলাশ চাম্লম্বদগী, পাউখোললোয় পাউখোললোয়দগী কৈথেল কাথোক কাশিন, অম্লম অম্লম চাউখৎলকপনা হোতেল পুংকক চাউবা অমগী মেনেজর ওইরকখি।

ঠিকাদার মচান. ইঞ্জিন্নীয়ার মচাদা বীল মচা পাস তৌবীনবা নোম্বদা হীরালালগী হোতেলদ খুদোংচাবা হেক হেক লৌরৈ. মরমদি অঙ্গিং অপেংবদা পোং যংনদ্রবা মতংদা হীরালালগীদা পোং রাক্তে। ইঞ্জিন্নীয়ার মচাদগী অচৌবা য়াওরাক্লে। মতাং অসিরাইদগী হীরালাল মশাগী লাইবক শেমজবা হৌরে। নোংমা ইঞ্জিন্নীয়ার সাহেবনা মাগী মরুপ্পীগা লোয়নন হীরালালগী হোটেলদা লুংঙাইনা পোংথাখি। হীরালাল মনা চাউনা ফংজহেই. ফনা হৈশিংহুনসু পুখ্রিদা খোই চোপ্পনদি ওইররোই, পান্তা ঙাজাউ ফানবা লাইবক য়েংলগে হায়বসিদা হীরালাল চপ য়ংখ্রে।

শেল্লেপ ইয়াও য়াওদনা ঠিমা তৌবা য়াওবগী লম্বী লৈ হায়বসি মা হাম্না খঙলবনি। পোং শোংলগা, য়েন্নগা শেল শিংবদি মনা তৌদ্রনতা লাক্লবনি। পোং গুক্লে লৈদনা বীল শারগা শেল লৌথোকপা য়াবগী লায়খুবা শেন্দাল লম্বী অসিদা হিরালাল ইঞ্জিন্নীয়ার সাহেবকা রা তাম্নরে। মনিপুরদা অহানবা আকাশ বীল হৌদোকপা ঠিকাদার হীরালাল হৌজিক হীরা বাবু হায়না ময়াম্না ইকায় খুম্নরে। থবক অমদা য়োংনা চু পায়-বগুম কোন্দুনা লৈবসি মা শক হৈনরক্তে অতুগীমথক্তা আকাশ বীল ময়াম মুকথ্রুবীগুম পাইথোকইরকপা উবদা মা ইকাংরে সঙ্গ ওইনিংদ্রে। তাঙ্গা অসিদা হীরা বাবুনা মগুন মুন্না খঙলবা মন্ত্রি অমনা কৌরক্তুনা রারী শারে। শেল ইতিং তিংদনা বীলদাং শাবগী রানি মন্ত্রিজীনা পাম্লিবসি। মন্ত্রিজীগী কৃপানি হোৎনজগে হায়রদুনা থবক হৌগ্রে। য়োৎ বিলামাটি মন্ত্রিগীনি হায়দুনা হোল্লুবা মখৈ তংখায় অমমম খপহৌই হীরানা হুংনরক্লগম্ সু ইশেং শেংনা হেক্তা হায় "মচাক অহেনবা শরুকশি য়োল্লগা লেবরগী খুংগুমন পীনরিবনি সার"। অওইবমক্তি ইঞ্জিন্নীয়ারনা কেজুয়েল ব্লার্কর মশাং খঙদনা লৌশিল্লীবহুদগী মন্ত্রিজীগীনি হায়দুনা হীরা বাবুনা হেক্তা পুখি: সরকারগী পুকৈদি রাৎপা হৌনদবনিনা

মন্ত্রিজীগী আতোনবীগী নীলদিং শাবা লোয়খ্রে। মন্ত্রিগী মবেম্মনসু হীরা বাবুসি য়াম্না মীতেক মীরৌ খঙডি, মঙোন্দবু শিন্নখ্রবদি শোয়দে হায়দুনা থাবা লৈখিদ্রে। হীরালাল ইথা থাজদনা ইম্ফাল বাজারদা ময়ায় ওইরম্লা দুকান অমগী মপু ওইখ্রে। বিহারদা মাগী মখুলদা চত্তুনা লুহোংলুরে। মচানুপা অমসু ফংজরে। মন্ত্রিজীগী অনৌ অনৌবা শেন্দাল লম্বীদা হীরালালনা হিনাও শাদুনা হোন্থরি।

মচা চাউশিল্লক্রে। বাজারদা মরূপ-মপাং য়ূমথংনবা কয়াগা মাগী ইমুংগা মুংশিনবগী মরী অমা ফংলক্রবা মতম অসিদা হীরালালগী পুন্সিদা অনৌবা রাখল অমা লাক্রে। অরোল অথুপকী কারবার তোকথোক্তুনা অশেংবা লম্বীদা ইচম চম্বা দুকান্দার অমা ওইনা শান্তিদা হিংলগে থল্লে। মাগী মুপীনসু খুদোং থীনিঙাই ওইবা কারবার তৌবীরমু হায়রে। মন্ত্রিজীনদি মাবু শুকথা থাদোকনিংদ্রি।

"হা! হীরাবাবু শেল তানবা তোক্লগে হায়রিসিদু?

সার, শেল তান্দ্রবদি নুপী অঙাং করিনা থাক্নদগে মন্ত্রিজী, চুম্নগী শেন্তান লম্বীসি হোংজনিংবগী রাখল অমা সুম।"

"এ! মতুদি য়াম্না ফবা রানি— অনৌবা লম্বীদু ঐঙোন্দা তাকথোকপা য়াদবা জাংলা, ঐবু য়াওহন্নীংদবগী রারো?"

"নত্তে নত্তে সার, লান্না লৌবীখ্রে। ঐগী অনৌবা লম্বী অসিদি শেন্দোং পংলৈ লৈররোইদবনিনা—"

"করি রানো হীরা বাবু চহি ১০ লোয়নরক্লবসিদা মাঙলগা নতোমতা মাঙবা য়াত্রা? নংগী অনৌবা লম্বীদু পংকান কাম্নরোইদবা ওইরগদি তৌরুরমু। ঐনা হীরাবাবু কৌরিবসি লাইবক য়েংবা য়াবা অচৌবা লম্বী অমা লৈরদুনা কৌরিবনি।"

"সার ঐ মতু খর পোৎথাজখিগে হ য়হুনা; মন্ত্রিজীসু খন্তবীয়্ হৌজিক মতম অসি মওং অমদা লাক্লে, হান্নগীতু খর হোংখ্রে।"

"হীরা বাবু মতম হোংলে চুম্মী। ঐখোয়গী পাউরৌ অমা লৈ হায়গে তাও "পৃংলোন মতুং ইন্না জগোই শাবা" হায়বদি হোংলক্লিবা মতম অসিগী তাস্থাদা ঐখোয় জগোয় শাগদবনি। ঐনা মতু মুন্না খওলগা শেম্বা প্লাননা নঙোন্দদী করিস্থ লুনা থোক্লোই।"

"মন্ত্রিজীগী অপাম্বতু পাওথোক্লবা ঐ মী শিনজগে ঐঙোন্দগী হেন্না ওম্বা লৈ সার।"

"মহুদি ঐসু খওভিনে হীরা বাবু। রা কোইথোক্লুনা কান্নদে ঐ শেংনা হায়গে নঙোন্দগী হেন্না ওম্বা লম অসিগী মী অমগা লোয়নবা য়াই। মসিদা করিগুম্বা দশা তারো। মাদি লোৎফম লৈতবনিনা ঐ শোক্লক্কনি, দশা তাগনি হায়বগী রা ভাক নত্তে অস্থুপ কুইবসি তারক্রবা দশাবু হৌজিক হেক্তা তাবা য়াব্রো। মতু নত্তে লুরিবদি মাগী ইমুং মনুংগী মুপী অওাংনা খওবা কাল লাক্কনি। মন্ত্রি অমা ওইনা লৈবাক্কী সেবা তৌজরিবা ঐবু মখোয়না করি খনখিনি, মাগী ইমুংদগী লৈকায় লৈবাক রা রা— এ! হায়হুনা কান্নদে। হীরা বাবু নহাক্কী ইমুংনা খওবদি অতৈ কনানস্থ খওলোই। করিগুম্বা খুদোং চাদবা থোক্লবস্থ নংদি চহি অমা নংগী দেশতা ভুংভাইনা লৈথোক্লবা য়াই। অতুনা থবকসে নংগা তৌমিন্নদবা য়াদে।"

"ঐবু মতম খরদি মাপ তৌবিয়ু মন্ত্রিজী।"

"য়ারোই, হীরা ঐগী প্লান লোয়রহুনা নংবু কৌরিবনি, ঐগী প্লানসি কায়হল্লবদি নংগা ঐগা কায়নরে। ঐগা কায়নরগা নঙোন্দা পংতোং তোংজরোই। ফরে চয়োল অসিগী মনুংদা থবকসি পাংথোকসি, ঐনা

হীরা বাবুদা মোতিবাবু হায়বা মিংথোল অমম্ থবক অসিগা কোন্ননা খুদোল তৌজরবনি লেংঙো।"

হীরাল'লহু মাগী তুকান 'হক য়োবগা রাখলন' নাবে। মথং নুমিত্তো কনা থঙহন্দনা মাগী নুপী অতোং পুহ্না ইশ্যাল থাদোক্লবা শেমশারে তুকানগী থবক পুম্নমক মাগী সেলসমেন্দা শিন্নরে। ইশ্যাল পিকখ্রবা শহরনি অরোনবা থবক লোৎফম লৈতে। থঙনা থঙনা থঙশিন্নদবগী রানি সরকারস্তু প্রজাম্।

হীরালাল মাগী চাউরবা তুকান হেক লংথোকলম্বদি য়াদবনিনা নোংমা নিনি পন্থরি। মীওইবগী দশা হায়বসে কদৌঙৈ লাকনি বনানা থঙগনি। নোংমা অথুক অঙনবদা হীরা বাবুগী তুকান্দা বোম পোকথায়খ্রে। শক্তি লৈবা বোমনি হায়, হীরালাল মাগী সেলসমেনগা শাথীনা শোক্লুনা হোস-পিতাল য়ৌখ্রে।

হীরাবাবু পোথাজথ্রসন্নু, মনিবাবু, মুক্তাবাবু মথং মথং লাকখিগনি, মতমগী পুংলোন মতুং ইন্না ঐথোয়গী মন্ত্রিজী জগোয় শারখিনি।

৪।১১।৯৫ ইং

# তুইসেম্ তুইফাই

নাওরেম কালিমোহন সিংহ

মনিপুরী চীংমা অয়াম্বগী লোন্দা ঈশিংবু "তুই" হায়না কৌনৈ। তুইসেম্ অমসুং তুইফাই হায়বসি পানেল মথক্লোমদগী চেল্লক্লিবা সেকমাই তুরেলগী তোর্ব্বান নাক য়েত্তা তাবা খুলশিংনি। তুইসেম্না য়েৎথংবদা, তুইফাইনা ওইথংবা তোর্ব্বান্দা তুইসেমগা মায়োক্নুনা তাবনি। তুইসেম্না নাগা কাংলুপনি হায়রিবা মরিং খুলনি, মখোই খুনবী লাঙ্গোল্লোমদগী হোং-লকপনি। তুইফাইনা তেংনৌপল্লোমদগী হোংলকপা কুকি খুলনি। মখোইগী লোন্দা তম্পাকপু "ফাই" কৌই। মতম অমদা চীংমীশিংনা পাম্লৌ উবদা খুদোং চানবনি হায়তুনা অরাংবা চীংদা খুন্দারমই ; মমৈদদি অরাংবা মফম থাদোক্তুনা চীংয়া তময়াদা ঈশিং ফংবা মফম থিনরকই। খুল অনিমক্কী মরিংদা "তুই"না হৌরিবসি সেকমাই তুরেলগী ঈশিংবু ওইবা তাই।

কোদার মরিংনা লুচিংলকই হায়বদগী মহাক্না তুইসেমগী খুল্লাকপা ওইথি। অহানবদা য়ুম মরি মঙাতা লৈরম্বদগী মমৈদদি য়ুম তরামঙারোম শুরকখি। তুইসেম্না খুন্দারকপা চহি মঙারোমগী মতুংদা তুইফাই শেম্লবনি। অহানবদা য়ুম অহুমতনি, খুপাও কুকিনা লুচিংলকই হায়তুনা মানা

তুইফাইগী নিংথৌ ওইরমই মমৈদদি য়ুম তরেৎ শুরকখি। মী খরতা খুন্দাবদা নুঙাইতবদগী হান্না তারম্বা মরিংশিংনা কোন্না লাকপা কুকিশিংবু য়াম্না হরাওনা তৌরমই। তুরেল রাংমা রাংমা ওইবনিনা লমগী য়েৎনবস্থু লৈরমদে। কুকিশিংগী য়ুম শাবদা মরিং নুপা নুপী থোক্তুনা মতেং পাংলমই। নোংমাইজিং খুদিংগী তুইসেমগী গির্জাদা পুন্না লাই খুরুম্মিনৈ, স্কুল অমতদা নাগা কুকি লাইরিক তম্মিন্নরমই। মরিংগী লৌদা পানবা পাল মাইরেন কুকিশিংদা লাল্লমই, মদুগী মহুত্তা কুকিশিংনা মরৈদগী লোকপা চুজাক, থোইদিং মরিংদা লান্নরমই! শা হাৎলে শা য়েন্নৈ। ধর্ম্মদা পূরিং লুপশিল্লু য়াদ্রবা মরিং অমস্থুং কুকি অহলশিংনা পুন্না খরুং অমতদা তোংজৈ অমতনা শিন্ন-শিন্ন পুকয়্-রাইয় থকমিন্নরমই।

কোদার অমস্থুং খুপাওনা লুনা তিন্নবগুম কোদারগী মচানুপী তেবীগা মঙোন্দগী চহি অনিরোম হনবা খুপাওগী মচানুপা হেনপাওগা লুনা তিন্নরমই। গির্জাদা অমদি স্কুলগী রেজিষ্টারদা তেবী মরিংবু এনিলি হায়না খঙনৈ, হেনপাও কুকিবুনা দেভিদ হায়না কৌরমই। স্কুল ছুটি হেক থাবগা এনিলি অমস্থুং দেভিদ পুন্না চরা রানমিন্নৈ। সেকমাই তুরেন কুম্নগা ফিনা লোং খোনমিন্নৈ, রাইখু তানমিন্নৈ। ইরুজবা মতমদা অমনা অমগী মনমদা নুংনা নুরা নন্নৈ। অমনা অমগী মনমদা নুরা নন্নবা অসি দেভিদ অমস্থুং এনিলিনা হাইফেং কাংথোং ফারক্তুনা নুপা নুপী ওইবগী ইকাইনবা য়াবা মতম য়োরবা ফাওবদা লেপ্তুনা নন্নরমই। মখোই অনিমক পলেলদা স্কুল কামিন্নৈ, হল্লকপা মতমদস্থু থাদোক্লদে। স্কুল লোইরহুনা ককচিংদা দেভিদ অমস্থুং এনিলি পুন্না কলেজদা মিং চনমিন্নরমই।

কলেজদা তম্বা মতমদা খুলদগী হঙ্গৎ হন্দা চৎপদা খুদোং চাদবদগী মখোই অনিমক ককচিংদা লৈবা তাখি। হোষ্টেলগী খুদোং চাবা লৈতবনা

অমদি নিপা-মুপী পুন্না লৈমিন্নবা য়াদবদগী এনিলিনা ককচিং ৱাইরিদা লৈবা মপা কোদারগী মরুপ গোপালগী মমাং শঙ্গোয় মচেৎ অমা থারগা লৈবা তারমই। গোপাল অমসুং মহাক্কী মুপী ইবেনী চহি তরামঙা হেন্না য়ুম পানমিন্নরকপদা মচা অমতা পোক্লম্দে। মরম অসিনা মখোই অনিনা এনিলিবু য়াম্না লুনা তৌরমই। গোপালগী ফৌ থাবা য়াবা মরৌ অমত্তা লৈরম্দে। মাগী হায়ববু মাস্তক চীংগোন্দা চু নিংথিনা থাবা য়াবা শঙম অহুমগী ইংখোল অতুতনি। থবক কন্না শুবদগী চুগী পোথোক্কা মতৈ মনাও য়াম্না কোম্না পাল্লমই। মখোইনা ইংখোল চৎথ্রি-ভৈদা এনিলিনা ময়ুমগী থবক অয়াম্বা তৌবিরমই। লৈকাইনদি এনিলিবু ইবেনীগী মচা চাওবোক্নি হায়নরমই।

দেভিদনা ককচিং খুনয়াই লৈকাইদা লৈবা মহাক্কা মপা খুপাওগা উ লল্লোনমিন্নবা তোমচৌগীদা লৈরমই। দেভিদপু খুনয়াই লৈকাইগী নহারোলশিংনা য়াম্না লুনা তৌরমই। মরমদি, দেভিদ য়াম্না ফবা ফুট-বল্গী শান্নরোই অমনি। মহাক ফুটবল টিমদা য়াম্না তাঙলবা ফোর্'াদ পোজিসন্দা শান্নে। মখোঙ মখুৎ য়াম্না শিংই, লমজেল য়াংই, মী কিগন্দে। অহুম অসিমক ফোর্'াদ শান্নবগী গুন্নি। ককচিংগী মন্নুংদা ফুটবলদা থরাই য়াম্না য়াওবা লৈকাইগী মন্নুংদা খুনয়াই লৈকাই অসি অমনি। খুনয়াইগী ক্লবনা দেভিদপু ফংবদা হরাউবগী ঙমখৈ লৈখিদে। তশেংনমকসু দেভিদ য়াওরকপদগী চহিগী পাঙথোকপা জেলাগী ফুটবল লীগ টোর্নামেন্টতা পোজিসন হুস্না লৈরুরবা খুনয়াইগী ক্লব হাইগংলকপা ঙম্নমই। দেভিদপু অতোপ্পা ক্লবনা লৌখিগনি খনবদগী মাগী কলেজগী ইউনিফোর্ম অমদি নিতিগী চান-থরুবা পূম্নমক খুনয়ায়গী ক্লবনা পুথোক-পীরমই।

এনিলিনা য়াম্না থরাই য়াওজবসি দেভিদনা গ্রাউন্দা ফুটবল শান্নবা য়েংবনি। ফোর্'াদতা দেভিদনা বোল হেক ফংবদগী "দেভিদ দেভিদ"

হায়দুনা ময়াম মরক্তুগী খরা হাপ্না লাউরকপসি এনিলিনি। দেভিদন বোল পায়রিবৈদা ফম্মিন্নরিবা মমান্নবশিংনা পোং পীবদা এনিলিসি মমিং তাংই অনদি মীনা রা হংলকপদা না পঙই হায়রিবনি। করিগুম্বা দেভিদনা গোল চনশিনখিবগুম খোক্লবদি হৌগংলগা খুদাক খুদুনা লাউবদা মানা ময়ানদগী চোম্থদনিঙাই লৈতে।

দেভিদ অমসুং এনিলিগী নুংশিনবসি অঙাং ওইরিবৈদা তুরেলদা নঙ্গল নুরা নম্নরিবৈ মতমদা নুংশিনবগা কলেজ, কারক্লবা মতুংদা নুংশিনবগা মওং মান্নরক্তরে। তশেংনমক কলেজগী থাক য়োরকপদগীদি মখোই অনি অসি থম্মোই থম্মোইদা ইনায় লায়না খোকপা য়াররোইদবা লৌথুপ য়াওদ্রবা নুংশি কিশি কিশিন্নখবনি। অনা অমবু মিকুপ অমতং উদবদা লৈবা ঙম্লক্তবা, অতোপ্পা মীগা রারী শানবা উবদা অমনা অমবু চিংনবা, য়াঙাং খজিক্তং শোয়খিনদ শাউনবনা হানবা মতমতু য়োরক্লবনি। মখোই অনিগী লৈনরিবা মরীসি মাখোইবু পোকপা মমাশিংগ খঙলমই। মমা মমা খঙলবনিনা মপা মপাম্তু খঙদনিঙায় লৈরমদে। মতম অহুদদি কুম-থা ফরিবনিনা, কাংলুপ অমদি খুন্নাইগী উংথংনবস্থু লৈত্রিবনিনা, অহুগী মথক্তা, ধর্ম্ম অমতগী মখাদা লৈবনিনা কাংলুপ তোঙাল্লবসু এনিলি দেভিদ পুন্সি লৈপুন শেম্বদ, অপোকপশিংনা খোইদোক্লা অখিংবা পীনিংলমদে। অহোইনতুম নোংমা এনিলিগা দেভিদকা মমাগা ইকুজরমদাইদা তুরেল নুংফৌদা ফম্মিন্নরগা দেভিদকা মমানা এনিলিগী তুংগী শন্নাংতু অনি খোক্লা থায়দোক্লগা "নহাক্তি কুকি এরোয়গী মৌ ওইগদোরিবনিনা কুকি নুপীগী শম পুনবা মওংতুম তম্বীগে" হায়দুনা শমশিংতু মরৈ মরৈ তারগা পুনবা তম্বিরমই।

এনিলি অমসুং দেভিদকা নুংশিনবগী চাং থংহেন হেনখিবসি নাগা অমসুং কুকি কাংলুপ অনিনা উংথংনবা হৌরকপদগীনি। মনিপুরগী চৌংদা

যেলহৌদ্রৈদগী চান্ন চিন্নন। লৈমিন্নরকপা অচৌবা কাংলুপ অনিনা হাংন খিন্নবা, য়ুম মৈ থানগী ঈবাং লাকপদা ইস্ন চিক্রা খুন্দামিন্নরম্বা তুইসেম অমসুং তুইফাইদা নৈমৈ চাকপগুম য়ান্না খুনা লৈরাইরকখি। তৌবমক্তি খুল অনিনা খুঙ্গাশিংদগী উংথংনরকপা নত্তে মপানগী লৌইনশিন্দগীনি। নাগা লানহৌবশিংনা তুইফাইশিংবু খুল হোংখিনবা খঙহল্লকপগা কুকি-শিংনসু তুইসেমগী মরিংশিংবু খুল থাদোক্কবা খঙহল্লকই নোংম নোংমগী উংথংনবগা চাং ওনথংলকপদগী খুল অনিগী খুঙ্গাশিং পুক্লিংদা লেত্তাবা লৈরক্তরে অমনা অনবু চিংনবা হৌবক্লমই। কাংলুপ অনিমক্কী লাল-হৌবশিংনা দেভিদ অমসুং এনিলিগী ন্নুংশিনবকী মরী মুন্না খঙলমই। মখোয়গী থাগদবা ন্নুংশিনবা য়াদে হাংনখুম কাংলুপ অনিমক্কী মখোই অনিগী মরু থদংনবা লৌশিন চথবা হৌবক্লমই। ককচিংদা লৈরিবা ফমশিংদা অকনবা রাইফেলগা লোইননা চে থারমই। চুন্না চে থাবত্তা নত্তনা লানহৌবা কাংবু লাননা মরী থদংনবা থারক্লমই। অহেনবু অশেংবা ন্নুংশিবগী রন্মীদদি খৎখিংবা গুমত্তা লৈবা য়াদে হায়বসি অচুম্বা ওইবা তাই। অদিংবা হেক পীরকপদগীদি এনিলি অমসুং দেভিদকী ন্নুংশিনবগী চাং অসি থাংহেন হেনগংশিরকই। মসি খম্বা থোইবী লৈলা-মজনু, রোমিও জুলিয়েটনা শাক্তিনি। ন্নুংশি মরী থদংনবা অকনবা রারোমগী পীরকপদগী থদংনবদি লায়রদনা অহোঙইনদুম এনিলিগা দেভিদকা পুন্সি-লৈপুন কায়হনগন্তসি হায়দনা বাইবল পায়দুনা রাশরুখি। চুন্না চিন্দা রাশরুবত্তা নত্তনা থম্মোয় থম্মোয় লোমিন্নরকুনা এনিলিগী ন্নুপী ওইবগী থাগী খোঙচৎ কাওবা থুগাইরকখি।

এনিলিন থাগী খোঙচৎ লেপখিবা মতুং থা তরুকলোম শুরকপা মতন্নি। কলেজ ছুটি ওইবদগী এনিলি অমসুং দেভিদ য়ুম য়ুমদা লৈনরম্মি। নোংমা ন্নুমিদাং অমা ইথঙ থঙহৌদনা তুইফাইরোমদা নোংমৈ পঙকাপ্পা কয়েনকই। ডাইহাক লৈরগা তুইফাইগী য়ুম পুন্নমক মৈ

চাকথৎলক্লমই। মাতু উবদা তুইসেম খুন্দগী এনিলি চেম্থোরক্লগা "দেভিদ শিরম্লগনি. মৈ কল্লুসি লাউ'' হায়না লাউরগা তুইফাই তম্না চেল্লকপদা খুনগী মীশিংনা তান্নরক্কুনা এনিলিবু তুরেল খোঙবালদগী ফারগা ময়ুম তান্না পুশিল্লকখি। কনা অমতনা কনবা ঙমদনা তুফাইগী য়ুম পুন্নমক তুম্না চাকখিরমই। নোং ঙাল্লগা থঙনরকপদদি অহল অনিনা নোংমৈনা পান্দুনা অতুগা অঙাং অহুম্না মৈনা চাক্কুনা শিরমই। কয়া অমনা শোক্লমই। খুলগী পোং চৈ শা য়েল, ওক কয়া মৈনা চাকখিরমই। শিরি নারিবশিংগী মনুংদা দেভিদ য়াওদে তাবদা এনিলিনা ব্রারম্বতু নে খরদি তারমই। তুইফাই খুলগী মী পুন্নমক পলেল পুলিস ষ্টেসন মনাক্তা সরকারনা তার্পোলিন খন্দুনা লৈহল্লমই। তুইফাই তুম্না চাকখিবা মতুংদগীদি লমন শিংলক্কনি কিহুনা তুইসেমদা লৈরম্বা মরিং পুন্নমক ময়ুম ময়ুম থাদোক্কুনা মনাক নকপা খুলশিংদা চেনখিরমই। ঙুমিং তরানিমুক্কা মতুংদা নোংমা ঙুমিদাং অমা খুৎলাই পায়বা কাংবু অমা লাক্কুনা তুইসেমগী য়ুম পুন্নমক মৈ থাদোক্লমই। খুল অনিমক্কা অহৌবদা তুইনা ( ঈশিংনা ) হৌরবসু সেকমাই তুরেলগী ঈশিংনা মৈ মুংপা ঙমদনা মহাক্কী তোর্ব্বান্দা তারবা তুইসেম অমসুং তুইফাই পুংমুৎ মুংখিরমই।

ছুটি মতম লোইরহুনা কলেজ কানরক্লে। এনিলি অমসুং দেভিদ মখোই মখোইগী ককচিংগী লৈফমদা লাক্লমই। মহৌশাগুম্না মখোই অনি য়াম্না নক্কনা তোরোং খদানবদি য়ারক্তরে। হোংলক্লিবা মঙং অসিদা খরা হেন্না ব্রারিদসি এনিলিনি। মরমদি কুম থা য়ামশিল্লক্কুনা মীয়ামদা লোংপা য়াদবা ফিভম্তু য়োরক্লমই। কলেজ কানিংলক্তরে, অয়াম্বা মতমদা কাম্বু কারক্তরে। মৈবু ফিনা লোতুনা থম্বা য়াদবগুম এনিলিনা কলেজ কারক্তবা অমদি মাগী হোংলক্লিবা শক্তম লালহৌবশিংনা মুন্না খঙলমই। কাংলুপ অনিমক্কী লালহৌবশিংনা এনিলি অমসুং দেভিদকী মরী থদৎনবা ব্রাফম হান্না খঙহনগ্রবনি। মখোইনা হায়বা ইন্দে হায়তুনা

মথংসিদদি এনিলিদা মপুরুংগী অঙাং মাঙহনখিননবগী অকনবা রারোল থারক্লমই। চুন্না চে পীরকপা তা নত্তুনা নহারোলশিং লাক্লুনা হায়রমই। এনিলিদা হায়রিবা রাফম অসিমক নহারোলশিংনা দেভিদতস্ু খঙহলমই। এনিলি অমস্থং দেভিদ করি তৌসিগে হায়বা খন্নবদা খন্নফম খঙদে। গর্ভপাত্ত তৌবা তারবস্থ থাশিং য়ামগ্রবনিনা মাহুনতুম হেন্না খুদোং থীনিঙাই ওইরমই। মণিপুর থাদোক্লুনা চেনসি হায়রবস্থ য়েক্লবনা লাঙ্গোই চনগ্রবনিনা লমখাংদা খুদোং থীবা নংগদ্রা চিংনরমই।

মতাংনা য়ারক্লবদগী এনিলি অমস্থং দেভিদনা ইবেনী অমস্থং গোপালগা রা তানরমই। নোংমা নিনি খন্নবদা মেন তাদনা লৈরিঙৈদ। লালহৌবশিংনা এনিলিদা অঙাং মাঙহনখিনবগী নুমিৎ তরানিগী মতম পীররে। তৌফম খঙদবগী নুমিদাং অমা গোপালনা এনিলি অমস্থং দেভিদপু মহাক্কী মান্তক চীংগোন্দা লৈবা চুগী লোশঙদা থৈরমই। মফম অতুদা লৈবা মাস্তকশিংনা করিগুম্বা খঙলক্লবস্থ মাস্তক্তি কোম্নি, মাখোইদি কুকি অমস্থং নাগাদা তিল্লোই হায়বগী রাফম লৈবনিনা দেভিদ অমস্থং এনিলিগী মাঙনবা তৌরক্লোই হায়না খল্লমই। মাহু তৌনবস্থ গোপালনা মান্তক লুচিংবা খরদা লোন্না শিন্নরমই। মতম অহু এনিলি কুম থা শুরক্লবনি। ইবেনীনা নুমিৎ খুদিং চুখোং পেংবা চৎপদা এনিলি অমস্থং দেভিদকী চান-থক্লবা পুরমই। অয়ুক নুমিদাংরাইদা মখোইগী ঈশিং শোকচিনবিরমই। নহারোলশিংনা থারম্বা নুমিৎ তরানি শুরকপদা এনিলি অমস্থং দেভিদকী লৈফমদা লাক্লমই। মখোই অনি লৈরমদবদা নহারোলশিং অতুনা য়ুম্নুশিংদা এনিলি অমস্থং দেভিদকী লৈফম পীয়ু হায়তুনা তকখৎলকপদা মখোইদি ময়ুমদা চৎখ্রে হায়বা পাউখুম পীবা নত্তুনা অতৈ খুম্নিংঙাই লৈরগদে। নুমিৎ অতুদগী নহারোলশিং অতুনা হুইনা মনম নম নমতুনা য়েক্লবা খোঙ্গুল লীবগুম এনিলি অমস্থং দেভিদ থিবা হৌরকখি।

নোংমা অয়ুক ঙন্থা গোপালনা থাউ অমদা চেংচাক হাপ্লগা ইবেনীনা মতুংদা এনিলিনা মৈনিং কুম্লবা ফি ময়োম অমা পুরগা লৌশঙ তাল্লা লাক্লমই। চু ইংখোল য়োবদা ভান্দি ভাল্লক্লবস্থু মুনিংমক্তি হুন্দোরক্রি। খোঙ্গাল্ল হাংদোক্লগা লৌশঙ তাল্লা চংলকপদা য়োফাক্রিভৈদা অঙাং কপ্লকপা খোঙ্গেল তারমই। খোঙ্গেল অহু হেক তাবদা ইবেনা "অঙাং পোক্লে" হায়না ফিংলপ লাউরগা শঙদা পরপ পরপ চংলক্লমই। হিপফম মথক্তা পোকপত্তা ভাইরিবা অঙাংনা খাক্লা খাক্লা কপ্তুনা লৈরম্বদা ইবেনীনা অঙাং অহু তাপ পায়রগা কোনশিনবদা অঙাং অহু কপ্লা খরদি ফরমই। "মুপা-নিল্লে" হাপ্পরগা অকোয়বদা য়েংলগা ঙক্কক তৌরিভৈদা গোপালনা "নমা মপাদি ?" হায়রম্লগা মপাল খোকখিরমই। গোপালনা কোয়না য়েংবদা লৌশঙগা ভাইনবা চু মরক্তা হকচাং অমি তাহনা লৈরম্বহু উবদা তু চুংলমই। মনাক নকশিল্লগা য়েংবদা এনিলি অমসুং দেভিদনি হায়বা খঙ্গলমই। মকোক মকোক্তগী থোরকপা ঈ খমখিবা কুইরমদ্রি, অহুবু মখোই অনিমক পুন্সি পোল্লোই তাল্লয়ে। নাগা অমসুং কুকিগী কোক অমম্থুং হকচাংদগী তারকপা ঈনা পুন্না মচা অমা শেল্লমই। ঈ মরক অহুদা কাপথোক্লবা নোংমৈ গুলিগী তোকনিং মঙা তরুকস্থ ঈরং লংনা তারমই।

ইবেনীনা অঙাং অহু কোল্লগা ময়ুমলোমদা হল্লকই, গোপালনা ককচিং পুলিস ষ্টেসন তান্না পাউ পীবা চেল্লক্লমই পুং অহুল্লোমগী মতুংদা পল্লেল্লোমদগী এনিলি অমসুং দেভিদকী ইমুং মনুং য়োরক্লমই। পোষ্ট মোর্টেম লোইরবা মতুংদা নাগা অমসুং কুকিগী হকচাং অহু মরী মতাশিংদা শিন্নরমই। তুইসেম অমসুং তুইফাইদি উংখৎনবগী মৈরীদা তিল্লগ্রবনিনা এনিলি অমসুং দেভিদকী লৈরোল চনফমগী অরাবা অমুক লাক্লমই। হিংলিভৈগী মতমদা দেভিদ অমসুং এনিলিনা থুন্দাজগে হায়না

নিংজরম্বা নাগা কুকিগী লমস্থ ওইদবা, কোম অমস্থং মৈতৈনস্থ কনশিল্লিবা মাস্তুক চীংগোল হেন্দোক্লগা লৈবা লৌশি চীং ককফম ময়াদা লৈবা সরকারগী লমদা নাগা কুকি অনিস্থু পুন্না লৈরোল চনমিন্নখি। নাগাগী গর্ভদা কুকিগী ঈনা হুল্লকপা অঙাং অহুদি মমিত্তা মচা উবা ফংজরক্রবা ইবেনীনা পুন্সিগী অহানবা মৈনিং কুমখি।

ককচিং

ডিসেম্বর ১৯৯৫

# চম্মম্বা যুগ

কুঞ্জমোহন সিংহ

যং থেঙ্গল মহাক্ন। খুনদা থংনাবদা পু মাপল্লোমবু তাবমনি। মৈস্তু লাক্রমল্লে গোবর-খুল্লক ইমম-মনই। মমগা মম্লে, লখীনগা কুইনা শেম্বি-দবদগী কুদ্রব-কদ্রাক্লে, মখোং অতু অমুক অনাবক খুদ থীজল্লি। অংৌবা লাকপা নাং-নব। ওইববদি যং মও চাবোই। লখী মতেক অমও চঙবাদা অমথদুদা পন্থোক্লা নু ঙাইত্র। থাহনদি অস্থুম হাযনা মল্লমদবনি। নখোযনা অঙা ওইবিগেদো। যুম অম-মংদা থাউমৈ মুখু অমনাকা থানবতু অত্তুম ঙানবাই খল্লখী মতুস্ত হবা অঙা বনা থানবা। লেমতোন থানবা ইমু প যাং যাওনবমদ। ইলেকট্রিক লাকপদগী অমবোমদা নু ঙাইবেদি হাযবু ম লাক্কবা থুমিং অসিদি পন্থোক্ল। খোযাদা শাউগংখ্রে, অতুঙৈগী থাশিদগী হেন্না নমথে। হৌজিক্কী মোমবত্তী ংত্রগা হবা অংঙৌবনা থানবা লেমতোন ঙানখাদ্র

'মণিপুরদাদ লোক্তাক্কী মেনা পূমঙান ঙাল্লিনিদো।"

বদাযদগীনোদা চপ না ন্ন বাছাউদা তৌবিসিগা।" বাবাযাইমনা খুনই।

'কবিগীনা অস্থুক যাম্না থেঙলল্লিসিব, ইবুঙো?" অহন ওইববী ননানা হ লকই।

"ঙসাইনা মুমিং তান্দ্রিঙৈনা থুংলরগদবনি। অতুদা মখোয়গী চেক অসিনা হাকমনখ্রতুনা, সিফাই-গ পুলিশ-গ, খুরক হাঙদে, মফম তরামন্না-মঙাবোমনি, মথং-মথং কৈথেলমানবীদগীনা জিরি ফাঙবসিদা। গাড়ীদগী মী পুন্নমক মপোং-মচৈগা কোন্ননা লোইনা কুমথহল্লগা পরেং শানা লেপহনবা অতুদগী অন-মমতা শেংতুনা ফাকতুনা চেক তৌবা। চংহৈপোং নত্রেদা চীংলম্বী অসে।"

"প্লেনদা কোক পাইরকপদি কেদৌরি?" মমানা হায়।

"টিকেট ফংদবনিনে। ভাড়াসু চানজাগী মথক য়োখে, অতুবু মীসে পংচন্না চংলমাল্লে। অতুদদি গাড়ী লম্বীদা কোক হেক চংথ্রগে হায়তুনা। লাক্লবা, তোংজৈ মরীনদা চত্তবসু কুইরে হায়তুনা।"

"নুংশিদা তোংজৈ মরীনদো! থাইনা অতুঙৈ মৌনহা এইরিঙৈদা নপানা শ্রীগোবিন্দ দর্শন তৌরুসি হায়তুনা পুবিবদো, করিমতা অরানা শঙপোং নত্তে খোঙনা তরেংনি চংপদো! মরু, এইনামলোং অতুদগী খৌবুম.... নুংশিখ্রেদা লমদমশিং অদো, লম্বীনা চীংগোনদা লাইরেন মথেক শার-শারতুনা চংপদো। অতুদগী লম্মাংদোং য়োরমদাই লাইমতোন চীং-দোন্দগী মৈতৈ-তম্পাক উবদো কয়াতা নুংশিথ্রবা, পুক্লিং-হকচাং থুক হেন লাউবা, ...... মিত্তগী পি তাখিবা খঙতৌদেদা!"

"এখোয় ইবোক্কী থাইনা মৌনহা এইরিঙৈগী ৱারীসে তৌরক্লনি!" বাবায়াইমগী মচানুপীনা হায়রকই।

থাইনা অঙুঙৈ লান হেক লোইরকপগী অতুৱাইদা অমুকখক্তং মণিপুর চংলুবদো মতুতা মবোক্না তাঞ্জা হেক ফংবগা হৌদোকনি, মী ফার-ফারগা লীগনি। ৱারী অতু মঙোন্দদি নৌতুনতা লৈরি। অতঙৈগী মণিপুরগী শকুম অতু মহাক্কী মফমদদি হোংদ্রি।

"নোয় মাইবুঙোখোয়দি অনায়েক তৌহৌদেদনা।"

"তৌহৌদে, অতুর মকোকতি শাবগী জাংতা লোইহৌরে।"

"করিগী"?

"করিগী ওইনি। মতমসিগী ঈরাংসিননিদনা! কাঙবু'মা লাক্কনি লিশিং অদুক পীয়ু হায়বনি, কাঙবু অমমুক লাক্কনি অতুক্তগী তারদি য়ারোই, কাঙব অমত্তা ওইরবদি খরস্ত ফগদবা। মারুতি অমা হাকুম লৈবতস্ত্ অহুম-মরিরক শুরে মহাবোলশিংনা পুরুরিবা, মাথা শাথ্রবা পোংনি। খাঙবা ঙমদতুনা য়োম্লোক্কনি হায়না তৌহৌবি।"

"মহাবোলগী ঈরাংতুবু খবা ফাঙবা নেমথদ্রিবরানে?" মমানা অমুক হংলকই।

"কদায়দগীনোদা, ঈরা তেন্না কনখংলকপদগীনিনে লম্বীদা সিফাইগী চেকস্ত কনখংলক্লিবসে। ঙসাই ওন্থোক্লা নুংঙাইতবা থৌদোক অমস্তু থোকখ্রে লম্বীদা। মৈতৈপাঙন মচা অমা সিফাইনা ওন্তোক্লা থীনা ফুবিখ্রে, ফাতুনস্ত থমহৌরে, কয়াতা নুংঙাইখিদ্রে।"

বারাক হেক লাম্লোক্লগা লৈবা চেক তৌফম অদুদনি। পাঙনমচা অদু মমিং-মনা য়াম্না নিংই, লোল-লি হৈ, লম য়াম্না তোয়না চংলবা মী নাল্লি। কৈথেলমানবীদগীদি মহাক্না চেক তৌফম খুদিংদা পেসেঞ্জারশিংগী মপোং-মচৈ থাঙ্গং-থাংদদা মতেং পাংবিবক্লিবা। লমশাঙ চংলকপগী হৌনবী পেসেঞ্জার অয়াম্বা রাথনরকই। লমশাং চংপগীতা নত্তে, লম্বীনা ফত্তবনে, চীং কাবগা কুম্নগা, থেকপগা খোংপগা, শুগংকা শুদগদা, মরু ওইনা নুপীশিংদো ফনা চোকথনরকই। মখোয়গী মতৌ অদু য়েংবদা নুংঙাইতদুনা চেক তৌরিবা সিফাইদুদা পাখংমচা অদুনা কোক হেক হায়রুই, "লেডিজ লোগোকো গাড়ীমে রহনে দোনা ভাই, বহুং থক গিয়া।"

"আরে, মুঝে হুকুম দেনেৱালা তুম কৌন হো?" সিফাই অতু ফ্রং শাউগংলকই।

"শালা মারো, অঙারগ্রাউণ্ডকা লড়কা জরুর হোগা।" নংহৌদে খুপাক্না শেং শেং।

"লে যাও উসকো বন্দ করো।" ইনবোই ফুবোই তৌতুনা নুপামচা অদো অতুম কেম্প মনুংদা পুশিনখ্রে।

অতুক য়াম্বা পেসেঞ্জার অদো কনামতা করিমতা হায়বা ঙমদে।

"অতুম লৈহৌরবরনে হায়রিসিবু?" মহাক্কী নুপীনা হংলকই।

"হোয়নে লৈহৌরবনিনে, কয়াতা ম্নুংঙাইত্রে!" অতুদগী মখা অমুক তাথরকই, "নুপামচাশিংসে চেকশিন্দবা য়াদেকো। মতম অসে, মথোংমরম খঙদবা চম্মন্নবা য়ুগ অমা ওইরে। হায়ন হায়না নচানুপা সনায়াইমতু তৌজিক ফাওবা হল্লকত্রিসিনিনে!"

সনায়াইমনা বাইক থৌতুনা হজিল্লকপদো ফনা থেঙলে।

"করিগীনো অস্নুক থেঙলক্লিবসিবু?" মপানা হংই।

"ফূনবা খামদোকপা য়াওরুবদগী থেংদোকপ্রবা।"

"কনা কনা করিগী ফূনরিবা?"

"মাইস্নাম তোমালগা চোংথাম বোকুলগা য়ু তপ-তামথৈ থকচিল্লগা ফূনরিবা, হান্নগী মলোমসু খরা লৈনবা জাংনি। মথোয় অনীতা ওইরবদি খরা ফগদবা, য়ু থকমিন্নবা কাঙবু অতুসু খাম্বা য়াওবোই ফূনবা য়াওবোই তৌনবতুদা ময়ামসু খাম্বোই কুম্মে য়েংবোই তৌতুনা ওমশিন্নরেদনা।

তাঙ্গাতুদা কদায়দগীনো, মতাং চান্নরুবা হায়তুনি, পুলিশকা সিফাইগা গাড়ী মপোৎ অনী থুংলবগী রানি। কোকাই-লুকাইনবা য়াওবা থেংনবদগীদি মখোয় খরা অদো গাড়ীদা অতুম হাপকৎখ্রে। অতুদগী অতুরাইদা লৈরম্বা পাখং মচামখৈ পারেং শানা লেপহল্লগা অম-মমতা কনানা কনানো থিগৎপগী রানি। মণিপুর মচা অমা জিলাদা ডাক্তর তমতুনা লৈবা মাইস্নামদা হেক হেক লাকপদো অতুস্মু ফাখ্রে।"

"নোয়তা য়াওরুনুকো। য়ারিমখৈ চখোকপিরমু। নোয়'সিগুম্বসিনি হৌজিক মণিপুরদা সিফাইনা পংচিংতা চিংনহৌরিবসে।"

তৌবগীদি মণিপুরদতা নত্তে, কাছাড়দস্মুনি মৈতৈ পাখংমচাশিংবু চিংনবা মিৎয়েং অমগা লোয়ননা য়েংনরিবসে। হন্দক লক্ষীপুরদগীগা রংপুরদগীগা লালহৌবা য়াওবা নহারোল খরা ফাখিবা অতুদগীস্মু চিংনবসে খরমুক হেঙ্গৎখ্রবনি।

মুমিদাং থেঙজিল্লবতুদদি তুম্নরসি হায়তুনা মাগী মাগী ফমুংদা চঙনখ্রে।

তুমথনবা কুইদ্রি। অহিঙ নোংয়াইগী অতুরাইদা কনা কনানো থোঙ কন্না থীল্লকই।

"কনা কনানো?" বাবায়াইমনা হংই।

"ঐখোয়নি।"

থোঙ হেক হাংদোকপগা মাঙ্গোন্দা পুলিশ খরগা নোংমৈ পায়বা সিফাই খরগা লেপতুনা লৈরম্মী। মৈতৈমচা মানবা অম-নীস্মু য়াওরি।

"করিগী ওইবিরবনো?"

"ঐখোয় পাউ অমা ফংতুনা লাকচরিবনি। মণিপুরগী নহারোল খরা অসিদা লৈ হায়। য়ুম অসি চেক তৌবা তারে।"

"ফনি ফনি তৌবিয়ু।" বাবায়াইমনা করিমতা চিংনদনা হায়।

ইমুংগী অঙাং-মুবী অতৈস্মু হৌগংলক্লে।

পুলিশস্মু সিফাইস্মু ইমুংদা গ্রং গ্রং চঙশিল্লি। অনীহুম থোক্লা খায়-দোক্লরগা কা-কা চঙতুনা কাংখ-লুখা য়েংভি। উপূ-আলমারী লোইনা হাংদোকহল্লগা হুম্বা য়াবা হুমতুনা মাবা য়াবা মাতুনা কোয়থি থি।

করিমতা থেংনদ্রে।

"অসিদি করিনো।"

"ফি ময়োম্নি। মণিপুরদগী পুরকপনি, দুর্গপূজাগী য়োন্নবা। ঐ ঙসিতা মণিপুরদগী থুংলবনি।" বাবায়াইমনা খুমই।

ময়োমতু হাংদোক্লগা সিফাইশিং অতুনা ফিরোলশিং অতু অম-মমতা শেত্তুনা ফাক্তুনা য়েংই। করিমতা থেংনদ্রে। খ্বাইদগী মথা থংবদা খুদৈ খরা য়াওরিবদো অমুক ফাকই। করিনো চেজেংকুম্বা অমা য়াওবগুম তৌই খুদৈ অমদা থুপচিন্দুনা। থাঙ্গংলগা কনথবদা চেনা তরামুক পানবা লাইরিকমচা অমা তারকই। ময়াম য়েংনৈ, মখুমদা মুক অঙাংবনা থরান-মিচাক য়েকই।

"অসিদি করিনো? নহারোলগী চে-চাং পুবিরিবোইরে।"

বাবায়াইমা চম্মনৈ। করম হায়না য়াওরম্লিবনো মহাক খঙদে, খুমই, "কদায়দগীনোদা। তশেংনমক ঐ করিমতা খঙদে। খ্বাইরম্বন বাজারদগী খুদৈ ময়াম তীক্লকপদা অম-মমতা ফাক্তুনা য়েংলকপস্মু নত্তে।"

"ফনি, থানাদা ঙাইহাক্তং লেঙবিবা তারে। হায়বিগদবা পুম্নমক থানাদা হায়বিয়ু।"

"ঐ হয়েং নোংঙানবগা লাকচগে।"

"কদায়দগীনোদা।" পুলিশ অদো মখোল কনখৎলকপতা নত্তনা উশিং থোঙইদবগী মওং অমস্থ তৌরকই।

ফিরোলশিংদো সিফাই খরনা য়োমশিল্লগা গাড়ীদা থাঙ্গৎখি। অতুদগী বাবায়াইমরুস্থ গাড়ীদা হাপকৎখি।

ডিসেম্বর ১৯৯৫

## তকশী

রাঃ কুঃ মণি

(১)

অঙাং পাম্বা ইমুংদা অঙাং তাওঙি। মসিমক থোকই ঝল্লগী ইমুংদা। লৈকাই অসিদা রাংত-পাদবদা মমিং চংচরিবা ইমুংনি। ঝল্ল অমস্তুং মাগী ইবেনা অনিরৈগী অরাংপসি লন-থুমগী নত্তে, অমত্তা পোকচবী মচাইবেম্মা থরাকলৈমগীনি। মশক মত্তৌ অমস্তুং মরাশীদা মমান্নবীশিংদগী পঙহন হন্দবস্তু নত্তে। ময়ুম অনীরক পালহল্লে। কায়নরকপগী মরমসি অতৈ অতৈনা পঙঙাং ঙাংনরবস্তু মন্নুংদদি অঙাং পোক্তবগীনি।

হৌজিক্তি চহী নিফু হায়রকলে। তিংলম্বা উনশা খুইথররক্লে ঙাংনা চেল্লম্বা থোংলবা খজাইগী ঈ রাউথাংনরক্লে। অহল ওইশিল্লক্রবা ঝল্ল অমস্তুং রাজরবী অনিরৈগী ফোঙঙমদবা রাকংতি লাইদনি, মমিং তাঙবা, মনা পঙবা লাইদনি। কনা য়াম্না খুরুমজররনি। অত্তবু উপাই লৈতে, ঝল্লগী ধারা মুংপা তারি।

থরাকলৈমদি রাবিদে করিস্তু। লৈশাবী মচা অমদগী হেন্না কেনা লৈজরি। তিন্নবস্তু নত্তাগদনি, রাখলস্তু নহাগদনি। মাগী সঙ্গ রাংতে নুপাস্তু নুপীস্তু। মাগী প্রোগ্রামদা অহোবা লৈতে নোংঙানবদগী নুমিংতাবা ফাউবা। অয়ুক্না ময়াম পুন্না মাগী ময়ুমদা, নুংথিন্দনা মীগী ময়ুমদনি, নুমিদাংদনা তেপ, রেদিও, টি, ভি,— হেক তুমড্রিফাউবনি।

( ২ )

নোংমা লাইকু অমদগী ঝল্লনা চঙী কুন্ত্রামুক শুরবা মশক মতৌ য়াম্না চঙখোনবা নাগোর থেংনরুই। মাগী মরুপ কান্নোগী মোতোর রার্কশোপতা অরাপ্পা খুঙ্গংদগী লাক্লুনা থবক য়াওরবনি হায়, লৈকম লৈতহুনা ভারাদা লৈরি হায়, মযুম মকৈস্ত পান্দ্রি হায়, অহল-লম্মন কনাস্তু লৈজদ্রেস্তু হায়। ঝল্লনা থেমহুনা মাগী য়ুমদা লৈরুরসি হায়রগা পুরকখিবনি। মাগী মমাঙ শঙ্গোইগী মথকথংবা দলানগী কা মচাহুদা নাগোরগী লৈকম পীরে। রার্ক-শোপ চংহনদ্রে কান্নোগা য়ানরগা। মাগী য়ুমগী মালী ওইনা থম্লে। থবকস্তু হৈ ঝল্লগী ইংখোল লৈ-শু, অমস্তুং মনা মশিংগী ফজরবা লৈকোল ওইখ্রে।

ঝল্লগা অনিরৈগনা নাগোরগী শাওং-শাজং কুপ্পা শেন্নহনা য়েংলকপা থা অমা অনী হায়রক্লে। ফৈবু নাগোবসি মরুক্না তপ্লিবা, মথুং-মশানা হৈ শিংলিবা মরাহৈ মখোলনা ইং-তপ্লিবা। অরাপ্পা খুঙ্গংগী লমদগীস্তু ইমান মান্দে, নিংথৌ পানবা মতম ওইরম্লবদি অঙম অথৌশিংগী মচা মশু শোয়দনা ওইরম্বা ফাউবা য়ারিবনি খন্নে।

থরাকলৈমস্তু তুমীন্না লৈথোক্তে। নাগোরবু কুপ্পা য়েংঙি। নহালমখে পাখোল শীনবা মী থিবদা রারম্বহু নাগোর লাকপদগীদি থরাকলৈমা মথরাই য়াম্না হরাওজে। নোংমা নাগোবনা থরাকলৈমদা ইতৈমবেম্মা কৌরুই। নুমিং অহু নাগোরদা চৈ থাংখি। 'লৈমা' হায়য়ু অতৈ মিংগৌ য়ানিংদে হায়রকখি। লোয়ননা নাগোরগী অমোংপা অমস্তুং অমনবা ফিজোলশিং অমুকহন্না শেংপা য়াররোই, মানা লৈরিবা অনৌ-অনৌবা, ফজ-ফজবা অহুতা শেং-কদবনি হায়রকখি।

কুইনা কাইদা য়েংনরবা মতুংদা নিংঙোলমরা ওইবা নাগোরস্তু য়ারে, থবাকলৈমস্তু য়ারে। অনিরৈনা শীনজবনি, ঝল্লদি কয়া খঙশিন-উশিন্নখিদ-বনি। কন্যাদান থৌরাংলে লৈকাই চাক্কৌরে। লোকেল এম এল এদা

য়াওংইনবগী য়ান-চে অমগী শাক্তি ওইহল্লগা নাগোর ঝল্লগী মমাক ইবুংঙো ওইথ্রে, মাল্লি ওইখিদ্রে। য়ান-চে অতুদা নাগোরনা মশাগী সহি 'নাগেশোর হায়না তৌখি। মীনা নোঙ্গ-খোংনবগী ব্রা অমত্তা ঝল্লসু তাখিদে, অনিরৈসু থৌশাখিদে, থরাকলৈমসু খঙশিন্নখিদে। হায়ফেৎ ফজবা পুক্নিংগী তাংকক অমা অসুম্না নমতুনা ওইহনখি ঝল্লগী ইমুংদা।

( ৩ )

নুমিদাংব্রাইরম অমনি। ঝল্লগী শুমাংদা মোংত্তাই শুংদাইনবী মৌ-নহা অমা লেপ্পখি। মনঙ্গন্দা অপীকপা মচা অমা পোরি, মথুং য়েংনা মনপনা মচিবান য়ৌনা চোরবা চহী অহুমলোমগী অঙাং অমা শন্নি।

'ব্রা অমত্তা হংজগে ?'

মাঙ্গোন্দগী ঝল্লনা খুম্মি, 'করি হায়বগে ইবেম্মা, ভিক্ষা নিগে হায়রবদি অয়ুক লাকপা য়াদ্রো ?'

'ঐ ভিক্ষা নিবা লাকচবা নত্তে। ঐগী ইপুরোইবা নাগোর থিবা লাকচবনি। য়ুম অসিদা মা লৈ হায়, অমুক্তা উন্নজগে।'

'ঝল্ল শ্বাই লাউই'। খুদক্তা ইমুংলোমদা মঙক লৈশিল্লতুনা লাউখি, 'অনিরৈ ! অনিরৈ ! নঙবু কদাইদা লৈবগে ? কদাইদগী অঙাউবীনো অমা লাকই য়েংলো লাউ।'

অনিরৈ ইমুংদগী চেন্তোক্লককই। থরাক লৈমগা নাগোরগদি সিনেমা য়েংবা চংখি। হায়ফেৎ য়েংলম্লগা অনিরৈনা ইমুংদগী লুপা তরা চৎপী অমা লৌথোক্লব্রগা মৌনহা অতুদা পী। অতুগা হায়খি, 'চংলো চংলো ইবেম্মা হয়েংমুক্তি অয়ুক ওইনা লাকউকো।' মৌনহাতুনা তরাচংপীতু লৌ হায়বা য়াখিদে। 'নাগোর অমুক্তা উন্নজগে।' তম্মা হায়রককখি।

'লৈতেনে ইবেম্মা, হৌজিক্তি। হয়েং অয়ুক লাকউদনা !'

'ঐ লৱাইদগী লাকচবনি। নাগোরনা মচা অনী অসি থনম্নগা ইস্ফালদা শেল তাল্লুনি চংখিবনি ঐনা মৈনিং কুম্নিঙৈদা। চহী ফারবা অসি ফাউবা হোই মাই করিমত্তা হায়রক্তে। ঐ য়াম্না রানা লীখুন লীজরকপনি। অমুক্তদি উন্নহনবিয়ুবা কৈদোগে! ঐগী অহিং লেকফমস্তু লৈতে ইস্ফালসিদদি।'

অনিরৈ লাউরক্লে। 'পেং পেং য়াম্না ঙাংঙ্গদা হৈবেম্মা। চংলো চংলো অঙাউবী, স্বাইদা নাগোর কৌবকা অমত্তা লৈতে!'

ঝল্ল মতৈমনাওনা তান্তোরকখি মৌনহা মমা-মচা কোনথোংগী রাংমদা।

মৌনহা মকন্থি লৈ। কোন্তোং মপান্দা অস্থুম লেপ্তুনা লৈখি, থেংলবা ফাওবা। মনঙ্গনগী অঙাং তোয়না খোম ইল্লি হৈকাই-হৈকি নাচুংদনা। লেপলিবা অঙাংদুদনা পোংয়োম মনুংদগী অচাপোং লৌথোক্তুনা পীজে। লৈরক্তা হঙ্গং-হন্দা চেল্লিবা হুই-হৌদোংশিংনা ফাওবা মখোয়বু উরগা তুমীন-তুমীন চংনখি।

খরগা ভায়থববা মতুংদা থরাকলৈমনা মারুতি অমা মৈ ঙান্না থাল্লতুনা থৌরকই। কোন্তোং মপা য়ৌরবদা মনুংদগী নাগোরনা কুমথররুগা কোন্তোং হাংদোক্রবা হোংনরি। তাঙ্গাভুদা মৌনহানা নাগোরগী মথুং তাপ পায়। 'সে নচা অনী অসি শিন্নরমগে।'

নাগোরনা খঙহেক খঙদি 'কেবী, নঙদি 'সিদা কৈদোরম্লিবা?' ফং হায়খি। থরাকলৈমা তাহৌই, 'কনানোনে অমম্বসিদা?' মাস্থু হংখি।

নাগোরনা খুমখি, 'খঙদেনে, কদাইদগী অঙাউবীনো অমম্বা মরক অসিদা!'

পাউখুম অতুনা কেবীগী থম্মোই পুবা ঙমহনখিদে। খঙহৌদনা ৱানথখি। অঙাং অনী খোঙ্গেল হৌনা কপখি।

মী তানরক্লগা ফররোই খল্লমাল্লে। গাড়ী মৈ মুৎথংলে। রাম্বরিবা কেবীগী কোক্তা ঈশিং থাগে, অঙাং অনী কপ্পা থেম্রে। গাড়ীনা মমা মচা অহুম্মক হাপকংলে। নাগোবনা অপীকপা অঙাং অতু পমখ্রে। নাগোরগী ঈঙ্গিং মতুংইন্না থরাকলৈমা গাড়ী মমায় লৈথোক্তুনা পাল্লেপফম খঙদবা মায়গৈ অমদা গাড়ী তপ্পা তপ্পা থোৌখ্রে। গাড়ী থোরি হায়বত্তু মঙাই, থরাকলৈমগী খোইদৌগী মিতুল অস্তুম অশ্রম তিং তিং চোংলকখি। রাদি ঙাংথোকখিদ্রে।

খরা থাপ্পা থোৌবক্লবা মতুংদা অমম্বা মরক্তা লোংলিবা পাক্লবা লমহাং অমগী মপা য়ৌরে। নাগোরনা গাড়ী খান্নবা ইঙ্গিং তৌবকখি। মতম অদো কেবী মমিং পাংলম্রে, জ্ঞান লাক্রে।

'গাড়ী য়াদ্রে, অমুক্তা শেমগিগে' হায়বগা নাগোরনা মমা মচা কুমথহল্লি, তম্বাক্তা পল্লম্বা অঙাংতু কেবীদা শীন্নে। গাড়ীগী বোর্নেট হাং-দোকশিন্নৈ। ঙহাক্তং শেমজিন্নরগা থরাকলৈমগা নাগোরগা গাড়ী মনুংদা কাখংখি, গাড়ী ময়াদা লেপ্লিবা মমা-মচাবু অমুক কাখংহন্দনা, গাড়ী খঙথো থোৌখি।

লমহাংগী নুংশিং অমম্বা মরক্তা টরু টরু কন্না শাংলি। কেবীগী মিংতগী থোক্লকপা মৈরীনা মুংশি মুংশি ঙাল্লিবা থগ্রাম্মিচাক্কী মঙালদা তিনখি। মচীন্দা মথা চিক্তুনা তকশা শোল্লি। মখুং ওইগী খুবাক শং তিংথোক্লগা য়েংকী খুংকী খুংচেপ অড়না থোৌরবা থাশাং অমগুম্মা ওইগী খুবাক্তা য়ান্থখি।

অরাপ্পদা অমস্তুং অনকপদা য়ুরান কন্না পাইরিবা নহারোল লালহৌবা অমত্তনা উহৌখিদে। সমাজগী চূপ্পী পায়রিবা অঙম্বা অমত্তনা তাহৌখিদে তকশাগী খোল্লাউ। মাঙখি অনম্বা লমহাংদা চীন্নাই-খোন্নাইদনা।

৩। ১১। ৯৫ ইং

# চেষ্টরক্লিবা ঈখেংসিগী মথংদা করি ?

চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

য়াহৌরকপগী মমায় মমিং তাবা লোইরকপদা ঙাইঙমদনা ইবোচৌবা মোবীখোয়দা লাকই। শুমাঙ-চুরিত্তাফম য়ৌরকপদা লাওরকই- 'ইমোচা ! ঙসিগী খবর লাকঅব্রা ?''

''লাকঅমাল্লে, ইবোচৌব ! অঙাংশিংন লৌশিনখিব উই।'' মাঙ্গালদা ফমুগা মোবীগী মমা থরাকসনানা ইবোচৌবগী পাউখুম পীরকখি।

''করি পাউ লৈরে ?''

''ঙরাংগীত্ত য়েংগে তৌনি ইন্দোন্সি !'' ইবোচৌবনা মোবীগী মচা ইমোচাদা হংখি ''নখোয় পারব্রো ইমোচা ! করি হায়গে ?'' ইমোচানা খবর পুথোক্লরুগা পীবে, হায়রম্মী—''বাবাচৌ ! য়াওবনি।''

''করিনো নখোয়না য়াওইগ-য়াওদেগ হায়নরিবত্ত ইবোচৌবা ইন্দোনস্ত তাগে লাওনা পারকউ।''

থরাকসনাগী ঋাইদগী ইবোচৌবনা হায়রকই ''হৌজিক্কী খবরদবু করি ইনি ইন্দোন্সি ! কাপ্পয়ে, শিরে, ফাঙ্গে, ভন্দোক্লম্নে অদগী শেংদোকচবা,

হ্লাকংচবা ।" ইবোচৌবনা খবর য়েংলগা মখা তারকই "ইন্দোন্সিবু মৈরা পায়বীগী প্রসিডেন্ট ওই হায়দাইনে ? পাউ পূম্নমক য়োধকই নত্রো ?"

"নখোয়' পাউনা অমা, ঐখোয়' পাউনা অমনি, মান্নদে ।"

"এ, ইন্দোন্সিখোয়গীনা কমদৌবা ?

"ঐখোয়গীদি লাইরিক মরোল য়াওদে নুংতুম অমনা ইলত্রিক ( ইলেক্ট্রিক ) পোষ্টতা কোং-কাং, রাদা কোক্-কোক্ লোইরে । লোইনা খঙনৈ ।"

থরাকসনাগী পাউখুমদা ইবোচৌবা মোমোন নোকচে । থরাকসনানা মখা তারকই "ঙরাং ঐখোয় মৈরা পায়বী নংলমদ্রবদি নচা নুপাহ্ পুথ্রগদ-বনি । অমুয়াইমগী মচাহুদি ফনকন্ন মুন্নবর উপাই লৈখিদ্রে । মখোয়গী রা কাদি য়াওদ্রা ইবোচৌবা ?"

"য়াওরম্বয়াই ইন্দোন্সি ! ঐ পাজরকঅগে ।' ইবোচৌবনা পারকই "ঙসি অয়ুক নোংমৈনা কাপ্পদগী শিরবা নহা অমা য়ুমজাউ লাইরেম্বী লম্পাক্তা লৈরম্বদগী পুলিসনা লমফেল মোর্গতা মশক খঙদোক্লবা থাগ্নে । অশিবসি চহী ২০গী লেংগানি । কচু ডৌই, মশা ফুনৌনৈ । খোংগ্রাউ উং মচুগী শেংলি, ফুরিং অঙৌবদা হিগোক্না নাংবা লিংলী কনাগুম্বন . . . ।"

'ইবোচৌবা ! মতু নদ্রে, ইন্দোন্না তানীংবদি ঙয়াং শিভাইন য়ুম চঙতুনা থিবা পোং চাইখাইরম্বা ; নহারোল ফাবদা পুখিবহ্ হায়বনি ।'' "ইমাসি ! মথং মথং পাজরক্নে তৌবনি ।' ইবোচৌবনা ওপরেশনগী পাউ পাপ্পরকই ইম্ফাল তাং অশুক অশুক, ঙরাং অয়ুক পুং ৫দগী নুংথিল পুং ২ ফাওবা মণিপুর পুলিশ অমসুং সিকিউরিতি ফোর্সনা লাইশ্রম লৈকায়দা থি-হুম্বা ওপরেশন চথবদা চিংনবা মীশক তরুক ফাখি । চেচাং খবরসু ফাগংখি, মখা তানা থিজিম্বগী থবক চথরি . . . ।

"অমুয়াইমগী মচাত্থু মতুদা য়াওত্তারে। মাই মচাহুবু অশেংবরনে ইবোচৌব ? ঐদি কয়া থাজদেবু।" থরাকসনানা ইবোচৌবগী খবর পাবা মরক থংলত্থুনা হায়রকখি "কনানা শেংলিবা কনানা শেংদ্রিবা ঐখোয় মীচমদি খঙদবনিনা ককণ্ডণমরে। খঙদ্রেদা কদোম থোক্রদোইনো লৈবাকসে!"

"মতুদগীনি নহারোল মরক্তা হাংনরক্লিসে ইন্দোন্সি! নহারোলগী মরক্তসু শাশিন্নবা শেন তান্না, সরকারগী এজেন্ট ওইবা অত্থুগা রাখল মান্নরক্তবদগী মচোই মচোই তারকপা কয়া য়াওরজাংনি।"

"অমুয়াইমগী মচাত্থুনা কিরিনি হায়রিবা ?"

"পি, এল, এ গা মরি লৈনৈ হায়রি, খবরগী রানী মথোঙ খঙপোং নত্তে ইন্দোন্সি!" ইবোচৌবনা খবরলোমদা অমুক মখা চত্থরকই — পুংদোংবমদা মশক খঙদবা নহারোল খরনা সি, আব, পি, এফ কি গাড়িদা নোংমৈ কাপশিন্নদা সি, আর পিনা হন্দুনা কাংবদগী লম্বী চংচবী মৌ নহা অমা পান্দুনা শিরে হায়রি।" ইবোচৌবনা ঙাওলিজৈ ইমোচানা চা পীরম্মী।

"ও: ওন্থোকপনিদা! মচাকাদি লৈ হায়ব্রা ইবোচৌবা ?"

"মৌ নহাত্থু মচা অমা পোরগা মচা অমা মখুং শমত্থুনা ত্থুকান্দগী পোং লৈকরগা হল্লকপনি হায়রি ইন্দোন্সি। অঙাংশিংত্থুদি শোকাহৌদ্রে, মমাত্থু খুদক্তা শিরে হায়রি।"

"নত্তে নহারোলশিংসিনা তৌরিসি করিনো ? কৈথেন মীরক্তা, লৈকাই খুল্লক্তা তোয়না খুং থারিসিবু চুম্লা ? মত্থুদগী মমা-মচা মচিন-মনাও কয়া শিরে, থোক্লে। মসিগী ওইজবা করিনো ? ঐখোয় মৈরা পায়-বীশিংনা মীশি-মীনা থোক্লনবা য়াবেক-পত্রি তৌরিসি অরেম্বা ওইবেনে।

থরাকসনানা মখা তারকই "ঐখোয়গীদমক তঙাইফদবনি হায়দুনা মমল চঙমা শাগৎপা-থম্বীবা পোৎলম কয়া কাপথাই-থুগাইবা। ঐখোয়গী ইরক্তা য়াম্না রানা ময়ূম অমতং শাগৎচবা, গাড়ী অমতং তোংজরুবা কয়া মমীত্তা মপী তানরে মখোয়গী য়াথং ঙাকপদা। প্রজাগী শেন হুরানবা, মুংঙাই য়াইফবশিংদগী লৌবদি লৌজো, তলব মচা চাজবা ময়ূমগী কোন্নজদবশিংদস্থু শেনখায় লেপ্পা য়াদে। ঐখোয় মোবী চীংগী অমা তমগীনা অমা মকোক ঙাওরবনি ইচাসে।"

"ইন্দোন্সিনা হায়বিরিবু অচুম্বা য়াওরবস্থু নহারোম্না য়ারোই। মখোয়গীদি মীয়ামদগী শেল খায়ত্রবদি কদাইদগী তাল্লুগনি; মখোয়না পাঙথোক্লিবা থবকশিং অসিগী শেন য়াম্না দরকার ওইরি।

পূন্নমকসিগী হোৌরকফম খিরুরবদি নহারোলশিংগী মরাল নত্তে, চহী য়াম্থে চথুরকখিবা পুকচেল শেংদবা, মশাগীতা থনবা, লৈবাক মীয়ামগী য়াইফ থৌরাং মতীক চানা লৌখৎহোৌদবা; মতুদা ভারত সরকারনা উশিন্নদ থঙজিন্নদনা লৈরকখিবগী মহৈনী ইমাসি!"

"নঙনা হায়রিবদু ঐ ভাব তাদে নুপামচা!"

"তারোই। মসি ইন্দোন্সিথোয়গী নিংথৌ পাল্লিঙৈগী রা নত্তে। ঐখোয়বু নমজা নমথেক্লুখিবগী, উশিং থঙইনিদবগী রানি ইন্দোন্সি।

লমদমসিনা নোংম নোংমগী লৈখা তারকখিবা মৈ, ঈশিং, থবক ফংদবা। অমরোমদা অরানবনা অচুম্বা শাবা, শেঙ্গা থুমজা অসিনচিংবা কয়াদগী চুমথোরুবা হন্না হন্না লাওজরুবদা তাবিনবা লৈরক্তবদগী খোয়শাওনরবা নহারোলশিং ঈথেং মরক্তা চোংশিল্লকখিবনি। ঈগী ঈরম ফাংখিবনি ইন্দোন্সি।"

ইবোচৌবগী শাংলবা রাহৈ তারুরগা থরাকসনানা হাল্লরকই —
"নিপা মচা! ইচাবু ঙসি নোংঙাল্লকপদা লাই ফত্তবা শুরুকত্রা; নমঙ নহা লুংঙাইরক্কবরা; নঙবু মহৌশাগা মান্নদে, ভোট লেপ্পা মীগী রাঙাঙ মাল্লে হায়মি।" থরাকসনানা মখা তাখি—

"ইমোচা! নমাদা বেড়াকা লৈ-লাকপ্রা হংউ, চা থকলুবসি চীন থুম্মী নঙ পাবুংগা থকমিন্নগে মচৈ অনীদা পুরকউ।"

"হৌজিক চেন্থরিবা ঈগী ঈথেংসি থিংহোগে হায়রবদি হান্নগী তুকৎ-চরবা হৈনবী লমচং পূন্নমক থাদোক্লগা পুমনো নৌবা অশেংবা লম্বীদা চঙশিনবা তাই। ইরেবাক ইরমদমগী য়াইফনবগীদমক কংথোকপা তাই। চহী ৪০ শোখহৌরবা লমদম অসিগী অরাংপা খুদিংমক মেনখৎপিগদবনি। মসিদা ভারত অমস্তুং অরাং নোংপোক্কী লৈঙাক থৌদাং য়ারিবশিংনা থোইদোকপা মীৎয়েং চঙবীগদবনি। ভারতকী অপূনবা শক্তম কায়হল্লোই হায়রবদি অরাং নোংপোক্কী শক-চু মান্নদবা কাঙলুপশিং অসিগী লৈজ-রকপা মনাংশিং খঙবিতুনা পুকচেল শেংনা ভারত সরকারনা লোয়নবীবা তাই।"

"নঙগীসিবু ইবোচৌবা .. .. !"

"ঐদ নত্তে ইন্দোম্সি! ঙরাং থেংনখ্রিবা খুদোংথিবা অল্লাবা, কোম্বীং ওপরেশন কয়ারকনো ঐথোয়না মায়োক্লগদৌরিবা? ইরমদমসিগী অচম্বা মীয়াম্বু লালহৌবগী রাখোক্তা মরাল লৈতনা হাংতোকপিবা-নৈহংপিবা, নোংমৈ চিন্দোন্দা নীংতম্বগী হক মংপিবা। পেন্দবা ফোঙদোকচবা ঙমহনম্ব্রিবা। পূন্নমকসিনা মৈ শুইতুনা চাক্লক্লবনি, মহুগী পেন্দবা খোল্লওনি, নচানা ঙাঙলিবসি; চোইরোন নত্তে ইন্দোম্সি! চোইরোন নত্তে।"

"ঐনা হায়বদি খবর পারগা জ্ঞান লৌত্রা। হায়বু ফৈরেংনবা রা ঙাক্তা ইমা ভাব তাদে ইবোচৌবা! নহারোলশিংগীশু কয়া ফাগ্রে,

কয়া শিগ্রে ; সরকারনা হন্না হন্না ওপরেশন তৌরে। অদুবু লেপ্পা লৈতে, হেন্নহন্ম কনথৎলক্লি। খঙদ্রে ইবুংঙো! লৈবাকসে করি ওইগদৌরিবা ? তুংগী খল্লুবদা রাদবা ঙমদে।”

“লেপ্পা লৈরোই ইদোন্সি লেপ্পা লৈরোই।

মখোয়না লৌখৎলিবা থৌরম খুদিংমক অচুম্বা, অফবা, লৈবাককী য়াইফনবা ওইরমগনি। অদুবু নচাগী রাখন্দা নীংতম্বা –”

“মখোয়দা করি হায়গে হায়রিবা ?” থরাকসনানা মরক থৎলকই।

“চেকশিল্ল মখোয়দদি হেঞ্জিনবা, ওইদবা রা হায়বা য়ারোই! অশোইবা নত্রগা খন্নবদি য়াই হায়বনি।”

“নীংতম্বা ভারত্তগী তোথায়বা হায়বসিগী তঙাইফদব। ঐখোয় মতীক চাদবা হায়বা রাহংসি থোক্লকই ইমাসি! মসিগী পাউথুম কয়া লৈবা য়াই। অশম্বদা খুম্বা য়াই- ঐখোয় হান্না নীংতম্নমী। হৌজিক ওইরক্লিবা অশোয়বা—অরাংপা কয়া নীংতম্বনা কোকহনগনি অসিনচিংবা। লুরিবদি নীংতম্বদগী মতুং শিজিন্নবা হিরোইশিংগী মতাক চাবনা হেল্লি ইন্দোন্সি! নচানা চিংনজরিবদি ঐখোয়গী অশোম্বদা খুদোংচাবা লৌরগা লৈবাকসিবু মচেং তানবা নত্রগা খুরো থাংনবা কনাগুম্বগী অরোনবা খুজিন থৌরাং য়াওরমগদ্রা হায়বসিনী।”

“ইবোচৌবা! নঙগী রাসি তারু তারুরগা ইমা কোক ঙাওরক্লে।” ঙরাংদগী নিংদোন পোম্বা হন্তদ্রিবৈদা নঙনা খবর পাবরা হায়রগা কদাই কদাইদগী রা ঙাক্কা ঙাঙলরে।”

“ইন্দোন্সি! নচাগা রাহৈ শোয়রবস্তু ঙসি ওইরিবা লমদমসিগী কাং-খোং চাইরবা মীরোল অসিনা রাখল খন্থনদুনা তুংগা মীরোলগীদমক শান্তিগী থোঙথাং লৌখৎহৌদ্রবদি মতমগী লৈরোলনুংদা চঙখ্রগনি।”

ইবোচৌবহ্ন ভাণ্ডবমখৈ ভাণ্ডলম্লগা রারমাম্লে তুমিন্না থবর য়েংঙ্গে। খুদক্তদা খঙহৌদনা পোখাইবগী অহৌবা মখোল অমা তারে। খোঙ্খেলচুগী মতুংদা নোংমৈ মখোল মথ, মথং। ইবোচৌবা থবর থাদরম্লগা "কদোমদনো য়াম্না নরা তাই, অঙাংশিং চথোকখিবা য়াওরো।" হায়না লাওচুনা চংখি। থরাকসনাস্নু ফম্নম্বদগী মখোলচুদা চিংনজবগা লোয়ননা ইমুং-লোনদা চঙশিল্লচুনা হায়খি "নুপীমচা। ইবেয়াইমা। অঙাংশিং কৌশিল্লু" থবাকসনানা মখা তারকই "হন্দক্কিসিনা কবি থোক্লগবা। লাইনিংথৌ ইবুংঙো ০ঙগী সনা লৈবাকপু ঈথেং মরক্তা কয়া কুইনা থাজহনবি-খিগদগে।"

তাং . | ১১ | ৯৫

# লাইকিশি

এল্যাংবম দীনমনি

পাথাপ লোয়শঙদা কন্না খুন্দিন্নরি। দোলাই পাবনা পল্লোন তরেৎ খরা কন্তক কোয়রম্বা য়াই; ঙক্লি তৎকদৌরদনা মখাদি য়েংলুদরে। লম্বী-থোং, সোরোক-লমজাও পূমচীক। উত্রা মমাঙদা থোক শিদোক্লবগুম তূম্মিবা চীংলাইনা মীৎশাংদা ভাল্ড্রা ফুরম্বা হয়িংথোংয়াম্বী খরগী মমূনা মীৎলুদগী তোঙনাওদা হল্লুবদগী তূম্বা কায়বদগী মনা খজিক-খজিক লেঙ-ঙকপগী তৌবনি; নত্রগদি লৈমায় অসিগী মঙা থোকপগী মরাদি শিরে হায়না লৌনরম্বা য়াবনি। য়ারাই হৌহুনা মমীৎ-মনা ইথা থাগৎখ্রবা নোংশা অনীথক্তি লাপ্লপা ফীরান চৈথোক অমদা ঙাহুনা উইকম-উইকম তৌহুনা লৈবা উই। (কাপখায়খ্রবা নোংশানিম্ন হায়নবা য়াওই) খুৎশা খোঙশাদি উচি খবা খরা ওল্লকপ্রগুমম্ন তৌই। মুনি ঙাইবিরা, মাইবী-পাঞ্জি ঙাইবিবরা অমদি তৌবা মাল্লি।

খুন্দিন্নরিবা মখোয় য়াংখৈগা তরামুক্তু মান্দোপ ময়াইহু ইকোয় কোয়বনিনা লোইনমক ময়ায় তাংবল লৌনবা মাল্লি। মখোয় খুদিংমক মচু ওল্লি-ওল্লি তৌই; নুমীৎয়্যুংবী য়েকপা ফান্দুমদা কন্মি। অরেপ্পা

খরা অমসু য়াওই। খর অমদি লেপ্পা-মরক ফম্ব-মরক্তা মীৎচী খৎনরগা চিবোন-চিবোন তৌনবগুম তৌই। কিরতোন মপু লোইনা মাল্লি। হৈবী মেত্তুনা রাখোঙদা চামিন্নরুবগী রা ঙাংনবসু মাল্লি। অশাংবা মনামথৈদি ফক্লাংলোমদা ওনশিল্লি; নিংথৌ ওন্থোরক্কদবা মান্না উই। মথাউ মথাউদা লৈ পরেং অমমম হাপ্পরি। তাকথোক্লদে। শেঞ্জেং মচুগী লৈথোমনা শাবা মূর্তি মথং মথং ওইনা খিল্লকপসু য়ারি হ'য়না পাউগী খোর্জে খরনা ঙাংনবা তাই।

ঙাইহাক লৈরগা নুপাসু মানবা নুপীসু মানবা অমনা মমীং মনা চপ য়ুংখত্নন ফুক হৌগৎলকই; অরেপ্পা মরক্তা নোকফেং নোকফেং চঙখি। নাকন্দা য়াল্লিবা চোলখাউ অতুদগী মগানা য়োম্বা ময়োম অমা পুথোক্লক্লগা হৈকং-লৈকংফম ময়াইদা থম্মগা ময়োমতু তপ্পা থোক্লকই; মন্নুংগী য়াওরম্বা পোৎ মতুমতু উবদা ময়াম অমনা খূবাক খূরকই। খূবাক নাম্মতা খূদসু য়াওবা উই। অফম্বা খরদি মচুপ পৈনবগুম তৌই। ময়োম থোক্লিবা অতুনা ঙাংলক্লিবৈদা, ঙাংগে তৌরকপগী অতুদা শেঙ্গাউ শরীক অচৌবা পায়বা নুপা অতুনা লাউরকই—

—সনানি।

"মরম পীয়ু!" অফম্বা অমনা হায়রকপনি। নাকন্দগী অমনা মরম মথং মথং পীরকই—

– মান্নি, সনাদ সনানি। এরমদি নুংদাংদা মমজরবসু অয়ূক নুংথিন্দদি পূমলং লৎই; মৈ ঈক্ত্র-ঈক্ত্রগনা হেন্না হেন্না লংখৎলকই। সনা অমা লেরবদা করি কান্নরোই। সনামুক কান্নবা অতৈ লৈত্রে। সনা হায়বসিনা কান্নবদি—

সনাগী কান্নবা ঙাক্তা মথং মথং পল্লকই। ১০৮ দগী খরা হেল্লপ লৈ। কান্নবা তরাতরা পল্লকপা খুদিংগী খুবাক খূরকই। অরেপ্পা কাঙবুরোমদগী মাল্লি। মরক্তা ফম্লম্বা অমনা লাউরকই—

—নুঙনি নুঙনি।

"মরম পীয়ু মরম।"—শরীক্না পান্মকপনি। মরম পীরকখি—

—মরমদি মসিনা নীংখায়রকপদগী অশিবা খরা য়াওনা ময়াম ননখরে। মসিনা সুনবদগী লাইনক কয়া কাযনরে। লেপ্লিবা লাইবক খরসু য়াওখরে। নুঙ চঙলবা লাইবক্তা নোংদম্বা মানা করি ইবা ঙমগদগে। নুঙ চঙলবা সিলেপতবু করি ইবা য়াবগে য়েংবিয়ু………। সিলেপ অমগী মওং মতৌ, মসিগী কান্নবা, মচু শাবদা থেংনবা অরাবা, অরাবা অচু কোক্নবা পাম্বে—অসিনচিংবা পল্লচুনা পুং ৪৮ গা মিনিট খরা লেপ্তুনা ঙাংলুরবা মতুংদা, ঙাংনা ঙাংনা লেকথরকপদগী য়োৎ মানবা তৌগী সগাইদা হাল্লগা পুথোকখি। অমুক শোয়দনা পুশিল্লক্কনি হায়বগী থাজবা মাইবা অমনা পীরম্মী। লৈথিন্দবা আম্মাগী রারোল ইথোক্নবা খন্নবসু তুংগী পরেংদা অমনী য়াওরম্বা য়াই। খুন্দিন থোরম অহুম চত্থহৌরি -

- সনানি!

—নুঙনি।

—সনাদ সনানি।

—নুঙমক্কি।

—পুঙস-সনানি।

- সুকস-সনা নত্তে পুঙ নুঙ নুংনি।

—সনানি—।

—নুঙনি!

সনানা সনাগী মোত, থোল্লাউ। নুঙনা নুঙগী লাইথায়। খুদিং-মক ঙাংহৌই পূম্নমক লাউনহৌই। অকক্নবা চহী খরগী নুমীৎ হেক তাবা মতাং ফাওবা ইন্নহৌরি। নাহুমদা হাইজিন্নবসু য়াওহৌই। অয়াম্বদি লোন্না শৌগৎলকপা মমৈচু লোইনা হায়নহৌই। থোক্লরকপদা উত্রা

মমাঙদা য়ুংনা যৈন। ভাংম্বা শরূ পোলাংদা য়েংনরম্বা য়াওই। খল্লবা য়াওই—শব্দ অসি মথংগী খুন্দিন ফীজোল তূবদা কুদাম পানবা কান্ন-গনিসে।

খরগী মতম লৈবগা শরীক খীংলকই; খুন্দিন্নবগী পাউ ফংনৈ। শেমজিনবা নংহৌদ্রবা মান্দোপ্পা লোইনা চঙনরকই। অনৌবা ফীজোল অনৌবা ফিওং অনৌবা মচুনি। কুদামসু অনৌবা। মীওই হান্ন-হান্নগী মাল্লি। অমনা কাত্রংনা যোম্বা ময়োম অচৌবা অমা থোক্লগা লাউরক্কনি—সনাদ সনানি।

অমনা খুম্মকনি—মুদে মুঙনি

ফো পবেং লেংবা লংলাদা লাইকিশি তাই।

ইক্ষাপ, ৫ | ১১ | ১৯৯৫

# নুং চক্লা তকথায়বদা

শ্রীবীরেন

"তোম্বীহোইগী ইতৈমা ইবেতোনসি য়াম্না তৌঙম্লমান্নে।" ঐনা হংবোই ঙাঙবোই তৌনা হৌদোক্লুই।

"হোয় য়াম্না ঙম্লবজাংনি খিংতগা নত্তে।" ঐগী নুপীনা খুম্লকই। ঐনা ফমুংদা লোংনা হিপ্পা মেগাজিন অমা ফাক্লুনা য়েংলি। ঐনা খল্লি পুবা ঙম্লক্ত্রহুনা তৌবা ওইরিনি। ফোংনা হায়রুই— "মাবু কৈথেন্দা চাপ্পা বোরাগা য়োনলমদাই; মতুনা কৈদৌরবা তোকখ্রবদি?"

"ললোনশেলত্তু চানীংঙাই লৈতবদগী চাখোকখ্রেদনা অতু ওইরবদি য়োনননবা পোং-চৈ অমুক লৈবা ঙমদহুনা তোকয়েদনা। রা হায়বর মসিনি।" ঐগী নুপীনা সেলেবল শাংনা শাংনা চিংথোক্লুনা ঐবু জ্ঞান তানবা তাক্লম্মী।

ঐনা মহুদা— "চুম্মীদা মহুস্থু। মচা ময়াম থাকপা ঙম্লরিরোই। নুংবু নুংশিদা, ঐখোয়না অস্থুক রারবসিদবু মাগুম্বী নুপীনবু মচা তরুকতু করম্না থাক্লিগদগে? ফরবস্থু ফত্রবস্থু ঐখোয়গীদি খাদা লেঙদনা লুপা

চাত্তরেৎ, চাত্তরেৎ শোয়দনা লাক্লবনি ; সি ফাওবদা ক্ষেৎ ফেৎ হাইরব-সিদা ?"

ঐগী নুপীনা হায়রকই—"মতুগীবুদি য়াম্না চুমথ্রবজাৎনি। ফনা ফরম্বা নুপীনি হৌজিক্তি লোইরে, মীগী মপোৎ মচৈ পৈশা শোকচিনবদা অঙকপা ফংলবনি। ননশোংপী হায়বত্ত তশেংনা ওইরে হৌজিক্তি।"

ইতৈমা ইবেতোন লুখ্রাবীনি। মপুরোইবনা হুন্দোক্লম্বা চহী মঙা তরুক ফারে মচা তরুক, লৈশাবী অহুম, নুপামচা পীশক পীশক অহুম হুন্দোক্লম্লগা তাইবংপান অসিদা মশক উথিদরে। মরা মপাউ তাখিদ্রে। মচানা করি চারি, মাগী নুপীনা করম্না হিংলি হায়বা হন্না য়েংলখিদরে। ওন্থোক্লা লুনা তৌজখ্রবা মচান্নুপা ইতোন তোনবা অমদি মচানুপী অহল অসিগনা নুমিৎ নিনি চেঙ লৈতহুনা চরা হেন্দুনা মমিৎ তন্দন পাইরবা ফাওবদা মচাগী অরাবা মতৌত্ত উদনা অনম্বদা লৈগ্রে মপাদি। কনাগী অরাবা মানা খঙবিবা লৈত্রে।

শিখিবা মাদি, অমরোমদা, য়াংগ্রে। হিংবগী লুম্লবা পোৎলুম অসি পুবা য়াওখিদ্রে। মানা শিদ্রিঙৈদা পুমিন্নরম্বা লুম্লবা পোৎলুম অদো মানা হেক শিখিবগা মাগী নুপী ইতৈমা ইবেতোনগী মথক্তা পূল্লপ পূন্না থোংগৎপিরম্লে। পাকখ্রবা তাইবংপান অসিদা কনাদস্থ পোৎলুম অসি থোঙ্গৎলুবা য়াদনা মাদনা পুত্থনা লাক্লি

মচাশিংদি অঙাংনি, করিবু খঙলুগনি, লাম্লগা চাগে, মীনা ফজবা ফি শেৎপা উরগা শেংকে, সিদনি মখোয়গী হায়ববু। মানা পোকপা মচাবু কনাদা লংশিনলুগনি। অঙাংশিংসে য়েংবা নুংঙাইত্রে হায়হুনা চারা অনী অহুম হেল্লক্রবা মতুংদা লৈকাইগী কনাগুম্বনা নোংমা ফাদোক চাক চখোম অমা অত্থুক পীজবিরবা নত্তনা, ঐগী ঐগী পুবা ভম্লবা হোংনবদ

কনানবু কম্বারক হন্না পীবিগদগে ? পুন্নমক অসে ইতৈমা ইবেতোন্দি চেনবা য়াবা নত্তে। থাং, তা, নোংমৈ অনত্তা শিজিন্নদবা কল্লবা অমদি শাথীরবা লাল অসে মায়য়োক্লবা তাই ইতৈমা ইবেতোন নুপী অমা ওইরবসু। অঙম্বনা হিংজহৌবা, ঙমদবনা মাঙজখিবা মশানা তাজবনি।

"ইচে ইবেতোনগী মরমদা করি তাবগে ?" ঐগী নুপীনা হংলকই।

ঐনা রারা লাখৈ –

ওহান ঐহাক ঐজ্ঞাচৌবগী হোটেলদা চা থক্লম্মী। ইতৈমা ইবে-তোনগা মৌনহা অমগা চঙলকই। ঐ লৈ হায়বা মখোয়নদি উরম্লোই মরমদি ঐদি মনুংদা লৈ। ইতৈমা ইবেতোননা বেদো বেদো লংপা লৈতনা সনাবুলদগী ঈশিং হৈথরকপগুম ঙাঙখি। ইতৈমহু চরি য়াম্না তংনদি উরে চরা য়াম্না হেনলব্রা নত্রগা নাকরব্রা করিনো খঙদে। হায় –"ইবেম্মা হংচিংসিদি শুংশোই হেক শোয়্যররোই। নঙ লাক্রুবসু ঐহাক্না হেক খমদা নোংঙাল্লগদবনি। ঐনে ঙরাংদগী চাক চারক্রিবনি, ঐ মিংসে তন্দন পাইরে, ঐজ্ঞা, চা অনীদা পীয়ু।"

"ঐ থকওই' য়াম্না তেন্না মকক ওইনা খুম্নকই মৌনহাহু।

কৈস্সু খোশাদে ইতৈমা ইবেতোন। "মা থকওই হায়য়ে। চাহু অমত্তা পীরক্লো, তন অমগা পীয়ু।"

ঐজ্ঞাচৌবনা চা তল পুথোক্লনা পী। করিস্সু ইথ থংইদনা চায়।

মৌ নহাহুনা হায় –"ইনেনা হন্দক তৌরিবসি য়াম্না চুমদে। ইনেম ইকু পাল্লিবনি ; ঐগীসু খরা য়েংবিবা ফৈ। ইনেগী মতৌ য়েংবা ঙমন্দ্রহুনা তৌখিবনি।"

—"চুম্মী, চুম্মী, য়াম্না চুম্বজাংনি হায়রিবহু ; তঞ্জা অমা চাদবা হাম্ববহুনি। ইনেম্নুনে অস্নুম্না তৌবা মী নত্তেদা। ইনেগী সনা, হংচিং

ফাওবদদি ৱারবস্থ ৱানা খাঙজো। হংচিংসি ইনেনা নোংঙান্দ্রিডৈদা য়ুমদা থিনলক্লগা লোইরেদনা।"

"মৌ নহাহু উপায় লৈতবগুম উই। ইতৈমা ইবেতোন চাবা থকপা লোইরগা—"নঙস্থ থেঙখ্রে, চৎলরো ইনেগী নুংশিবী, হংচিং শোয়দনা তৌরসি। চৎলসি, পৈশা পীথোক্লম্মো।"

মৌ নহাহুনা বেগতগী পৈশা লোথোক্তুনা পীরম্মগা থোকমিন্নখি।

ঐগী নুপীনা হায়রকই-"তৌবদি মানা তৌরিবসিদি মাগী নক্লবা মরীমতা ঙাক্তদগীনি। হৌজিক্কী মৌ নহাহুস্থ ইচে ইবেতোনগী মবুংগী মচান্নুপী ৱাধে ওইরিনি ঙহান লাক্লম্বনি।"

"ঐঙ্গাচৌবনা ৱারী অমস্থ লীরকই" ঐনা তম্মী।

"করি ৱারী?"

"নোংমস্থ মৌ নহা অমা মহা ওইনা কপখ্রে হায়।"

"করিগী কপ্লিবা?"

"ঐঙ্গাচৌবনা লীরকই-পৈশারা পোংলা অমা ঙসিগী নুমিত্তা পুরক্রবদি মরাগা মনেমবোক্কনা য়ুনদা হঞ্জিনলকপা য়াদে হায়বিরে হায়—" ঐনা মখা তাখৈ।

ফিশাকোল অমা লৈজরম্মী। মহু লৈরিডৈদদি নুমিদাং ঐখোয় খ্বাইনা তুম্নখ্রবা মতুং আঃ খেংবফাওবা ফি শাবগী মখোল তারম্বনি; অয়ুকস্থ ঙস্থা হৌগৎতুনা ফি শারম্বনি হৌজিক্তি ফি শাবগী মখোল তাখিদবা ফনা কুইরে। ফিশাকোল অহুস্থ কদাইদা চৎখ্রবা, য়োম্থোক-খ্রব্রা খঙদে।" ঐনা হায় -"থবক শুবা য়াদ্রব্রা মখোয়বু?" ঐগী নুপীনা খুম্লকই "ফিশাকোল অহু লৈজরিডৈদদি মচান্নুপী লৈশাবী অনাসিনা মতেং

ফনা পাংলম্বনি ! মহুম্ম মীগী শেল তোনলুবদগী শিংবা ঙমদহুনা শক-চিন্নহুনা মংখ্রে। হৌজিক্তি মচান্নপী দবলশিংসে শুফম চংফম খঙদনা পুল্লে পুল্লে চপ চপ লেপ্তুনা লৈরবনি। ঙহান্দি কয়া ন্নংঙাইত্রে; মচা ইতোন তোনবহ্ কুচু কুমেনগা তাইফেং তাইরহুনা খুজৈহ্ পীশক পীক্লহুনা য়াম্না শোন্না মাঙ্গোল উখোকত্তেন্দা ঙাহুনা লৈহৌই। চরাগা য়াম্না হেল্লমান্নে।”

ঐনা খল্লি--ইতৈমা ইবেতোনসি অম্মন্না তৌরম্বা নত্তে। হায়নখিবদা শোইগন্দবা, ইকাইবা খংবা মমায় পানবা মী ওইরম্মী। তাদহু লৈরিঙৈদদি লৈকাই কনাদগীম্ম পৈশা পূরম্বা নত্তে; লৈমিন্নবগী অহুক লোথোক লৌশিন তৌনরবম্ম অমুক্তা কুইনা তোন্দে; কোক কোক পীথোক্লম্মী। মতমহুদদি মবুক মপাউম্মু য়াম্না ইং তপ্পী। কনাগম্ম ফেৎ হায়নদে।

করি তৌরে হৌজিক্তি। মচিন কনবী, মচা-মশুদা থীনা থীনা চৈগনবী ওইরে। ললশোৎপীনা পাউখুম রাত্তে হায়বহ্ মঙোন্দা থোক্লরে। মানা ন্নমিং থাবদা কনানম্ম থাজবিদ্রে। মা চঙলকপা উবদা পোৎ শোৎকে হায়ররনি খন্দুনা য়ুম্মু অমম্মুং হুকান্দারনা মাবু চঙহননীংদ্রে।

হিংনবগী নূং চক্লসিনা তকখায়রকপদা মথক মথা থোক ওন্থোক্লুনা অনৌবা শক্তম লৌরকপসিদা ঐগী থম্মোয় শোক্লম্মী। য়েংবা ঙমদ্রে হায়হুনা ঐনদি করিবু তৌবা ঙমগনি। ঐম্মু পুদ হৈদ লৈবা নত্তে। ঐগী ফাংবা চি লাউনা কোন্নরবসিদা. খনল্লুরগা মাগী তুংগী পুন্সিগী-দমক ঐহাক তশেংনা কিবিরম্মী। অহুবু ঐম্মু উপায় লৈতে।

নোংমা

মথংগী ন্নমিং অমদনি।

সরকলোমদা রা রা লাঙনরকই। মহৈ মহৈ চেম্থোক চেম্থোক্লুনা য়েংনৈ ঐগী মুপীনা প্রপ প্রপ চঙশিল্লক্লুনা কনাদা হায়খিবনো খঙদনা হায়রৈ—"ইচে ইবেতোন্দু ময়াম চঙলুনা ফুবিহৌরে।" ইরাং লাংলৈ।

ঐস্থ চেম্থোক্লুনা য়েংলুই। উবদা ঐ ঙকই। ইতৈমা ইবেতোন্দু নুপা নুপী মা মরিমঙানা য়োমশিন্দুমা ফুবিরম্মী। ইতৈমা ইবেতোন্না মথুংস্থ হুঙ্গদে, য়ায়া পীদোম্না লৈরম্মী। মচাশিংনা পংলাঙদা লাঙলম্মী।

ঐনা—"কৈনো কৈনো। ফত্তে, ফত্তে।"

মো অমনা খুম্নমই—"মসি নুপীসি মহা তৌঙম্বীনি। লুহোংবা চংপদা মচানুপীনা চিন্নিংঙাই লৈ লৈতে. ঙহাক্তা চিনহনলুগে হায়না ঐগী ইনাদা চিঞ্জরিবা সনাগী লৈদো রায়বিশ্রগা পীয়ু য়াদনা য়াম্না কুইরবনি। ঐখোয়স্থ মরাইনা পীজরকনি হায়দুনা য়েংঙেদনা। হাংলগে হায়রিব্রা খঙদেনে, পীয়ু শুকয়া য়াদ্রিবসিবু। ঙসিগা হয়েংগা হায়দুনা কয়া কুইরে। ঙসিদি মা অতোবী অমা খঙদবা য়াদে।"

ঐনা—"ইতৈমা. মীগী লৈদো পীথোকখো। অদুগ: মী অ.দা ময়াম চঙলুনা ফুবসিস্থ ঐখোয় য়েংবা কয়া নুংঙাইজদে।"

অতল ওইবী অমনা যাম্না শাপ্না থুম্নকই—"সনা মোহোর অনীগী লৈনি; ইবুংঙোনা হেক পিথোকপিংকউ, ঐখোয়দি মঙোন্দা কংনবা ইরলদি লৈজদে। ঐখোয়গী ইপোংত্তু ফজরবদি ঐখোয় মাবু কৈস্থ ফুজরোই।"

ঐনা—"রা অদ কৈনোমা তৌগ্রে" হায়খি

ঐ উপায় লৈতে

কৈহাক লৈরগা খংনবা তোকখ্রে; মহৈ মহৈ কায়নখি। অদুবু ঐগী থম্মোয়দা তাহৌরিবা ইতৈমা ইবেতোনগী পিদোম্না য়েংলকপা উপায় লৈজদ্রবা তিঙক মাইঙরবা মিংয়েংগী মমি অদুমদি মুংলু য়াদ্রে।

# তৃমহৌদ্রবা অহিং

আই, এস. কাংজম

"পাবুং! পাবুং! পাবুং থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু। তাবিরিব্রা পাবুং?"

মীচিক-মীরাউথোন তাদ্রবা, নোংয়ায় ইচিক হুল্লকপা মতমদা কনাগুম্বা অমনা কৌরকপগী খোঞ্জেল্লি। ভসায়মথৈ লাইরিক অমা পারম্বদগী থেঙমল্লে, নোংয়ায় মতুং পূং অমা তাগদৌরে, তূমস্থু তূম্নীংলে হায়দুনা নৈ মুথৎলগা হিপথবদা মঙায়রম্মি। য়াম্না তূম্নীংবগা হিপথবগদা ঙায়বদুনা মহাক হৌগৎনীংলমদে, অদুনা তারবস্থু তাশিন্নদনা তুমিন লৈরম্মি। খোঞ্জেন অদুমক্তা মহাকপু হন্না হন্না কৌরক্লম্মি। থুমদ্রবদি কয়া ফবরোইদ্রা খন্দুনা য়াম্না থুম্নীংদনা থুম্নম্মি, "কনানো?"

"পাবুং. ঐখোয়নি।"

"ঐখোয় হায়ববু কনানো? করি মরমগীনো কৌরিবনো?"

"পাবুং, ঐখোয় নচাশিং ঙাক্কনি। থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু।"

"মতমসি ফন' থেঙলে, হয়েং ওইনা উন্নরসি ইচাশা।"

"মুংশা থীবিগনু পাবুং থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু।"

মহাক্কী মুপীমু ভাঙনরিবদু তারদুনা হৌগৎলগা অমম্বদুদা মায়-মায়দুনা মহাক্কী মনাক্তা তুমিন লাক্লম্মি। মহাক্কী নীপাগী মশাদা পায়রগা থোঙ হাংদোক্লুনু হায়না ইঙ্গিং তৌরম্মি। তাঞ্জাদুদা থোঙ দঙ-দঙ থীল্লক্লম্মি। হান্নগী খোঞ্জেন্দুগা মান্নদবা খোঞ্জেন অমনা কল্লপ্পা হায়রক্লম্মি "পাবুং, হাংদোকপিররোইদ্রা? হাংদোকপিদ্রবদি ........"

"করিনো নঙনা তৌরিবসে? করিগী থোঙ অত্তুক কন্না থীল্লিবনো? মুমিদাংসিদা, অদুম্না তৌবদু ফবরা? নঙনা শাউরগা থোঙ হাংদোরক্কদ্রা? মতম থেঙখিবসিদা হঙ্গোইদুনা তৌরিবনি।" অহানবগী খোঞ্জেন্দুনি। খোঞ্জেন্দুনা মথা তারক্লম্মি, "পাবুং, চিংনবিগনু। য়াম্না থুনা থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু। ঐখোয় নচাশিং ঙাক্কনি।"

মিহুন তীং-তীং চোংবা হৌরক্লম্মি মপুক্লীংনদি থোঙ হাংদোক্কে শুক-থন থনখিদে, অদুবু মথুংনা চিৎকিনীদু পায়রগা ক্রোক লাউনা চিংথরম্মি। চিৎকিনীগী মখোন্দু তাবদা মুংশা থীরবী মহাক্কী মুপীনা থাউমৈগী সুইচ নম্লম্মি। কাদু খংঙান ঙাম্মোরকপগা লোয়ননা থোঙসু গে লাউনা হাংদোরক্লম্মি। চহী কুনগী মথা ওইগদবা নহা অহুমথক থুনমক ইমুংদা চঙলক্লম্মি। মখোয়গী মরক্তগী অমনা থোঙগী চিংকিনীদু থুনমক পান-শিল্লম্মি।

"ইবুংঙো, ঐবু নখোয়দা থরা পীখিবা কুইদ্রি ঐদি শেন য়াম্না পায়বা মীমু নত্তে। অচৌবা ওফিসার, খিকাদারগুম্বা শেন্থোক লম্বী য়াম্না লৈবা মী নত্তে ইপাদি। নখোয় অমুক্তা খন্থো ইচাশা, লৈরবদবু ঐনা নখোয়দা পীরোইদ্রা, লৈতবগী তৌবনি।" শোরকা হোন্দবমখৈ শ্রোক থীবদোনা মথং মথং হায়থরক্লম্মি। নহা অহুমদুগী মমুংদা মশা থরা পারপ তৌরগা তোঙ্গানবা, মাঙ থানা লেপ্লিবদুনা তপ্পা হায়রম্মি,

"পাবুং, নুংশা থীবিগনু। ঐখোয় পাবুংদগী শেন লৌগে লাকপা নত্তে। ঐখোয়গী লৈফমদু পুলিসনা খঙগ্রে হায়বা পাউ ফংবদগী ঐখোয় পুলিস লাক্লিঁভৈদা মফমদু থাদোক্তুনা চেল্লকপনি। পাবুংগীসিদা ঐখোয় মতম খর লৈবা তারে।"

"নত্তে ইবুংঙোখোয়, মহুদদি পাবুংদা হায়গনু। ইমুংসিদা লৈরিবসি নমাগা ঐগদনি। করিগুম্বা পুলিসনা খঙখিবা থোক্লবদি কয়া মওং চাগদবা মান্দে। নোং ঙান্দ্রিঙৈসিদা ইচাশিংগী ফগদবা মফম অমা য়েংহৌবন ফগনি।" খোঞ্জেন নিক্রুপ তৌনা হায়রম্মি।

"পাবুংনা হায়রিবসি ঐখোয় লৈবা য়ারোই সিনিনে। ঐখোয় লৈতবা য়াদবনি।" তুং ওইরপা লেপ্লিবা মথিক খরা নেম্বতুনা খোন কল্লপা হায়রক্লম্মি।

"মফমসিদগী হেন্না খুদোংচাবা মফম অমা ফংদ্রিমখৈদি পাবুংগীসিদা লৈবা তারে। থংনবা কাসিদা ঐখোয় লৈবা য়ারোইদ্রা?" ব্রাসি হায়রতুনা মশা তোঙ্গানবা নহাদু থংনবা কাদুদা চঙখিরম্মি, লাকমিন্নবা অনীতুম্মু মহাক্কী মতুং ইল্লতুনা কাদুদা চঙখিরম্মি। য়ুম্বু ওইরিবা মখোয় অনী অমনা অমবু তঙক-তঙক য়েংনতুনা লৈহৌরম্মি। পন্থবা তৌদনা মখোয় অনীসু মগোই অহুমগী মতুং ইন্দুনা থংনবা কাদুদা লাক্লম্মি। মহাক্না ফাজিল্লবা খোঞ্জেন্দা হাইরম্মি, "ইচাশা নখোয়না তৌরিসিবু ..?"

"পাবুং, ঐখোয়না তৌরিবসি ..."

"মখা তারনু," মথিক খরা নেম্বতুনা হায়রকপা ব্রাদু মরক থংলতুনা অমনা হায়রক্লম্মি, "পাবুং হৌজিক নুমিদাংনি, ব্র-লাং ঙাওবিদবনা ফৈ।"

থম্মোইদা নিহুন তাঁং-তাঁং তুল্লিবদু ফাথনবা হোৎনরগা মহাক্না অমুক তপ্পা হায়রম্মি, "ফরে-ফরে, ঐদি নখোয়গা ব্রারী খরা শানবদি পাম্বনি। নখোয়গী চাক ঈশিংদি কমদোবা?"

"পাবুং, ঙসিগীদমক্তদি য়াজরে। রারী-রাত্তাইদি কোন্নসু শান্নবা য়াইদা। ঐখোয় নুমিং থরা লৈখিগনি। হিপফম শেম্নবা ফি-রোন থরা পাম্মি।

মহাক রা মথা তারমদে। হায়নীংবদি লৈরম্মি, হায়রুরগা মখোয়না অমুক করি হায়রক্কদগে খনবদা মথনাউদগী রাহে অমতা থোরক্লমদে। মহাক্কী নুপীদা হাইফেত্তুং য়েংখিবগুম তৌরম্মি। মহাক্কী নুপী কাহ্নদগী তুমিন থোকখিরম্মি. ঙহাক লৈরগা ফি থরা পুরগা লাক্লম্মি। মখোয় অহুমগী মরক্তগী অমনা ফিশিংহ্ন লৌরগা মখোয়গী তুম্ফম শেম্লম্মি।

"পাবুংগা ইমাগা পোথারিরুরো, ঐখোয়সু তুম্মগে।"

"ইচাশা, . . . "

"পাবুং, রা লাং হয়েং ঙাঙনরসি। পোথাবিরুরে।"

হৌনরুবা লৈতনা মখোয় অনীমক মখোয়গী কা য়োরকখি। রা মচেৎ অমতা ঙাঙনরমদে। মহাক নুংবংননা সোক্কাদা তপ্পা ফমথরম্মি. মহাক্কী নুপী মহাক্কী মনাক্তা লাক্লগা তুমিন লেপ্লম্মি, নিংশাশোর অশাংবা অমা হোল্লগা মহাক্কী মনাক্তা ফমথরক্লম্মি মহাক্না মহাক্কী নুপীদা হাইক্ষেত্তুং য়েংলম্মি, মহাক্কী নুপীসু মঙোল্লোমদা য়েংলকখি। ঙহাক্তুং য়েংনবত্নদা খোঞ্জেন থোক্তবা রা কয়া ফোঙদোক্লখি, রাহুং কয়া হুংনখি।

থংনবা কাদা মখোয় অহুম্না নাখোকপগী মখোন মযেক শেংনা তারম্মি। সোমদনা মখোয় অনীদি সোফাদগী মচা লেঙলমদে। মমিং কক্লা অমা ফাওবা উইশিন্নিংবা পোক্লমদে, শোর ফাওবা নাশোন পিক্লা হোল্লম্মি।

টেবল মথক্তা থম্লিবা তেবল-ক্লোক্তুদি হৌজিক্তা মযেক শেংনা মখোন থোক্লি—তেক-তেক-তেক।

ইং ১৯৯৫

# কা অমগী মন্নুং

য়ুমলেম্বম ইবোমচা

নুপা অমা ফমুং মথক্তা মখোঙ মখূৎ তিংথোক্তুনা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লি। ফমৃংতু অনানবা ফমুং নত্তে পঙমোৎ মোংপস্থু নত্তে। লৈরোং হৎপা মোম্পাক ফিদক অমনা কূপ্লি, ফিত্নপ য়াওদ্রবা মোনথুম অমনা ফিবম হাইরপ কায়রবা মোন মনাক্তা লৈশিন্দুনা তারি। থোঙ থোঙনাও পূন্নমক হাংদোক্লবস্থু কাগী মন্নুংদি মম্লি-মম্লি তৌহুনা লৈ। অহীংগী মতমদি নত্তে, মুমিং কদাই য়ৌরবা তাঞ্জানো হায়বত্নদি কা মন্নুংসিদগী খঙবা ঙমদে থোঙ অমস্নুং থোঙনাওদা য়ান্থরিবা পর্দাশিংতু শিথরবা অশংবা মচুগী ঙাক্তনি, লেঙবা হাইবা করিমত্তা তৌদে। ময়ুংনা ঙম্বা অপাকপা মিংশেল অমা ফমুংগা মায়োক্লবা ফক্লাংগী মীহুংথোঙ মনাক্তা য়ান্দুনা লৈ। ফমুংদা হিপ্লিবা নিপাতুগী থবাক ময়া ওইরপ্লা নুপী অমা নুপাগী মমায় তম্না লুকথরপ তৌরতুনা ফম্লি। হীকথরকপা মাগী মশম্না নুপাহুগী খজাইদা খজিক খজিক থেংই। ইল্লিবা ফি থরদং নান্থখিবদগী হাঙলবা পাম্বোমগী শরুক থরা মিংশেলদা মমি তারি। পাল্লবা কুচুগী পাম্বোম মরুদা ফুরিং ফিখাগী অমুবা মরী মচেং অমা নপ্তুনা লৈ।

নুপী অতুনা য়াম্না চঙখোন্না খূবাগা খুদোম্বীগা অনী চঙনা নুপাহুগী নাতোন মখুন্দা থিংজিল্লগা নপথী কোৎপিরি। পীক্লিবা খোমগী অঙাংনা

মমাগী মায়থোঙদা য়েংবগুম মুপাহুনা য়েংলি মোমোন তৌরিবী মুপীতুগী মমায়দা। নপগী কোৎল কোৎলগা জগোইগী খুংথেক্কুম তপা তপ্প ফমাংদা থাদরি। মথোয়গী মতৌসি ভাব তাবা ঙম্বদি নত্তে কেনরিবর য়াম্না মুংশিনবগী অয়োবা মতাংলা অতুমকপু কনাগুম্বী মৌনহা নত্রগা য়ুম্বান্নীংলবী লৈশাবীনা উরবদি মুপাসিগী নপথী কোৎনীংবস্মু য়াই মুপাসিগী নাতোন্দা নত্রগা নাতোন মখুন্দা করিনো শুমহৎনীংঙাই অম য়াওরে হায়না মথোয়না খনগনি। নাতোনগী মতোন অমস্থং মখুন অনীতু থোইদোকপা রাশি অমা য়াওই হায়না মুপীশিংনা খঞ্জনীংঙাইনি। মরমদি কনাগুম্বী অমনা নাতোন অসিদা পূক্নীং থিংজিল্লি।

নীংথীরবী মুপী অমনা ঈশৈগী স্বরগুম্না নপথী কোৎপহুদা মুপাহু করিমত্তা লেঙদে হাইদে। অশিবগী মতৌস্মু নত্তে। থোঙ থোঙনাওদ য়াম্থরিবা মঞ্জুনরবা পর্দাশিংগী মতৌগুম চাং লেম্না হিপ্লি। মহাক তুমিন্ন লৈবমক্তি নত্তে, মহাক্কী রাখলদি রা য়াম্না ডাওলি: ঐগী মুপীনা শিখিবতু তশেংনা শিফম থোক্লবা জাৎলা। মহাক্না শিদ্রিঙৈদা মরোল খওদবা রা থরা হায়রম্লিবতু করি কান্নরবগে। মহাক থাজদনা শিখি হায়গদ্রা। মহাক শিবা য়াই হায়বসিবু খনবা য়াদত্রা। হিংবা অসিদা শিবগী মহাও অমা চেল্লি। লম্বীদা গাড়ী ময়াম চেল্লি। মী হায়বসি গাড়ীগুম্বনি।

নপথী কোংলিবী অতনা করিগুম্বা থরা হায়রি। মুপাতুগী মমীং অনীদা উই গাড়ী ময়াম মরী মরী চৎখিবা। মী হায়বসি গাড়ীগুম্বনি। তুম্লিঙৈদদি ড্রাইবর য়াওদে। চুম্না স্মার্ত তৌরম্নগা থম্বনি। মরক মরক্তা ড্রাইবর শিল্লি। ড্রাইবর শিনবা মতমদনি মীগী পূক্নীংদা অহোংবা লাক্লিবা। হান্নগী ড্রাইবরতু অমুক হঙ্জিল্লক্রবদি মীতু পুরা অহোংবা মী ওইখিগনি। ড্রাইবর অসিগা ঐ হায়বসিগা অমত্তনি। মী অমদা ঐ ময়াম্না তোংহনা থৌরিবনি। ঐ অমনা ফনা কুইনা হন্দোক্নুনা মুপাসিবু

য়েংলক্লিবনি। মহাক হৌজিক নুপীসিগী মফমদা মায়থীরে। নুপী অসিস্থ নুপাসিগী মফমদা মায়থীরে। নুপীসিনা ওহাক্কী মন্নুংদা করি তৌরক্কদগে ঐ খঙবা ঙমদে। নৈশিন্দুনা তারিবা মোনথুম অসিনা নুপাসিগী মনা-তোন মথূন মেনশিনখিবা য়াই। লৈরোং হৎলবা মোম্পাকফিদকসিদা মনপ মতীন শীৎচিল্লকপস্থ য়াই। হাংদোক্লিবা থোঙ থোঙনাও পূন্নমক থিংজিল্লগা মশাদা শেৎলিবা মফি পূন্নমক লৌথোরক্কনি হায়নদি নীংদে। মতুগী কান্নবা কবিস্থ লৈররোই হায়বতু মহাক্নস্থ খঙলম্লগনি নীংই ঐনা। মরমদি কা অসিগী মপু মহাক নত্তে। লুরবা তাঞ্জা অসিদা ঐনা হন্দোক্লগা য়েংদুনা লৈবসি চুমদে। অতুনা য়ান্না থুনা নুপাসিদা ঐ হঞ্জিল্লগনি।

হৌজিক নুপা অতু থোঙ থিংজিল্লগা থোকখ্রে।

১৯৯৫

# হন্নুবী অমগী ঈশৈ

কৈশাম প্রিয়োকুমার

অয়ুক্লি। ইভাগী নোংম্ম অরেপ্পা লৈতনা চুরি। অতিয়া পুম্বা মম্মী। ন্থমিং তরেং নীপান্নি শুরে অশ্মন্না তারক্লিবা। হন্নুবীদু মাঙ্গোলদা সোফা অমদা তাশীন্দুনা ফম্লি। মাঙ্গান হায়জবতনি জালিগী থোঙনাও শাংনা পাল্লগা অকোয়বত্ত খাজীল্লি। ময়ায়দা থোঙ পাল্লি। মথোন তপ্না থাদুনা মমাঙদা লৈরিবা টেলিভিজন অদুদা মহাক থওইনা য়েংদে। মমৌ ন্থপীনা পীরম্বা চা অদুসু পুমইং ইভলে। মদুসু থক্তে। মশু অহুমদুনা লাইরিক পারিব্রা-শান্নরিব্রা মনাক্তা লাঙদুনা লৈ। অমুক অমুক মথোয় মশেন থৎনরকই। কিন্না কোক কাক থিন্নরকই। অহান-বদদি ফনা ভাঙ-শক্তুনা খায়ম্বনি। থওইনা তাবিদবদগী তোক্লে।

মপান্দা নোংনা মপোপ চাউনা তারিবদু মুন্না য়েংই। অং অং নোংজ্থা হায়বত্ত ওইরে..... অপীকপা খোংশিং খোংবান লুকপান ঈশিংনা পীক থল্লয়গনি ... লৌবুকশিং ইরং লংলম্লগনি। মশাদু লৈতানা ফম্বা ঙমদে। ফয়ম্বদগী অমুক অমুক হৌগংকে তৌই।

- গ্যাসসু লোইথোকখরে। ষ্টোবতা থাঙ্গৎপাসিনদি চাকনেনা তৌ-রিসি ঙসি লোইবগী রা লৈতে।

মমৌম্নুপীগী মখোল তারকই।

—টেলিফোন্দা গ্যাস লাকপরা অমুক্তা হংঙ্দনা ?

মচান্নুপানা হায়রকপনি।

—পূং অম্নুক থেঙলফাওবা নঙনা ফমুংদা অতুম হিপ্তুনা লৈয়ু।

নাবু হৌজিকফাওবা হিপ্লিবরনে ? নোংঙানবদি ফনা মকুইরবনি ইবোচৌবদি ? মাদি ঙসাই মম্লিঙৈদগী লৌবুক্তা উকায় তকপা চৎলম্নগনি নোং মরকসিদা। খুদৈ মতৎতুমগা—মশা পূম্বা লৈখোম লৈনাং ইবৈ তৈরতুনা উকায় তক্লমগনি। মাগী শনতুবু ... ? অং শনতু অহল ওইরে ময়াংম্নু কংত্রিক কংলে। শন পোৎপু অমদি লৈবা চুম্নবনি। অং অং শন পোৎপু অমা।

—গ্যাস লাক্কে হায়-য়ে। নোংজুথা য়ৌরক্লবদি গ্যাসকসে ফংলক্ল রোইদবনি। ওম্নোক্লা তন্দৌরি।

মমৌম্নুপীনা ঙাঙবা অমুক তারকই। চাকখুমদা চঙতুনা মতেং পাংনিংবনি। অতুবু কমদৌনা পাংগদবনো খঙদে। চাকখুমদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক মঙোন্দা পূমনৌ নৌনা থোকই। ম্নুম ফমতুনা লৈবম্নু হৈনদে। থবক তৌফমম্নু খঙদে। মশাতু ইহৈ হৈনিংদে ! অতুবু অতুম ফমজীল্লি।

... তোম্বীমচাতু ? মচাশিং স্কুল কাবা নংনবা চন্দোল চরা থিন্দুনা চাকখুমদা চংলমগদরা ? য়েনখাদা পৈহৌবা চীংদগী চল্লুবা শীং মপুনশিংতু নোংসিদা চোৎলম্লোইদরা ? .. ফক্লাংদম্নু শম্বি নপলম্বতু নোং হাইজিন্দুনা কেল্লম্লোইদরা ? তোম্বীমচানা নত্রবম্নু হম্নুবনা লৌশিল্লমগনিদা। হন্নুবতু মখাং নাই হায়হৌবদায় ? ফম্মুংদা হিপ্তুনা লৈথোক্লম্লোই। মাঙ্গোন্দা ফমতুনা শঙাইতুমগা পৈয়া শিরমগদ্রা ? নোং মরকসিদা ইংখোন্দা চঙতুনা নাপী পেংলমগদ্রা ?.. অং অং মখোম্নগী ইংখোলসে লৈ থাগদবগী শরুক...

পীক্লবস্নু পীক্লা য়েনশাং নাপী খরা ওইনা থাবা ফবনি। লৈমবু কৈ-দৌনদোইনো ? খঙদে ।

—ঐনা নহান্না গ্যাস অমত্তুং কনেকসন তৌসি হায়বদি য়াদে। হৌজিক্তি সিলিন্দর অনী শুদতুনা কয়া নুংঙাইত্রবনো ?

নোংনা জিঙ্খদা য়ৈবগী মখোল মরক্তা মমৌনুপীনা শোম্থাংননা হায়বতু মশেন মরাং অমুক ত্তায় ।

—নঙনা হোবে হোবে রিফ্রিজরেটর অমা লৌশিল্লবগা ঐঙোন্দা অমুক ত্তাইনরক্লবরা ?

মচানুপানা খুয়কই। ফমুংদগী ওইরমাল্লে। হৌজিকফাওবা মাবু ফমুংদা লৈরিব্রা ? .....

- মতুম্নু লৈদবা য়ারিব্রা ? অঙাংসিংগী আইস ক্রিম, রসনা, ফলোদা মীঙোন্দগী লৈদ্রেদনা।

উম, মানা লাকপদা য়েলাংথাংপোকপিগী কৈথেন মচাতুদগী লৈবাক হরাই হৈঙাল, কবোক খোইবাক, চ ত্তাংকক, লালু খরা মশুশিংগী চানবা লৈরকখিবনি। কুইরে উন্নখিদবা খঞ্জতুনা। মশুশিংনা মঙোন্দা হরাওনা কোয়শিন্দুনা, মানা লৈরকপা অচাপোৎশিং চাবা য়েংনিংখি। অতুবু মমৌনুপীনা মশুশিংগী মথূত্তগী মুনখি।.. অং অং য়েনথারোমদা তুমিন্না হুন্দোকখিবরা? ময়াং কংলপ কংলপ তৌবা মশুশিংনা তিংঙক তিংঙক য়েংখি। মশুশিংদা নুংশিনা অচাপোৎ খরা পীজনবা হক মংপিরবদা মহাক ব্লারৌখিবরা ? খঙদে। অতুবু হায়খি—

'অঙাংশিংনা হরাওনা চাজবতু করিগী মুমবিরিবনোনে ?'
'ঙসাইদগী মচিনশিং অসি শুকলেপ লেপত্রিবনি। নাবু নারনিনে।'

মহাক মখা তাখিদে। ইমুংদা মচাশিংদা মমৌনা ঙাঙবা তায়—'ঐনা মথোঙ মরম খঙদবা পোং চাবা য়াদে হায়দ্রা ?'

...ইবোচৌবগী মচাশিংদো.. অং অং কল্লিঙ্গু লৈবিদে। নোংফাদোক কবোক থরগা লৈবীরুরবদি মুন্নহুনা মথোঙ মরম খঙদে। মশা ফর ফরবা মশুশিংদো কবোক থোইহুম অমগী নম্নরিবনি।.. অহুদগী মমান্নবগুম অমুক শান্নমিন্নে।

---গ্যাস কনেকসনসু পাক য়াবা নত্তে। অতুবু ঙাঙনবা তারেদনা। ইন্নুবীতু মঙফাওনৈ। মচান্নুপানা মখা তাখি,

--খঙদ্রে। ইন্দক্তি পৈশা য়াম চংকদৌরি। এল, আই, সিগী শেলসু থীদনা য়াররোই। রাশিং মেচিনসু পৈশা খরা থীরগা অরেম্বতু শোংকে ঙাঙনরম্মী।

--ইহে, অঙাংশিংগী ভান ভারাসু ইন্দক্তগী হেঙ্গংলগনি হায়রম্বনি।

তুমিন লৈনখি। মাগী মরমদগা পন্নখিদে। মমৌনুপীতু চাকথুমদা চঙথ্রবরা ? ইন্নুবীতু তাশীন্দুনা অতুম্মক ফম্মী। নোংস্ত কন্না চুরা হেঙ্গংলকই।

- নখোয়গী সিনেমাসে খরা মুথংনুনে। খিং য়েংজনিংখিদরে।

- মশুন্নুপা অহলতু পরপ পরপ চঙলক্তুনা টেলিভিজন্দা মুন্না য়েংলগা হৌনা নোক্নুনা হায়রকই,

- সিবু সিনেমানে হায়রে। ইংলিসকী পাউ অসিবু। মখোয় অঙুম্মক রা রা নোকই। মতৌত্নদা মহাকসু নোকই।

---কনানা খঙজগদগে মুংতা মুথংনু।

---টেলিভিজন মুথংখি। মশুসিংসু ইমুংদা চঙখরে। ইচিক চিপকপগুম তৌই। অতুবু জিঙ্খদা নোংনা য়েনগী মখোলদি হেম্না ময়েক শেংলকই।

অং . অং নোংজুথা হায়বতু য়োরে। লৌবুক 'পুম্বা ঈশিংনা ইর লংলমলগনি। চীংয়াদগী লোইরোই লোইরোই ঙমথরকপা অতুদগী শুগন্নুগী লম্বী...অতুদগী পাং ফাওবা শন্দোকখিবা লৌবুকশিং . ঈশিংনা পুমলং লং লম্লগনি। ঙসি নীনী তুম্নিসিদা শঙম অহুমদি শমপোং খোইবা, উকায় তকপ ঙমগদরা ?... অং অং হনুবতুনা মখাং নারমদ্রবদি হেক মফগদবা। ইবো· চৌবা মতোমতনদি শূবা ঙম্লোই। শঙম অমা অনীদি মী নেকপা তাবনি শম্পোং অখোয়মন, অরাংপা লৌহোনমন, অরিংমন... অতুগা হার বেগ খরম্সু। হারবু লৈবা ফংখিদ্রা ? কদায়দবু ফংলমগনি ?.. অং অং ককচিং রাবগাইদদি লৌবুক্তু ইশং শংহোরে।...মী নেকপপু ফংগদরা ? চীংজিং অসিদদি মী থুদিং খোইরেল মশা পাইনরবনি। এখোয়গীদি লৌ অসিবু থেঙদৌরিব্রা ? ইবোচৌবতু মপুম থিংপা হায়বতুনি।

- ঐগী টিফিনসি টোস ঙাক্তা য়েরুমশু য়াঙদবা।

ইমুংদা মশুন্নুপানা লাউরকপদা তুমলুবদগী মীকপ থোকপগুম্মী। হনুবীতু তাম্লবা লৌবুক্তগী হল্লকই। স্কুল কারমদায়গী লাঙবগী মখোল হৌনা তায়। কোন্তোংলোমদস্যু গাড়ীগী হোরোন খোংলকই।

ভান লাক্লেনে। য়েরুমতু ফ্রিজদগী অমা হেক লৌথোকউনে।

মমৌন্নুপীনা হায়খি। ছাত্তিন অচৌবা অমদা মচিন মনাও অহুমতু তুপমীন্নতুনা নোং মরক্তা থোকখি। মফি মরোল তনান তনান্না শেংলতুনা। মঙোন্দা হন্নফাও য়েংলমদে।

...... ইবোচৌবগী মচাশিংতুবু স্কুল কারম্লগদ্রা ? মফি মরোলসিংতু ...কাং নঙনবা লৈবিবদি চুমবনি।... নোং মরকসিদা.. অং অং হুঙ্‌লা অপাক অপাকপা য়েনখাদা য়াম হৌবনি...হেক্লগা মরাইনা তুপচরমগনি। খুনগী লৈখোম মরক অতুদা...অং অং খোংউপ তোংদ্রবম্সু য়াইদা।

হনুবীহ্ন য়েলাংখাংপোকপিদা রাখলনা অমুক চংলি। চাংদগী লৌবু ফাওহ্নুনা চেন্থরকপা লৌ-খোঙশিং অমুক মমিংতা উই। ঈন চিংনরমগদব মুপী মুপাশিংস্থ।

.... তোশ্বীমচাহ্ন চাকতি লোইরম্বা য়ারে। খুলং চৎলমগদ্রা? শনগী দানা থোংলমগদরা? লৌবুককা ইংখোলগা তাইনবা খোংবান্দুদা ঈ অমত্তং থারবদি ঙাতেক ঙানৌ খরদি ফাগনিসে ....। হনুবদো?

হনুবদো করি তৌরমগনি? অনাবহ্ন হেঞ্জিনলম্মোইদ্রা?

'থুনা লাকউকো। ইফালদা মচা নশুশিংগা নুংঙাইরেমখৈ লৈথোকপ য়াবা নত্তে। চাংজিন্নি হায়বা কাওহ্নু।'

হনুবহ্নুনা মানা চৎলমদাইদা হায়হৌবহ্ন হৌজিক্তা মনাকোংদা তারকই সোফাহ্নুদা ফম্বা ঙমলক্তে। হৌগৎহ্নুনা খোঙ থাংবস্থ ঙমদে। মানা লাক্লি বসে নুমিৎ কয়ানি শুরে পাই। নুমিৎ নিনিতা ঙায়রি। অহ্নুবু চহী কয় লৈরকপহ্ন মঙাই। হৌগৎহ্নুনা চংনিংবনা খ্রো-খ্রো খোংলি। অহ্নুবু মচা নুপাগা রারী অকুপ্পা অমদি শান্ননিংই। লৌ-শিং, ইংখোল শম্বলগী..... পৈশা নুংশাগী .. মচানুপা অহলগী ইমু, মনুংগী মরমদা। নহান নুমিদা অহ্নুনা মচানুপাহ্ন থেঙনা হল্লকই। ঙরাংনা অয়ুক ঙন্থানা ওফিসকী থবব অচিনবা লৈ হায়হ্নুনা চৎখিবদগী নুমিদাং অথেঙবদা হল্লকই। হৌজিকস্থ ফমুংদগী হৌগৎথ্রবরা-হৌগৎত্রিবরা? খঙদে। রারী শান্ননবা তাঞ্জা অম ইফং ফংদে। মমৌনুপীদদি রারী খুদিং লোইনা শারবনি। অহ্নুবু পেন্দে মচাগা অমুক্কুংদি শান্ননিংই।

.. খোইহ্নুম পাংয়াগী তোলমুগী লৌ অহ্নুস্থ য়োল্লগনি... মচানুপা অসিন লৌজরবদি ফগনি। ঙাকোমস্থ ওইবা ...লৌস্থ উবা য়াবা। ঙাদদা চহীদ লুপা কয়াদি শাগনি? মসিমদি মমৌনুপীদবু হায়বা কাউই।

—তলবপু ঙসি ফংলোইদরা?

- ঙসিদি থাজদে। ঙরা-তমক বিল শাবা হৌতৌবনি। হয়েং হংচিংকা ফংগদরা। ইমানা লাক্লিবসি •ঙগদি ৱারী শান্নরব্রা ?

—করিগী ওইগনি। পৈশাগীনিদনা। লৌহোন লৈনি, লৌ খোইবা, লিংবগী পৈশা হার নুং য়াম্না পনবনি। ইতৈগী মচাগী মফি মরোলগস্মু লৈবীয়ু হায়মাল্লে।

ঙৈহাক তুমিন লৈখি। মহাক্না লাকপগী মরম খুংহায়দ্রু মহাক পেন্দে। ফম্লম্বদগী হৌগংলি। মচানুপাগী মনাক্তা চঙস্থুনা ৱারী শান্নগে খল্লি। ভাব তানা।

— লৌনি হায়দুনা ফৌ ৱান্দুনা চাবগা চপ হেক মান্নে। ঐখোয়গী লৌ শরক্তু মীংচোন্দা শান্দোক্লগা লৌশান চাবনবু হেন্না ফরে। খঙদ্রেদা• মখোয়গী ঙাচেং থুমচেংস্থু ঐখোয়বু য়েংশিল্লু হায়রবদি। নখোই নখোই থোকপা ঙাংনৌ।

মমৌনুপীগী ৱাঙাং অদুদা ইমুংদা মখোঙ থাংজিনগে খল্লম্বা খঙতোক তোকই। মখা করি তারকপগে তানবা হোংনৈ। নোংস্থু মখোল কনবা হেঙ্গংলকই। তপ্না ঙাঙবগা তাবা ফংলক্কে। ইমুংদা চঙবগী মহুৎ, অচা অথক য়োমলকপা গমছা মচাত্তু মখাংদা য়েংশিল্লি। মফিমরোন শেমজিন-শাজিল্লি। অয়ুক নুমিদাং শেংনবা ফনেক ইনফি য়োমশীল্লি।

—ইমাদি চাগা অমত্তা থক্রবোইরে ?

মমৌনুপীদু মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মফি মরোল শেংতুনা লৈরম্বদুদা মখা তারকই.

—ফিরোলগা য়োমশীল্লকলিবসিনা কদায়দা চংকদৌরিবনো ?

—খুনদা। চীংজিন অসিদদি অশুম্নগা লৈথোকপা য়াবা নত্তে।

মচানুপাশু ইমুংদগী পরপ পরপ থোরকই। হনুবীদা হায়রকই,

--ইমানা অসুক তহা তহারক্লিসিনা কদোমদগীনো। তলবকা ফংলগা নীনী হুম্নি লৈরগা চংলু।

—হয়েং ফংলগা নঙনা পীনিংবা খরা হেক থিল্লকউ। চিল্লগা পীরক্লবস্ত য়াই।

মখা খরদি তানিংবনি। তাদে। নোং মরকুদা চুরিদা কুমথরকই।

নোংমরকসিদা . । চংপা তারবস্ত চাক ঈশিংগা চাবগা হৌবদা থ্রৈহাক থিনগে।

হনুবীভু তারমদনা কোন্তোংলোমদা পরপ পরপ থোরকই। খুনগী ব্রারীশিং, লৌ-ইংখোলগী, ইমুং মনুংগী ব্রারী পুম্না অমুক হন্না মথন্দা পুরক্লনা।

কৈশামথোং লন্বী য়ৌরকপদদি—নোংমরকত্তুদা চংনা চংনা, লৌবুক্তা ছাত্তিন, য়েম্পাক তুগুনা লৌলিংলিবী, ঈন চিংলিবী নুপা নুপী লোইরোই লোইরোই চীংশাং পরেংগা পাংকা শন্নফমদা লৈরিবা লৌবুকশিং মমীত্তা উরকই। মনাকোংদা খুলং ঈশৈ তারকই। মমৌন্নপীনা ছাত্তিন অমা পায়রক্লনা নোং মরকুদা মত্তুংদা তান্নরক্লিবত্ত মহাক উদে।

জুলাই, ১৯৯৫ ইং

# দশা

লমাবম বীরমণি

কমসিদি নিংথেম ঙক্নানা লবুক্কী থবক ইনখাং পুম্নমক লোইহৌরে। কুমজিন্দা নোং লীক্না তাখি, চাথোক লৈরোইদ্রা খনবনি। ময়ামগীদি খঙদে নিংথেম-গীদি ফৌথোক হন্দ্রে। মহাজনগী লৌশাল তমগ্রগা মীনকা য়াম্না চাদবনিনা শরদং হাপ্লত্তনা চবা ফাওবদি হেল্লবোই।

নিংথেমগী মচা অনীতনি, নুপা অমা, নুপী অমা। মচানুপাত্তদি চাউরে, নাঙ্গোল পায়বা ঙম্রে। কুমসি মেত্রিক থাগদৌরি। অতুনা মপানা নোংমতা লবুক কুমহন্দে। মচাদা তঙনা হায় ইপানা ঙম্রিবমখৈ শৃখিনি। নহৈত্তুতা থরায় য়াওনা তম্মু।

মচানুসু নোংমতা মপানা য়ানীংলোইদবা থবক অমতা তৌদে।

নুমিদাংগী পুং নিপালমক্তা তারিবা মতম্নি। নিংথেম চাকচা তোকপগী বড়ী মচে অমা চমখৎলত্তুনা কমথবতা ডাইরি। মাগী নুপীনা ব্রারী তৌরকই।

— ইবুংঙোগা তিন্নবা খাইদেম তা মেবাগী মচাত্তুদি হন্দক মেত্রিক পরিক্ষা অসি হেক ঙহ্বগা ইম্ফালদা তমহল্লনি হায় হায়নে।

— মিং চনববু ফংলবদি এখোয়গীসু তমহল্লগা লোয়রে।

মণিপুরগী নপান্দবু খৎদ্রে, ইম্ফালদা ফাওদি এখোয়সু ঙমনিদা।

নিংথেম্না খুম্লকই। রা মখা তান্নদ্রিবৈদা মপান্দা কনানো অমনা কৌরকপা তাই।

— ইপল, ইপল, হো ইপল!

খোঞ্জেল অদু লাকশিনবা ঙমদে। রারী লেপ্পী। মখা তানা কৌরকই-ইপল এরে। নাউরেম ইবোসনানে।

মিং অদু তাবদা শ্নাই লাউই, নিংথেম। নাউরেম চাউভলগী মচাত্তুদি ময়ুমদা হল্লকখিদবা চহী অমা তেল্লবনি।

— ইমহান, এরে, ইবোসনা। থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ো।

নিংথেমগী নুপী থাবল্লে মিচম অা য়োঔ্রে। মতম অমা, ইবোসনানা পীক্লিবৈদা থাবল্লেনা লুনা তৌই। ইবোসনাগী মমা শিজদু থাবল্লেগা য়াম্নস্থ্ চান্নে।

থোঙ হাংদবা য়ারোইদৌরি। নিংথেম্না হৌগংকে হেক তৌবদা মাগী নুপী থাবল্লেনা তাপ ফারকই। থাবল্লে, মাগী নুপাবু থোক্লক্তনবা হায়রম্লগা মচানুপাগী কাদা চঙই। রা ভাঙদে ঈঙ্গীংনা মচাবুস্থ থোক্লক্তনবা হায়রম্লগা লালটেন অমা পুরদুনা থোকখি।

থোঙ হেক হাংদোকপগা খোঞ্জেল অমনা হায়রকই।

— মৈদু খজিক্তং লৈথবিয়ু, ইমহান।

মখোয় মবিনি। নুপী অমা য়াঙই। থুনমক মখোয় মরিমক মরী মরী ইমুংদা চঙলকই। মখোয় মরি চঙলকপদু উবদা নিংথেমনা হংলকই--কৈ-দৌবা য়াঙরে, ইবুংঙো?

— ঙসি অহিংসিদংদি ইপলগীদা লৈত য়াদ্রে।

রাদু তাবনা থাবল্লে কোকচাউবী কাই। হন্দক মরক লৈকায়দু য়াম্না লাংই। সিফাইনা মিংকুপ কাংদনা লাকই। হায়নৈ_নোংমা নীনীসিদা

নৈনো অনদি থোক্লদৌদি। পৃক্নিংগী চৱাংনবত্তু কাথবগা থাবল্লেনা মখা
শমথবকই।

— ইমাগীসিদি তুমফম চাফমস্তু জূগোং চাদে, ইচাশিংনা পোংথা-
বদা নীংথূলোইদা।

— ইমহান, নখোযদি তুমগদবা নত্তে। কবিমতা রাবিকন্তু ফক
অমত্তুং পীবিবগা লোইরে। কুইগদবস্তু নত্তে।

মখোযনা পুবক্লিবা মপোং মচৈশি অহুতা উবদা থাবল্লেদি নীহুন
শুদ্রে। মঙল মঙল খল্লি। তুমদনা মঙ মঙই। মীক্লা নত্তু নববা টবকই।
ইমহান চংলাগে।

থাবল্লে খংদ্রেব খই। যুক হৌগংলি। নিংথেমস্তু হৌগংলকই।

— নোং ঙাল্লব্রনে ইবুংঙো?

— ঙাল্লক্লনি, ইপল।

পন্তবমাদে মবী মবী থোকখি। থাবল্লে মতৈমনাওনা ঙাইজবিবস্তু
মখোয়না থোকখিবত্তুভনি। রায ইশং হেক শংই মবানি। মচানুপাভস্তু
হৌগংলকই।

— হায়ে মখৈদি নুমিদা দা মীনা কৌবব্রবদি থোঙ হা দোককনু।

মচা থোক্লকপত্তুদা থাবল্লেত্তু পাথংলি। পবপ পবপ চেন্থোক্লনা
থোঙ লোনশিল্লি।

— তুমিন লৈয়ু, ইবুংঙো নঙ চত্রেখো।

থাবল্লেনা মচাবু তানশিল্লি। মহৈ মহৈ ফম দা চঙলখে।

মখোয লোইনমক তুমথক্লবে। মিংকপ থোক্লকপদদি নুংশানা যক লাঙ-
হুনা লৈবক্লে। থাবল্লে যুক হৌগংলি। ফমু দগী হেক কুমথবগা মখোয মবিনা
তুল্লবা ফক অত্তু হৌগংলি। ফক মথাদা পোং অমথক লৈবস্ত্তু উবদা
থাবল্লে মথুক্লগী ফক অত্তু তাখিবা খঙহৌদে। ফমুংদা তিল্লিবা মপুবোইবগী

মনাক্তা চঙশিন্দুনা মশা নোমলুই। ইপা পাখৎনা হৌগৎলকই। নিংথেমন রা ঙাঙগে তৌরকপদা থাবল্লেনা ঈঙ্গীংনা খামই। মচা তাখিনি খনবদ ফক অদু তপ্পা হুগৎলদুনা উংলি। নুংশা মপী অশাংবা অমা হোল্লি নিংথেম খাম্বা নংহৌদনা মচীন্দা শোন্থাংনখি—সিদি কমদৌবা ?

ঙৈহাক রাখল তৌদুনা লেপলমলগা রা অমতা ঙাঙবা তৌদনা যি অমনা পোং অদু য়োমশিল্লগা পুথোকখ্রে।

— ইবুংঙো খঙহন-লাকহনগন্নুকো।

নিংথেম মনিংথোঙলোমদা থোকখি। নিংথেমনা থোকখিবদুদা থাবল্লেন হংলকই ঐ কদায়দনোনে তৌরিবদুবু ?

— তুম্মীন লৈয়্।

চৈহৎলম্মী। পোং অদু রাখোঙদা ফুমলুরে। মশাদু রাই চিনবা খরা ফবগুম তৌই। অদুবু পুক্লীংদি রাই ইশং শংদে।

— লৌবদি শোইদনা লাকখিনিদা ?

নিংথেম্না শোন্থাংনরকই।

— মখোয়না লাকপদুনি ঐনা তল্লিবা।

*　*　*　*　*

নুনিং মঙানি হৌখ্রে। মখোয় অমতা লাক্তে। নুমিৎ খুদীং খবক্কা অমতা চত্তবা মখৈ মখোয় লাক্লবদি হায়দুনা ঙাইবনি। বেড়ী মচৈ অমা থরুদুনা রাখল তৌই, নিংথেম।

— ঙসি নোংমা নীনীসিদা লৈকায় অসিদা মখোয়গী কোম্বীং হায়ব্রা করিনো হায়ত তৌনিকা হায়রিসিবু চুমজাংলা খঙদে।

ঐখোয়বু অমত্তবু ঈশিংদরা করিনো লংথহৌবনা চুম্ব্রা ? লৈতাফম খঙদ্রবা থাবল্লেনা হংলকই।

- মচু য়ারোই। লৌবা কোক লাক্লবদি কমদৌনি? নিংথেমনা থুয়্কই।
- মতুম্তু চুনই। সিফাইগী যন্ত্রচু থাবদা কোক থেংনগ্রবদি লোই-রেদো?

— পেং পেং ঙাঙলমু।

হায়ফম খঙদচুনা চৈহৎলকই, নিংথেম্না।

ঙৈহাক খনবমখৈ খল্লুরগা নিংথেমচু ফুক হৌগৎতুনা থোকখ্রে। রা-খোঙলোমদা চঙখি। খুৎকম কায়ব্রা য়েংই। অমুক চঙলকই।

নিংথেম লৌমীনি। শৃজরগা চাজবনি। লৌ ঙস্তা লোক্লবনিনা কুম-সিদি ঈংখোল কোয়নবা লৌফমচু খোয়দোক্কে খনবনি পূমকাউ কাউরে। কাউবগী ঙাকস্তু নতে ইতল তল্লি, শিন পায়নীংদে। কাঙখদা লিন চঙবা খুজীন্দা তুম যুবা হায়বত্নমক থোক্লে।

মীফা মীপুন, মীশি মীনাগী মরমদা মীনা ঙাংনবা তারগা নিংথেম লৈতাফম খঙদে। লম্বীদা সিফাইগী গাড়ী অনীদং লাকপদা থবাক্কী মিহুন খঙ্লী।

করি খল্লুরবনো খঙদে নুনীদাং অমা রাখোঙদগী পোং অচু লৌথোক-লুরে। থৌরি অমনা চেংনা কিশিল্লে। য়ুমগী মখা থংবদা লৈবা পুখ্রি অচুদা লংথখ্রে। থৌরাগী অতোপ্পা মচীল অমনা উচুক তামদা কিশিল্লে। পুখ্রিগী কাচিল অমদা থল্লে। খল্লি— মসিনদি খরা শাফরনি।

নোংমতা কাংদে মীশি মীনাগী পাউ। মীংকুপ অমতা কাপ্তথোক্কে ঙমদে। থোঙ্গাল লান্না চখোক্কেস্তু ঙমদে, নিংথেম। ঙসি সিনা ফগদ্রা খল্লি। নোং ঙাল্লগা ফত্রবোই নীংই।

শূবা নোম্বা পূম্নক লেপখ্রে নিংথেম। অমুন্না কয়া কুইনা লৈবা য়াগনি। লৌমীদি পোখাবা হৈতবনি। পোখাবস্তু য়াদবনি। অচুদি কৈ-দৌবা তাই!

নোং হেক ঙানবগা ৱারেপ অমা অমুক লৌরে। পোং অতু অহিংদা লবুক্তা চংতুনা ফুমলুরে। হন্দক্তি খজিক্কং খৃয়া তুশিংলে। অতুবু পূক্লীংগী চরাংনবদি পূমকোক কোকপা নংত্রি।

খঙহৌদে থা অমা খরা হেন্না হৌজিনখ্রে। ৱাখলস্তু খরা য়াংবগুম তৌরে। শিন খরা পায়বা হৌরে। নিংথেম মাঙ্গোলগী মচা অমদা ফম্নতুনা পয়া শিরি। থাবল্লেস্তু মাঙ্গোল অতুমক্কী মচা অমদা ফম্নতুনা ফনেক লোল্লি। মচা অনীমক স্কুল কাখি।

থাবল্লেনা ৱারী হৌরকই।

—হন্দক মনিলৈমা হোইগী মরুপ অসি ফংলবদি মখোয়গী আনোক হায়ত্র অমা লৈদ য়াদ্রে। মাংসি য়েত্নম মনা লেংবা উদ্রে।

—লৈবনি। মচা অনীগী মিং চনবা কাওবা কোম্নরোইদবা শেনফমতুব!

মখা ভারকখিদে থাবল্লে। ঙৈহাক ইচিক চিকই। হায়দোক্লুবগা নিংথেম নুংঙাইতে। তাঞ্জা চাবদা মাগী আনোক অসিতংদি মরৈবগে খল্লি।

তাঞ্জা অতুমক্তদা ইখঙ খঙহৌদনা গাড়া খরা মখোয়গী কোন্থোঙদা খাম্নরে। গাড়ীদগী ফন ফন চোংথরতুনা সিফাই ময়াম চঙলকই। ৱা ঙাঙদে, মপূক্লীংদা খল্লি—মখোয়গী কোম্থাং হায়তু ওইরমাল্লে। য়ামখ্রে, নিংথেন-হোইগী ঈঙখোল অঙ সিকাইনা পীক থনখ্রে। থাবল্লে কিখিবনা ৱা ঙাঙনা কাওবা থোকখিদ্রে।

মীংকুপ অমগী মনুংদা থনা খরা নিংথেম তম্না চঙশিল্লকই।

—অহল্লা নিংথেম হায়রিবসে?

—মানি সাহেব।

নিংথেম্না খুমই।

লাক্লিবশিং অতুগী মনুংদা সিফাইগী কিজোল শেংতবা নহা অনা য়াওরি। মখোয় অনীমক মমায় লোংলি। মখোয় অনীনা খুম্লিবা মায়খুম

অতু হা দোক্লগুনা থনা অমনা হংলকই—নহা অনী অসি মশক খঙব্রা য়েংউ।

- অমদি খঙই. নাউরেম তা চাউভলগী মচানি, সাহেব।

নিংথেম্না খুমই।

--নঙোন্দা মখোয় অনীনা থনগ্না নোংমৈ অতু কদায়দা লৈ? থনাতুনা কিং নমই। নিংথেম লোংপা তৌদে।

—মখোয়না থনগ্না নত্তে. চিংথরম্বনি সাহেব। সিদদি লৈতে। য়ুমদা থম্বা ক্বিতুনা মফম অমদা থম্মী।

সিফাইশিং অতুগা লোয়ননা লবুক তান্না চতুনা নোংমৈ অতু লৌরুরে। মপোপ অমত্রা কায়দনা লৈরম্মী।

- সাহেব, মসি শেন্নবদা ঐ তশেংনা ৱারবনি।

নিংথেম্না পোং অতু থনাতুদা পীরতুনা হায়রকই। ৱাহৈ অসি হায়বা লোইরম লোইফাত্রিৱৈদা কদোমদগীনো খঙহৌদে খুবাক অচৌবা অমা নিংথেমগী খজায় তন্নকই।

—অম্বুক অহল ওইরবা মানা অসিগুম্বা থবক অসি য়াওরিনে। নচানুপা কদায়দা লৈ?

চৈনা খাঙনা খাঙনো মচা পল্লকপতুদা নিংথেম্না খুন্নকই—সাহেব, মাদি কৈম্ভ খঙদবনি। ছাত্রনি। মহাক স্কুলদা চংখি।

সিফাইশিং অতুনা নিংথেম পুতুনা চংখে। স্কুলদা চঙতুনা মচানুপাতুম্ভু থিরম্মী। ছুটি থারমতুনা থেংদ্রে। কৈদৌরুনি। থাবল্লৈনা য়েংতুনা লৈহৌবা মতুনা?

সিফাইশিং অতু হেক চংখিবগা থাবল্লৈহৌইগী ময়ুমতু ক্রব অমম্ভুং মৈরা পায়বী মীয়াম্না চোন্না তিল্লে। ৱারী পূম্বা অমতা খাক্তনখৈ থাবল্লৈনা মীয়ামদা তম্মী।

--পূন্নমক অসি মাগী ইবোম্মা হায়বতুনা থোকহনবা ঙাক্তনি। সিফাইশিং অতুনা ইচাবুম্ভু ফাগনি হায়রি।

থাবল্লেগী মতৌত্ত উবদা মীয়াম্না থেমজিল্লকই —মরাল লৈতবা মীবু মখোয়না পঙফা ফাবা য়াব্রা ? এখোয় ময়াম লৈরিসিদি ?

মচানুপাত্থ সিফাইশিংনা পৃখিদে হায়বসিমদি শেংলে। অত্থব কনাগীদা কদায়দা লৈখিবগে হায়বসিমদি কনামতনা হায়বা ঙমদে। মীয়ামসু খঙই সিফাইশিং অত্থ থাবল্লেগী মচানুপাত্থ থিবা শোইদনা লাকখিগনি।

নুমিদাং ৩ইশিল্লক্লে। মত্থ ফাওবা থাবল্লেগী মচানুপাত্থ হল্লক্ত্রি। হৌন-রুবা য়াওদনা মৈরাগা মৈরাগা থোক্লক্তনা থাবল্লে মমা-মচাবু শঙলি।

নুমিদাং পুং ৮ মুক তাবগী অত্থরাইদা ইখঙ খঙহৌদনা থাবল্লেগী মচা-নুপাত্থ ফুং ফাওরক্লে। পাউ অত্থ করম্না ফংখিবনো খঙদে। তাঞ্জা অত্থমক্তদা সিফাইশিং অত্থ থুংলরে।

ঙসাইমখৈ থাবল্লেগী মচানুপাত্থ লাপ্না লৈরুবা নত্তে। ইনক নরা লোং-তুনা লৈবনি। সিফাইশিং অত্থ লাক্লরোইদবা মাল্লে হায়তুনা থোক্লকপনি। মমা মচা মায়য়োরুবা ফাওবা ফংহৌদে সিফাই লাক্লে হায়বা তারে।

ফনা কইনা মৈরা পায়বীশিংনা সিফাইশিং অত্থবু চঙহন্দে। সিফাই-শিং অত্থ কোয়শিন্দুনা থম্মী। অত্থবু উপায় লৈখিদে। অথেংবদা নমত্থনা চঙখি। অত্থমকপু থাবল্লেগী মচানুপাত্থ ফাবদি ঙমখিদ্রে।

খুংলায় লোংলম্মী, লালহৌবদা মতেং পীরম্মী হায়দুনা নিংথেম জেলদা থাজিনখ্রে। লোংখিবা নুমিং অত্থদগী থাবল্লেগী মচানুপাত্থসু অমুক হল্লকখিদ্রে। কদায়দা কৈদৌবা চংখিবা ? করম্না কনাগীদা লৈরমগদবা থাবল্লেনা করম্না খঙলুগনি ?

মীয়াম চঙত্থনা নিংথেম্বু জেলদগী লৌথোরুবা ফনা কন্না হোংনবনি। কান্নবা ফংদে। থাখবগী মতুংদদি মমা-মচাগীদমক লেপ্পীরম্বা, চেনবী চো-

বীরম্বা পুম্বা চোকথখ্রে। রারৌনীডাই লৈতে। মতম অসিদা কনাগীদমক কনানা কয়াম কুইনা মতম মাঙবা ঙমগনি ?

পোত্থাফম লৈতে, মুংঙাইফম খঙদে, থাবল্লে। নোংমতা কাংদনা সিফাইশিংনা মমা মচাগীদা লাকই। অমুক অনীরক্তি থাবল্লে মমা মচাহু অকিবা পোক্রম্মী। তোইশিল্লক্রবহুদদি কৈস্ মল্লুদ্রে।

মরক মরক্তা মমা মচা জেলদা চংত্নুনা মপাগা উন্নে।

খঙহৌদে থা ৬ হৌজিনখ্রে। নোংমা মমা মচা মহৌশাগুম জেলদা চংত্নুনা নিংথেনগা উন্নকই। অনৌবা পাউ করিম্ লৈতে। মমা-মচা খুৎ শম্নরত্নুনা মযুমদা হল্লকই। লম্নীদা মচানুপীত্নুনা খঙহায় হায়রকই—তু ইমা আদা লৈরে।

খঙপ্রেক খঙই থাবল্লে। নুপামচা অনীখক য়ামা তোংলত্নুনা লাকপা টই। ইবোসনানি। গাড়ী থোত্নুনা চংখি। মচানুপী অত্নুনা মখা ভানা হংলকই—ভামোম্ অম্মুম হায়না চংলমগদ্রা ?

অশাংবা নুংশা শ্বর অমা শাংনা হোন্দোক্লত্নুনা থাবল্লেনা চৈরকই—ভূমীন লৈয়।

রা মখা ভারকখিদে। মচানুপীহুম্ মখা ভারকখিদে। মমানা হোনখবা অশাংবা শ্বর অত্নুগী অর্থ মচানুপীত্নুনা খঙলমগদ্রা ?

ডিসেম্বর, ১৯৯৫ ইং

# ইবেনবোক্কী পাউতাক

কেংবা য়েংখোম

"অস্থুক শাংথ্রবা মতমসি ঐ লোন্থোক্কবীগুম ঐগী পূক মনুংদা লৈরিব ৱারীশিংসি কনাদস্থ লাঁথোক্কনা লাক্লিবনি। ঐগী ইতম্থাকসিদা মীরোল কয়াগী ৱারী হৌথ্রবনি, ফজবা কয়া, তথীবা কয়া, পূম্নমক নখোয়গী ৱারী ঙাক্কনি। নঙগী অশেংবা লমচংস্থ অত্থনি। নঙদি নখোয়গী অশেংবা নরম-চংস্থ মুন্না শঙজাদে। নখোয়গী মরমদস্থ অতোপ্পা থৱাইপানবা অমতনা থিগং-নদে। নখোয় খক্কনা নখোয়গী মরমদা কয়ামুক হায়জে, কয়ামুক ঙাংজে। কনাগুম্বা জীবনা তাবিবা তাবিদবা নখোয় খন্দে। নখোয়তা ঙাংজরগা নখোয়খক্তা তাজে। নখোয়তনা অমুক ককচে। করিনো মতুব্ জীবগী মচংলা? নখোয় নশেলতা লাউনৈ, ফুনৈ, চৈনৈ, হাংতোক্নৈ। মসিনি নখোয়গী নরমচংকী ৱারী।"

অস্থুক শাংলবা মতমসিদা ৱাতৈ মচেং অমত্তস্থ ঙাংলত্ত্রবী ইবেনবোক-সিনা ঙসিদি ৱাহৈ মতূম মতূমগী চরোং অমা ইথা থাজদনা হায়দোরকপসিদা ঐগী পূক্লিংদা ইনৌ-নৌবা ইথিল অমা ফাওরকই। কনাগুম্বা অতোপ্পা জীব অমগী মচীন্দগী থোবকপা ৱাহৈ ওইরম্লবদি ঐ শোইদনা শাউরমগনি। ঐ অসিগুম্বা অকনবা অয়াবপা ৱাহৈ তাবা হৈনবা জাৎ নত্তে। করিগুম্ব

রাইৈগী তেন কাপ্পবা তারবস্ু ঐগীস্ু হৈশিংবা য়াম্না লৈ। অতুবু ঐগী ইবেন-বোক্কী মফমদদি ঐ শাউগে থক খল্লুদে। অতুনা ঐনা য়াম্না নোল্লুকপগা লোইননা কেরেম্নরগা হায়—"করিনো ! কনাদা হায়বিবনো ইবেনবোক্না হায়-রিত্নবো !" ঐ খঙনা খঙনা হংলিবনি।

-- "নঙোন্দনিনে নঙোন্দা, নখোয় ময়ামদা।"

- "ঐঙোন্দস্ু, ঐখোয় ময়ামদস্ু .....। অতুদি ইবেনবোক্কী রা ময়ামতু পাউথুমদি কনানা পীগনি।"

-- "ঐ নখোয়গী পাউথুম পামদে। ঐনা পাম্লিবদি নখোয়গী ফজবা নরমচং, ফজবা চংনরোল অত্থক্কনি।"

--- "ঐখোয়গী লমচং, ঐখোয়গী চংনবোলবু কনানা ফজদে হায়গ্রবগে ?"

--- "ঐনা হায়রিবসিনি !"

-- "করম্না !"

- "করম্না ফজগনি। নখোয় নশেলমক্তা রাংবা তান্নবগী অমনা অমবু উশিং-নদে। হাংতোক্লে। অতুগা নখোয়না ঐগী ইবুক মনুংদা লোংতুনা থম্লিবা অরোন-অথুপ কয়াতুবু হোগায়তুনা থি চুমতুনা লৌথোক্লি। অতু ফাওবা ঐ করিস্ু হায়দে। মতুবু হৌজিক্তি নখোয়না অরোন-অথুপ কয়াতুগী মতেঙ লৌতুনা মহৌশা লাইরেম্বীবু নখোয়না শাংনরক্লি। অসিদবু নখোয়গী করি ফজবা ওইগদগে ! মঙোন্দবু শীংনরবদি নখোয়গী করিস্ু ফজবা ওইরোই। নখোয়দি ঙরাংতগী অঙাংনি। ঐদি মতম শাংনা মাগা লোইনরক্লবনি। মাগী মায়োক্তা চংলবদি নখোয়স্ু মাঙগনি, ঐস্ু মাঙগনি। ঐখোয় পুম্নমক মাগী খুৎশেম ঙাক্কনি। মাগী খুৎশেম ওইরিবা ঐখোয় খ্বাইগী মাঙনবা শীল্লবদি মতুদা করি ফজবা ওইগদৌরি। নখোয়গী করি তোংজগনি। ঐদি অহল ওইরবীনি অতুবু ঐগী পুন্সি লোইদ্রি ঐ খঙজে। নখোয়দি য়াম্না অঙাং ওই-রিবনি। অঙাংনা মৈ কিদবগুম নখোয়না মহৌশা লাইরেম্বীবু কিদবা তৌগনু মাগী মায়োক্তা চংলুরবদি ঐখোয় পুম্নমক্কী অমাঙবা ওইগনি।"

করিনো মানা হায়রিবসিবু! ঐ ঙাইহাক্তি ওকচাননা খঞ্জান্নে। মহৌশা লাইরেম্বীগী মায়োক্তা ঐখোয়না করি করম্বা নত্তবা লীচং চংলুহনা হায়রি-বনো। ও! মসিমদি চুন্নে, ঐখোয়না ইবেনবোক্কী মবুকসি শিংনা শানা হো-গায়রে। ঐখোয়না ঐখোয়গী করিগুম্বা খরা কান্নবা থিবদা মাগী মবুক মন্নুংসি মশীং থীওমদনা হোবাংহল্লে। ঐখোয়গী কান্নবা ফংদবা নংতে, ফংলিবনি। মসিসু ঐখোয়গী ওইজবা থিদবা নত্তে। অতুবু মাদি করিস্সু হায়দে। মা অতুম ময়ারি। মাগী তুংগী পুন্সিদা করি ওইরক্কদগে ঐখোয় খল্লুদে। ঐখোয়গী তুংগী পুন্সিদা করি ওইরক্কদগে! মতুসু খল্লুদে। ঐখোয়না থিরি-বদি হৌজিক হৌজিক্কী মুংঙাইবতুনি। অস্থুম খল্লুরগা মুংশিরকই— "ও! কয়াদা নুংশিপ্রবী ইবেনবোরো! অসুক শাংলবা মতমসিদা মাগী মচা-মশু-শিংসিনা মাগী মবুক মন্নুংসি শিংনা শানা হোগায়বিহনা মবুক মন্নুংগী মহাউত্ত ফক ফংনা চাবি। মাগী শিংলিগী ইত্ত থক্রি। অসি ফাওবা রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা মাগী মচা মশুশিং নু ঙাইরগতা লোইরে খঞ্জরক্রবী কয়াদা পুকচেল চাউখ্রবীনো! ওসিদি মা খাঙবা রারয়গনি। মরম অতুননি মানা ওসি ঐঙোন্দা কনাস্স ভাহন্দনা চিরোন অনা তৌরক্লিবসি। মুংশিরক্রে, ওসিদি ঐ মাগী মফমদা ঐখোয় লানখ্রে হায়জনিংলকই— "অতুদি ইবেনবোক ঐখোয়বু করি তৌজো হায়বগে?" ঐনা নোল্লক্লা হাই।

—"ঐনা নঙোন্দা নখোয়গীদমক মসি তৌ, মসিনা ফগনি খক হায়নিংদে। মরমদি নখোয় পুম্নমক অফ-ফত্ত খনবা ঙম্লবা ঙাক্তনি। নতুগী অধিকারস্সু মহৌশানা নখোয়দা পীরিবনি। নখোয়না তৌজবা থবক্কী অফ-ফত্ত মনাস্সু নখোয়না ফংলিবনি। মসিদবু ঐনা অমুক তাকলবগী ঐগী অধিকার করি লৈরি!"

—অতুদি ইবেনবোক্কী অধিকার করিমত্তা লৈত্রব্রা?"

— "লৈ ঐগীস্সু অধিকার লৈ। মরম অতুননি ঐনা নখোয় পুম্নমকপু ঐগী ইতখাকসিদা চাউনবা য়োক্লিবা। মসি ঐগীস্স মহৌশানা পীনরক্কপা অধিকারনি।"

—"অতু ওইববদি ইবেনবোক্কা ঐখোযগগী মবক্তা লৈবিবা অধিকারসি খেন্নবা।"

"যান্না খেন্নে। নখোযনা নিংজবী অমা কযাম কুইনা যোক্লনা থম্বা ওম-গনি। অত্তুব নদি নখোযগী নপু-নবেন্না হৌবকউদগী ওসি ফাওবা নখোযবু ইতম্নাক্তা যোক্তুনা লাব্রি। নবন অতুন'না ন০। নখোযগী নবনচংপু মুন্না খঙলিবা। অতুগা এগা মবমদদি নখোযনা খঙদনা যান্না লৈরি।"

"খঙদবতুবুনি এনা ওসি ইবেননোক্তা তংতনা হংলিবসি।"

"ঐস্ন যাহ। খঙদবশি তু ঐনা নাওান্দা মথ-মনাউ নাইনা তাক্কনি। অতুবু নখোযনা খনোবা তৌহৈদবা থবকু হংজিন হজিন তৌবদগী নখোযগী নাওজবা কযা অমা এনা ঢংগ্র। ঐঙোন্দস্তু আশোক-অপন পীতুনা বাহাল্ল মতুনি ঐনা পামদিবা।"

"ঐখোযদনা কবম্বা অমাওবা অতুগা ইবেনবোক্ত০। কবম্বা অশোক-অ ান পীগ্রদনা।"

"কবিগী পীদনি। ঐগী ইশা অপৃশ্বসি নখোযনা যান্ততুনা, খোগাযতুনা হংহ নাইহ শাবনা অপুম-অশানা থল্লবা ঐগী তম্নাকথক্তনি নখোযনা হি - লিবা। নংসগী চেনা ঐ ফ লিবনি। নখোযদস্তু মতুগী অমাওবা য লিবনি। অতুগী মথক্তা ০খোযনা ঐগা ঈবক মনু দগী শোকহে-তৌহৈদব। অখা-অযাক কযা অমা কোংথোতুনা নখোয নশেন হাংতোন্ননবগী থৃংনাই শাবিবতুবু নওগী কবি কান্নবা ফ গদৌবিবা০। ৎ"

"চুম্মী ইবেনবোক মসি ঐখোয লানাখ, অতুনা ওসিদি মসি মাওহনগ্রসি হাযনবে০"

"অচুম্বনি নাওহনগদবন অতুবু নওগী খোযবনা নবুক অত্ত . ।"

"কবি হাযবা ঐগী খোযবব। পূক।"

ইবেনবোক মখা অমুক শমথরকখিদ্রে। ঐনা খল্লী—"করিনো ঐনা তৌগদৌরিবসিবু চুমব্রা ! লানব্রা ! ঐ কোক ঙাওই। অতুবু থবক চঙ-শিনবদি লেপ্লে। তাঙ্গা অতুমক্তদা "দো...ঙ" লাউবা অকিবা খোঞ্জেল অমা তাখি। ইবেনবোক্কী মশা অপুম্বা থক-থক নীকখি। হায়রকই-"কনা-কনানো থেংগাইনরিবসে ! ইরান-ইরাক্কী রাথোক লোইখিবতা ঙাইরি-ঙৈসিদা এলাইড ফোর্সকা অমুক .........।"

ঐ পাউথুম পীদ্রে। অতুদগীদি ঙাইহাক লৈরগা ইবেনবোক্কী হোগায়-রবা শিংলী উতোংতুদগী মৈরি কাপথোরকই। ইবেনবোক ময়া ক্রক-চীক্তুনা নীক-নীক খাঙখি।

নুমিৎ-থা, থরাননিচাক ইবেনবোক্কী রারবা মতৌ্ উনিংদতুনা পুন্না ফিরুক খুমজিনখি।

ককচিং তাং ১৯। ২। ৯৫ ইং

# সনাগী লম্বী

হাওবম সত্যবতী

হন্দক ভারত সরকারনা নুপীশিংগীদমক্তা অনৌবা স্কিম অমা লাওথোকখ্রে। স্কিম অসিগী মতুংইন্না মণিপুরদসু সমাজ চাওখৎ-থৌরাং বিভাগকী মখাদা অনৌবা মশা অমা শেমখ্রে। মমিংনা 'নুপীশিংগী সনাগী লম্বী' থোল্লী। শেল-কাদি লাখত্রা নত্তে ক্রোরদনি মরমদি ভারতকী নুপীশিং অসি শোংথবা য়াম্না লৈরী। মণিপুরসু য়াম্না শোংথরি অতুনা শেনফম চাওই হৌজিক লৈরিবা। হায়রিবা মশা অসিগী থৌরাং শেম্বা, মী উন্নবা, শিন্দোক-শিঞ্জিন্দু নিংথৌজাওনা তৌই।

ওসিগু নুমিদাংগী পুং ত্রবেং মখাই তারে। নিংথৌজাও জিপনা থিল্লকই। ইমুং চঙলক্লগা হায়
- - ঈশি, খিত্তা শাহল্লু খোঙ খুংসি অমুক্তা হামদোক্কে, উফুল ৱাইফুলনা হকচাংসি লোইরে। ফিরোলশিংসু মোৎপনা লোইরে হয়েংদি খরা শুদোকউ।

ফজবী খুদেংদা ঈশি, অশাবা হৈতুনা পুথোরকই মমাংদা থম্মী। নিংথৌজাও মফি-মরোল হোংদোকপা লোইরতুনা মোরাদা মকা লাম্না ফমথ-রগা মখোওতু খুদেংদা থাদৈ অত্তুগা।

সে, অমুক্তা হান্মকটুসে ঐ ইশাসি পুনতেক তেক্লে।

ফজবী কনথরকতুনা মখোঙ হান্মী। নিংথৌজাওনা

-ঐনা অস্তুক রানা চংলিবসি নখোয়গীদমক্তনি, নুপীশিং অসিবু খজিক্তং চাওখৎলবদি হায়দনা হোৎনরিবনিনে।

তুমিন্না ঙহাক অমুক লৈরুরগা

· য়াদি য়ারোই মণিপুরগী নুপীশিংসে ওন্তোক্না জ্ঞান লৈখিদ্রে হায়বা, মিটিং তৌসি হায়বরু মী কুন অমুক্তা ফাদেনে তেক লাকপগা লুপাগু কুন ফংগদৌরিবনি।

ঙসিবু মিটিং মফম কয়া পাঙথোকপগে?

মফম অহুম্নি, মাচৌগীদি মী ফনবু য়ান্মী। লৈত্রামগীদি তরমুক ফাদে, অরোইবগী উৎলোদদি মতমগা খরা থেংঙে নুমিদারাইরম ওইদুনা তৌরিবরা করিনো নুপীবু অমক্তা লাক্কেনে।

অদুদি মিটিং তৌদ্রে।

তৌদ য়াবরনে মী ঙসিগী শেডিউল কায়বা য়াপোৎ নত্তে অতে লাইরি মথংগী নোংমাইজিং নুমিত্তদি ঐখোয় সোমগীদা তায়, মফমদি মচিনগী মাওব অচৌবদা পানখৎলন্নি। নঙ ঐখোয় শ্বাযগী নুপীশিংদা পাউ অমুক্তা চেনগো।

- মাই মাই ঐ ঙমজরোই, ঐ চৎথোকপগা শজদে।

- হে, লাপ্পা চংত্রবস্ত্র সোরোজিনিখোয়, পিশকখোয়দা পাউ পীখো। নোং-মাইজিং নুমিত্তা পুং অমা তাবদা মচিনগী মাওবত্তা নুপীশিংগী মিটিং তৌগনি নুপীশিং খোমজিল্লগা লাকউ। টেবল মথক্তগী পমপ্লেটশিং অসিগা পীরম্মু য়ুমথোং খুদিংগী অমমম য়েল্লু হায়য়ু।

নথ গী নুমিৎতা . থোজাঙ পুথিসতগী হল্লক্লগা হংলকই ।

নঙ নুপীশি দা পাউ চেল্লবরা

চোন্দদা কাটব কাটই ।

কাউনি নংদি, হায দি সোযবা যাদ্রেকো, ণ উল্লগে নীংবনি অতুব ওহাক্তা লিবরা নেরা, কবগা মতমদা টল্লগদৌবিবানো । মফম মফমগী এসোসিয়েসন শেংসি লোইবব্দি গ্রস্ত খবা কোম্লগনি মসি নোইদিমখেদি খবদি চীনখিবা নাবি । হায়ে দি সোযনুকো তাঙ্গা যেলগা ওহাক্তা চংথোকল্লুচো ।

চোংলগা ফজবী ওসিদি মাগী নুপানা হলবগা খুমযম লৈববোই থন্দ্রং । শংনংশা তাঙ্গা শেমদুনা চোক চেল্লুই সোরোজিনি পিশকখোহ টল্লকই ।

মথং নুমিৎকী নুংশা বল্লবা মতম্নি । সোরোজিনি, পীশক, মনিলৈমা বিনাসখি মখোয খবা লাকই । মতমত্ত ফজবী চাক চাগে কল্লা তৌবি । মিটি গী মপোল হ নৈ । ফজবীসু অখওবা খবগীনখেদি হাযরে । মকুওইনা হন্দকী থোবা অসিদি অহানবনি নুপীব মশা-মউ যহল্লবা, যাইফ-থৱালগী বাবী, অঙা যোকপগী মচিঞ্জাক পীবকাত্ত অমগ্রা নত্তে পৃমনৌ নৌবনি, নুপীব মুপাগী মপাল ওানা ফিদংবনি থোবা অসিগী মখাদা নুপীশিংনা অপাম্বা খুদি মক লাযনা যগনি অরাংপা অমত্তা লৈবোই । সবকাবনা লোযনা পীগনি হাযবি ।

লাব্রিবিশি ভুনা

মখোযনা পীগাদৌবিবশি তুবু কনি কবিনো ?

খওদে এখোযনা ফি শানি লগা কোন যগনি, ফুবিং তুনিংলগা মেছিন যগনি. ঙা যোরি নাগস্তু ঙা যগনি, হাযবি । লাইবিকস্তু হৈহনদৌবিমালে ।

নয়ামশিংডু থবায় চেন্না য়াওশিল্লকই অদু ওইরবদি ঐখোয়গী মিটিংসি মী খরা য়াম্না পুন্নবা হোংনসি পাউ চেল্লুসি, মী খোম্মুসি। ফজবী নওস্তু ওহাক য়াওরুসি হায়দুনা মখুং চীংদুনা পুখ্রে।

নুমিৎ খরনি অসি ফজবীস্তু মী খোম্বা চংলি। নিংথৌজাও হল্লক্লগা তম্মী। নোংমাইজিংগী মিটিংসি মী য়াম্না য়ামগদৌবা মাল্লি। নুপীশিং য়াম্না থবায় য়াওই। থোইদোকপা মথা তারক্লে মাগী নুপানা হায়বা হায়রবু য়ারিবখৈ মী য়ামহল্ল ঐগী এলাকানি হায়রগা মায় চোপত্তনবা।

মিটি অদু মী য়াম্মী থা অহুম মরি লেপ্তুনা মিটিং কুনপ্পা নিক্ চথরকপসিদা ওসিগী মালোম সেক্তর অসিগীনা মী য়াম্বা ইহেল হেল্লী হায়বশি সরকারগী মীওইশিংনা হায়নবা রাফমনি। নিংথৌজাও মায় পাকই।

নুমিদাংদুদা ফজবীনা হায়

মোইবাদি রা ওাবর য়াম্না কৈরম্মীনে,

ওসাই ভাংবদো য়াম্না ফজে হায়নৈ মী য়াম্না খবাক খুই।

-- নিতিগী সুম ভা শিল্লক্লবনিনা ঐস্তু চিনফা পুরে।

অদুগা ওসাই নুপী অমনা চংবদা মীগী লমদদি নুপীশিংসে অভাং পোকপদা পৈশা পীগনি লাওথোক্লে হায়রিবদুবু অচুম্বরো ?

- এ! চুমদ্রবদি হেক্তা হায়জিনবা য়াপোংনত্তে অভাং মশিং খুদিংগী পৈশা হেনগৎলিবনি।

- অদুদি ঐ-কাসিদি মমল য়াম্না লৈরবজাংনিনে।

নিংথৌজাও খুমদে। ফজবী নুংবংনবগুম তৌইন্না খরা লৈরগদি মীশিংসে মখোঙনা চংপগী মন্থংতা মকোক্লা চংলেককা হায়রক্লবস্তু ওক্লা থাক্লরোই' খন্না তৌগংখি।

ওসিদি মখোয় খরা ওকিস চংকনি মী উন্নগনি অদুগা সরকারনা পীগনি হায়বা পোৎ খরস্তু লৌথোক্কনি, ফজবীস্তু চংকনি।

ইম্ফালগী বাবুপরাদা লৈবা অ'নৌবা ওফিসতুদা মখোয় মরি-মঙা লাকই। নিংথৌজাও শ্বাই লাওই মাগী নুপী উবদা, অমুম্না য়ৌরক্কনি হায়-বদি থাজরদে। মখোয় ময়াম লাকপতু য়াম্না হরাওরমগদবনি অতুবু ফজবী য়াওরকপদা য়াম্না শাওনিংগুম তৌই, মাবু অমুম্না লাকহন্নীংদে মসিদা য়াও-হন্নীংদে। লাক্লিবা কাংবু অতুদি নিংথৌজাও উবদা হরাওরতুনা মনাক্তা পরপ পরপ চঙশিনখিতুনা রা হংলুই।

নিংথৌজাও পন্থদনা হৌগৎলতুনা মখোয়শিং অতুগা মপান থোকমিন্ন-রক্লে। শরক মপান্দুদা ঙহাক রারী শান্নররে "পোৎ-চৈ য়েনবা হৌদ্রি হেক য়েনবগা ঐ পাও হায়রক্কে" হায়তুনা মখোয়শিংতুবু থাদোরক্লে।

নিংথৌজাও নিতিগী মতমদগী ঙসিদি ঙন্থা কুম্নকই, হেক কুম্নকপগা কন্না কৌই।

— ফজবী ফজবী, করিনো নঙনা ঙসি তৌরিবতুনা ?

— কৈদোরবগে ?

— নঙবু কনানা ওফিসতা লাকউ হায়বগে ?

— করিনো ঐ সেক্রেটরিনে, সেক্রেটরি য়াওদ্রবদি য়াদে।

— নঙবু কনানা সেক্রেটরি ওইয়ু হায়বগে ?

— ঐসু য়াম্না য়াজদবনি অতুদা মখোয় ময়াম্না নমতুনা হাপচিনখ্রিবনি।

— চৎলু হৌজিকমক চৎলু সেক্রেটরি ওইবা ঙম্লোই হায়রুচো।

ফজবী নিংথৌজাওবু চান্নরা য়েংলগা

— ঐ জ্ঞান-মেন অমা তাশিল্লক্লকো

নুমিদাং চুপ্নতুমা ফজবীবু ঙাংই "নঙনা কৈদোদোরিবনো, তৌদোবা ঐনা তৌরিদনা।"

বী ময়ুমদগী থোরকই। সোরোজিনি, পিশক-
াক্লগে হায়রৈ অহুবু মখোয়নহুম হেন্না শাও-
ম্মিন্নহুনা লৈরবা মতম অসিদা মখোয়বু অঙাং
রা হায়রকই।

ায়বসিগী খৎনরকপসিদি নোংমা নোংমগী হেন-
াও ওফিস ককা চৎতে ছুটি লৌথোকই ফজবীবু
বদি নপাম চৎখ্রো' হায়রকই। ফাগী নত্তে মখোয়
য়ৌশিল্লক্লে।

কপদা লৈরমগনু লৈরম্বা তারগনা সেক্রেটরি
রক্তা অমা তৌদ্রবদি নও ঙসি ঐনা করি তৌগে

ী লৈরম্মী নিংথৌজাওনা

থৌজাও চঙশিল্লকই ফজবীনা

পাখোন থাবমখৈ থারগা সিবু ঐনা চোংথোক-

ইয়ু হায়বরা ?
মপী হৌরকই! অহুবু থৌনা য়াওনা হায়রকই।

ক্কে ; অহু ওইরবদি নখোয়গী মমিংহু নুপীশিংগী
াংস্থ লাং নতুংস্থ তেন ওন্থোকউ।

হাংলোমদগী সোরোজিনি, পিশক, বিনাসখি,
ম্ন ময়াম মরি-মরি চঙলকই।

১৯৯৫ ইং

# ৱাইল্ড লাইফ রিপোর্ট

মেমচৌবী

ঐখোয়না খুন্দু য়োৎদা অয়ুক্কী পুং তরা চপ চানা তারে। পুং তরেৎতগী তোংলকপা গারীনি। জীপতু খরস্তু হেন্না চোংই। হায়না হায়না ৱাঙু পাকিং ফাওবদি লম্বীতু খর ফরম্মী। কাচা রোদ হেক তারকপদগীনি। ঐখোয় পুন্নমক উফুল পুনচৌ, ৱাবনস্তু তপ তাই।

ঐখোয়না চাক তোকনরকপা অতুৱাইদদি খুলগী মিটিং তৌফমদা মাইক পানখৎতুনা লাওবা হৌরক্লে—

'হৌজিক খুলগী মহারোল অহললোল পুন্নমক থোকপিরক্লো। ইম্ফাল-দগী মী থুংলরে: খন্নগদবা ৱাস্তু য়াম্মী।'

লোক্তাক্কী চীংনুংহুৎ তম্না চিথরকলিবা ইম্ফাল তুরেল তোর্ব্বান্দা তাবা অপিকপা খুল অমনি অয়াম্বনা ৱায়ুমদা লৈনৈ। শেগায়রবা ফোংলবা ফিতমক ফৌহৌই। য়ুমদা এক, য়েন ঙানুনচিংবা শা-উচেকশিং লোয়নৈ।

খুলগী চীংগৈ হংবদা চীংচুম খরা মরি মরি শন্দোরক্তুনা চীংজাও অমগী চীংমৈ ওইনা লৈরি। চীংখোংদা তান্না য়ুম খরদং চোংথোক্তুনা চায়না লৈরি

চীংখোং অহুগা সোমদা লৈরিবা খুল অহুগা রাংনা থোনগৎতুনা লৈরিবা লম্বী অমনা সম্নহল্লি। লম্বীগী অরাংখংবা অহুদা অচৌবা লৌখোং অমা লৈরি। রাংমদা পাংথই মোংসোংথই মাংয়েংগী ভমখৈ য়ৌনা শন্দোকখ্রে। ঙহাক পোত্থাবা ওইনা সুম চংলুই। ঐনা পাম্বদি মতাইদা লৈরিবা চীংতুম অহুনি। উনা উনা অসুম লাপথোকখ্রি। উপাক্কা থোং ময়াইদা ইহো হোবা অনা লৈরম্মী। রারহুনা থোংগী অনেম্বা পাম্বৈদা ঙহাক ফমলুই।

লম্বী মথাদা লৈরিবা লৌখোং অহুদা নুপীমচা চহি মাপল নত্রগা তরা মুক্কা অনীথক ইন চীংমীনরি। নাংখমখাগী মতম থেইহুনম্ব্র ছাত্তিন অফোংপা অনীথকস্ত রাগী পাম্বৈ শেমহুনা মনাক্তা থুলি। মখোয়দগী থরা হেন্না নৌথবা নুপামচা অমস্ত তমু তারহুনা পীকথ্রব খুদৈ মচা অমা শেংলহুনা মখোয়গী মনাক্তা ফম্লি। নুপীমচা অনাহু রারা চাবোন চাবোন, তৌনরগা ঐঙোন্দা য়েংলকই। ঐনা হংলুই—'নখোয়নাবু স্কুল কাদ্রে?' নুপামচা-হুনা খুম্লকই 'ঙসিদি নোংমায়জিংনি?' ঐনা ঙকশিন্নে 'ও চুম্মীনে। অদো নখোয়বু করি ক্লাসতা তমলিবগে হায়না?' নুপীমচা অমনা লোন খোয়রপা ত্রৌনা নোকফেং তৌরহুনা খুম্মা 'ঐখোয়দি তমদে।' নুপা-মচাহুদা য়েংলগা মথা তারকই—'মাদি তম্বনি'। ইন পিকতকপা অনীহু মখোয় অনী চপ মান্নবা সোনগংলকই। থোরি য়াওদবা ইনসোননি। কুপথ্রবা ইরাং ঙা থরহু খুং মচাশিংহুনা য়ান্না হৈননা সং সং কোংলগা মনাক্তগী তুংগোনদা থাদথি। ইনথা চুন্না ইনহু সং অমুক চিঙৈনা থাদথি। ঐনা অমুক হংলুই 'ঙাদি কয়াম ফারবা?' খুমলকই—'ফাদেদা।'

ঐনা ঙা য়েংগে হায়হুনা কুমথরকবদা নুপামচাহুগী মনাক্তা লৈরাই ওইনা উরুম অমদা লমগী উচেক অমা মসিং তরু তরু তথক তথকলহুনা মতু মমান ইপোন পোন্না লৈরম্মা। ঐদি উচেকু অমুক্তা উথিদ্রে। ঙানুম্ব মানগুম তৌই। ঐনা থাঙংহুনা য়েংলুবদা মখোঙদা থোরিমচা অমম্ব কিরম্মা। ঐনা হংজি—

'সিদি পাইবা ঙমখিদ্রা, করিনো ইসোন সোল্লিনে?'
নুপামচাদ্গুনা ইংনা খুগ্নকই, লোনদি খোয় —
'ঙম্নরোই মসা ককলে।'
'সিবু কদায়দগীনো ? করি উচেক্লোনে ?'

ঐগী ইতৌদ্গু উবদা অঙাংদ্গু উচেক্কুগী মতৌগুম মসা ইস্নুপ সুপচিনখ্রে। মরাল অমা করিনো খঙদনা লংসিনজখ্রবগুম ইপোন পোন্না খুগ্নকই -

'মমিংদি থংদে, সুঙৈদা হেক হেক পায়রকই। ঐনা ফাবা নত্তে, তা নিত্যায়না ফারকপনি। ঐনা লুপা অহুম পীদ্গুনা লৈবনি। হোরেন লৌরগা চাক্কা চাদোইনি।'

ঐনা পাওখুম পীদনা ভুমিন্না লৈবা অদুদা অরাংলোমদা চাংগা সমননা তামনা শন্দোক্তুনা লৈরিবা সাবন অদোমদা খুং থিন্দুনা মখা তারকই --

'তু আদৈ সাবনসে অসিদগী ফারকপনি। তা নিত্যায়খোয়দি লাং থাক্লগা য়াম্না ফাই।'

ঐ হায়ফম তৌফম থংদে। ঐদা পাম্বদি মমল খরদ্গু হনবিরগা উচেক্কু থাদোকপনি। অদুদা অককপা মসাদ্গু চোংদ্রিফাওবদি মাবু নতম খরদি য়োকপা তাবনি লমগী উচেক্লি। করি পীজবা, করি হৈনবা; অরাইবা থবক নত্তে। ঐখোয়গী হৌদোংদুগুম্ নীংশিঙলকই। ঐনা মখোয়দা হংডি—

'নখোয়বু উচেকসি নুংশিদা' মখোয় অহুম চপ মান্ননা খুগ্নকই-'নুংশি'।

মিটিংদি হোখ্রে। অচিকপা চীংয়া লমহাং অদুদা মাইকতগী রাহৈশিংদ্গু ময়েক শেংনা তারি ঙা: পাকচাউগী খোঞ্জেল য়াওরক্লে। -

'... পৃথিবীগী থাপ্ল থাপ্লবা মকম মকম কয়াদগী তাংলবা লমগী উচেক কয়া মণিপুরদা মচিঞ্জাক থিবা পাইরক্লি। অদুবু মকম অসিদা মখোয়গী মোংফম ওইররে। ঐখোয়গী হান্না লৈজরম্বা শা ঙাশিংসু নোংম নোংমগী মাঙশিল্লক্লি। হৌজিক মপানগী লৈবাকশিংগী মমাংদা মণিপুরগী মায় থমফম লৈত্রবনি। কৈবুলদগী সজি অসি লৈজরগে মণিপুরগী মপান্দা য়োকচরগে ফাও হায়রবনি। লমগী শা উচেকশিংগা মীওইবগী পুন্সিগা অমুক্কী মতিক মরি লৈনৈ হায়বসি ঐখোয়না মীয়ামদা তংতনা লাওজদুনা লাকলি। ... ...'

মখোয় অদুমক করিসু নাচুংদে: পিক্কবা খোঙ্গেলদা মখোয়না থোকপা মখোয়গী বারী শান্নরি। করিনে মখোল অমা তায় হায়দুনা হন্না য়েংথোক-লুবদা উকুল তামদি মৈগু মবক্তা জীপ অমা থোংখোংদা খায়ে। মনুংদগী মী খরা কুনথরগা থোং লাম্থোক্লগা চৌংখাংগী য়ুম খরদু তম্না চংখি। মখোয় অদুম সোরোক মথক্তা চেনখংদুনা য়েংলুই। অদুগা ঙাংনৈ —

'মাম ফৈজাও ইস্ফালদা পুরনি হায়দো।'

'ঐখোয়সু ঐখোয় পাবনা ঐখোয় ওকপীদো এলহাংদা পুথ্রে ইমানা মোইরাংদা লং লৌবা চংপদা ঐবুসু পুবিনি হায়। ফি সাবসু য়াওনি ঐদি।'

'তা নিত্যায়সু মোইরাংদা উচেক য়াম্না য়োল্লই। ফুরিং ফজবা লৈ-রকই। ঐসু চাউরগা উচেক য়োন্নি।'

মী অমগক সগায়দা হাপ্লগা মী খরনা তুংইন্নদুনা লাকই। সগায়দু থোং রাংমগী জীপ অদুগী মনাক্তা পুসিনখি। অমনা মথক্তা কুপলিবা ফিদু লৌথোক্লগা মীদু ময়াম চঙদুনা গারীদা থাঙ্গৎনবা হোংনৈ। অনাবা ওইর-মাল্লে, ময়াং ওন্থোক্লা কংই, মমাইদু মুসিন মুশিল্লি। মতাই ওইনা লেপ্পা নুপী অমদা ঐনা হংলুই।

'করি ওইনা ঊমদবনো ?'

নুপীতুনা নুংঙায়তনা খুল্লকই -

'জেসামীদা উ চিংবা য়াওরুবদা মেলেৰিয়ানা নারকপনি। ঐগী নিপা-তুম্স্ জেসানি দগী নারক্তুনা হাকুম লৈখিদে। ফিরোই ফাও সোল্রী।'

নহা অমনা হংঙি-'ঈমা নহান পাবনা ডাক্তর চৎলুবগী চেহ্ৎ য়াওরব্রা ?'

নুপী অমনা খুম্লকই---'হৈমা ফকখাদা থনম্মে। ঙহাক্তা ঙায়য়ু, ঐ লৌরগে, নখোয়না চৎলগা মফম খঙলরোই।' হোবে হোবে নুপীত্ চেনচৎতা চংখি।

নুপী অমা লেরী অমা চিংতুনা ফমথরকই অতুগা ইনজিংবী নুপীমচাদুদা হংঙি -

'তোম্বা ঙা কয়াম ফারে ?'

'ফাদে ইনে।'

ঐনা নুপীতুদা হংলুই—

'শাইসিবু ঙা ইফা ফানদ্রা ?'

নুপীতুম্স খুম্লকই 'মতৌসা ইথায় দাম শাদ্রিঙৈদদি য়াম্না ফারম্বনি। খংদে কুমসি তৌগদবসি। লৌম্স মুলমদায়দা মেরাগী ইচাওদা লোয়না থুমগে হাকুমম্স অনীবকনি লৌ লিংঙ লিংঙ ঈশিং থুমজিনখিবা'

চে লৌবা চৎখিবা নুপীতু নুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা য়ৌরক্লে। চেহ্ ফংবগা গাড়ীতু তপ্পা তপ্পা উফুলনা মাংকৈ মমহন্দুনা চৎত্রে। অতুদতা নুপী ফমথরক্লে সোরক মথক্তা। ফিজিনা হুমাং তৈগোক্তুনা ফম্মী, অতুগা কপ্পীংব খোম্লোক্তা হায়রকই ---

'ঙরাংগী সজীতু ফারক্লমদ্রবদি ঐদি লোয়রবনিদো! মতু য়োলমদ্রবদি পুরা দষানিনে।'

অমনা থেমজিল্লকই —

'নুংসা থিরুরম্ব। ঙা চাক য়োমশিন্দুনা থোরাং তৌরো। হয়েং ঙন্না চৎসি। ঐখোয়স্ম য়াওগনি।

ময়াম য়ৌ য়ৌ তৌনরকই —

'ইম্ফাল ডাক্তোরবু য়ৌরবদি ফরনিদা'

মখোয়তু অস্মন্না ঙাংনতুনা মরি মরি হন্নখ্রে। নুপামচাতুস্ম মখোয়গী মরক্তা য়াওখ্রমাল্লে মাগী উচেক্কুগা, লৈরমদ্রে। হান্নগুম ইচিক চিকহৌরে। অমুকস্মু তারকই মাইকতা ঙাংলিতু--

'......লমগী শা-উচেক কন্নবগীদনক চাউখৎলবা লৈবাক কয়াদগী লুপা ক্রোর ক্রোর থাদরক্লি। ব্লাইন্ড লাইফ ডাকপা হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা রাফম্নি। লমলক্কী পুন্সি ঙাকবা হোংনবদা থুনজাশিংগী চাউরবা মতেং দর-কার ওই।'

নুপীমচা অনীতুগী ইনতু কয়ারক শোনখ্রে তুঙ্গোনবদি ইথন থনগত্তে।

ঐনা হল্লকপা মতমদদি মিটিং লোয়তুনা চা থকতুনা লৈরম্মে। ঐখোয়গী কাংবু ইরাং লাংনরকই। ডাঃ পাকচাউতু খুঙ্গা নহারোলনা কোয়শিন্দুনা ব্রারী শান্নরম্মী। ঐবু উবদা নোকফেং তৌতুনা করেম্নবগুম হায়রকই —

'অদোমবু থবরগী মী ওইনা য়াম্না রানা রিপোর্ত ইবিনবা পুজরকপনি।

নোং ওাল্লগা অয়ুক্তা চে পুথোক্তুনা খোংচৎ অতুগী রিপোর্ট ইবা হৌই। ডাঃ পাকচাউনা পীরকপা চেশিংতুস্মু মাঙদা থম্মী। রিপোর্ট ব্লান্ড ব্লাইন্ড লাইফতা থাখিগদবনি। মমিং থোল্লি — ব্লাইন্ড লাইফ রিপোর্ট মথাদি ব্রাকৈ অমতস্মু থোরক্রে।

১৯৯৫ ইং

# মেমথোইবী

লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দ

নগ্নে মঙ্গল খন্দনা অপাকপা মিংশেল মমাংজুদা যমত্তনা লেংবা নমাথাইবী। খল্লি রাখল কযা, মাংগী, থৌজিকী অমস্তু তুগী। মখোযগীদমক থোংনবদ মমা লুখাবীনা কযাদা বাজবিবা। যুম পাংবা নতম হেন্দাকখিনাদোবনী মেমাথোইবীদা লোমা মমানা হংখি,

ইবেম্মা, ওবে খংনা-চান্নবকা অমত্তা লৈতবনা। নাববদি মখোযগী-দমক কনিস্তু খল্লগনু। চাউনা হোৎনবা ভমদবস পাংনা-শানবা পাংথোককগা লোইরে। মখোযনা লৈমিনবা দীভম অসিদা হাযনা-শীনবদি কনানা লাকপীগনি।

মেমাথোইবীনা খুম্মি,

— ইমা ঐ যুম পাল্লবাই। ইপা অতনসিমী ওইনবা শেম্মিংই। হায ইমা লৈত্রগা মাখোযব কনানা যে বিগনি।

মমানা হাযবকই,

— অতুম হাযনু নোপাশিস্তু নুপা ভাক্তনি। মখোযনা থোকপ অমা মবাযনা তৌজখিংনি। মতং হন্দাকখিগদবা হাযজ্জ। ইমা যাম্না রায

লৌনম চাউবা মহাক্না থাজবা পুন্থা হাংলমতুনা পুন্সিগী কাউওয়রোইদবা চৈনাখোল অমা পীরম্লগা চংখিবা অতুমদি মেমথোইবী মমাদা অতুম্মক হায়দোকখিদ্রে।

নোংমা সবিতানা মেমথোইবীদা হায়খি,

- হিংবগী দাবী অমত্তুং ইজ্জংকী দাবীদগী হিংনবগী দাবীনা হেন্না লুই। নওত্তু খল্লু, হিংবদা চোকথরবা, হিংনবগী লানফমদা মায় পাক্রবা মীওই অমনা করম্না ইজ্জৎ ঙাকপা ঙমগনি। হৌজিক্কী মতম অসিদা তোল্ল-তারবা উপাই লৈজদ্রবশিংবু থোজাল হৈনা য়োকখংপিবা মীশক কনা লৈরি-বগে? ঐহাক নাক-য়েং কোয়না য়েংলগা রাখল কয়া কুপ্না তৌরবা তুংদা রারেপ অসি লৌখিবনি। ঐত্তু ঐগী ইপুরোইববু নুংশি। মহাক্না রাবসি য়েংবদা ঐ য়াম্না রায়।

সবিতানা হায়রিবতু মেমথোইবী মতমত্তুদা য়ানিংখিদে। লুনা তিন্নতুনা হৌমিন-কামিন্নরকপগী সবিতাবু মপুরোইবা লৈনা লৈনা অতুগুম্বা পাপকী লম্বী অতুদা খোঙ থাংজিলহন্নিংখিদে। অতুবু সবিতাগী রাহৈশিংতুনা তন্নরাই শাতুনা ঙসিদি মেমথোইবীদা তম্নরে।

মেমথোইবীগা থংনবা মৌপুা 'নপাত্তু গ্রেজুয়েং পোষ্ট অমগী ইন্তরভিউ য়াওখি। ইমুংগী ওইরিবা ফীভম অতুদা মৌপুা নিপাত্তু থবক্তু য়াম্না তৌজ-নিংই। মচেনত্তু তৌহন্নিংই, মমানত্তু তৌহন্নিংই। অতুবু সরকারগী থবক অমা ফংনবগীদমক মখোয়গী করি শক্তিদি লৈরি। লুখ্রাবী মমানা কৈথেলদা ইনশাং য়োন্দুনা চারাতং চেন্দনবা হোংনজরিবা ইমুংনি। মেমথোইবীনা খ্বাঙগী ফি-রোল থরা শাত্নুনা মত্তে থরা পাংবতুনা মৌপুাশিংবু লাইরিক-লাইশু তমহনবা ঙম্নগী রানি। লৈজরিবা সম্পত্তি হায়ববু পীক্রবা ইস্কোলতুগা কাক মখোঙ পুথরবা য়ুম অতুগতনি।

সবিতানা শীন্দুনা কমিশনার সাহেবকা মেমথোইবীগা উন্নখি। অমুক্তা নত্তে হঞ্জিন হঞ্জিন উন্নখি। চীং-লেয়বা কমিশনার সাহেবনা মেমথোইবীদা হায়,

নহাক্কী নোংপাগী থবক সুকনোয় শোয়দ্রে হায়না লৌবা য়ারে। মতুং তা নত্তে, এনা হেক ডম্লিবমখৈ নহাক্কী অপাম্বা খুদিংমক পীগনি। অতুগা ঐগী অপাম্বা খুদিংমকপু নহাক্না পীয়ু।

কমিশনার সাহেবতু মচৌন থীদে। ইস্পরভিউ হায়দোক্লগুনা নোংপা নুপাগু থবক কাবা হৌরে।

ভন্না ভন্না রাজেশ্বরী দিনবা হৌরকই মেমথোইবীগী নুমদা। চঙ-শিন্নবা লন্নাদগী হন্দোরকপগী মতুং মেমথোইবীনা খাদল হৌবা হৌরকই। নুপা চাইবনা মনম মনম চায়রবনা মপাং। কমিশনারগা অমম অমম্বা মেমথোইবী থবক হাপ্লক হৌরকই। মশক লোলদা, কেঙ্গুয়েলদা, রঙ্গলরদা। ত্রাক্তকরগী হানী-জাবীপু য়াওবা হৌরকই। পা-উ-চেশিংগী অদিত্তোরিয়েল লোন্ত ফাওবা য়োং কমিশনার সাহেবপু নৈনবা হৌরকবসু কইংসু নাচু খিদে মেমথোইবীগী খোইরুম মোমেন মিনোক অনদা। মেমথোইবী হৈনখিবা নিশা অদুদা লাইচুবা হৌখল্লকই। ঙইহু ঙইরবোরদনা থাকীদমকপু পেশা-তন্ন মিকাবদগী লুপা নপুন মপান লৌশিনবা হোয়রকই।

মেমথোইবীগী দাউ য়াদবা মতাং লাক্লে। ভুগুনা চাক্লনা লাকবা ইন-শাংগী মহাউদু ওক্লমানে। অনৌবা মহাউ অমা হুংনীলকপা মতাংদুদা মেমথোইবীদগী হেন্না শকহৈনবী ওথোংলেনগা কমিশনার সাহেবকা থেংনখরে। কমিশনার সাহেব মেমথোইবীগা উন্নবগী খুদোংচাবা পীখিদরে।

হৌজিক মেমথোইবীদা হারিবা দনা অসি থাক হাঙ্খিনা হারওনাশিন পীবা লাকপগী মতুংদা ডমদ্রবাদিনা লেল হন্দোক্লে। হায়বা ডাক্তুর্নে। নহাক্লরাই

ফংখিবা পৈশাশি তুম্না দরকারগী দরকার চাক্তুনিনা য়ুম লেম্বদা, অক অহেংগী পোং লৈরদা মাগী মাগী শাজিন্নন্নদা লোইনা চংখি। খর অমনা কমিশনারগী খুত্তা লৈখি। মীওই য়েন-য়েনগা এক্তা তৌরা হৈরকই মেমথোইনী। খরা শোনবা কাওবদা শাউজিল্লি শাউনা নাকপা কাওবদা লিথশিল্লি। মী-ওইগী চান্নদা তরা কারনা পূংনা মেমথোইবীদা পীখির। নহাতুনা মেমথোই-বীগী য়ুমদা কূপরা জৌহন্শং শাবগনি হায়রকপা। মত। তুদা মেমথোইবীনা খুম্মি,

শী জগমদগী কেবানি অমা কেসরন নাতুনা লোর পরহে। নহাক হেক লৈরগা উফিসয়েত্তদা হাপ্পরা শোয়দনা তৌরগে।

১৯৯। ৯,

# অশি লমদমগী লম্বী চৎপী

কেত্রিময়ুম সুবদনা

'চা অমত্তা পুনকউনা, ইশাসি য়াম্না চোকথরে।"

'অঙাওবীসে অমুক লাক্লে।" শোন্থানেনা হায়রম্লগা হোটেল বোইহু চঙখি।

'ওন্থোকস্নু উশিংত্রেদা! ঐগী ইতৌসিদা মানা ঐবু অঙাওবী ওইনা উর-

াল্লে। ঙাওরবস্ত ঙাওস্নানি হায়বা খঙদনা শারদনা। খবরদুম পাখিগে।"

'ইবেম্মা খবরদু অমুক্তা পীরকউ। মীয়াই চল্লবা নুপা অমনা হায়রকই।

'সেরা, নঙনা শান্নবগী পাউ য়েংলগা কৈদৌদোরিবা! কংলিবা নয়াং খুংকং-

দুগা হৌজিকপু স্পোর্টস য়াওগে খল্লিবরা?"

ঐহাক তুমিন লৈরে। রাতে অসে ময়ামগীনি।

'চা অনীগা ওমলেট অনীগা পীবকউ। তেবলসি খনা শেংদোকউনে।"

ঙলল্লিবা নশা নাল্লপ তৌবা পাখংদুনা মনাক্তা ফম্মিন্নরিবী লৈশাবীদু য়ে-

নগা হোটেল বোইদা হায়।

হোটেল মহাজন্দুনা মাগী অানোক্তু খজিক্কং থাঙ্গংলদুনা লাওরকই,

'কৈদৌরিগে নখোয়বো তেবলগাসে খরা নাম্না নাম্না থমুনে। চাইবিনা কপ

প্লেটশিংসে পুথিনগেদি হায়দ্রদনা তুমিন্না কনি হাওরিগে?"

"নুংশিদনা শীরিবা।"

"মরম লৈরমগনি। নুপীত্থ মহা অফাওবীনি।"

"ঐস্থ খঙ্গে।"

নুমিদাং চপা যাখললকএ। চঙলকপা মীস্থ লংখিল্লকই। হোটেল বোইদু পোট অমদ, চাক খরা য়েঙ্গাং খরা হাপ্লদুনা ইভোং তোংনবদুনা পুথোবকই অদুগা ইনাক্তা কমদুনা হাওনা চাবৈ।

"করি য়েঙ্গা নো?" ঐনা হঙই।

"ভেরা গী হরাউ থাজবনি। চজিক্কা লেমহনবা যাদ্রোং নত্তে ঐগোয় মহাজন-সিদি।"

বাকবদনা লাম্না চাউ, হাওনা চাই। কৈ, সি ভাক্তনি। আইন্দভা অভোদা থবক শুদল্লোইদবনি লাওজবগী রাতনি। শুংসুম কনানা কনাবু থিরিবা।

"ময়াম অমুক্তা হন্দোকপীয়, তৌজিক কাক্তাদগী লমজেল চেল্লক্লি ময়াম খরা হন্দোকপীয়" হায়দুনা জিপ অমদা মাইক পান্দুনা কোইনাওনা লাওরকই।

ঐস্থ শড়ক্লোমদা মাই ওন্থোক্লে লমজেল য়েংনবা। ঐগী রাখল শান্নবুংদা লাক্লে। হয়েংদি ইস্কাল থাদোক্তুনা শান্নবা চংকদবনি। নুমিদা দগী হৌনা কোইনা লাই। চংলবা পৈশা লৈতবদু ইমানা মখোম শুগ্নীবী যনবী য়োন্থোক্তুনা কোইচেল চেন্দুনা হোংনৈ। পুথোক পুশিন তৌই। ঐগী শান্নবদা ইমানা থৌনা যাম্না হাপ্পী। চংলমদাই ইমাদা খুরুমজবদা মঙ্গল ওইরকউ, পূন্নমক্তগী মীথোইবা ওইয়্ হায়দুনা ববগা লোয়ননা ইকোক্তা নান্ত-বিরকপা, মনা পুবগা হল্লকপদা ইমানা হরাওখিবদি পূন্নমক্তগী পুমহেল হেল্লি। মতমদুদা শাগংখিবা রাখল, মঙখিবা মঙ ইমা চাগী সংসার অমনি অদুগা তৌজিক্তা করণাতোং ওল্লা থাওজনা অনুক যৌরক্লিবা। কবিগীনো কাল

অহল অমগী খোঞ্জেলনি।

"বেবি মতেক খুল্লিবনি।"

"কৈদৌনবা!"

"থক্কে।"

"চাক্তি চারবব।"

"চাকপ্পদি কৈদৌনগী চাদৌরিবা, কনানা পীজদৌরিবা।"

"সে লুপা মচাসি কৈনোমা চাউ। নঙ ঐবু খঙলিবরা?"

"খঙই। নঙ লম্বী চংপা মীনি।"

"থাইবী, পাম্বইদবো নঙসে মতম অমগী মমিং লৈবা শান্নরোইনিকো।"

"কনা হায়বা? ঐবো? অহাইয়ো কনানা ঐবু শান্নে হায়রিবা? অশি লমদমগী লম্বীচংপা ঐবু।'

অহলদুগী মীৎলুদা ঈরা হৌরকই। অঙগা অতিয়াগা মালেমগা শান্নদবা লম্বীদা নুপীদুনা চংখ্রিবদু মীৎকুপ্পুনা য়েংদুনা লৈহৌই।

৫.১১.৯৫ ই.

মাদবু পাখংচবগী খ্বানা। এদি শাউত্তুম শাউনীংঙ্ই। হায়রুই –

"করিনো কমদোবা হায়ববো? মরাইনা লাকচনি। ক্বায়োনবী মৌনহানবু ....... ।"

মখা য়াম্না তাথনীংবনি। মাগী মতৌত্তুদা ফংত্রবরা খন্দুনা তোক্লে। খুমজিল্লুরবা লাইরিক্তু অমুক হাংদোক্তুনা পারম্মী। মহাক পাক চংখিদে। মাগী খ্বা ডাজদনা ইনাক্তা লেপ্পা মতৌহুদা এ খঙই, মহাক এঙোন্দা কদায় কদায়দনো হুপীত্তুবু থিহন্নীংই হায়বা। ক্বায়োনবী লুখ্রাবীত্তুগীদমক মানা মথৌমক ওইনা পাখংচবা মতৌহুদা এবু হেন্না শাউগংহল্লম্মী। শাউরপ্পা মখা তারুই:

"নিংথমথাগী হুমিদা প্ন তংবং মখায় নীপাল তাবনা মতম সিদা চঙী কনথ্রা শুদ্রিবী ক্বায়োনবী মৌ নহা অমা মপুমদা হল্লক্লে হায়ত্তুনা থিরুগদবসিব কদায়দনো? কমদৌনি, হল্লক্রবদি হল্লক্রেদনা। মৌনা লুখ্রা ওইহৌরে চঙী-নগা নহা ওইরে চংলম্লানি হুমিদাংসিদা চুমথাং মখোঙ থিবা। কান্নদে, হুং-ডাইত্রগা অঙাংশিংত্তু সিদা পুখিরক্কেরা কৈনো খনা য়েংবিরু।"

মহাক মখা তারমদ্রে। কাংখোল নমডাদগী টোচ লাইটত্তু লৌরগা অমম্বত্তুদা প্রপ-প্রপ থোকখে। এ খঙই, মহাক মনারোমগী ইমুংদা শোয়দনা চংলমগনি হায়বা। তকেংবদি মখোয়গা এখোয়গাসি করিস্থু থোকদে। অতুং করি লাইরাবা ফাওবনো খংদে মখোয়গী ইমুংগী অনাশিংকিগী অরাং অপ পুম্নমক মহাক্না মেনশিংনগনি হায়ত্তুনা কৈগাক কৈনা লেপ্পগুম তৌখ্রে। খরদ ডাঙলুরবস্থু হেক্কমক মথুম্নকই—

"কৈনো নীংওইববু তখা ওব্বরা? মখোয়গী মরাইবকসি এখোয়দ থোক্লম্লবদি কমদৌনা? মপুরোইবত্তু লৈখিদবেদগী অঙাং অনীসি খোঙনব হোংনবদা চঙী কুম্মৈ খুজংদ্রবী লুখ্রাবীসিনা খা-রাই খঙদবমখে কোয় চেন চেন্দুনা হোংনরিবসি হুং শিদ্রা?"

মাগী মতৌত্রদা ঙাড়নবা তন্দুনা তুমিন্না লৈখিবা ঙাক্তনি। মচান্নুপা অহনবুনা কাফৈ-কাফৈ চংপা হৈরকপগী অত্নরাইদনি, মখারোমগী নুপীসিগী মপুরোইবজুনা চাঁদা উ চিবা চংপা য়াওখিবা মতমদু। মতুদগী চহী অমা অনীরোমদি মখোয়গী ইমুংসি মমীং-মমায় খরদং পাঙজরম্লবনি। মপুরোই-বজুনা চাংদগী থোবকপা খুদি, ঐখোয় নুপাগী শরুক তম্লক্লিবনি হায়রুনা স্বাইদগীনি থঙদে আদগীনি থঙদে—চাং লফু, উচিনা নত্রগা কংলায়েন খরদি মতম্লকই। মখোয়গী ইমুংসি কাড়ারদগী নৈনা হোংলকপগা ওইরে ঐদি অনীরক শুনত্রম চৎলুদ্রে কমদোননো থঙদে ঐখোয় নুপীগা মখারোমগী নুপীসিগদি ইনাও-ইনাও ইচে-ইচে হায়রুনা পোকমিন্নদগীশু হেন্না নরা তিন্ন-খরে। থঙদে নহানুক্কী মপোক্কো মখোয় অনাসি মমা মচা নত্রগা মচিন মনাও ওইরম্বা য়াই অদুবু ঐদি ঐবু ফনা যাম্না কোইনা চৎচরবসু নুপীসিগী হৈমনশিংনবা অত্রগা শিথগনবা মতৌসিদা নুংশিবা শুকওন ওমদে। অনী-শুবা মচা নুপীসি মীরোননগী অত্রাইদনি মাগী মপুরোইবসিনা চিংথোরকপা উগা লোয়ননা লোক্কা গাড়ী ওন্থনা এক্সিডেন্ট পোকপদা শিখিবা। মতমতুদা কমদোননো থঙদে ঐখোয় নুপীনা লুখ্রাবীতুগীদমক মথোনা ফনা লেপখি। ঐদি ফনা খাঙ্বনি অত্নবু মানা হেক ওমত্রনা শোরাংকীদমক মাগী উল্লকপা লীক অচৌবতু নন্দান থমখি। মখা তানা পংজাও ঙাওনরুরবসু নুপীসিগী রাজ্ঞৌদগী হন্নুথংদা ইমুং কায়বা য়াই থনবদগী তুমিন্না খাংবদা মতাখি।

ঐনা লুখ্রাবী মৌনহাসিবু খ্বাইদগী তুকংচখিবসি মহাক্না সিনেমা হোল মমাঙদা মকে শেমতুনা পান তুকান ফমগৎখিবদগীনি। মমান মমান্নবীনা মশাই খোমগংনদ্রিবা মতমনিনা মহাক্না মপুন্সি চুম্না লুখ্রাবীগী ময়োল চোংদ্রবা মপুন্সিতু পামদ্রে হায়বসিদি মাগী হোংলক্লিবা ফিজেং-চাকচেং অমদি মরমচৎসিনা শাক্কীনি ওসি নত্রবশু নোংমা নত্রগা নোংমদি পীক্লিবা মচাশিংদু লংথোক্রম্বা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি। লুরিবদি মাগী হোংলক্লিবা মওং মতৌসিদা খরদংবু ঙাঙলুরে ঐখোয় নুপীনা হেক্তমক মখুম্লকই —

# নাকেন্থাগী নুমিদাংবাইরম

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

খেঙজেল য়াঙলবা গাড়িনা শুবোলবু রাবগাই তম্না পুরি মফেনা হায়নশীংনরুবা মুপী অমা য়েংবা চংলিবনি। ফনা বুইরে। ময়ুম মকৈ পাল্লরোই খল্লবা শুবোলগী অনিংবগা মাবু ময়ুম পানহন্নবা তোৎনবিবা মচেগী অপাম্বগা কন্না লাপ্লেংনরক্লিবা। লাপ্লেংনবহুদা ঙসিদি মশানা য়ানা মাযথীবগী লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লরুবা শুবোলনি মচেগী অপাম্বা থুংহনবগী তঙাইফদবহুনা শুবোলগী ফিরেপপু ভাঙ্গাই তাইল্লকপনি। ঈ মতুমদগী মাবু চাউনবা য়োকপিরকপনি। ময়ুম পাল্লরে, ভমথীরবা মরাইনক্না লুখ্রাগী থুমফমদা ইনশিনবিহুনা পীক্লিবা মচানুপী অমগা সুমদা হল্লকুনা লৈবরে। ঙসিনা অমুক লাইয়েংবা ঙম্নরোইদবা লাইনা অমনা অরোইবা পম্বুংগী মায়কৈ তম্না পুবিরবীনি।

মশাগী চহী নিফু হেনখ্রবা শুবোলনি চহী মতাংসিদা য়ুম পাল্লুবা হায়বসি নাকেন্থাগী নুমিদাংবাইরম্না য়েনিংথাগী অযুকপু মিতারুবা ওইনা থোক্লুবসু য়ারিবনি। মৌপুংগীদমক ঙসিদি মচেত্ন য়ান্না হবাউহৌই, কন্নবা মায়থোঙহুদা আশাগী চুমথাং খলহৌই।

-- মীপামচা কনাগা চংমিল্লদৌরি ?

— কনাস্ হৌবরোইদা।

-- তুংঙাইগদ্রনে, নমান্নবা অমতং য়াওবনা ফরোইদ্রা ?

— মী লোয়নবক্রুবদি য়াবোইকা হায়বা ? অতু ওইবগনা ইমান্নবা মশক ফজবা অমা নেকতোইবা।

— থীদা অঙাওবসিদি, মবু ইকাইরোইদ্রা হায়বানি ইকাযদ্রদি য়াব মল্লা ?

-- হোয়নে হোয়নে নুপীমচাদো মশক্লা মশক ফজরিবা, মগুন্না মগুন লৈরিবা। লমদম্ব থৈতং হাইথজে হায়বতনি হৌন-লোনচংতে করিদৈ অবাংপা অমতা হেক লৈতবনি। ঐগী বাদি হোরেন্দ্র হেক্তা পুরক্লো হায়রিবনি মথা তাবদি ইচেগী দাই।

- কাকা ভারা লোইথোরসি।

কন্দক্তরনি. ভারা লৌথোক্তুনা পীরে। ভারা পীরমগা হান্নগুম গাড়িগী মীহুংথোঙলোমদা পন্থোক্তুনা কমথে। নাকেন্থানা ফোয়দংপিরক্লবা উনাশিংনা লম্বীগী মতাইদা কোয়ঙাওনহৌরি গাড়ীগী শন্থুমা য়েবদা। শুবোল মচেনা হরাউজহৌবতু হনজিন হনজিন নাংশিংই। গাড়ি থামখি। কনা লৈহৌবা কনা কারকপা মহাক থোইনা নাচুংলুদে। গাড়ি অমুক থারে। ওসাই মথৈ হাওতুনা লাকপা মাগী মনাক্কি ফমফমদ্দা নুপী অমা ফমথরকই। শুবোল খজিক চঙশিনবোই করিবোই যমথরক্লিবা নুপীতুদা হাইরপ য়েংই, অঙাং অনীগনি। মশা পুম্বা তুজংখিবা খঙহোদে. থাজবা পোক্ত্রবা মীংয়েংদা নুপীতুগা মীকুপ খরদং মীংচানরম্লগা মীকুংথোঙলোমদা মমায়তু খুংলৈ থুনা লৈথোকখ্রে। অমুক লৈশাল্লক্ররোই হায়বগী মতানি। নুপীতুগী হুমাং ঈরিকরবা মায়থোঙতুস্ খংলুক লুকথি।

গাড়িগী খোঙজেল য়াঙখংলকই, শুবোলগী শিংলিদা চেল্লীবা ঈগী খোঙজেলস্ য়াঙখংলকই। ফুরিংখাউদগী লুমান লৌথোক্তুনা মমায়দা কারক্লিবা হুমাং ঈরিকশিংতু তৈথোকখি। ফুক হৌগংতুনা কুমথহোরসিবা

খল্লকই। হোগংপমক্তি নত্রি. মচেত্থু য়াম হুরাউহৌই। কয়াম কুইনা নুঙগী শক্তম ওল্লুরবনো খঙদে। গাড়িগী অরাঙবত্থু নমহত্তুনা মাগী নাকোঙ তমলক্লিবা খোঙ্কেলহুনা মাবু ভাব তাহল্লে

— য়াম্না হৈনদবরা, ঐ হান্না খঙলম্লবদি কম্লমলোইদবনি।

নুপীহুননি, চহি কয়া কয়া চুপ্পা খাজিনগ্রবা পন পুম্বা নমখায়রগে তেম-শিংলকপমক্তি নত্তে, অদুবু অরৈবা থৌনামথৈদি থোমজিল্লক্লবনি। শোয়দনা রাহে খরা হায়রক্কনি হায়বদি শুবোলস্থু খঙই। মরমদি হৌগ্রবা মরালবু কুপশীন্নিংদবা মী কনাস্থু লৈতে। শুবোল মচা লেঙদনা কম্লি। মহাক্কি মতৌহুনরা নুপীত্থু মনিং মমাঙগী কমকমশিংদা য়েংলকই। অহাঙবা অমতা য়াঙদ্রে। অঙা অনাহুগী লেপ্পুনা লমশাং চংপদি এয়োল্লাই, অদুবু হংল্লকই।

-- ঐ হোগংখ্রো হায়রা?

কবি খল্লুরবনো শুবোলঙ মমায় খঙলৈ লৈশাল্লকই। মচান পেন্না অমুক্তং চৈহোগে মতানি। চৈবদি ঙমদ্রে নুপীহুগী মীৎলু অনিদা নাংখায়-রক্কদবগী ঙাইহুনা লৈরম্বা পিরিকশিংহুনা মাগী থৌনাহু মুনখ্রে। মমীং অনি-হুনা খারপা য়েংলগা নাসিমতং হায়রকই।

— নাস এগী গাড়ি নত্তে।

মহাক শুবোলবু চপ চানা খঙীখবনি মখা অমুক তারক্রে। নিংঙাইদনা মখোঙ থাংলিবা কোরৌহনবগা মীংচাননা চেল্লীবা গাড়ি থৌবাল য়োশিল-লক্লে, য়াবগাইদি য়াংলি। হুংশিবনা মশাক মতু ওন্দ্রিভৈ মতমত্থু ঙইরন্নবদি ঙসিগী খোঙচংসি কয়াদা নুংঙাইরমগদবা, লমখুংকমস্থু খক য়োহন্নীংলমদবা য়াই। ঙসিদি মতু নৎতে, য়াঙগ্রবা গাড়িসি চোংখহুনা ইল্লসিরা হায়ত্থু য়োরে।

শুবোল মমায়দা লেপ্তুনা কারক্লিবা হুমাংদু অমুক তৈথোকপদা ঙায়রি। মখোয় অনীগী মরক্তা ঙাবোই লেপ্লোই তৌরম্বা অঙাংদু খংতু তুথরকই মঙোনলোমদা, উইরমাল্লে। মহাক্না অফিং অফাই ওইনা ঙাক্লমদ্রবদি ফম-ফমগী য়োৎতুদা শোয়দনা য়ৈরমগনি। মীনিলগা নুংশাগী মৈশাগা তুনা য়ৈবদা অঙাংদু ইপং পংথরে। অঙাংতুগী মতৌতুদা নুংঙাইত্রতুনা পমখৎ-পিরে। চহী মরি মঙামক্কী অঙাংনি. মানদি করিব্ খঙলুনি। নুপীতুনা তিংথোক্লম্বা মখুৎতু হনজিল্লগা খামলকই।

— য়ানি শুম লৈহনবিয়্, ফি মোংনবনি!

শুবোল হায়বিবদু করিমতা তাদ্রবগুম নুপীতুদা হন্নফাও য়েংলক্তে। মপুক্লিংদদি খল্লকই 'থম্নু থয়্নসিরা।' অঙাংতুদি শুবোলগী মতমপাক হেক য়ৌবগা নুংঙাইনা তুমখ্রে মীংকুপ খরগী তুংদা নুপীতুনা নাসোন পীক্না ঙাংবা হৌরকই। খোঞ্জেলদু তপাচরবম্ম মচান্দি থৌই।

— ঐ খঙই ঙা শুবোল, নঙনা ঐবু শাথীনা ব্রারৌরমগনি, তুকৎচ-রমগনি। মশানা ব্রারৌফম তুকৎচফমস্তু থোকপনি। ঈশ্বর য়েংতনা হায়রবদি ঐ নঙোন্দা নমখাক তৌবা পামখিদে। তৌগে হায়নস্তু খনখিদে। তশেং-বদি ঐ উপাই লৌখদবনি। ঐগী ব্রাহৈশিংসে ইরাল কুপশিন্নবা হোৎনরি-বনি হায়না নঙাক্না লৌত্রবস্তু মীংকুপসিদি ঐগী লাইবক ফরবনি। জিবন ইপ্যাগুম্বনি. ইপাগা তিন্নবনি। অতুনা এ মাবু কৈস্তু খল্লুদবান। মসিগী খুদোংচাবা লৌতুনা মানা ঐগী পাঙ্গল থৌনা পুম্বা মাঙহনবিখিবনি। ঐ মাগী মনাক্তা পুন্দি লেনবা পামখিদে। মীনা হল্লকপিনি হল্লকপিনি হায়ননি খঙলবস্তু য়্নমদা হন্দুনা লৈবা পামখিবনি। অতুবু ইবুং ইপাশিংনস্তু ঐগী-দমক পাম্বাম তিংবিবগী মতুং ঐবু শেরান্ননা লৌতুনা ঐগী ব্রাহৈ অমকাও ঙাবিদনা পুন্সিগী ওইনা ইন্তোকপিখি। ননাক্তা লাক্লবগী তাঞ্জাদি ফংখি। মহু ঐনা লৌখিদে. পাপ চেল্লবা হকচাংসি পুতুনা নঙোন্দা অনৌবা মৈ অমুক

চুরগনি। মতমত্থদা নঙনা ঐবু করিনি হায়না লৌগনি। ঙসি ঐবু শাউরিবা রারৌরিবা সিনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ। পুন্নমক ইরাইবক্তা তাইশিন্দুনা খাঙবা তাখি, খাঙস্থু খাঙলক্লি। ঙসিস্থ ইরাইবক্তা তাইনবা লেপত্রি। মহাক হৌখিবা চহীদা লৈখিদ্রে। মরাইবক থীরবা ইচাশিংসিগী-দমক্তদি ওকচদ্রবস্থু মপা অমা ওইনা মাবু হিংহন্নীংবনি।

মথা তারকখিদ্রে, নোংত্থনা ইল্লিবা ফিগী ফিজিহু লামগংখি। শুবোল রা মচেং অনৌবা ঙাংদনা কল্লম্বদগী মমায়ত্থ তপ্পা ওনশিল্লকই। রারীত্থনা খম্মোইদা করম্বা চৈথেং অমা পীখ্রবনো খঙদে। অশাংবা নিংশা শ্বর অমা লোয়নরত্থনা খোঞ্জেল লূন্না হংলকই।

— কমদৌনা লৈখিদবনো ?

— লালহৌবা শাত্থনা পৈশা খায়বংবদগীনি।

খম্মোইদা চাক্লম্বা রারৌবা অমদি লমন খুমনিংবগী মৈ তপ্পা তপ্পা মুংথ-খিবগুম তৌরকই। অকনবা চৈনা কংহৌরবস্থু শুবোল মানা থুংশিজখিব-ত্থবুদি তেক কাম্বহন্নীংদে। অত্থবু শকউদবা লাইবকপু কনানা মমায় চুল্লুবা ঙমগনি। চহী কয়া খম্মোইদা কূপশিল্লম্বা কলংকগী লৈচিল তপ্পা তপ্পা হাইদোরকই। তৌনবাদি থুংশিবা হায়নসে থুংশিবনি, মীংকুপ অমা নত্রগা অমদা অনৌবা ময়োম্ব হেক্তা চোংবা ঙম্বা। মথা তারকই,

— অঙাংদি অনাসিতরা ?

— উম, অহন্দুদি মপাগী মমাং থাখ্রে।

— হৌজিক্লা কদাইদা চংলিবা ?

রাবগাইদনি, ইনে অমা লৈ। মাগীদা খরা লৈরুবা তারি।

— ইপামদদি ?

— ঙসিফাওবা চঙদ্রি, চঙগে হায়নস্থু খান্দ্র। ঐদি মখোয়গী মফমদা শিখ্রবনি।

— মখোয়না হৌজিকফাও নঙবু শাউরিব্রা ?

— শাউবা শাউদবা করিবু কান্নরুখিনি। অসিগুম্বা নুপাগী মপোকপু ফজফম লৈব্রা ? ঐ ইচাশিংসে মী ওইনবতংদি শেননীংই। খঙদেদা তা শুবোল ঐসে পাপতনা য়োমজুনা ........।

মখা তারকখিদ্রে। মীৎপাল লাল্লক্লিবা পিরিকশিংদু ফিজিনা তৈ-থোকখি। ককচিং য়ৌরে, ময়াম চরাঙ চরাঙ তৌদুনা কুমথনখি। অনৌবা মী খরা অমুক কাখংলকই। হান্নদৌনা চিনবদি নংদ্রে। মখোয় অনীগী মমাঙদা ফমফম অনীসু হাঙলে। হৌগংদুনা অহাঙবদুদা চৎনবগী থৌনা লৈদ্রবগুম নুপীদু তুমিন্না ফম্লি, শুবোলসুনি। নুপীদুনা তপ্পপ হংলকই।

— কুমথররোইদ্রা ?

— অঙাংসি শুম তুমজরসনু।

লৈচিলদা পল্লবা থাজগুম্লবী নুপীদুগী মায়খোঙদদা। ডাঙ্গ্রানবা নোংজা-বীগী লৈই অমত্তং চিংখিবগুম তৌই। গাড়ি অমুক থারে। মী কোম্ল-বনিনা অদুক হাক্লা শাদ্রে। ব্লাগবাইসু য়ৌগদৌরে। নুপীদুনা খরা নৈরপ হংলকই,

— য়ুম পাল্লবরা ?

— উম, পানখিবা কুইরে।

— অদুদি অঙাংসু লৈরম্মনি, ইনম্মখোয়দি কমদৌরি ?

— ঐ নুংঙাইরিসিদি।

অশেংবদুদি অদুম মানয়ে। খল্লী, মতাংসিদা লোইনা তেংথোক্লবগী কান্নবা লৈদ্রে। মরাইবক্লা তাখিবরবী মঙোন্দা মদুনা অনৌবা চৈনা মমুক পোকহনখিবসু য়াই। ঙসাইমখৈ নাংশিংলুদবগুম খংহায় খংজিন্দা নুপীদুনা,

— কদাইদা লেঙবিগদবনো ?

শুবোল তেনতক্না খুম্নকই,

— রাগবাইদনি এম্মু, মী অমত্তুং উন্নরুগে।

শুবোলগী মতমপাক্তা ঙসাইদগী তুম্নিকলিবা অঙাংত্ মমীৎ পাংলি-পাংলি হকাম লাওনা অমুক্তং চন্নকই। শুবোল খজিক নোম্থতুনা অঙাংত্ য়েংই, ইখল খলহৌদনা মকোক্তম্মু হাইরপ নান্থবিরুই। খঙহৌদনা শুবোলগী কৈফগন্দা কোঙ-কোঙ শাবমা কাওরকই। অঙাংত্ থুরপ থাঙ্গৎলি। মুপীতুম্মু উরে শুবোলগী কৈফগন্দা চোৎলিবত্। ইপা পাখংনা অঙাংত্ লৌরগা মখাদা লেপহনখ্রে। মচৌন্দম্মু হায়রকই.

— ইস কমদৌনি সদি। অঙাংসি শুম্মাইনা হেক্তা তৌবনি।

মচৌন্দা নংত্তে মখুৎত্ মাওরকই। ইল্লিবা ফিগী ফিজিনা চোৎলিবত্ নপাখোক্লবা হোৎনরকই। শুবোলনম্মু লুমান লৌথোক্লুনা অচোৎপা মফমত্তুদা নান্নকপগা মপা চানৈ। হন্দোক্লবা ঙমদ্রবা খুৎ অনীত্ কৈফগল মথক্তা মীৎকুপ খরদি লেঙদনা লৈখি। খুৎ অনীত্তা নংত্তে, মীৎ মরিত্থুমুনি।

রাবগাই য়েরে, অঙাং অনীত্ অমসম পন্নরগা কুমথমিন্নরক্রে। কৈথেল-মচাত্দা ঙহাক লকরুরগা হ্নপীজনা.

— কনাগীদা চঙ্গিগদবনো?

শুবোল ফুরিংখাউদগী চে অমা লৌথোক্লুনা য়েংলগা নী মমিংত্ হায়-রকই। ফাজিনবা ঙমহৌদবা ইচল অমা লোয়নরত্তুনা হ্নপীতুনা খংহায় হায়রকই।

— হৈমা অত্তুদি এখোয় নাম্মত্তুনে, চঙমিন্নরসি।

মতু তাবদা শুবোল কোকচাউবী ফুং কাখিবা খঙহৌদে। হৌজিক কমদৌবা তাই, মত্তোমক হংজবকই। পাউখুমম্মু নীজরে. চঙমিন্নবা হায়তুনি

থোক্লবা লাক্লনি। হৌজিক্তা খল্লকই। ইমান্নবা অমতং লোয়নরক্লম্লবস্থু ফংদোবা।

কৈথেলমচাত্নদগী খজিক্তুং চৎথরগা তরু-তরুবা যুম অমগী থোঙ্গালদা চঙমিল্লরে। অঙাংদি অমমম অত্নম পল্লরে। খরদং চঙশিনবদা ভায়রি, নুপী অমা হাথু-হাথু থোরকপগা হেক মাইয়োক্লে। নুপীত্ননা

— হাইমাইপেম্মা লৈমতোম্বী, ইমৌ য়ৌরক্লেদনা। অয়ূক লাক্লদি ফংদোবা। কদায় ইস্নুশিংসি চাউরেদনা (শুবোলদা হাইরপ ওনশিল্লগা) আ! ইবুংঙোসিনা কনা?

নুপীত্ননা খুমখি,
— লৈকাইগী ইবুংনি, মাম্মগা উন্ননেনা লাকমিল্লবনি।
— ফরে ফরে নখোয় চংঙম্মো, নঙ মাম্মস্থ লৈহৌবনি।
— ঐ অরাংশিদা নুপী অমনিদা নেকউখিগে।
— করিগীনো ইনে?

— ইহে ঐনা ফিংবসিদা, নচনস্থপী শোরোদো ঙরাং চেনখ্রে, মচীন হংবা চৎকদোরিবনি। ইনেদি ঙরাংদগী চাকফাও চাদ্রবনি। ইনে অমুক্তা চৎলু-খিগে থেঙখ্রে।

নুপীত্ন হোবে হোবে থোকখ্রে। শুবোল মিহুলগী খোঙকাপ হেন্না থুজিল্লকই। করিনো হৌজিক হায়রুগদোরিবা। চঙলুগদোরিবা মফমত্ন বলিশঙগা চপ মান্নরক্লে। মফমত্নদগী খুদক্তা নাস্থোকখিবা নত্তনা শুবোলগী উপাই লৈতে। খংহায় খংজিন্দা হায়রকই,

— ইহে, ঐ কৈনোমা কাউরম্মে। কৈথেলমচাশিদা য়াওব্রা য়েংঙুগে। নখোয় হাম্না চংঙম্মো।

পল্লম্বা অঙাংহু মথাদা তক থম্মী। নুপীহু করিনো অমা হায়নিংবগুম থৌরাঙ তৌরকই। তাপ্পাহুদি শুবোলনা পীদ্রে। খুৎলৈ থুনা কৈথেল-লোমদা লাক্লে।

কৈথেল য়ৌবগা মপা চাননা গাড়ি লাক্লে। খায়্লে, কাখৎতুনা অহাঙবা ফমফম অমদা নে তানা ফমথরে। গাড়ি থারে। থোঙ্গ্রাঙ্গু হৌজিকস্তু চোৎলি চোৎলি তৌরি। তাঙলপ তৌরবা মরাইবক্তা কারকপা হুমাংহু কল্লপ তৈথোকই লম্বীগী নাকন্দা নুংশিংনা অকেনবা উনাশিং জ্বাই জ্বাই হুয়ি। ময়ুমদা মায়থোঙ নকা লামহৌবী মচেবু নীংশিংলকই।

ইম্ফাল, ৫ | ১০ | ৯৫

# হিংঙউ অমদি হিংহল্লু

চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

চাওরবা মেলাগী লম্পাক্তু মীনা চীক্লা চায়না ঙম্মদ্রে। সিনেমা হোল-শিংদা তৌবা সিনেমা নক্তনা ইরমসিদা অতৈ অতোপ্পা কুম্মৈদি পংলে নৈরক্ত্র-বসিদা মেলা অমকা তৌরকপসিদি মীনা হেক্তা কুক কুক ইম্নবা জাংনি। মেলাচুদি অতৈ মেলা নত্তে রেবিট ফোর মিট হায়না মিংথোনবা শত্রুম লৌনবা থেবা লোইবা অনৌবা রাখল্লোন্দদা য়ুম্ফম ওইবা মেলানি। অদুবৈঙেদদি থেবগী রারাদা লৌশিং শিংবা থেবনা তমথারবা নোংশাবু গুহাদা চোংথহনখিবগী রারী নত্রগা থেবগা থেঙ্গগী লমজেনগী রারানা অঙাং কয়াগী লমজিং লমতাক রারী ওইনরমই। অদুবু, ঙসিদি মীগী মচীঞ্জাক ওইনবা থেবা য়োকপগী রারীনা মতমগী রাফম অমা কন্না ওইরকই।

মতুপ মতুপ শারং নাইনা শারত্তনা মচ অঙৌবা, অমুবা অরাংবা থেবা কয়ামুক য়োক্লি অঙাং কয়া কয়াসু মমা মপা ওইবা কয়ানা মখুং শম্বীরত্তনা থেবা য়েংবা পুনরকই। অঙাং ময়ামদুগী নায়থোঙদা লোইনমক হরাও তয়াম্বগী শক্তমদা নোকই, ঙকই, হরাওই। অমনা অমদা হায়রকই আর ফোর রেবিট। অর্থ থঙত্রা থঙদত্রা থঙদে অঙাং কাংবু অমা রা রা নোকই, অমনা অমদা হায়নরকই আর ফোর রেবিট। থরা চাওরবা অঙাংশিং থরনা নাকন্দগী খুম্লকই, রেবিট ফোর মিট।

অঙাং নিপামচা অমনা নুপীমচা ফ্রোক অঙৌবা শেংপী অমদা হায়,—ঐদি থেবা থোংবা চারে।

নুপীমচাদুনা পাখংনা,—সৈএ্য!

— অস! ওস্থোক্না হাওশ্রজাংনি, এখোয় ঙেডিনা নহাল মসলাক থাক্লুনা থোংহৈবা, পোরোমকাসি কাচ্চানি।

মেলাগী মীয়াম নরগুন্দা খরা লাপ্পা থুঙ্গংদা ময়ুম ওইজবা অচৌম্মু মচানিপা বাবুলগী মখুংতু চেংনা পায়রদুনা অচিনবদু লীংথোক লীংথোক্লুন চংপা য়াওরি।

ঙসি নোংমা নিনি মমাঙদা অচৌগী থায়নগী মরুপ অমা কুইনা লাকখিদ্রবা মতুংদা লাকখি। যুগকা চংনবী হায়যদ্র ওইরমালে শূমাঙ মতোংহেক য়ৌবগা মরুপ অদুনা ইংথোল মতোন্দা চেন্দুনা শান্নরিবা চাওরবা য়েনবাদু উরগা হায়রকখি, অস: ওস্থোক্না ফজরেদা, ঙসিগী ইস্থাংসি মসি ওইনা হেক্তা তৌরসিনে।

অচৌদি স্বায় লাওাথবনি: য়েনবাদুদি মচানিপা বাবুলনা থরায়দগী হেন্না লুনা তৌজবনি মনিংকা নৈশং হায়না থোক্তরিবনি। মানা পু পুদুনা মীঙোন্দা উংলিবনি। হায়দ্রা হায়বা জাংতুনি কা হায়রিপোংনি।

অচৌনা য়েনবাদু কনবা য়ানবা অতোপ্পা অমা থিরুগে হায়রকাওবদা মরুপ অদুনা য়েনগী য়েন অহ্মানি, হয়েং অতোপ্পা অমা কোক হেক নৈরুরগা লোইরে হায়দুনা মীঙমজদবা অচৌবু নমদুনা য়েনবাদু হাংহল্লগা ইস্থাং ওইথোকত্রবনি। মচানিপা বাবুলনা শূকপদুনা চাও থকউ য়াদ্রদুনা খুম্বংনখিবা ঙসি নিনি ভূমি শুররুবদা অঙাংসি ঙাপদুনা চংখিবা তারে হায়দুনা অতোপ্পা অচৌবা য়েন অমা ইস্থাল কৈখেলদগী নৈবিগে হায়দুনা

থেমহুনা পুরকখিবনি। ঙসাই চাকঙন চাহুনা মচাগী মথায় হরাওজনবা হায়হুনা মখুৎতা লুপা য়াঙ্খে চৎপী অমকা পায়হল্লহুনা বস তোংহুনা লাকপনি। তাঙ্গা চানরুহুনা থেবগী মেলাস্ত য়েংহন্নবা পুশিল্লকপনি।

লৌথুপ লৌকোয় লৈত্তবা শাশিংহু উজবদা অচৌগী মচা বাবুলহু ঃপুক্লিং খরা হরাওজরমই। অশং অমান নাপী চাবা, মতুনা লশিং মফোনগুম মোন মোন লাওবা, মমীংনা তথক তথক অচং অওক্তা য়েংলিবা, খুনাও অনীনা মখুৎতোনা নাপী পায়হুনা চারিবা থেবশিং উরুবদা রা লানকা অমত্ত ঙাঙউ য়াকদ্রবা অঙাংহু মোমোন তৌজরকই। নাপী লৌথৎতুনা থেবশিংদা পীজরি।

শঙ খরা অমদদি থেবা য়োকপা নত্তে, থেবগী শহুম লৌননবা থেবা করম্না হাংকদগে করম্না শেমগদগে তারুবা নিপামচা খুৎপু খুৎপু লৈরি। অতোপ্পা শঙ অমদনা থেবগী শহুম অথোংবা প্লেটতা মমল লৌহুনা য়োল্লি কয়া অমস্ত ফমহুনা মহাও য়েংনরি। ফনবু খোংনা মেঙনা হাওই হকচাংকা তশেংনা ফগদবা মাল্লি হায়না রারী শানবস্ত য়াওই।

শা ঙা হাংতুনা চাবদা অখিংবা অমত্তা লৈনরক্রবা মতমসিদা অচৌদি মহু উরুবদা খনবা হৌরকই, ধর্ম্মগী মিংদা শল হাংতুনা চাবা, দেবী পুজাদ ইরোই, ঙান্থ, খুনু বলি তৌবিবা, লান্দা মপাং ওইরিবা শগোল, অহিং মপুগী য়ুম শঙবীরিবা হই, য়ুমদা উচি ঙাকপীরিবা হৌদোং ফাওবা হাংতুনা চাবদ হালেংবা লৈনরক্রবা, হাংতুনা চাদ্রিবদি মীখক্তা ঙায়রবা মতমসিদা শহুম লৌনবা থেবা লোইবা হায়বা চংনবীসিনা য়ুম য়ুমদা শাহাৎপুঙ লিংতুন হাকচচবদা খুং পাজিনবগুম থোক্লরগদবনি।

মাগী য়েন হাংলুবগী রারু মুংক্ত থোরুহুনা থেমহুনা পুরকখিবা বাবুল খরা মোমোন নোকচরম্বহু অমুক হপ্পিনখিবা উবদা অচৌনা মেলা মফমহুদগী

অঙাংহু পুখোরকই। য়েন য়োনফমলোমদা মায় ওন্দুনা চৎখ্রে। খরা শম্বা লম্বীমচা অমদা মপা মচা লাকই। বাবুলনা হংলকই,—বাবা হৌজিক্কী থেবশিংহু লোইনা হাংতোক্তনা চাথোকখ্রদরা? মপানা খুমই,— কনানা খণ্ডবনোদা মীগী মচাঙ্গাক ওইনবনি হায়হনা লোইরিনেয়ে, অচাবা কাংবুনা চাজরে ঐখোয় চাবীরুদ্র লোইরেনে।

বাবুলনা অমুক হংলকই,—থেবা নত্তবা ঐখোয়গী চানবা অনত্তা লৈত্র-বরা? থেবগুম্বা য়েনগুম্বশিংসি লোইনা হাংতোকপিরবদি কদায়দগী অমুক লাক্কনি। বাবা, ঐ থেবা য়াম্না নুংশিয়ে। ওঝানদি জীব নুংশিয়ু হায়রগা করিগীনো মীনা জীব হাংলিসে।

খুনফম খণ্ডদ্রবা অঙাংগী ব্রাহংহুদা করি খুমশিগে খঙ্গানরিঙৈদা অখুবা বাজারগী লম্বেলহুদা জীপ অমা কন্না থৌজিল্লকই। মপা মচাহু মতাইদা থৈদোক্লমই। হুই অমদি য়েংলোম থংবদা পৈখংলিবা অমোং অকায় মরক্তদা করিনো খরা খুন্দনা চারি। জীপকী মখোলহু তাবদা শোরোকলোমদা চেন্তোরক্লমই। জীপ অহুনা শাফু কন্না থেংবদা হুইহু খুদক্তদা শিহুনা শোরোক ময়ায়দা তারমই। অহুঙৈদদি গাড়ীনা হুইকা থেংনুরবদি হুইপুত্ত তারগা করিকা তৌরক্কদগে হায়না য়াম্না কিনা চংনরম্বনি। অহুবু, মহুগী ওন্নতৈনবদা গাড়ীহুদগী নহা অহুমখক চোংখরক্লগা হুই অশিবহু গাড়ী মথক্তদা গ্রোং লাগুনা লংখংখ্রে অহুগা গাড়ীহু কন্না থৌথিরমই। অচৎ অওক খরস্থু তৌরিবহু হাইফেৎ য়েংলয়গা অহুম চংনখি।

পুন্নমক্ক উহৌরবা অঙাংহুনা হংলকই,—বাবা হুইহু কদায়দনো মখোয়না পুথ্রিবদো?

অশম্বা পাওথুম অমা,—যন ডাক্তরদকা ওইরমনি।

য়েন য়োনফম য়ৌরে। য়েনস্থু, ঙানুস্থু খোংই মীশু লাঙই রা হৌনা হৌনা দির্ঘদা ঙাঙনৈ। অচৌগা মপা মচাহু উবদা মকোই পোক হৌরবা

লুঙ্গি শেংপা টুপী অঙৌবা উপ্পা অহল অমা চেনশিল্লকই। মাগী পোলাং মনাক্তু তম্না পুশিল্লগা কাংদোং ফারবী য়েনবী অমা অথুবা পোলাং মন্নুংতুদগী নমতুনা চিংথোরক্লগা মফৈদুদা তাপ তাপ মেৎলগা হায়রকই,—মী কয়া-মুক্কীনো, সে লেল্লবদি পুখম অমা থোক্লনিসে। মফৈসি পায়দুনা অমুক্তা য়েংউনে ফরবা মোময়া শানিনে।

অহল অদুনা ঙাঙলিবদু মখা তারক্লিঙৈদা য়েনবী চাওরব অমা লৈরে। বাবুলনা য়েনবী অদু নুংশিনা কোল্লদুনা মপা মচা য়েন য়োনফমদুদগী থোরক-পদা ঙায়রি। য়েন য়োনফমদুদগী হেন্না চরাংনরদুনা ময়াম পংচেন্দা চেনৈ। অমনা অমদা হায়রকই,- ঈশ্বর শং শঙনা থোক্লে! বাজার ময়ায়গী শ্রীশ্রীগো-পেশ্বর মহাদেবগী মুর্ত্তি অদু শঙ্গোম থক্লে। মহাদেবগী লাইশঙদু মীনা ফাঙৌ ফৌখ্রে। মুর্ত্তিদুগী মচীন্দা থম্বা শঙ্গোম চামচ অদু থকচিনখিবদৌনা কংশিল্লি। পুলিসশিংনা মরোল অমা লাই খুরুম্বা লোইফাৎত্রিবা মীশিংসু য়াওনা পংতান্দা তান্থোকই। মুর্ত্তিদুনা শঙ্গোম চিংশিনখিবদু উহৌরবস্থ অচৌনা থল্লকই,—কলিসিদবু লাইবু অসুক লায়না উবা য়াবরা। হন্থরকই, মাগী সুমাঙ মতোন্দা, মানা কুইনা সেবা চৎচরকপা মহাদেবগী মুর্ত্তিদুসু শঙ্গোম ইল্লবদি থক্কদ্রা? য়াম্নসু য়েংনৌংলকই, অসুক শঙ্গোম অশেংবা খজিক্তসু থাকহৌদেদা।

য়েন্দু লৈবিবদা হরাওরদুনা য়েন্দু কোন্দুনা চৎরিবা মচানিপাদু ঙাই-হাক্তি কাওরুরে। মাবু শমদুনা শোরোক অচৌবদু লান্থোক্লমই। অঙাংদুন অমুক হংলকই,—বাবা মুঙনা শাবা লাইনা করম হায়না শঙ্গোম থক্লিবনো।

য়াম্না খুদ্ধা লুবা রাহংনি, অদুবু অচৌনা থুম্লকই, ঐখোয়গী অরাব কোকপিরগে হায়দুনা লাই থোরক্লবনিনে, নঙ শঙ্গোম থকপদু উহৌরবা নত্রা ঐখোয় অরা অনা লৈররোই লৈবাক মরা তপ্পা পাল্লনি হায়রিবনিনে অদুন খংনা চৈনবা য়াদ্রেকো।

বাবুলনা হায়রকই,—বাবা অদু ওইরবদি লাইনা হরাওনবা মীনা য়েনবা থেবকা হাৎলরোইকো !

মপানা হৈনীংদনা খুমই, - হোয়নে হোয়নে।

—অদু ওইরবদি বাবা থেবা অমসু লৈখিসিরা, ঐখোয়গী ইংখোল অচৌবদুদা চেন্দুনা শান্নহনসি অদুগা মচা য়াম্না পোক্লবা।

অঙাংদু পেন্ননবা অচৌনা মচাদু পুরদুনা থেবা অমসু লৈখিনবা মেলাগী লম্পাক্তু তম্না খমুক চৎপা হৌরমই। কৈথেলগী মচি মচিদদি লাউনহৌরি লাই শঙ শঙনা থোক্লে। মেলাগী থোঙ্গান্দদি চাওনা থেংলি রেবিট ফোর মিট !

১৯৯৫ ইং

# জোসেফকী মচা

সুধীর নাউরোইবম

জোসেফ মথন্তা গাড়ী ঈংনা থোই। ঙসিদি মহাক হায়নীংঙাই লৈতনা কে। হায়নীংঙায় লৈতনা নাল্লি। মহাক্কী পুন্সিদা অসুম্না অমুক্তা তৌরকখিদ্রি। নুমিৎ কয়ানি কোকপীরুদ্রবা মকোইদু কোকপদা মহাক মতম কুইনা লৌখি। অঈংবা ঈশিংনা মকোক্তা তপ তপা তাহন্দুনা ঈরুজবদসু য়াম্না কুইনা চংহনখি। মফি শেৎপদসু অদু মঙাই নোক্নীংলিবদি মশম হাৎপদা চংহনখ্রিবা মতমদুনি। শন্না অমনমতা হাংলবসু অদুক য়াম্বা মতমদি চঙলোই। ঙসিদি জোসেফ মতমবু মনীং তম্না শীজিন্নবদা য়ানীংদবা অমত্তা ফাঙদে। মতমবু চেকশিঞ্জবা, লীরুসু শীজিন্নজবা মীশক অমদি মাসু ওইরম্বনি।

জোসেফনা তৌরিবা পূম্নমক অদুদা মেরী য়াওদে। নহান মখৈদি জোসেফনা শেৎ-চাগদবা পূম্নমক মেরীনা পান্নবনি। মেরীগা লোয়নরকখৈদগী জোসেফ মশাগী ফুরিৎকী কুদাম ফাঙবা পাঞ্জবা ফংলক্রবনি। অদুবু মেরী ঙসিদি জোসেফকী মনাক্তা চঙলকখিদ্রে। চৎলমদাইদা অকাউবা লৈত্রা হায়বা ফাঙবা হংলকখিদ্রে তুমিন্না ফমদুনা মেরী কদায়দনো অম য়েংদুনা লৈহৌই। মাগী মীংয়েংদু অশিবনা মমীৎ পাঙথোক্তুনা লৈবা মাল্লি। মতৌদু জোসেফ হৈনদে। অদুবু য়ারৌদে। অসুম্না থঙইদবা লীচৎ অসি মেরীগী মফমদসু মহাক থরা চৎখ্রমাল্লে থল্লি।

"চৎপা তারবদি," জোসেফনা চৎলমদাইদা মেরীদা হায়রম্মী,
—"অসুম্না চৎপা তাই। তক্ক তনান্না। চীং লেম্না। নওস্সু কেনা লৈয়্। নান্না লৈয়্। খঙলেদনা মেরী মতম পুম্নমক্তা চেকশিন-খোইজিন্না লৈবা হায়বসি খ্বাইদগী অফবনি। চৎলুখিগে।"

চুরূপ লৌথোক্তুনা থকই জোসেফ। চুরূপতু চমখৎপদা মীৎকুপ খরা গাড়ীগী ষ্টারিংদু থাদোকই। গাড়ী থৌবদা চেকশিন্দবা মী অমদি নত্তে জোসেফ। ষ্টারিং পায়না পায়না চুরূপ চম্বা হৈতবা মীস্সু নত্তে। অদুবু ওসিদি ষ্টারিং থাদোক্লীংলকই। মীৎকুপ খরদং ষ্টারিং থাদোকপবু করি লৈবা রানো খল্লকই।

ঈংনা গাড়ী অসুম থৌই। লম্বী থোং মহৌশাগীদু নত্রে। ফজরয়ে। কলেজগী পুন্সি লোইখিবদগীদি মায়কৈ অসোমদা মহাক লাকখিদ্রে হায়বা য়াই। লুনা তিন্নখিবা মরূপ মপাং কয়া উন্নখিদ্রে। মখোয়গী মরক্তা খরা অমদি শিরম্লনি। খরা অমনা হিংলমখিনি। হিংবা শিবগী রা নত্তবা অতোপ্পা রা অমা হৌজিক ফাওবগীদি জোসেফ খল্লুবা ওমদে।

সেমিত্রিদুগী মমাঙদা জোসেফ গাড়ী খাম্মী। তস্থাই ফাদ্রিবা চুরূপ্পু লংথোকখি। গাড়ীদগী তপ্না কুমথরক্তুনা লৈরিবা সেমিত্রিগী থাকশিংদু চীং লেম্না কাথৎখি।

অশিবগা মরী লৈনবা অনীথক জোসেফ খঙি। অমনা মোর্গনি। অদুগা অমনা সেমিত্রিনি। সেমিত্রিদা মুংশিবা অমদি নীংশিংবা লৈ। মোর্গতা অকিবা অমদি অরাবা লৈ। জোসেফ মোর্গতা কৈদৌঙৈদসু চৎথিদ্রি। চৎপসু পামদে।

সেমিত্রিগী কাংশিদু মহৌশাগুম অদুম য়াল্লম্লি। জোসেফনা মতু হেক হেক খীংখি। হেক্তা খীংবা নত্তে; মাগী খ্বাইদগী রাবা অমদি খ্বাইদগী

মুংঙাইবা মীৎকুপশিংদা খীংবনি। মহাক্না থাজৈ মাগী থম্মোয়গী পাউদম-শিংতু কাংশি মখোন্না পুতুনা চৎখি। কাংশিগী মখোলনা অতুকী মতিক তান্না চৎখ্রগা মাগী পাউদমতুস্তু তান্না চৎখি। তাইবঙগী থম্মোয় খুদিংমক্তা য়ৌখি। কাংশিগী অহানবা খুৎখীংদা মনাক নকপদা লৈরম্বা উচেকশিংনা পাইথোরক্কনি। মাগী থম্মোয়গী পাউদম অহানবা তাবদি উচেকশিংনি।

জোসেফ চঙশিন্দুনা কাংশিগী থৌরীতু পায়রুই। চিংলুই। উচেকশিং পাইথোরকই। কুইরবগী তুংসিদস্তু উচেকশিংনা মাবু নীংশিংলগ্নি থনবদা জোসেফ খঙহৌদনা মমীৎতা পি হৌরকই। পাইরিবা উচেকশিংবু য়েংনা য়েংনা কাংশি খীংবা হৌরকই। হন্না হন্না লেপ্পা লৈতনা খীংলকই। অঙাও-বদৌনা কন্না কন্না খীংলকই। লেপ্পা লৈতনা। কন্না কন্না: অতুগা খঙহৌদনা জোসেফ নোকখোরকই। কাংশি খীংবা লেপতুনা নোকথোরকই। অঙাওবদৌনা নোকথোরকই।

লৈ মখোঙ শোগ্লি অরাপ্পদা অহল অমা! থাপানি। সেমিত্রিগী চৌকিদারনি। মালিস্তুনি। জোসেফ মাগী মনাক্তা চংলি।

“দাজু থাপা।”

থাপা জোসেফতা য়েংখৎলকই। মহাক জোসেফপু খঙবা ঙমদে নত্রগা নীংশিংবা ঙমদে।

“ঐবু খঙদ্রবরনে দাজু?” অসি হায়রগা জোসেফ চুক্কপ লৌথোক্তুনা থাপাদা মচৈ অমা পী। চুক্কপ থকমিন্নৈ। মশক তাকই—“ঐনে, চহী কয়া-মুক্কী মমাঙদা নঙগী সেমিত্রি কদায়দা ওইগনি হেক হেক হৎখিবা, নঙনা য়ান্না তাথীখিবা নুপামচাদো!”

“ও: জোসেফ! কোৎও-তাইও ঐদি খঙলুদ্রেদনা! কাংশি খীং-খিবহু নঙলা?”

"মানি।"

থাপা নোকই– "নঙগী মচিং মশোন্দু হৌজিকস্থ হল্লমত্রি! ইস: কয়া কুইরবনো উনখিদবা! করি তৌবা লাকপনো সিদদি?"

"চুন্না স্থম লাকপনি। ঐখোয় চীংমীদি সেমিত্রিদা ডাওবনি। য়ান্না ফজরম্লে নঙগী সেমিত্রিসি!"

"হান্নগীত্ নত্রবনি!" থাপাগী মায়থোঙদা চাউথোকচবগী মমি তাই, "য়েংঙু, অশোম ৱাংমসিস্থ সেমিত্রিগী লম ওইরবনি।" খুদোম্বী থিন্দুনা তাকই।

খুদোম্বীগী মায়কৈদা য়েংডি জোসেফ। ফনা থাগা ক্রোস লৈখিবা উই। ক্রোস অমমন্না জোসেফতা হায়রকপগুম তৌই– শিরিবসি যিশুনি। পাং তিংহুনা হাংখিবা যিশুনি। তানা থিন্দুনা হাংখিবা যিশুনি। ঈশ্বরগী মচা ফাওবা মীশি অসি নংখি। য়েংঙু, মীওইবগী তমথীবসি!

থাপাদা হায়---"ওইবা য়াই দাজু। পুন্নমক সেমিত্রিগী লম ওইবা য়াই। মোংকম হায়বসিদি চাউথোরক্কদবনি। অস্থুম অস্থম পাকথোরক্কদবনি।"

"নথন্তা লাকপরা?"

"উম।"

"মেরীদি কমদৌরি? নখোয়নি লুহোংবগী পাউ কনাদগীনো ঐ তাখি। মাগা লাকমিন্নবা য়াদ্রা?"

"লাকমিন্নগে। নোংমা লাকমিন্নগে।"

"অঙাং কয়া শুরে?"

"মুপা অমত্তনি।"

"অমথক্তা ?"

অসুম্না 'অমথক্তা' হায়দুনা অমুক হল্লকপসি জোসেফ পামদে। হৈনদে। হংডি—"হোয়; অমথক্তনি। কৈদৌরগে ?"

"আঃ ফৈ। য়াম্না ফৈ। চাউরম্লনি !"

"উম চাউরে। পাখঙ ফারে।" অসি হায়রগা জোসেফ ভাইহাক তুমিন লৈ। রুমাল লৌথোক্লগা অনোক্কী গ্লাস শেংদোকই। হায়রকই— অদু দাজু, ঙসি তরানি সুরে য়ুমদা হল্লক্কবা !"

থাপা মমীৎ লংথংলি। হংলকই—"কদায় চৎখ্রবা ?"

জোসেফ অনোক উপশিল্লি—"খঙদে। কদায়দসু চৎকনি হায়রমদে। সুম থোকখিবদগী হঙ্জিল্লক্কবনি। পাখঙনিদনা। পঙচৎ চৎখিবজাংনি। মফম অমদবুদি লৈরমগনি হুংঙাইরে মথৈ।"

"অদু ওইরবসু পাউ অমদি পীরকফম থোকই !"

অহনিনে। নাতৈ চাদবা করি লৈরবনো খল্লিবনি। মমাম্বশিংদসু হংলে। মখোয়বু অ.ত্তা খঙদে। থিবা য়াবসু থিরে। খঙদেদা দাজু, মাগী মতৌসি করিনো ঐ ভাব তাদে !"

"য়ুমদা শাউনবগদি লৈখিব্রা ?"

"লৈখিদে। লৈরগসু হেক হল্লক্কবা য়াব্রা ? অদুবু মেরীনদি য়ুমদা শাউনবা ওইহন্নীংডি।"

"পুলিসতদি পাউ পীখরেদনা ?"

পীখ্রে। খবরদসু হাপখ্রে। তৌবা য়াবা তৌখ্রে! অদুবু পাউ অমত্তা ফংদে। পাউ হায়বু ঙসি হুন্নিমুক্কী মমাঙদা মশক মমিং খঙদবা

অশিবা অমা মোর্গতা লৈরে য়েংলো লাউ অসিনি। ঐ করিগী য়েংলুনি। ইচানা য়ুমদা হল্লক্রগা করিগী মোর্গতা থিরুনি। নাতে চাদবা! জাং জাংনি তৌরিসে।"

"নঙবু নাগারা কুকিরা?"

জোসেফ থাপাদা মুন্না য়েংঙি—"মমাঙদা অতুক কুইনা লোয়নখিবা অতুদদি হংখিদ্রগা ঙসিদা হংলক্লিবদি করিগীনো দাজু? কৈদৌরে?"

থাপা খুমদে।

জোসেফ নোকই --"ঐ খঙডি দাজু; নঙনা ঐবু নোক্লগে তৌরিবহু। য়াই। নোক্লবা য়াই। ইশাগী জাতি পন্দুনা ইশাবু শক তাকচবা ঙমদ্রবা পাঙদ্রবা মীনি ঐ। ইশাগী জাতি ফোঙদোক্কদবা ঐ কি। ঐ ইকায়। নাগাসু ওইমীংদে ঐ কুকিসু ওইনীংদে। খঙডিদনা দাজু, মণিপুরদা কাঙলুপ অনীথক লৈ, 'চৌংমী' হায়বা অমগা 'তম্মী' হায়বা অমগা। চৌংমীগী কাঙলুপ্তা জোসেফসু অমনি। ইচম চম্বা চৌংমী অমা। মসি থক্তনি দাজু। মসিং থক্তনি।"

থাপা ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। অতুদগী তপ্পা হংলকই—"শিরিবহুবো চৌংমীনি হায়বা?"

জোসেফ থক্লিবা চুরূপতু লংথোকথগা অমা চমখৎলি। খুন্নকই — "চৌংমী মাল্লি অসিনি। চপ চাবদি কনানা খঙনি। ঙসাইদসু অমুক পাউ লাকই। কুইনা থম্বা য়াবগী খুদোংচাবা লৈতে ঙসিমক য়েংলো লাউ অসিনি। হৌজিক ফাওবা অশিবহু লৈরি তাবদা মেরীদো .........।"

"দাজু, অশিবহুনা শেংলিবা ফি-রোলগা ইচানা শেংখিবহুগা মান্নে হায়হুনবু ঐগী ইচা হেক্তা ওইরগদ্রা? ইচানা শেংপা কি মী অতৈদি শেংপা

য়াদরা ? ইচানা তোংবা খোঙউপ মী অতৈদি তোংবা য়াদবরা। মসি মেরীদি করিমত্তা খন্থদবনি। মাদি করিমত্তা খন্থদবনি দাজু।"

"ঐনা শাউনীংলিবদি অশিবত্থুগী মপা মমাত্থনি। হৌজিক ফাওবা মচাবু মোর্গতা থম্বা ঙম্লিবত্থনি। য়েংঙু, কয়াদা মীনুংশি খঙদ্রিবনো! নত্রগা অশিবত্থ মপা মমা লৈরমদবা তাই। লমজা শারা ওইরম্বা তাই। মসিগী খল্লুরগা মুংঙাইতে। মুংঙাইতে হায়ত্থনস্থ মনাক্তদি ঐ চৎফম থোক্ক-বনি। অত্থবু ওন্থোকপনি, মেরীগী চিংনবা কোক্কবা ঐ চৎপা তারি অশিবত্থুগী মনাক্তা ঐ চৎপা তারি দাজু। নাতৈ চাদবা। জাৎ জাৎনি তৌরিসে দাজু!"

থাপা তুমিন্না লৈ। মমীৎতগী মপি শীন্থরকই। লোন্না হেক হেক তৈথোকই। জোসেফকী মমাঙদা মহাক মপি শীন্থনীংদে। ইকায়বগী নত্তে। মপি উহন্নীংদবনি।

১৯৯৫ ইং

লোইরবা

## অইবা, অইবী অমসুং সম্পাদক মণ্ডলগী মেম্বরশিং

**শ্রীমতি মহারাজ কুমারী বিনোদিনী দেবী** ( ১৯২২—) য়াইস্কুল হিক্কহনবা লৈকায় ইম্ফালদা লৈ। ৱারীমচা, উপন্যাস, লমকোয় ৱারী, ফিল্ম স্ক্রীপ্ট ইবীনি। মসিগী মথক্তা লীলা অমসুং ঈশৈ ই, অনুবাদসু তৌই। মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি-"নুঙ্গাইরক্তা চন্দ্রমুখী" (ৱারীমচা, ১৯৬৫), "অশংবা নোংজাবী' ( ড্রামা, ১৯৬৭ ), "বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী" ( উপন্যাস, ১৯৭৭), অমসুং "ইন্দ্রজিৎ" ( অনুবাদ, ১৯৮৯ ) অসিনচিংবনি। অইবীবু ইকায় খুম্নহনা মনা মথুম পীখিবশিংদি— "যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল" (১৯৬৬, নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী). "সাহিত্য অকাদেমী এৱার্ড" (১৯৭৯, বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী ) "পদ্মশ্রী" (১৯৭৬, ভারত সরকার) অসিন-চিংবা পনবা য়াই।

**শ্রীহিজম গুণ সিংহ** ( ১৯২৩ — ) কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাইদা লৈ। উপন্যাস অমসুং ৱারী মচা ই, অনুবাদসু তৌই। কাব্যগী মায়কৈদসু নৌনা খোঙ থাংজিল্লকলি। ফোঙলবা লাইরিকশিংদি—উপন্যাসতা, "লমন" ( ১৯৫৮ ), "খুদোল" ( ১৯৬৪ ), "ঐখোয় তাদা" ( ১৯৬৬ ), "বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড" (১৯৮৩), "ইপাম মৈহৌরে" ( ১৯৮৫ ) ; ৱারী মচাদা— "ফিজঙ মরুমদা" ( ১৯৬৯ ) "লংজিন মাঙগ্রবা কিশি" ( ১৯৮১ ) ; "খদাংগী শমক্রু" ( ১৯৮৫ ), অনুবাদতা, "বাংলা সাহিত্যগী ইতিহাস" ( ১৯৮৯ ) খণ্ড কাব্যদা "তোন্নু লাইজিংলেম্বী শৈথারোল" ( ১৯৯৭) অসিনচিংবনি। অইবদা ইকায় খুম্নহনা মনা মথুম পীখিবশিংদি— "যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল" ( ১৯৬৫, খুদোল ) "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি এৱার্ড" ১৯৮৩, লংজিন মাঙগ্রবা কিশি ) "সাহিত্য অকাদেমি এৱাড" ( ১৯৮৫ বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড ) অমসুং "সাহিত্য অকাদেমিগী অনুবাদকী মনা" ( ১৯৯২, বাংলা সাহিত্যগী ইতিহাস ) অসিনচিংবনি।

**কুমারী খাইদেম প্রমোদিনী দেবী (১৯২৬—)** কাকৈথেল থোকচোম লৈকাইদা লৈ। শৈরেং রারীমচা, লীলা, লমকোয় রারী ই। ফোঙলবা লাইরিকশিং :-রারীমচাদা-"পুন্সি মৈরা" (১৯৫৮), "পালেম লৈপাকলৈমা" (১৯৮৪), ইচে থোইবী অমসুং অতৈ রারীমচাশিং (১৯৯৭), শৈরেংদা— "কবি তর্পন" (থোমজিনবা, ১৯৫৫) "থোর্জেংগী মঙলান" (১৯৮৩), "লোইজিং লোইয়া শৈরেং লৈ" (১৯৮৪), "থিঙেল লাইজ ঈরাওখোল" (১৯৮৪); লীলাদা— "লাংলেন থাদোই" (১৯৮৪) "মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো" (১৯৯০) "অবোক্কী মঙলান" (১৯৯০) "হাউইকো হৈখা হাউইকো হৈয়েন" (১৯৯০), "মহালক্ষ্মী খুৎপায়শেল" (১৯৯০) কবোক ওইগ্রবী কবোকলৈ (১৯৯০) ; অতৈ রারীদা--"মুজাফিদম" (১৯৫৭), "লৈমরোল" (১৯৫৮) "মুরা য়াইথিংকোন্" (১৯৯০) "খুমন খম্বা" (১৯৯২) "তোর্বুংগী তেরা পান্বীদা শাংপা মৈবুল" (১৯৯৩), লমকোয় রারীদা— "ইক্রিসাটকী কুলী মুপী" রারী, (১৯৯১) শৈরেং রারেংদা "হেলোই হেলোই মীহেলোই" (১৯৯১) অসিনচিংবা। অইবী অসিবু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ১৯৯৪ দা "সাহিত্য ভুষন"গী উপাধি পীতুনা ইকায় খুম্নখি।

**শ্রীশিজগুরুমমুম নীলবীর শর্ম্মা শাস্ত্রী (১৯২৭—)** ব্রহ্মপুর ভাগ্যবতী লৈকাইদা লৈ। শৈরেং অমসুং রারীমচা ইবনি। শরুাইরবা সংস্কৃত পণ্ডিত অমনি। ফোঙলবা লাইরিকশিংদি—শৈরেংদা-- "অহিং লিক্লা" (১৯৫১), "থোংজোম তীর্থ" (১৯৬০), 'ঈথক ঈপোম" (১৯৭২), "সন্ধ্যাগী ঈশৈ" (১৯৯০) ; রারীমচাদা— "বাসন্তী চরোং" (১৯৬৭), 'তংগ্রব পুন্সি লৈপুল" (১৯৮৬), অসিনচিংবনি। অইবা অসিদা ইকাইখুম্নখিব-শিংদি— "যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল" (১৯৭৩, ঈথক ঈপোম) "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি অমসুং সাহিত্য অকাদেমি এৱার্ড" (মথং মথংনা ১৯৮৮ অমসুং ১৯৮৯, তংগ্রবা পুন্সি লৈপুল)। ১৯৯৭ তা সংস্কৃত লোনগী পণ্ডিত অমা ওইনা "রাষ্ট্রপতি সম্মান, ১৯৯৬" পীখি।

**শ্রীএলাংবম সোনামনি সিংহ ( রিটায়র্দ আই এ এস ) ( ১৯২৯ — )** মোইরাংখোম লোক্লাওবুং ইম্ফালদা লৈ। শৈরেং, উপন্যাস অমসুং ৱারী-মচা ই, অনুবাদসু তৌই। ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং—শৈরেংদা, "ৱাখল শৈরেং" ( ১৯৪৯ ), "শংবানবী" ( ১৯৬২ ) "লৌনম চাউবী লৈরাং" ( ১৯৬৭ ), "থম্মোই বিনা" (১৯৬৭), "কায়নবদা" (১৯৭৩), "অনী থোক্লবদা" (১৯৮০), "উন্দ্ধপকী পাও" ( ১৯৮৩ ), "পোমগাৎনবী" ( ১৯৮৫ ), "মিংনাইদবী" ( ১৯৮৮, ) "অশিবগী লোনব্ অহিংবনা খঙবরা" ( ১৯৯৩ ), ৱারীমচাদা— "নির্ম্মল যমুনা" ( ১৯৬৬ ), "রোমকুদা শিকার" ( ১৯৭৩ ), "মংশৎ তানবা" ( ১৯৭৮ ), "মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা" ( ১৯৮৫ ), "হায়নবীদো" ( ১৯৯০ ), ৱারীদা-- "জগন্নাথ পুজারী" ( ১৯৮১ ), উপন্যাসতা "বসুমতী" ( ১৯৮৪ ), ৱারেংদা -- "বারুগী ৱারেং শৈরেং" (১৯৮১), অনুবাদতা—"চণ্ডিদাস" (সুকুমার সেন, ১৯৯৩) অসিনচিংবনি। ১৯৮৭ অমসুং ১৯৮৮ দা ৱারীমচাগী লাইরিক "মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা" হায়বসিদা মথংশিৎনা "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি অমসুং সাহিত্য অকাদেমি মনা" পীখি।

**শ্রীএলাংবম রজনীকান্ত সিংহ "আর কে এলাংবম" : (১৯২৯—)** এলাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা লৈ। শৈরেং উপন্যাস, ৱারীমচা অমসুং ড্রামা ইবনি। ফোঙলবা লাইরিকশিংদি ৱারীমচাদা— "চীংয়া তময়া" (১৯৫৫) "য়ুমগী মৌ" (১৯৫৮ ), "কালেন্থাগী লৈবাকলৈ" (১৯৭৯) ; উপন্যাসতা— "মরুপ অনী" (১৯৫৬), ড্রামাদা—"ঐখোয়গী যোজনা" অমসুং "ৱামরাজ্য" শৈরেংদা "মোইরাং পর্ব্ব", ফুঙ্গা ৱারীদা-"থাইনগী মণি-মুক্তা" অসিনচিংবনি। ১৯৮১দা মহাক্কী কালেন্থাগী লৈপাক্লৈদা "সাহিত্য একাদমিগী মনা" পীখি।

**শ্রীমাউরেম কালিমোহন সিংহ ( ১৯৩০ — )** ককচিং খুনৌ, লিংথৌ লৈকায়দা লৈ। ৱারীমচা অমসুং ড্রামা ই। ফোঙলবা লাইরিকশিংদি—

"খ্বাইগী হোটেল" ( লীলামচা, ১৯৬৫ ), "অপঙ খুঙ্গাও" ( ড্রামা, ১৯৬৬ ), "নিঙোল্লাকপা" ( ৱারীমচা, ১৯৮০ ), "নোংমগী নিংথৌ" ( ড্রামা, ১৯৮৩ ), "থুজংগী অনৌবা ৱাঙল" ( ৱারেং, ১৯৮৮ ) অসিনচিংবনি।

**শ্রীখুমন্থেম প্রকাশ সিংহ** ( ১৯৩২ — ) শগোলবন্দ মৈনো লৈরক ইম্ফালদা লৈ। ৱারীমচা, শৈরেং অমস্যুং ঈশৈ ইবনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং—ৱারীমচাদা "ইচেগী শম" (১৯৬৫), "মণ্ডগী ঈশৈ" (১৯৮৪), ১৯৮৬ তা অইবদা মহাক্কী ৱারীমচাগী লাইরিক মণ্ডগী ঈশৈদা "সাহিত্য অকাদেমিগী মনা" পীখি।

**শ্রীখোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ** ( ১৯৩৭— ) কাছাড়গী পালারবন্দ খুঙংদা পোকই, হৌজিক্কা উরিপোক য়াম্বেম লৈকাইদা লৈরে। ৱারীমচা অমস্যুং লমকোয় ৱারী ই, অনুবাদস্যু তৌই। ফোঙলবা লাইরিকশিংদি, ৱারীমচাদা— "চেনখিত্রবা ঈচেল" (১৯৬৫), "ইলিশা অমগী মহাউ" (১৯৭৩), "থরানমিচাক অমনা কেনখিবা" ( ১৯৭৯ ), লমকোয় ৱারীদা— "সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা" ( ১৯৭৭ ), "জি ডি আর ডাইরী" ( ১৯৮৫ ), অনুবাদতা— "সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈরী" ( ১৯৭০ ), অসিনচিংবনি। ১৯৭৪ দা অইবদা মহাক্কী ৱারীমচাগী লাইরিক "ইলিশা অমগী মহাউ" দা "সাহিত্য অকাদেমিগী মনা" পীখি।

**শ্রীরাজকুমার মণি সিংহ** ( ১৯৩৯— ) শগোলবন্দ ইঙুদম লৈরক্তা লৈ। ৱারীমচা, অঙাংগী সাহিত্য অমস্যুং ৱারেং ই, অনুবাদস্যু তৌই। ফোঙলবা লাইরিকশিং, ৱারীমচাদা— "মন্নাই কারবা শাম্ন" ( ১৯৮৯ ), "মালিকা মমা" ( ১৯৯৩ ) অঙাংগী সাহিত্য দা "ৱারী লী খোঙ্গুল লী" অহানবা ভোল্যুম ( ১৯৯২ ), অনীশুবা ভোল্যুম ( ১৯৯৭ ), অনুবাদতা— "হন্নুবা অমস্যুং সমুদ্র" ( আর্নেষ্ট হেমিংৱেগী ড ওল্ড মেন এন্দ ড সী (১৯৯২)

"কাইরবা ঈশিং পুন" ( ওক্টাভিও পাজগী শৈরেং থরা, ১৯৯৫) "যুগান্ত" ( ইরাবতী কার্বে ১৯৯৭ ), "গীতগোবিন্দ" ( জয়দেব ১৯৯৭ ), অসিন-চিংবা। ১৯৯০ অমসুং ১৯৯৪ দা মহাকী রারীমচাগী লাইরিক "মরাই কারবা শামু"দা 'মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি' অমসুং 'সাহিত্য অকাদেমিগী মনা' মথংশিংনা ফংখি। লোয়নবা "রারী লী থোঙ্গুল লী অহানবা ভোল্যুম"দা "মণিপুর সরকারগী মনা" দা, অমসুং অনীশুবা ভোল্যুমদগী "এন সিআর টি গী মনা" দা পীরকখি।

শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা ( ১৯৩৯— ) খোংমন মংজিল, ইম্ফালদা লৈ। রারীমচা, উপন্যাস ই, লাইসু য়েকই। ফোঙলবা লাইরিকশিংগী মনুংদা মখাগী অসি পনবা য়াই: উপন্যাসতা—"লৈপাক্লে" (১৯৬৮), "মীচেন" ( ১৯৭২ ), "সনা কৈথেল" (১৯৭৭), 'থরোশংবী' ( ১৯৯১ ) ; রারীমচাদা "ঙসিদি লাক্লে" ( ১৯৭০ ), "ভারাদা" ( ১৯৭২ ), "লুপথখ্রবা হিনাউ" ( ১৯৮৭ ) ; অতৈ হীরমদনা - "লাইয়েক পথাপ" ( ১৯৭১ ) "সঙ্কীর্ত্তন বিচার" (১৯৮৮), "মৈতৈ রারীলীবগী ইতিহাসতা তম্ফাজাও শর্ম্মা" (১৯৯১) অসিনচিংবা। ১৯৮৯ দা রারীমচাগী লাইরিক "লুপথখ্রবা হিনাউ" দা "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিগী মনা" পীখি। ১৯৯২ দনা "থরোশংবী" উপন্যাসতা "সাহিত্য অকাদেমিগী মনা" ফংখি।

ডাঃ এলাংবম দীনমনি সিংহ ( ১৯৪০— ) শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই, ইম্ফালদা লৈ। রারীমচা, উপন্যাস, শৈরেং, সমালোচনা, পুন্সি য়ারী, ড্রামা, অমসুং রারেং কয়া ই, অনুবাদসু তৌই। ফোঙলবা লাইরিক-শিংদি, রারীমচাদা— "থক্লবী" (১৯৭০), "মোরাম্বী অঙাঙবী" ( ১৯৭৪ ), "তিংখংলৈ" (১৯৭৭), "পিস্তোল অমা কুন্দালৈ অমা" (১৯৮১), "ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ" (১৯৮৩), "মন্ত্র জন্ত্র তন্ত্র" (১৯৮৬), "লাইরেল মরীম্বোং" ১৯৯১ ), সমালোচনা (সাহিত্য নৈনবা) অমসুং পুন্সি রারীদা "মণিপুরী

সাহিত্য অমস্থং সাহিত্যকার" ( ১৯৬৬ ), "খাইরাকপম চাউবা" ( ১৯৭২ ) "ডাঃ কমল" ( ১৯৭৬ ), "ডাঃ কমল পুন্সি রারী অমস্থং সাহিত্য" ( ১৯৮২ ), "অঙাংহল- সাহিত্য সমাজ অমদি সংস্কৃতি" (১৯৯২) ; শৈরেংদা — "চোই-জাইনববা" (১৯৭২), "লুরিবদি" (১৯৮৭) ; "কুম্বং শারবা শৈরেং" (১৯৯৫) লীলাদা "তরঙ থোংনাং চাউথোইবা" (১৯৯৩), উপন্যাসতা -"শঙায়শেল" ( ১৯৯৭ ) অনুবাদতা— "ত্যাগ পত্র" ( ১৯৭০ ), "অমম্বা যুগ" ( ১৯৮৫ ), "হয়বদন" ( ১৯৯২ ), "ইঙাগী নোংমা" ( ১৯৯৩ ), "নাগমণ্ডল" ( ১৯৯৪ ) অসিনচিংবা। মহাক্কী রারীমচাগী লাইরিক "পিস্তোল অমা কুন্দালৈ অমা"দা ১৯৮২ গী "সাহিত্য অকাদেমিগী মনা" পীখি, অকাদেমি অসিগী ১৯৯৪ গী অনুবাদগী মনাস্থু "হয়বদন"দা পীখি। ১৯৮৫ দস্থু মহাক্কী রারীমচাগী লাইরিক "ইমৈস্থুনি তৌরাস্থুনি হঙ হঙ"দা "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিগী" মনা" পীদুনা ইকায়খুম্নখি।

শ্রীনোংথোম্বম বীরেন সিংহ "শ্রীবীরেন" (১৯৪৫-) উরিপোক অচোং লৈকাইদা লৈ। শৈরেং, লীলামচা অমস্থং রারীমচা ই। ফোঙলবা লাই-রিকশিংদি, শৈরেংদা—"তোল্লবা শাতুগী রাখল" (১৯৭০), "মসিনা ইম্ফালগী রারীনি" ( ১৯৭৮ ) "মপাল নাইদ্রবসিদা ঐ" ( ১৯৮৯ ) ; রারীমচাদা - "লৈচিল্লকী থাজ" ( ১৯৬৭ ), "মী শুম্নবা কোলু" ( ১৯৯৫ ), লীলাদা— "হুল্লকপা" ( ১৯৭৩ ) অসিনচিংবা। ১৯৭৩ দা মহাক্কী "তোল্লবা শাতুগী রাখল"দা "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিগী মনা" পীখি, ১৯৯০ দনা "মপাল নাইদ্রবসিদা ঐ" হায়বসিদা "সাহিত্য অকাদেমিগী মনা" ফংখি।

ডাঃ কাঙজম ইবোহলসিংহ "আই এস কাঙজম" ( ১৯৪৬ -- শগোলবন্দ নাউরেমথোং লৌক্রাকপম লৈকাই, ইম্ফালদা লৈ। লীলা লীলামচা, শৈরেং, রারীমচা, অঙাংগী সাহিত্য, সাহিত্য নৈনবা ই, অনুবাদ তৌই। হিন্দী অমদি মণিপুরী অনীমক্কা ই। ফোঙলবা লাইরিকশিংদি

লীলাদা— "মু লিক্লী" ( ১৯৬৭ ), "প্রাপ্তি-অস্তি" ( ১৯৬৮ ), "খোঙথাং অমতদা' ( ১৯৭১ ), "মোংয়াম্বা" ( ১৯৭১ ), "ডাকু কুঁৱর সাগর সিংহ" ( ১৯৭২ ) ; শৈরেংদা— "নোংমতগী পুন্সি" ( ১৯৭০ ), "লৈরাং লৈচন" ( ১৯৭২ ) উপন্যাসতা—"চিত্রকার" ( ১৯৭২ ), তাঙ্কক লীলাদা—"বিদায়" ( ১৯৬৮), "তাঙ্কক অমগী লীলা" (১৯৭৫ ), "শক্তম মরি" (১৯৮০) নৈনরারেংদা—"লোনগী রারেং" ( ১৯৭৭ ), রারীমচাদা— "করিগী" (১৯৭৭), "রারো পিকক্র" (১৯৯৩) অঙাংগী সাহিত্যদা —' নয়াম্বগী খুদোল" (১৯৮০), অমুবাদতা— হিন্দীদা "মীতৈ চন্নু" ( ১৯৮৭ ), মণিপুরীদা— "অধুনিক মণিপুরী কবিতাএং" ( ১৯৮৯ ), ' ফাগুনকী ধুল" ( ১৯৯০ ), হিন্দীদা— "হিন্দী মণিপুরী ক্রিয়াসংরচনা" (১৯৮৯) অসিনচিংবা। ১৯৯০-৯১ গী ওইন "আধুনিক মণিপুরী কবিতাএং" হায়বসিদা ভারত সরকারগী সেণ্ট্রেল হিন্দী ডাইরেক্টোরেটনা হিন্দীনা মমারোল নত্তবশিংদা হিন্দীদা ইবগী মনা পীখি।

শ্রীয়ুমলেম্বম ইবোমচা ( ১৯৪৯ — ) কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই ইম্ফালদা লৈ। শৈরেং, রারীমচা ই। জর্নেলিজমদসু থৌদাং য়ায়। ফোঙলবা লাইরিকশিংদি, শৈরেংদা— "শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঙ্গেল শাবিগে" ( ১৯৭৩ ), "রাজকুমারী অমসুং উচেক মচাশিং" ( ১৯৯২ ) ; রারীমচাদা "নুমিত্তি অসুম থেঙজীল্লক্লি" ( ১৯৯০ )। ১৯৭৪ দা "শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঙ্গেল শাবিগে" দা 'মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিগী মনা' ফংখি। ১৯৯১ দনা "নুমিত্তি অসুম থেঙজীল্লকলি" দা 'সাহিত্য একাদমিগী মনা" পীখি।

শ্রীকৈশাম পিয়োকুমার সিংহ ( ১৯৪৯ — ) শগোলবন্দ তেরা কৈথেল খুরাইজম লৈকায় ইম্ফালদা লৈ। রারীমচা অমসুং শৈরেং ই। কললম্লিস্তগুনি। ফোঙলবা লাইরিকশিংদি, রারীমচাদা—"অরাওবা পুন্সি" ( ১৯৭১ ) "ঐখোয় য়ুম্লোন্নবা" ( ১৯৯০ ), অমসুং "নোংদি তারকখিদরে"

( ১৯৯৫ ), অসিনচিংবা। ১৯৯৭ অকোনবগী লাইরিক অসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চনা ডাক্তর খোইরোম তোমচৌ নীংশিং মাগী মেডল ১৯৯৬'' পীখি।

**শ্রীলমাবম বীরমণি** ( ১৯৫২ — ) শগোলবন্দ নাউরেমথোং খুমন্থেম লৈকাইদা লৈ। ৱারীমচা, অঙাংগী সাহিত্য, লমকোয়ৱারী, অমসুং বিজ্ঞানগী তম্নবা লাইরিক ই। ফোঙলবা লাইরিকশিংদি, ৱারীমচাদা— "পিকনিক পিকনিক" ( ১৯৮০ ), "চেক্লা পাইখ্রবদা" ( ১৯৮১ ), "কাক্কীমচা কাক উচেক্কীমচা উরোক" ( ১৯৮৮ ) ; অঙাংগী সাহিত্যদা "মচীন মৌপ্ৰা" (১৯৮৭ ), ''ঈশিং মুংশিং অমসুং ইঙোচা'' ( ১৯৯৩ ) লমকোয় ৱারীদা "উখ্রুলদৈ" ( ১৯৯৫ ) অসিনচিংবনি। মথক্কী ''মচীন মপুৱা" হায়বসিদা মনিপুর সরকারগী অঙাংগী সাহিত্যগী মনা পীখি, ''চেক্লা পাইখ্রবদা" হায়বসিদা ১৯৮৪ গী "সাহিত্য অকাদেমিগী এৱাড'" অমসুং "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিগী সাহিত্যগী মনাম্থ" পীখি।

**শ্রীকেংবা য়েংখোম** ( ১৯৫২ — ) ককচিং খুলেন, তুরেল ৱাংমদা পোকই। শৈরেং, ৱারীমচা অমসুং উপন্যাস ই। ফোঙলবা লাইরিক-শিংদি— ) ( ১ ) ''প্রেমলতা'' ( উপন্যাস, ১৯৭২ ), ( ২ ) য়েকথোক্লবা মশক ( ৱারীমচা, ১৯৭৯ ), ( ৩ ) ''শীৎলিবা নোংশীৎ অমসুং হয়েংগী ঋতু'' ( শৈরেং, ১৯৭৯ ) ( ৪ ) ''লোয়জিং-লোয়া' ( উপন্যাস, ১৯৮০ ), ( ৫ ) ''অহিংতুগী ৱারী'' ( ৱারীমচা, ১৯৮৩ ), ( ৬ ) "কনাগীদমক্লো ঐ" ( শৈরেং, ১৯৯১ ) অসিনচিংবনি।

**শ্রীমতী হাওবম সত্যবতী** ( ১৯৫৩ — ); শগোলবন্দ মৈনো লৈরক ইম্ফালদা লৈ। উপন্যাস, ৱারীমচা, অমসুং রেডিও ড্রামা ই। ফোঙলবা লাইরিকশিং— "মল্লবা ডাইরি" (ৱারীমচা, ১৯৭৯), "শকখঙদবী" ( উপন্যাস, ১৯৮৩ ), ''পোক্নফম" ( ৱারীমচা, ১৯৯৬ ) অসিনচিংবা।

**শ্রীচোংথাম নরেন্দ্র সিংহ** ( ১৯৫৩— ) কৈশামথোং তোপ লৈরক ইম্ফালদা লৈ। রারীমচা অমস্থং উপন্যাস ই, অনুবাদস্থ তৌই। খবরগী কলম্নিস্ত অমস্থনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং :— রারীমচাদা — "থোংখোঙ কৈথেল" ( ১৯৮৩ ), "শামু ময়াগী কংক্র ঙাস্থক" ( ১৯৮৭ ), "শায়োকশঙ" ( ১৯৯১ ), "শঙ্গেম্ফোংগী রাকৎ" ( ১৯৯৪ ) ; উপন্যাসতা— "নাওস্তুম" ( ১৯৮৫), অনুবাদতা —"ডি মেন হু কিল্ড গান্ধী" (১৯৯১), অসিনচিংবনি।

**শ্রীমতি থৌনাওজম চনু ইবেমহল "মেমচৌবী"** ( ১৯৫৫— ) শগোলবন্দ মৈনে! লৈরক ইম্ফালদা লৈ। শৈরেং, রারীমচা অমস্থং পুন্সি রারী ই। চেফোঙ কয়াদা নৈনবা রারেং কয়া ফোঙই। ফোঙলবা লাইরিকশিংঃ— শৈরেংদা— "নোঙ্গৌবী" ( ১৯৮৪ ), "অন্দ্রোগী মৈ" ( ১৯৯০ ), "শন্দ্রেম্বী-চৈশ্রা" ( ১৯৯২ ), রারীমচাদা "লৈতেং" (১৯৯২), পুন্সি রারীদা— "ফৌ চরোং" ( ১৯৯৫ ) অসিনচিংবা। ১৯৯৫ দা মহাক্কী লাইরিক "অন্দ্রোগী মৈ"দা "থাইদেম প্রমোদিনী গোল্ড মেডল" পীখি।

**শ্রীলাইতোঞ্জম প্রেমচান্দ সিংহ** ( ১৯৫৮ - ) উরিপোক খোইশ্নাম লৈকাই ইম্ফালদা লৈ। রারীমচা ই। ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংদি, রারী-মচাদা— "শাহিং চাবা অমগী রারী" ( ১৯৮২ ), "নাতোনচাবীগী বসন্ত" ( ১৯৮৮ ), "ইমাগী ফনেক মচেৎ" ( ১৯৬৬ ) অসিনচিংবনি।

**শ্রীমতি ক্ষেত্রিমযুম সুবদনী দেবী** ( ১৯৫৯ — ), ক্বাকৈথেল আখাম লৈকাই, ইম্ফালদা লৈ। শৈরেং অমস্থং রারীমচা ই। ফোঙলবা লাইরিকশিং, "মাঙথ্রবা ঈশৈগী স্বর" ( শৈরেং, ১৯৭৫ ), "নহাকপু ঐগী কনানো" ( রারীমচা, ১৯৮২ ), "নুংগী চীনবাল" ( রারীমচ', ১৯৮৭), 'লাইবক' ( উপন্যাস ১৯৭৮ ), "পৃথিবীগী ফুঙ্গা রারী খরা" ( খোমজিনবা ১৯৯৬ ) অসিনচিংবনি।

**ডাঃ শগোলশেম লনচেনবা মীতৈ** ( ১৯৬১ — ) শগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রী লৈকায়, ইম্ফালদা লৈ। ৱারীমচা অমসুং শৈরেং ই। সাহিত্য নৈনবগী থবক কয়াসু তৌই। ফোঙলবা লাইরিকশিং :— "খৈনা চিংশিল্লক্লিবা লৈই" ( শৈরেং, ১৯৮৮ ), "মিৎকপ থোক্লকপদা মঙলাক্লবা ( ৱারীমচা, ১৯৮৯ ), "য়েংলু য়েংলুবদা" ( অপীকপা শৈরেং, ১৯৯১ ), "মান্নদবা মীৎয়েং" ( অপীকপা ৱারীমচা, ১৯৯১ ), "হি নঙবু হোন্দেদা" ( শৈরেং, ১৯৯৫ ), অসিনচিংবা। ১৯৯৩ দা "থোকচোম যোগেন্দ্র নীংশিং সনাগী মেডল" ( য়েংলু য়েংলুবদা ) পীড়ুনা ইকায়খুম্নখি।

**শ্রীবীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম** ( ১৯৬২ — ) ককৱা নাওরেম লৈকায় ইম্ফালদা লৈ। শৈরেং অমসুং ৱারীমচা ই। লাই য়েকপা কলাকার অমসুনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং :— ৱারীমচাদা— "অওনবা" ( ১৯৮৮ ), "অমম্বদসু অঙানবদসু" ( ১৯৯২ ), শৈরেংদা— "সিবু হৌনরিব্রা ইমা" ( ১৯৯১ ), "ফাদোক অমগী শৈরেং" ( ১৯৯৫ ) অসিনচিংবা। ১৯৯৬ তা "থোকচোম যোগেন্দ্র নীংশিং সনাগী মেডল" ( ফাদোক অমগী শৈরেং ) পীড়ুনা ইকায়-খুম্নখি।

**শ্রীসুধীর নাউরোইবম** ( ১৯৬৭ — ) ওইনাম বাজার, নম্বোলদা লৈ। ৱারীমচা ই। ফোঙলবা লাইরিকশিং— ৱারীমচাদা— "য়োকচবী বাঙ্গলা-দেশ" ( ১৯৯০ ), "মৈ চঙলবা চেক" ( ১৯৯১ ) অসিনচিংবা।

**ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ** ( ১৯৪২ — ), কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকায় ইম্ফালদা লৈ। মণিপুরগী মশক নাইরবা কৃতিক অমসুং কলম্নিষ্ট অমনি। সাহিত্যগী নৈনবা কয়াদা তত্তুনা শরুক য়ারিবা অমসুং চেফোঙ কয়াদা য়ারেং ৱয়া ই। মাগী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি "মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা" ( সাহিত্য অমসুং থিয়েটরগী নৈনবা

ৱারেংশিং, ১৯৮৫ ), "মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারেং থৱা" ( সাহিত্যগী নৈনবা ৱারেংশিং, ১৯৯৪ ), অসিনচিংবনি।

**শ্রীলোংজম জয়চন্দ্র সিংহ** ( ১৯৪৯ — ) কৈশামথোং লোংজম লৈরক ইম্ফালদা লৈ। মমিং লৈরবা সমালোচক অমসুং অনুবাদকনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং— ৱারেং শৈরেংদা,—"চীংসুংগী সমালোচকগী পাইবিরক্লোনে" (১৯৮৭), অনুবাদতা--"খোংগংলবা লমলেন" (টি, এস, ইলিয়েটকী ৱেষ্ট লেন্দ, ১৯৯০), অসিনচিংবনি।

**শ্রীনাওরেম গন্ধার সিংহ** ( ১৯৪৩ — ) ককচিং বাজার ( ইরাবত পার্ক ময়া ) দা লৈ। ফ্রি লেন্স অইবনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং— "নেলসন মন্দেলা" ( ১৯৮৭ ), "ককচিং সোসিও ইকোনোমিক সর্ভে" ( ১৯৯৮৩ ), "শক্লাইবশিং অমসুং নুংওন ৱারী" ( ১৯৯৪ ), "পণ্ডিত অমুয়াইমা" (১৯৯৪), "ককচিং" (শাগৈ পীবা অমসুং মীশিং পুথোকপা ১৯৯৫) অসিনচিংবনি।

লোইরবা






## AKADEMI PUBLICATIONS

1. SHRIKANTA Vol. I (Manipuri)
   *Translated by* . A. Shyamsundar Singh — Rs. 25.00
2. CHOTHE THANGWAI PAKHANGBA AMASUNG NUNGPAN PONBI LUWAOBA
   *By*: N. Khelchandra Singh — Rs. [illegible]
3. RELIGIOUS DEVELOPMENTS in Manipur in the 18th & 19th Centuries
   *By*: Dr. M. Kirti Singh — Rs. [illegible].00
4. TOREIROL LAMBUBA
   *Edited by* : O Bhogeshwor — Rs. 2[illegible].00
5. NATYA SASTRA (Vol. I)
   *Translated by*: O Sanchand Sharma — Rs. [illegible].00
6. SHRI SHRI CHAITANYA CHARITAMRITA ADI LEELA (Vol. I & II)
   *Translated by*: T. Gourmani Singh — Rs. 1[illegible]0.00 / Rs. 100.00
7. SAGEI SALAIROL — Rs. 50.00

---

**SAHITYA AKADEMI, MANIPURI** publications and other **AKADEMI** publications are available at **MSKA.**